ꯃꯤꯑꯣꯏꯕꯒꯤ ꯍꯛ ꯀꯨꯅꯃꯊꯣꯏꯁꯨꯕ ꯆꯍꯤꯆ

# মীওইবগী হক

## কুনমাথোইশুবা চহিচা

নাওরেম সনাজাওবা



১৯৯৯

নেস্যানেল রিছার্চ সেন্টর

মণিপুর

# মীওইব । হক

## কুনমাথোইশুবা চহিচা

# অইবনা ইবা/ইদঃ তৌবা লাইরিকশিং

**মেজোর রার্কস**

- মাণপুব পুরাবী কুনশুবা চহিচা
- রাইট ওফ ওপ্রেসদ নেসন্স
- হ্যমেন রাইটস
- ক্রিতিকেল লীগেল ত্রেন্দস
- সোসিও-লীগেল প্রোব্লেমস
- লো এন্দ সোসাইতি
- ইন্দস্ত্রিয়েল ত্রিবুনেলস
- বেসিক ইশুজ ওন সেন্তব-ষ্টেট রিলেসন

মণিপুব ত্রিতিজ ভোঃ ১

ইদঃ

- মণিপুব পাষ্ট এন্দ প্রজেন্ট — ১
- মণিপুব পাষ্ট এন্দ প্রজেন্ট — ২
- মণিপুব পাষ্ট এন্দ প্রজেন্ট — ৩
- মণিপুব পাষ্ট এন্দ প্রজেন্ট — ৪

।পান মণিপুবীজ ইন এসিয়া।

- বিসন্নপ্রিয়া মেনেচ

ISBN অযাম্বনা যাওবসি, গ্লোবেল কেতলোগীং তৌই।

# মীওইবগী হক

## কুনমাথোইশুবা চহিচা



নাওরেম সনাজাওবা
প্রোফেসাব ওফ লে', গুবাহাটি যুনিভর্সিটি

১৯৯৯

নেস্যনেল রিছার্চ সেন্টর
মণিপুর

অহানবা ফোঙবা — ১৯৯৯





অফোঙবা
.নস্যানেল রিসার্চ সেন্টর
টপুর, ইম্ফাল সিটি
৭৯৫০০৩

নম্ফম প্রেস
ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, ইন্দো ববমা রোড, ইম্ফাল
পিনঃ ৭৯৫০০১

মমল লুঃ ২০০/-

লাইহৈরিক অসি মরৈবাক মযুক্রুপপু মালেমদা শক্তাকলগদৌরিবা অনৌবা চীংবুরোয়-তম্বুরোয় মণিপুরী মীরোন্দা খুদোল তমলি।

# মনুংদা

## এনেক্স

# থাগৎ-নাহে

মীওইবগী হক্কী পীক্লবা লাইবিক অসিগী মনুংদা থোইদোক্লা, মাগী এনেক্সতা, কান্নবা ওফিস, মীওই কযাগী এদ্রেস অসি খোমজনবদা এদ্রিযন-ক্লাউদ জোল্লাবগী ইনফোপেক অমসুং য়ুঃ এনঃ গী কম্যুনিকেশন প্রোসিদ্যুবগী ফেক্টশিৎ কযামকম মবাং কায়না শিজন্নে। এনেক্সকী মোদেল ফোর্ম অহুমথক বভিন্দ্রন, গুজমেন, ইগনাসিওনা লেংশনবা, ১৯৯৪ গী হেন্দবুক ওফ ফেক্ট-ফাইন্দিং এন্দ দোক্যুমেন্তেসন্দগী লৌথোকই। মখোয অনিমক্তা অইবনা লমন তোনশনলে।

কুনথাথোযশুবা চহিচাদা মীওইবগী হক অমসুং অঙাংগী হক্কী মতাংদা, লালগী মৈত্রচা'দা অঙাংগী হক্কী শরুক্কু, ঐগী আবটিকলদগী গৌহাতি য়ুনিভর্সিতিগী এলঃ এলঃ বিঃ গী মহৈবোয আবঃ কেঃ বীজেন অমসুং খ্বাযবাকপম তোম্বনা ঐগী লাইবিক্তগী মীতৈবোন্দা হন্দোকই- মখোযগী তেংবাংবু নিংশিংলি। মীওইবগী হক্কী আবটিকল কযামকম চীঙখৈ হুনবগী ঈদতব কৈসাম প্রদীপনা ফোঙখ্রে অমসুং হুযেন লানপাওগী ইদিটব ভুষননা সুপ্রীম কোর্টকী ১৯৯৭ কী বায, ফুল পেজ ওইনা ফোংখি। ম - অনিমকপু নুংশিনা নিংশিঙলি।

নেস্যানেল রিসার্চ সেন্তবগী চীযাবমেন অমসুং মেম্বব খুদিংমক্তা লাইবিক অসিবু ফোঙদোকপিবগী থাগৎচৈ। লাইবিক অসিবু পুথোকপদা সেন্তব অসিগী মেম্বব পুন্নমক্না বাখিবদুবু নিংশিংনঙাই ওই। ডাঃ ইবো সিংহ, হেদ ওফ দি পোলিটিকেল দিপার্টমেন্ট, মণিপুব য়ুনিভর্সিটিনা অবোইবা প্রুপ পাবিবগীদমক্তা থাগৎচবি। চুবাম্বাবা, হিংচা যাইতম্বা কযাগী খাযাত্তা তাখ্রবা, শৈনাযববা, পুন্সি ইখমুখ্রবা ইবমদমগী কংলৈচাগী মফমদা পীক্লবা লাইবিক অসি কৎথোক্লবনি। মখোযগী থবায় মীবেলনা ইংতপ্লা লৈতাবা ওইসনু হাযনা পুনেমজৈ। য়ুনিভবসেল দিক্ল্যাবেশন ওফ হ্যমেন বাইটসকী ৫০ শুবা চহিগা চাননা লাইবিক অসি পুথোকচৈ।

আগষ্ট ২৭, ১৯৯৮ এনঃ সনাজাওবা, গৌহাতি

৩৪ শুবা চাক্লাম খোঙচৎ

# অফোংবগী ৱারোল

নেস্যানেল বিছার্চ সেন্টব, মণিপুব নন-পোলিটিকেল, নন সেক্তবিযান, বিছার্চ ওবেন্তেট ওইবা ভোলুন্তব ওর্গনাইজেসননি। মসিনা লোল, লাইনিং জাৎ, অমসুং নুপা-নুপীগী ৱাফম নাইদনা মীযামগী অমদি লৈবাক্কীদমক্তা থবক তৌই। সেন্টব অসিগী (মকওইবা) পান্দম সেট অমা ফোংদুনা মীযামদা চহি খবগী মমাংদা খংহনগ্রে। পান্দমশিং অদুগী মনুংচল্লা সেমিনাব, ৱার্কশোপ অমসুং মকওইবা হিবমশিংদা ডিসকোওর্স অমদি কোলোক্বিযম খবা পাংথোকখ্রে। মসিগী মথক্তা, 'যুঠস মেন্তেল অনবেষ্ট ইন মণিপুব' কৌবা সেমিনাব ৱার্কিং পেপবশিং পুনশিনবা অপিকপা লাইবিক অমসু ইং'লস লোন্দা, ইং ১৯৯৬ তা ফোংখ্রে।

হন্দক ফোংলিবা 'মীওইবগী হক কুনমাথোইশুবা চহিচা' হাযবা লাইবক অসিগী মমাংদা অইবা অসিমক্তা ইবা 'মণিপুব পুৱাবী কুনশুবা চহিচা' কৌবা [illegible]বক অমসু ইং ১৯৯৭ তা সেন্টব অসিনা ফোংখ্রে। মসিদসু নওনা, 'খংননা ইবমদমদা কান্নবা পীগদবা লাইবিক খবসু ফোংদোক্লবা সেন্টব অসিনা শেম শাবি।

অবোইবদা, 'মণিপুব পুবাবী কুনশুবা চহিচা' অমসুং 'মীওইবগী হক-কুনমাথোইশুবা চহিচা' কৌবা লাইবিক অনিসিদগী ফংলকপা শেনফমদগী অইবনা লুপা ১/- খক্তং অমমতং (১+১=২) লৌগনি, অমসুং লাইবিক অনি অসিদগী ফংলকপা শেনফম অদুনা লৈবাক্কী কান্নগদবা হিবম অমদি লৈবাক্কী কান্নগদবা লাইবক ফোংবদা শিজিন্নবিযু হাযনা অইবনা সেন্টব অসিদা হায়বিবকই। মসিগীদমক নেস্যানেল বিছার্চ সেন্টবনা অইববু ওমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।

অপিকপা লাইবিক মচা অসিনা মীওৎ মীনৈগী অকনবা চৈথেং খাংলিবা ইবমদমগী মীযামদা কান্নবা খবদং পীববদি অইববু থাগৎপিযু, অদুগা, অশোযবা অবানবা য়াওববদি নেস্যানেল বিছার্চ সেন্টবদা পাও পীবিযু।

**শৌগ্রাকপম ভুবোন**
চেযবমেন, নেস্যানেল বিছার্চ সেন্টব,
মণিপুব

# ABBREVIATIONS

| | | |
|---|---|---|
| AI | – | এম্নেস্তি ইন্তবনেস্যানেল |
| ANC | – | আফ্রিকান নেস্যানেল কঙ্গ্রেস |
| AMSU | – | ওল মণিপুব স্ত্যুদেন্তস য়ুনিয়ন |
| CRC | – | কনভেনসন ওন দি বাইট ওফ দি চাইল্ড |
| CEDAW | – | কমিতি ওন ইলিমিনেসন ওফ দিসক্রিমিনেসন এগেনস্ত বুইমন |
| CLAHRO | – | কমিতি ওফ লিগল এন্দ হ্যুমেন বাইটস ওবগেনাইজেসন |
| COHR | – | কমিতি ওন হ্যুমেন বাইটস |
| CHRI | – | কমনবেলথ হ্যুমেন বাইটস ইনিসিয়েতিভ |
| DCM | – | দিস্ত্রিক্ট কোর্ট মাবসিয়েল |
| ECOSOC | – | ইকনামিক এন্দ সোসিয়েল কাউন্সিল |
| ECST | – | য়ুবোপীয়ন কনভেনসন ওন সপ্রেসন ওফ তেবোবিজম |
| GCM | – | জেনবেল কোর্ট মাবসিয়েল |
| GA | – | জেনবেল এসেম্বী (য়ুনাইতেদ নেসন্স) |
| GATT | – | জেনবেল এগ্রীমেন্ট ওন তাবিফ এন্দ ত্রেদ |
| ICRC | – | ইন্তবনেস্যানেল কমিতি ওফ দি বেদ ক্রোস |
| ICCPR | - | ইন্তবনেস্যানেল কোভেনান্ট ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল বাইটস |
| ICESCR | – | ইন্তবনেসানেল কোভেনান্ট ওফ ইকনমিক, সোসিও কলচবেল বাইটস |
| ICJ | – | ইন্তবনেসানেল কোর্ট ওফ জাস্টিস |
| ICJ | – | ইন্তবনেস্যানেল কমিসন ওফ জুবিষ্ট |
| ICC | – | ইন্তবনেসানেল ক্রিমিনেল কোর্ট |
| IRA | – | আইবিস বিপাব্লিকান আর্মী |
| IPKF | - | ইন্দিয়ান পিস কিপিং ফোর্স |
| IOK | – | ইন্দিয়া ওক্যুপাইদ কাশ্মীব |
| JAG | – | জজ এদভোকেত জেনবেল |
| KCP | – | কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পাটি |
| KYKL | – | কংলৈপাক য়াওল কন্না লুপ |
| LTTE | – | লিববেসন তাইগবস ওফ তামীল ইলাম |
| MSC | – | মৈতৈ স্টেট কমিতি |
| NGO | – | নন গভর্নমেন্তেল ওবগেনাইজেসন |
| NHRC | – | নেস্যানেল হ্যুমেন বাইটস কমিসন |
| NATO | – | নার্থ আতলান্তিক ত্রিতি ওবগেনাইজেসন |
| NLM | – | নেস্যানেল লিববেসন মুভমেন্ট |
| OAU | – | ওবগেনাইজেসন ওফ অফ্রিকান য়ুনিতি |
| POW | – | প্রিজনব ওফ বাব |
| POK | – | পাকিস্তান ওক্যুপাইদ কাশ্মীব |
| PLA | – | পীপলস লিববেশন আর্মী |
| PLO | – | পালেস্তাইন লিববেশন ওবগেনাইজেসন |
| PREPAK | – | পীপলস বিভোল্যুসনবী পাটি ওফ কংলৈপাক |
| RSD | – | বাইট তু সেল্ফ দিতর্বমিনেসন |
| RPF | – | বিভোল্যুসনবী পীপলস ফ্রন্ত |
| SC | – | সেক্যুবিতি কাউন্সিল |
| SAARC | – | সাউথ এসিয়ান এসোসিয়েসন ওফ বিজিনেল কো ওপবেসন |
| SWAPO | – | সাউথ বেস্ট অফ্রিকান পীপলস ওবগেনাইজেসন |
| SCM | – | সম্মবী কোর্ট মার্বসিয়েল |
| TADA | – | তেবোবিষ্ট এন্দ দিসবপ্তিভ এক্তিভিতিজ প্রিভেনসন এক্ট |
| TELO | – | তামিল ইলাম লিববেসন ওবগেনাইজেসন |
| TULF | – | তামিল য়ুনাইতেদ লিববেসন ফ্রন্ত |
| UN | – | য়ুনাইতেদ নেসন্স |
| UNHRC | – | য়ুনাইতেদ নেসন্স হ্যুমেন বাইটস কমিতি |
| UNPO | – | অনবিপ্রেজেন্তেদ পীপলস ওবগেনাইজেসন |
| UNLF | – | য়ুনাইতেদ নেস্যানেলস লিববেসন ফ্রন্ত |
| UNPROFOR | – | য়ুনাইতেদ নেসন্স প্রোতেক্সন ফোর্স |
| WTO | – | বার্ল্দ ত্রেদ ওবগেনাইজেসন |

# ৱাহৌদোক

মাঙ্গেমদা মীওইবগী হকপু চেকশন্না লৌনবকপা মতমসিদা, ইরমদম মণিপুর [কংলৈপাক] তদি, মীওইবগী হক অসিবু মীৎকুপ খুদিংগী মাঙখিবা যাবগা চিংনবা অমহৈক্তি অকিবনা তান্নবি। লান্মীনা, ফিজম শেৎপা চুবাহ্লাবা, জোরো, থা কাবা, মখল খুদিংগী অকিবা শক্তন্না মণিপুরগী থম্মোয়দা তঙ্জুংনা, কিহনবা পীবগুম্না তৌবে। মদুগু লান্মীনা লাঙ্গোয চনখ্রবা লমদম অমগা নবাইবক্রনি। লৈনবা ফিভম অসিনা মীওইবগী হক কন্নবা ঈহৌ কয়া, লুপ কয়া, নৈনবা কথা, বেল্লী কয়া, নুংথিলগী মতমদা চাবা তানবদা হোকথানবা ইমা ইরেল চননা কযানা মচা মনাও, মপুরোযবনু চুবাহ্লাবা, লান্মা শঙ্গুনা লাক্লুনা চেনখিগদ্রা হাযবগী অহিং মিৎশেঙ খাঙদুনা, মৈবা - পাযবা ওইনা চোঙথোক্লবগা মবম ওইবি।

মীওইবগী হক নৈনবা, ফজনবা হোৎনবা, খঙমিন্নবা মণিপুরী অমগী হোকফদ্রবা চিংনবগী পোৎলম অমা ওইবে। পীক্লবা লাইবিক মচা অসিনা পাকচাওঙ্লবা মীওইবগী হক্কী ঈপাক্তগী, খ্বাযদগী হেন্না তঙাযফদ্রবা মচেৎ খবদং ইবমদমদা তমজবানি। মপুংফাহন্নিংবগী অপাম্বনা নমহৎলবশু, মপুংফাহনবা ঙমদবা হাযবসিমক, অইবগী মেনখৎপা ঙমদ্রবা অবাবানি।

ইবমদমদা মীওইবগী হক্কী মতাংদা, মাযকৈ অহুমদা অৱাফম তানবি। অহানবদা, মীওইবা অমগী রাজনিতিগী, সিভিল রাইটসকী ফংফম থোকপা অসিনি। ইন্দিযাদা ইকুয়কুযদ্রিবা মতমদা ইবমদম্মু লৌশিনখ্রবা মতুংদদি, হাযবিবা মখলগী হক (ফংফম থোকপা) অসি কন্সটিটুশন্না, মাগী চেপ্তর অহুমশুবদা অমদি মরিশুবদা খবমখৈদি পীবে হাযনা লৌনবি। মদু ওইজববশু, ফন্দামেন্তেল রাইট তু ইদুকেশন, রাইট তু ইনফোরমেশন, রাইট তু ৱার্কনচিংবা কযামকমদি অবাৎপা ওইনা লৈবি। যাম্না মপাঙ্গল কল্লবা সুপ্রীম কোর্টনা, আরটিকল ২১ শুববু মরাংকাযনা, রাইট তু লাইফ পু ৱাহল্লোক পীবা ঙম্বদগী, কান্নবা কয়া ফঙই। মণিপুরগী ওইনদি, ইন্দিযাগী লান্মীদা খজিক্কং চিংনবদা 'লাইসেন্স তু সুত এন্দ কীল দি মণিপুরীজ' অসি পীখ্রবা মতুংদদি, অহানবা মখলগী হক অসি মাযা মরীচিকা, নমথাক ওইনা

লৌবা নত্তবা অতে লম্বী লৈরক্তে। সুপ্রীম কোর্টকী জজ মঙানা শাবা বেঞ্চনা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার্স এক্ট, ১৯৫৮ পু নবেম্বর ২৭, ১৯৯৭ তা আইন্না য়ার্বানি, অচুম্বনি হায়খ্রবা মতুংদা, মণিপুরী অমগী 'রাইট তু লাইফ' অসি, খুঙ্গং অমগী হায়নতানবা য়াদ্রবা, লাক্লবা ঙমদ্রবা ময়াংগী লাম্মী অমগী ট্রিগর চিংলিবা খুদোম্বী অমদা শিন্নথোকই। ঙাকলৌ খর পীজরবশু, মদু লাম্মীনা ঙাক্লা চত্তে অমদি কনানা ঙাকলৌদুবু য়েংশনবগে হায়বগী ৱাহং লাকই। চহি ১৮ চুপ্পা, সুপ্রীম কোর্টনা, মণিপুরী কয়াগী হক মাঙবদা, এক্ট অসিবু য়েংখত্তনা লৈরকপদগী, য়ুঃ এনঃ গী হ্যুমেন রাইটস কমিতিনা জুলায়, ১৯৯৭ তা কন্না তকখৎলকপদগী, সুপ্রীম কোর্ট মমিং পাঙথোরকখিবনি। খুৎলৈ থুনা, পিঃ আইঃ এলঃ কেশ লৌখৎপদা, মমিং চৎলবা কোর্ট অসিনা, মণিপুরী মীচম্বু হাৎপগী ময়োক্তা থাবা রিত পেতিশনবু চহি ১৭ নমশন্দুনা থমখি। হায়রিবা নবেম্বর ২৭, ১৯৯৭ কী 'লাইসেন্স তু কীল' মণিপুরীবু শৌগৎলিবা রায় অসি, জজ ৯ নত্রগা ১৩না শাবা ' ' । চাওবা বেঞ্চনা তাবা চুমই, মরমদি গাইদলাইন হায়বদু ঙাক্লা লাম্মীনা চ – মদুগী মথক্তা ১৯৬৬ কী পোলিতিকেল কোভেনান্টপু থুগায়র্বানি। মবক অসিদা, পারলিয়ামেন্টনা মুশুক মুবা, মীওইবদা কালি তৈশনবা ময়াংগী জঙ্গলগী আইন অসি খুৎলৈ থুনা রেপীল তৌগদবনি -মদুবু মণিপুরগী মীয়াম্না পাম্নীর্বানি।

অনিশুবদা, শেলথুমগী, খুনাযগী নাৎকী মীওইবগী হক অসি মণিপুবদা অরাপ্পা পম্বুং অমগুম্না লৈরে। মণিপুববু লৌশিনলিবা মেট্রোপোলিতান নত্রগা, এর্দমিনিস্তবিং পৱাব ওইরিবা ইন্দিযাগী সরকারনা, অনিশুবা মখলগী হক অসি পীনিংই হায়জরবসু, চাওখৎপগী থাক অদুদি য়ৌদে—মদুগী মথক্তা, য়াম্না কান্নবা ফংলবা, শক্তি লৈরবা শেল পায়রবা ক্লাস অমা মণিপুরী মরক্তগী থোরকই, মদুবু মেট্রোপোলিতান পৱারগী য়াম্না মতেঙ ওইবা খুৎলায ওইনা, মপাঙ্গল লৌথোকপিরবা মীচমগী মায়োক্তা শিজিন্নরকই। খুনায়গী, নাৎকী হক হায়বদুশু নেও কোলোনিয়েল ওইবা উচলদদি, মশানা নেও-কোলোনিয়েল পৱারদা পৈবা মখলগী ওইরকই। মরমদুমক্লা, চীংমী—তম্মীগী মরক্তা শম্বল খাজনবতা নত্তনা, মণিপুরগী চীংমীশিংগী মরক্তা ঈমু নাইমু তানবা থোরক্তুনা, ইং কুমজা ১৯৯২ দগী ঙসিফাওবদা, চীংমী মশেল হাৎনবদা, মণিপুরী চীংমী ১,০০০ হেনবা শিখ্রে, মী ১০,০০০ শোকখ্রে, য়ুমকৈ ৩০,০০০

উৎ ওলহনখ্রে। অনিশুবা মখলগী হক অসি লোযলমগী খুত্তা, মশক উবা ফংদ্রবা, ইনভিজিবল আর্মী (আবঃ এঃ দবলিয়ুঃ) নচিংবগী শান্নপোৎ ওইখিবগী মহৈনি। অহানবা অমসুং অনিশুবগী হক্কী শক্তম কায়থবকপদগী অকিবা, অথিবা পুন্সি মখল অমনা মণিপুবগী মহৈবোয়, নহাশিংগী মাযথোঙদা লুবাক্লনা য়েংলি। গোলদন ত্রাইএঙ্গলগা হকথেঙননা লৈবদগী, নৌবিবা মীওই কয়ানা দ্রগ এদিক্ট ওইবক্লনা, ঐচঃ আইঃ ভিঃ/এইদস পকলক্লনা, নহাবোল লিশিং কয়াগী পুন্সি ইখম্নগদৌবগী ওায়বি। লোযনমক্কা দাযিত্ব পুবনা চুমই হায়ববসু, খব হেন্না দাযিত্ব পুগদৌবিবদি, খুৎশুমল নত্তনা, লৈবাক্কী শেঙ্গাওবু মবন্নায ওইববা, অনৌবা লালমতুংগী থোবকপা নৌনা শেঙ্গাও পায়খৎলকপা ইমুংশিংনা, নৌবিবশিংদা শেলবু যাম্না কোম্না শিজিন্নহনবদগী, অতাওবা মখলগী দ্রগ হেবোইন চানবা তানজা পীবকপসিনি। খাওবুনাই ওইববা, লাইববা ইমুংগী অঙাংশিংশু মখোযগী তুংইনবদগী লাইনা শেল থোক্লবা ক্রাইম কয়া তৌবকই। চুম্না লৈবা .সএন খব অমশু, লাম্নীগী অকিবদগী নাম্থোক্লবা (escape route) ওইনা, দগ — চাবকই, লোয়না মবী লৈনবা ঙাকনি।

দ্রগকী মতাংদা দিমান্দ বিদকশন স্ত্রেতেজী শিজিন্নবগা লোযননা, দ্রগকী আইনবু মীৎযেংদা থম্না তাবকই। আইন কাইনা দ্রগ ললোনবা হাযবসি মালেমগী অচৌবা ক্রাইমনি — লৈবাক ময়াম্না পুন্না থীওমিন্নগদবনি। এইদসকী আইন শেম্নগী মতাংদা, ১৯৯৫ দা নিয়ু দেলহী দিক্ল্যাবেশন লৈবে। অনাবশিংবু খাযদোক্কা, দিসক্রিমিনেত তৌবা য়াদে, মখোযগী মীওইবগী হক সবকাবনা, খুনাযনা ঙাকমিন্নগদবনি। মসিগী মতাংদা অইবনা খববদা, চেফোঙদা কয়া অমশু ফোঙখ্রে — ঙসিমকসু, হিবমসি খুমর্জিন্দ্রবা লমাযনি। নাকল অমবোমদনা লৈবাক্কী ঈবাং, সিফাই চুবাম্থাবা, থা কাবা. খুৎনেক মীহাৎপা কয়ানা মীওইবগী হকপু ইবমদমদা শান্নপোৎকুম লৌবি। কমিতি ওন হ্যমেন বাইটস, মণিপুবনা, 'বাইট তু লাইফ ইন মণিপুব' কৌবা যাম্না মবীকচুম্না বিপোর্ট অমা, ইং ১৯৯৭ তা হ্যমেন বাইটস কর্মিতিদা পীদুনা নৈনবকই। উখ্রুলগী ঈহৌ তৌবা লুচিংবশিংনা শিন্দুনা, দেলহীগী অদব মেদীয়া (মমিং লোৎলি) বু নেস্যানেল কেমপেইন কমিতি এগেনষ্ট মিলিতবাইজেসন হায়না শক্তম অমা পীদুনা, ১৯৯৭ এপ্রিলদা 'where peace keepers have declared war' কৌবা, মীওইবগী হক থুগাযবগী

রিপোর্ট অমশু, নাগাশিংখক্তগী লম পাকথোকপা য়ানবা মীৎয়েংদগী, অৱাংনোংপোকপু য়েংদুনা ফোঙই। কোহরনা অলতরনেতিভ রিপোর্ট অমা ১৯৯৭ তা হ্যুমেন রাইটস কমিতিদা পীখৎপদগী, ভারত সরকারগী মীওৎ-মীনৈদা, হ্যুমেন রাইটস কমিতিনা পাওখুম কযা তানলকই। অইবা মশাশু য়াওনা গৌহাতিদা মে, ১৯৯৮ দা নেস্যনেল কেমপেইন কমিতিনা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার্স এক্ট, ১৯৫৮ বু রেপীল তৌনবা তকশল্লি।

অহুমশুবদা, মণিপুরী মীয়ামগী (মণিপুরী পীপল, হায়বদি নেসন) গী ফুরুপকী ওইবা অপুনবা হক (কলেকতিভ রাইটস) কী লৈবিবা ফিভম অসি, পুৱাগী, অমর্তিক্তি হকচল্লবা রাজনিতিগী ৱাথোক্কা মরী লৈনবকই। চীংদা হায়বদি অতোংবা লমদা তাবা মণিপুরী চীংমীগা, অকুৎপা তমদা তাবিবা মণিপুরী তম্মীগা পুৱারীনা তৎন-থানবা য়াদনবা কিশনবীবল্লবা মরী অমা লৈবকই। লাইনিংগী ৱাংমদগী মণিপুর ৱাংমগী খৃস্তিয়ান লাইনিং শন্দোকপগী লিবরেশন থিওলোজী, তমদনা-নাৎপু লোয়চল্লরিবা ময়াংশিং। এপাবথৈদ (মী মখল থায়দোকপা) অনিনা ফাংজিন্নদুনা চীংমী-তম্মী পোকামল্লবা মচিন মনাওবু তোখায়নবা হোৎনরমই, হোৎনরি, হোৎনগদৌরিবনি। হায়রিবা য়ুম যাংলেন্দা হোবাইনা তখ্বায় খাযবগী ফিরঙ্গী-অমদি ময়াংগী কুবুধি, ফত্রবা চলাক অসিনা, মণিপুরীগী অপুনবা ফুরুপকী হকপু মচেং-মচেৎ তাবা, কায়ববা শকয়েং মিংশেলগুম্না উহল্লি। অনৌবা মীরোলনা মীওইবগী যেক্কবশিংনা মণিপুরী খুনাযবু ফৈগাক ফৈনা চিংখাযনবা হোৎনবিবা, লৌতুনরিবা ফোর্স পুম্বা ময়া কুমহন্নবা হোৎনরি। য়েলহৌঙৈগী কংলৈচা হাযবদি মণিপুরী চীংমী তম্মী অপুনবা ফুরুপকী ওইবা 'রাইট ওফ দি ইন্দিজিনস পীপল' লৈরি; মদুগী মখাতারকপা ওইনা, তোখায খক তাবা যাদ্রবা মণিপুরী পীপলগী মবোমদোম লেপ্পগী হকশু লৈ। পুৱারীনা মণিপুরীদা শিন্নবীরকপা মরাইবক, মাগী হক অসিবু লোয়লম শন্দোকপনা মরক থৎপিরমদ্রবা, মুনবিবমদ্রবদি, ইংকুমজা ১৯৪৯ গী মতুংদা লাকইবা লোয়লম লাম্মীগা, পুৱাবী কনজবা পাম্বা নহারোলগা মুক্কবা হায়বদু কদৌনুংদা খক থোকলমলোয়। অইবনা অপুনবা হক (কলেকতিভ রাইটসপু) ৱাথোক্কী শক্তম্বু নৈনরি। অইবগী হান্না ফোঙখিবা লাইরিক কয়াদা, মরীকচুম্না নৈনখিবা মবমদগী, চেখর কন্ননবা, পথাপ কয়াদু পন্দ্রে হাযবা য়াই।

মালেমদা মীওইবগী হকপু ইকাযখুম্নবা পীবিবা য়ুনিভবসেল দিক্ল্যাবেশন ওফ হ্যুমেন বাইটস, ১৯৪৮ (এনেক্স-১ য়েংগদবা) অমসুং ইন্তবনেস্যানেল কোভেনান্ট ওন সিভিল এন্দ পোলিটিকেল বাইটস, ১৯৬৬ পু লাইবিকশিদা এনেক্স ওইনা হাপলি। মসি কুপ্না নৈনবা ঙম্নবা, খুদোংচানবগীদমক্তনি। অইবনা মখোযবু শন্দোক্লা ইদ্রে। লাল, ইবাং থোকপা মতমদা, মীচমগী হক ঙাকপা য়াদে হার্যাবা জেনেভা কনভেনসন্স, ১৯৪৯ অমহিক্তি অহেনবা প্রোতোকোল, ১৯৭৭ অনিবুশু লাইবিকশিদা নৈনবি। ইংকুমজা ১৯৯৮ দগী হৌবদনা, ইকৃয কুযদবা মতমদা ইন্তবনেস্যানেল ক্রিমিনেল কোর্ট অমা লাউনা যানবগা থৌবাং অদুবুশু মনুংদা নৈনবি। ইন্দিযাগী ওইনা, নুপীগী, অচংগা হক ঙাক্তবর্গী বাবম লাকই – মদু ইন্দিযাগী খুনাযগী পথাপতা শোযবগা মথক্তা, অচৌবা অহোঙবা অমা লাকপা ঙম্যবিবা ওইনা উই।

ইন্দিযাগী সবকাবনা ১৯৭৭ কী এদিসনেল প্রোতোকোলস তু দি জেনেভা কনভেনশন অনিমক সহি তৌদ্রি। বাজনীতিগী ৱীল ৱাৎপগী ৱা ঙাক নতনা, সাহেবকী কোলোনিয়েল স্রকচবদা লৈবম্বা মীওইশিংনা, মখোয মশানা মশাবু সাহেবনা কুচু মুবা মীদা যেংলম্বা মীৎযেংদু থাদোকপা ঙমদ্রি। কুযনা মিনাই ওইবকপনিনা, ১৯৪৭ কী মতুংদা, দোলাইদা মযাংমচাশিংবু তোঙহনলবা ফাওবদা, কুচু ঙৌবা অমবু উববদি, চোঙথবগা 'সাব' হাযবদু তোর্কাত্র। মযাংশিংগা খেন্নবনা, সহেবশিংগা মণিপুবীশিংগা নিংথৌগী মতমদা মবী খব থর্মাখবগী ৱাংমদা মণিপুবীনা মীনাইগী থাক্তা চংখিবা লৈতে। মবম অদুমক্রশু ওইবা য়াই। ইং ১৯৬৬ কী ইন্তবনেস্যানেল কোভেনান্ট ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল বাইটসকী ওপসনেল প্রোতোকোল অনিমক, ভাবত সবকাবনা সহি তৌদ্রি, লৈথোক্তুনা লৈবি। ইংকুমজা ১৯৯৭ তা জুলায থাদা, য়ুঃ এনঃ গী হ্যুমেন বাইটস কর্মিতিনা ভাবত সবকাবদা, ১৯৬৬ কী পোলিটিকেল কোভেনান্ট অমদি অতৈ ইন্সত্রুমেন্ট কয়াদা বিজাবভেশন থমলিবদু লৌথোক্লবা হাযববশু, মদু ইন্দনা লৈথোক্তুনা লৈবি। ভাবত সবকাবনা ইং কুমজা ২০০১ চঙদ্রিঙৈদা, মালেমগী ৱাবেপ মতুংইন্না নুপীবু দিসক্রিমিনেশন তৌবা লোযশনগদবনি। মদুগা লোযননা, প্রোতোকোল পুম্বা সহি তৌবগা, চৎনহনগদবগী মথৌদাং অদু পাংথোকপা তাই।

নেস্যানেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন ইং ১৯৯৩ দা লীংলবশু, ময়া যাওজদ্রবা কমিসন অসিনা কবিমতা চীকপা ঙমদে। থোইদোক্লা, লাম্মীনা পাক্কক্লনা মণিপুরদা মীওইবগী হক থুগায়রবা ফাওবদা, কমিসন অসিনা কবিমতা তৌবা ঙমদে, তৌনবশু হোৎনদে। মীওৎ মীনৈ তৌবা, আইনগী ব্রাংমদা মণিপুরী চীংমী নত্রগা তম্মীবু হাৎপা, নোংযাইদা থোং ফককায়রগা হুরান লান্নাদা হাৎপা, লীচৎ ফজদবা লাম্মী কয়াগী মনুংদা কয়াবু কমিসন অসিনা থিগৎখ্রবগে, চৈবাক পীনবা থবক লৌখৎখিবগে হায়বা ব্রাহংসিদা পাওখুম লৈগনি থাজদে। হ্যুমেন রাইটস প্রোতেক্সন এক্ট, ১৯৯৪ বু, থোইদোক্লা মাগী ১৯ শুবা সেক্সনবু শেমদোকপা তৌদনা, ষ্টেট হ্যুমেন রাইটস কমিসন লীঙবদা, মীওইবগী হক মপুংফানা ঙাক্কনি হায়কবা যাদ্রি। মণিপুরদাদ থবায হিংবনা অহানবা হক ওইবে। থব্রায়বু কনবদা কমিসন অমগী মতেঙ লৈতে হায়গনি। আগষ্ট ২০, ১৯৯৮ কমনরেলথকী CHRI -গী মথক্কী সেমন ১৯ শুবসিবু রেপীল তৌনবা তকশল্লি।

ইবমদমগী ওইনা, ইং কুমজা ১৯৭৮ দগী হৌবদুনা লৌবকইবা "মৈবা পাইবী" গী থৌদাং, ক্লাবহো, কোহব অমসুং এমনেস্তি ইন্তরনেস্যানেলনা লৌরিবা অকনবা থৌদাং, লোযননা মীযাম, নগাবোল খিবিক্লা, অবাবা তাববা মতমদা মী অমত্তা ওইনা থোক্কুনা, মীওইবগী হকপু শেন্নবীরশিমুক চাওবা থৌদাং সবকাবনা কদৌনুংদা পাযখৎখিদ্রি। "মৈবা পাইবী" হায়রবসি ইনষ্টিট্যুসন অমা মপুংফানা ওইবে। অদুবু, ভারতকী লাম্মীনা সেপতেম্বর, ১৯৯৮ দা মৈবাপাইবীদা বোম লঙশিল্লি।

কুন্নমাথোযশুবা চহি চানা চঙলকপদা, মালেমদা থমগদৌবিবা মীওইবগী হককী পাদম অসিবু মালেমগী অহোংবা, লাক্লিবা খোঙথাংদগী তোখায়না থম্বা ওইথোক্কে। বেসিক সাইন্স বিসার্চ, এপ্লাইদ সাইন্স, মেদিকেল সাইন্স, ইনফোরমেশন তেকনোলোজী, আবঃ এন্দ দিঃ, অতোপ্পা তেকনোলোজী মীসন কয়া লাকপগা লোযননা, মণিপুরশু কুন্নমাথোযশুবা চহি চাদা খোঙ থাঙজিন্দনা লৈবা যাবোই; মদুগুম্না, মীওইবগী হক্লা তুংদা লৈথহৌবা থক ওইথোকলোই। মালেম্না যানদুনা লাকলিবা মীওইবগী হক্কী পাদম [হ্যুমেন রাইটস ষ্টেন্দার্দ], ইন্দিযাগী সবকাব অমদি মানা শেমজবিবা, শেঙ্গাওগী লল—মণিপুর সবকাবনা ঙাক্লা চৎপা তাবকই।

# ব্রাহৌদোক

মীওইবগী হক ঙাকথোকপশিংবু [হ্যুমেন রাইটস দিফেন্দরস] লৈঙাক্কী অকনবা প্রোপেগান্দা মোদযাদা তেরোনিষ্টনি হায়না শন্দোকলম্মদুবু, যুনাইতেদ নেসন্সকী হ্যুমেন রাইটস কমিসন্না এপ্রিল ৪, ১৯৯৮ দা দিক্লেয়ারেসন অমা লাওথোকখ্রিনা, হ্যুমেন রাইটস দিফেন্দরসবু ঙাকথোক্কদবনি হায়না লাওথোকই। মীওইবগী হক্কী মরমদা থবক তৌবশিংবু চুন্না যেংবা ঙম্নবগী ওঙ্গা অদ মালেমগী খুনাইনা পীরকই। অবাং নোংপোক্কী লমদশু, মীওইবগী হকপু ঙাকথোকপা পান্না মীওইবু, মীনুংশিগা লোয়নন্না যেংবগী মহুত্তা, অরানবা প্রোজেক্সন অমা লমলোয়চনবা কাংলুপকী মীওৎমীনৈ তৌবা, মীওইবগী ঙাকথনা এক্সপ্লোইতেসন অমদি ওপোরচুনিষ্ট ক্লাসনা তৌরি। পুরাবীদা অশুম্না নাকল অনি থেংনবকপা মতমদা, ওঙাযফদনা নাকল অমা নত্রগা অমদা তোংদবা যাবক্তে, মীওৎ মীনৈ তৌবগী মীচেং চত্তবা নত্রগা, থৎপী নৈনবা মীওইগী মীচং চংনা। নাক অনিমক্না হাইবগা চাবা হানসিশু কন্দে। মীওইবগী পুরাবীদা থোকখিবগুম্না, লাইবিক অসিনা মীওৎ মীনৈ তৌবিবগী মতেঙ ওইবগা মহুত্রা, মীওইবগী হক মাংলবা, মাঙলবা যাবা মীওইবগী পিক্লবা মতেঙ অপিখক অমত্তং ওইগনি হায়না অইবনা লৌজে। মীওৎ মীনৈ তৌবিবা কযাবুশু মীওইবগী হক্কী মরমদা খবদং নৈনবদি কান্নগনি হায়বশিংশু থাজে।

প্রোফেসার নাওরেম সনাজাওবা

# ১

# কুনম্নাখোইগুবা চহিচাদা মীওইবগী হক

মীওইবগী হকপু তাইবংপালসিদা হোংবা নাইদনা লৈবা, পুম্নারীগী তাংককশিংগী ৱাখল্লোন, কলচবেল ভেল্যুশিং চাওখৎপগা মবি লৈনবা সাইন্তিফিক তেম্পব অমদি বাজনিতি, শেলথুমগী ফীভম য়াওনা হোংবা নাইবা ইথিলশিংনা ইবায লাযনা হোংহনবা ঙমই। অনিশুবা পৃথিবীগী লানজাওগী মতুংদা, মীওইবগী ৱাখলসি মীয়াম পুলপ পুলপ হাৎলকপা, মখোং মখুৎ ককথৎপা, মীবু মফম খঙদনা মাংহনখিবা অমদি মীওইবা মিলিযন কযাদা মীওইবনা থোকহনবা অশোক অপনশিংদা ওনশিন্দুনা লৈবে। অসিগুম্বা মীওইবগী ৱাখলদা তোয়না লাক্লিবা অকিবা অসিমক, হৌজিক্কী মতমগী পৃথিবীগী মীওইবগী হক অসিগী হৌবকফম ওইবি। লৈবিবা ফিভম অসি স্পেস তাইম কনতিন্যুমদা থন্নবকপা মতমদা, মীওইবগী হক্কী ফীভম অসি ফ্যুচবোলোজিকেল ওইবা মীযেংদা য়েংবা য়াই।

ফ্যুচবিস্তিক স্তদিজ, সাইন্স অমদি খুৎশাহৈবগী হিবমদা লোযন লোয়ননা হৌজিক চৎথবিবা পৃথিবী পুম্নগী গ্লোবেলাইজেশন প্রোগ্রাম যাওনা থীজিন খোৎচিনবা অমদি চাওখৎ থৌবাংশিংগা পুনশিনখিবা অসিমক মীওইবগী হক্কী মওং তাহনবা, চৎনবা যানা পুখৎলকপা, চৎনহনবা অমদি মীওইবগী হক্কী মওং মতৌ তাকপদা মহৈ চানা শিজিন্নবা য়াই। ফ্যুচবিস্তিক স্তদিজ* অসি ১৯৪৩ দা প্রোফেসাব ওসসিপ ফ্লেচথিম্না ইবা ৱাবেং অমদা হৌদোবকখিবনি। মসিবু তম্নবকপনা সোসিওলোজিষ্ট অলভিন তোফ্লবনা ১৯৬০ গী লোযশিল্লমদাই চহিশিংদা অমেবিকাদা হৌদোকখি। ভাবত সবকাবগী সাইন্স অমদি খুৎশা হৈবগী মীনিস্ত্রিনা ফ্যুচবোলোজি পেনেল অমা ১৯৭৩ দা শেমখি। হৌজিক ফাওবদা, ভাবতকী য়ুনিভর্সিটি (তাইবং মহৈকোন) খবনা, যাম্নমক যানিংনা পাম্না নত্রগসু ফ্যুচবিস্তিক স্তদিজ তম্বা অমদি নৈননবা হোৎনবি। নোংচুপ্লোমগী লৈবাকশিং অমদি জাপানদি

---

* অইবনা ইবা ফ্যুচবোলোজিগী সেবিজ MAPS কী PSN দগী য়েংখৎপা চংই।

মসিগী কলচব অসি মওং তানা শিজিন্নবা হৌখ্রবনি। অইবা অসিনা ফ্যুচবিস্তিক পর্সপেকতিভতা যুম্ফম মপুং ওইবা মীওইবগী হক্কী মমল লেপ্পবা খবমখৈদি হোৎনবি। কনামত্তনা তুংদা লাক্কদবা অদু হান্না উখিবা লৈতে, অদুবু খুদিংমক অসি হৌজিক হৌজিক থোক্লিবশিং অসিগী শকক অমনি, মসিদগী তুংদা থোক্লগদবশিংসু শাগৎকদৌবিবনি। মসিগী স্পেস তাইম প্রোফাইলগী মবী অসিনা ফ্যুচবোলোজিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অদু পীবি।

হৌখিবা মতম খবদা মীওইবগী হক্কী মবমদা য়েৎনবা কয়া অমা লৈজবগসু, কোল্ড ৱাব মতম, কোল্ড ৱাব মতুং—মকওইনা ২০ শুবা চহিচাগী লেমহৌবিবা চহি খবা অসিদা, খেন্নবিবা ৱাখল্লোনশিং অদুসু ইখেন খেন্নদনা য়ানবা অমদি লাকপগুম তৌবে। মালেমগী ওইবা মীওইবগী হক * হাযবসি য়ুনিভবসেল স্তেন্দার্দ অমগী থাক্তা কাবকপা অসিনা মপুংওইবা মবমনি। য়ুনিভবসেল দিক্ল্যাবেসন ওফ হ্যুমেন বাইটস ১৯৪৮ দা যানখিবদগী হৌবগা, তেহেবান কনফবেন্স ১৯৬৮ অমসুং ভেযেন্নাগী পৃথিবীগী মীওইবগী হক্কী মীফম ১৯৯৩ ফাওবদা লেপ্তুনা চংশিল্লিবা খোংচৎশিনা ইহৌ অসিদা অচৌবা অহোংবা কযা লাকপগী খুদম পীবি। থৌদোক খবদা চয়েৎনবা ওন্নতৈনবা পাওদম খব লৈবগসু অমসুং অযান্বা আইন অমদি বাজনিতিগী পথাপশিংগী মবক্তা খেন্নবা থাক লৈজবগসু, মীওইবগী হক্কী মতাংদা অহানবা মীবোলগী হক অমসুং খুদোংচাবশিংবু, সিভিল অর্মদি বাজনিতিগী হক্কী লম লমগী ওইবা ফিবান মনুংদা থমদুনা থবক ওইনা উৎলে। খুদম ওইনা যেংবা যাবা অমদি, ময়াম্না যানবা স্তেন্দার্দ কয়া শেম্লে অমসুং লৈবাকশিংদা চৎনবা যানা পুখৎলিবা চৎনবী অসিদগী কযা য়াম্না থৈদোক থৈজিন তৌবগে হায়বগী মওংদা য়েংলগা অচুম অবান লেপ্পী। মসিনা চহিচা অসিগী গ্লোবেল ওর্দবগী মপুংওইবা এচীভমেন্টদি নত্তে। অহানবা মীবোলগী হক্কা সবকাবশিংবু অথিংবা পীবগী মওং অদুগা মান্নদনা, অনিশুবা মীবোলগী মীওইবগী হক্কা লৈবাক ময়ামগী চংদবা য়াদবা সমাজ অমদি শেলথুমগী

---

* হৌখিবা চহি ১৬ কী মনুংদা অইবনা মাস—মেদিয়ানচিংবদা, মীওইবগী হক্কী মবমদা ইখিবা, ফোঙখিবা কলম, পব্লিক কেমপেইনগী লিতবেচব নৈনবীবগা, পর্সপেকতিভ অমা উবা ফংবীগনি।

হকশিং ফংননবা সরকারবু শক্তি হাপ্পি। লৈবাক ঙাকলিবশিংনসু অনিশুবগী হক অসিদি চাওনা ফংহনবা ঙমদনা লৈরি। কদায়ফাওবা পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা অনিশুবা মীরোলগী মীওইবগী হক ফংহনবা ঙমগদৌবিবনো হায়বদুদি অতোপ্পা ৱাফম খবগা মরী লৈনৈ। হায়রিবা ৱাফমশিং অদুদি চাওনা রাজনিতিগী পান্দম ওই অমসুং WTO (ৱার্ল্ড ত্রেদ ওরগেনাইজেসন) গা মরী লৈনবা শেলথুমগী পথাপ নত্রগা, ললোন ইতিক্কী ৱাফমনি। হান্নদি GATT না ললোন ইতিকপু য়েংশল্লমই। মফমসিদা, মরীলৈনবা পলহৌগদবা ৱাফম অমনা মহৈগী, লনগী অমদি শক্তিগী লমদা অনৌবা ফিজিক্স, অনৌবা বাইওলোজি অমসুং অতৈ চাওখৎপদা চঙবা সাইন্সশিংগী ইনপুতনি। কুনমাথোইশুবা চহিচাদা থল্লিবা মীয়েংদি জাপান, জর্মনী অমসুং য়ুরোপীয়ান য়ুনিয়ন, অমেরিকাগুম্বা শেনথুমগী সুপব পৱারশিংনা চুপ্পি পায়বদুনি অমসুং এসিয়া পেসিফিক রীম, চীনা, এসিয়াগী শেলথুমগী পাম্বা-কৈ মঙা অমসুং ভারতনা ময়াই কারকপা অমসুং মখোয় খরনা মথংগী চহিচাগী মকোকথোংবা শেলথুমগী অপুনবা শক্তি ওইনবা তান্নরকপা অসিনচিংবনি।

অনিশুবা মীবোলগী মীওইবগী হকতি (সেকেন্দ জেনরেসন ওফ হ্যুমেন রাইটস) শেনথুমগী ফিভমগী থাক্তা হকথেংননা মরী লৈনৈ অদুগা, শেনথুমগী ফিভম অসিবু অনৌবা সাইন্সকী লনথুম পোকহনবা ঙম্বা শক্তি ওইনা য়েংনৈ অমসুং মদুবু ফংননবা হোৎনৈ। অহানবা মীওইবগী (ফার্ষ্ট জেনরেসন ওফ হ্যুমেন রাইটস) অসি ফিভম ফবা, হিংব ঙমগদবা ওইবা, মান্নবা য়েংবগী মফমশিং অমদি অনিশুবা লাংওনগী মীওইবগী হক্কী সেট অমা য়াওদনদি খুদোংথিনিঙাই ওইদ্রে হায়বা য়াদে। ফজবা নত্রগা শুমহৎপা ৱাহৈ শিজিন্নবা অমসুং চৎন পথাপশিং অসি ইচম চম্না চৎনবনদি, মীওইবগী হক্কী সেটকী চংদ্রবা য়াদবা **(সাইনে ক্বা নন)** শিং অসিগী মহুৎ শিনবা ঙমলোই।

মীওইবগী হক্কী চৎনবী অসি বাইও আর্ঠ সম্মীট, ১৯৯২ অমসুং কোপেনহেগান ৱার্ল্ড সম্মীট ওন সোসিয়েল দিভেলপমেন্ট, ১৯৯৫ গী মখা তারকপা ওইনা, অনৌবা অতোপ্পা মাইকৈ অমরোমদা লৈশিনখ্রে। কাংলুপকী নত্রগা অপুনবগী হকশিংদা (কলেকতিভ রাইটস), মীয়াম লুচিংবশিং অমসুং ৱারেপ লৌবশিংগী হেন্নদুম পুক্নিং চিংশিল্লক্লি। অহুমশুবা জেনরেসনগী

মীওইবগী হকনা (থার্দ জেনবেসন ওফ হ্যুমেন বাইটস) কী হান্নগী লাংওন অনিগা খেন্নবা লৈববসু, মসিনা হেন্নদুম লাংওন অনি অদুবু মপাঙ্গল কনখৎহল্লি। মথং মনাও নাইনা য়েংলগসু, অহুমশুবা মীবোলগী হক অসি, য়ুঃ এনঃ না লোইলম শন্দোকপগী থৌওংবু থিংনবা থবক পাইখৎপা হৌখ্রবা মতুং ১৯৬০ দা, অচেৎপা বাজনিতিগী অমদি ব্রাখল্লোনগী ওইবা ফিবেপ লৈখি। মথংগী চহিচাদসু, অহুমশুবা মীবোলগী হক্তা চপ মান্নবা মীৎযেং লৈগনি। হক অসিনা হক অতৈগী মতোন্দা লৈবিবনি, লৈগদৌবিবনি।

কুনমাথোইশুবা চহিচাদা মীওইবগী হক্কী ফ্যচবোলোজি লেপ্পনবা মেথোলোজিদি কেলসেনিযানগী প্যবিষ্ট ওইবা নত্রগা, দোগমাতিক ওইবা ব্রাখল্লোন থক্তবু চেকশন্নবা লৌবা চুমলোই।

ঙসিগী মালেমদা যেৎনবিবা নিযম অনিদি- টেবিটোবিযেল ইন্তেগ্রীতিগী প্রিন্সিপল অমসুং সেল্ফ দেতবমিনেসনগী প্রিন্সিপলনি। কবম্বনা মপু ওইগদগে হাযবদু বাথোক খুদিংদা খেন্নবা লৈবি। পৃথিবীগী সিতিজনশিংদা মখোযগী অচুম্বা মমল লেপচনবগী খুদোংচাবদু পীবে হাসবদি, মখোযনা মমাংদা অমুক্তা ফংখিদ্রবা ইনফোর্মেসন সুপব হাইবেগী অনৌবা সাইববস্পেসতা লাক্কদৌবিবা চহিচাগী দবকাব লৈবশিং পীননবা শেম শাববা, অনৌবা লৌশিংগী খুৎলাইশিং শিজিন্নদুনা তপ্পা অমসুং লেপ্পুনা চংশিল্লি। মীওইবগী হক্কী মতাংদা থীজিনবা অমদি, লৌখ্রিবা বাবেপশিংসি অনৌবা পৃথিবীগী মওংনা [নিযু ব্রার্ল্ড ওর্দব] না পাইখৎলিবা ক্বানতম জম্পশিং অমদি খোংচৎশিংগীদমক চংদ্রবা যাদ্রবা মচাক্লি। মীখা পোনবগী থাক, লৈবাক অমনা লৈবাক কযাগী লুচিংলকপা, হান্নগী লোইলম মনুংদা শক্তি লৈবা লৈবাক অমনা মতোমতা শক্তি পার্যশিনখিবগী অকিবশিংদু ঐখোযনা শেম্বা বোল মোডেলশিং অমদি, এপ্রোচশিংদগী মপুংফানা লৌথোক্কদবা ব্রাৎলি। খুদম ওইনা হাযববদা, অমেবিকাগী মোদেলদি, অমেবিকানা দিপ্লোমেসি অমসুং মিলিতবি পব্রাববু পুন্না শিজিন্নবনি। মাগী দিপ্লোমেসিগী ফিবাননুংদা মীওইবগী হক থমই।

নিযু ব্রার্ল্ড ওর্দবনা কুনমাথোযশুবা চহিচাদা খোংকাপ থাংজিল্লকপা মতমদা, মেক্রো ষ্টেট তকক থোবকপা, শক্লাইববা দিপ্লোমেত হেনবী

কিজিনজবনা মাগী লাইবিক 'দিপ্লোমেসী'দা নৈনবি। অদুগুম্না 'ক্লাশ ওফ সিভিলাইজেসন' দা, অনৌবা মখলগী কোর্ল্ড ৱাব অমা থোবকপা য়াবদু হাবভার্দকী প্রোফেসাব হন্তিংতন্না নৈনবি। তোকিযো-বাবলীন-ৱাশিংতন অহুমগী লমজেল এলভিন তোফলবতা নত্তনা পাউল কোন্নদীনশু নৈনবি। মদুগী মথক্তা, চীনানা সুপব পৱাব ওইবকপগা লোয়ননা, বসিয়া, ইন্দিয়া, ব্রাজিলশু অকনবা পৱাব ওইবকপা য়ানা লৈবি। হোংলক্কদৌবিবা ফিভম মতমসিদা, মীওইবগী হকসু হান্নগুম লৈবকতবা যাই। অহোংবা অদুবুশু, ঙসিগী যানখ্রবা মীওইবগী হক্কী ত্তেন্দার্দ অসিদি কাযহন্দনা ঙাকপা তাই। ইবমদমগুম্বা অপীকপা চীংলমদশু, মদুগী মমি তাবকপা তাই; ঐখোয়গী পাওখুমশু থোবকপা তাই।

## অনৌবা মালেমগী উচলদা মীওইবগী হক

থকুমগী লাল [কোল্ড ৱাব] গী মতমদা, মীওইবগী হক অসি তোঙান তোঙাম্বা বাখল্লোন চেনবা কা হেন্না শক্তি লৈবা অনিগী ৱাখল্লোনগী য়েৎনবগী ৱাফম ওইনা ইং কুমজা ১৯৯১ ফাওবদা লৈবম্মী। অমেবিকাগী ফোবেন পোর্লিসি পান্দমশিং অমসুং অৱা তেংবাংবগী থবকশিং, অমেবিকাগী মমল লেপ্পগী মওং অমদি কম্যুনিজম, সোসিযেলিজমগী মাযোক্তা লৈবা মীওইবগী হক্কী মীযেংদা যুম্ফম ওই। সোসিযেলিজমগী পথাপতা থম্বা মীওইবগী হক্তনা, বাজনিতি অমদি মীচম প্রজা ওইবগী হকশিংবু মীওইবগী শেনথুমগী নীংতম্বগী হক্কী মথংদা থম্লমই অমসুং মাবক্সিযানগী ৱাখল্লোনদা, শেলথুমগী নীংতম্ববু অতোপ্পা নীংতম্বশিং ফংননবদগী মমাং থাবা ৱাফম অমগুম তৌই। অমেবিকাগী মীওইবগী হক্কী চৎনবীনদি কুচ-মুবা অমেবিকানশিং নেগ্রোশিংবু মান্নবা মফম অমা পীবা যাবমদে; তশেংবা পুন্সিদসু হম্বনা যেংবা অমদি তুহৎপিববু থৌগৎলি অমদি, অবেপ্পা লৈতবা লমপন প্রোলেতবিযাত হাযবসি অঙৌবা মচুগী অমেবিকানশিংগী মনুংদা পোকহল্লী। মতম খবদি অমেবিকাগী নুপীশিংবু ভোৎ থাদবগী হক পীবমদে অমসুং ঙসিফাওবা, নাগবিকশিংনা কম্যুনিষ্ট পার্টি শেমগৎনবগী নিংখা তম্বদু, লৈবাক অদুবু নমথাক তৌবগা [ত্রিজন] মানননা লৌবি। সোভিয়েটতা থোকপশিংদসু, বাজনিতিগী লম্বাশিংদু ফাজিনবা অমসুং বাজনিতিগী অকনবা নিতি নীযমগী পুন্সিদা মতম চুপ্পগী ওইনা যাওহনবচিংবা, মীওইবগী হক্তা

পৈনা য়েংবগী চৎনবী লৈরম্মী। মনুংদনা, পার্টি অপারাতচিকশিংনা লনথুম পৈশিনবা থোকখি। অনৌবা পৃথিবীগী ফীভম অসি, য়ুনিপোলার নত্রগা মলতিপোলর ওইরে অমসুং অমেরিকাগী ফীভম, ফীবেপ্পা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লৈরি। অমেরিকানা অনৌবা, অচৌবা পোলিতিকেল স্পেস অমা হান্নগুম্না কন্দুনা লৈরি। অনৌবা পৱাব ২-৩ শু হোরাইজন্দা কাখৎলকই।

অনৌবা মালেমগী ফিভমসিদা, থার্দ ৱার্ল্ডগী মীওইবগী হক্কী মীৎয়েং অদু থার্দ ৱার্ল্ডগী শেলথুমগী নীংখাতম্বগী ওইবা মপুংফাদ্রবা পান্দম অদুবু, অমুকহন্না মওং মতৌ লেপ্পগী মকওইবা মফম অমা ওইবি। থকমগী লাল মতমগী অচৌবা মফম কনবগী ৱাফমদা য়েৎনবসি অদুম চৎথরি, মবমদি থার্দ ৱার্ল্ডনা ফিজিকেল সরভাইবেল, হিংনবা অমসুং পোৎচৈশিং, মশাগী ওইনা ৱাৎচদববু চঙদ্রবা য়াদ্রবা মবম ওইনা লৌই। মতাং অসিদা তাবিফ বেরিয়র থুগাইদুনা, শেনথুমগী অমদি ললোন ইতিকপু গ্লোবেলাইজেসন তৌনবগী থস্মোয় চাওখৎপা অমদি, WTO মেম্ববশিংদা মান্নবা কৈথেলগী লীক্লম য়োকখৎতুনা অমসুং অমেবিকান ইন্তবেষ্টকা চাননা জাতিগী পেতেন্টকী আইনশিং হোংদোকপা হাযবসিদা হেন্না লুনা য়েংশিনবগী দবকাব লৈ। শেনথুমগী জাইন্ট জপানবু ফাওবা, মবক মবক্তা অমেবিকানা কিতল্লক্লি। অতৈ লৈবাকশিং—চীনা, ইন্দিয়া, ব্রাজিল নচিংবসু অমেবিকা অমদি অতৈ শক্তি চাওবশিংগী কৈথেলগী দবকাব লৈবা অদুগী শৈহেক্তা চৎনিংবগী নাকোইনবা ইংগিৎ অদু পীরি।

অনিশুবা মীরোলগী মীওইবগী হক অসিবু মালেমগী শেলথুম অমদি ললোন ইতিক্কী ফিভম্না হকথেংননা শাফু পীরি। অনৌবা পৃথিবীগী ফিভমদা লন থুম পুথোকপা, অমসুং লনথুম অমুকহন্না য়েনথোকপনা পৃথিবী পুম্বগী অনিশুবা মীরোলগী মীওইবগী হক্কী থাক লেপকদৌরি, অদুবু, হৌজিকমক্তি চাওখৎলবা লৈবাকশিং অমদি লাইরবা লৈবাকশিংগী হিংবগী থাক অসি ১:১৪ ওইনা খৈন্নে। নোংচুপলমগী মীওই অমগী মীওইবগী শেনথুমগী হক অসি লায়রবা ভারত নত্রগা লেতিন অমেরিকা নত্রগা অফ্রিকাগী মী অমগী খুদম ওইনা, শরুক ১৪ নি। ইং কুমজা ১৯৯৭ তা হ্যমেন দিভলপমেন্ট ইন্দেক্স ওনবদা, ইন্দিয়ানা মালেমগী ১৩৮ শুবা লৈপাক ওইখি। ইং কুমজা ১৯৯৮ দশু অদুমক লৈরি।

অনৌবা মালেমগী ফিভম অসিদা, অনৌবা সাইন্স অমদি খুৎশাহৈবা মখল কয়া নোংচুপলোমদা থোক্লককপা থেংনবি। হায়বিবশিংসিগী মবক্তা নানো-টেক্নোলোজি, বোবোতিক্স, ওতোমেশন, শুনদ্রংগী সাইন্স, ইলেকত্রোনিক্স, সুপব কন্দক্তবশিং সুপব কম্প্যুটবশিং, পোলিমবশিংনচিংবগী অনৌবা ফিজিক্স, অনৌবা মওংগী স্মার্ট ব্লীপনশিং অমসুং জেনেতিক ইঞ্জিনিযাবিং, ক্লোন্নিং, নিযুবো-বাইওলোজি, নিযুবো সবজবি, আইঃ ভীঃ এফঃ, ওর্গান ত্রান্সপ্লানতেসন, মীওইবগী জেনোম প্রোজেক্টশিং ত্রান্সজেনেসিস নচিংবা অনৌবা বাইওলোজিবু পনবা যাই। সাইবব স্পেস, ইনফোবমেসন হাযৱেনা থুমহৎলবদগী ভেল্যু সিস্তেম হোংবা হৌবকই। মমাংদা অমুক্তা উদ্রিবা, যেক্লবা লৈবাক্কী মী অমদি খুৎলাইগী মোলেক্যুলব বাইওলোজি অমদি মওং মতৌ হোংহনবা ঙম্বা লানগী শক্তিশু মসিগা লোইননা লাক্লি।

খুৎশা হৈবগী হিবম খবদি মীওইবগী হক হেনগৎহনবদা মতেং ওই; অদুবু, অতৈ হিবম কয়াগী অনৌবা খুৎশা হৈবগী পোৎথোকশিংনা মীওইবা জাতিনা হিংবদা অকাইবা পী।

ইং কুমজা ১৯৯৫ গী এনঃ পীঃ তিঃ [NPT] দা অকক্লবা মতমগী ওইবা পুন্সি অমা হাপ্পনা ন্যুক্লিযাব খুৎলাযগী শক্তি লৈবা লৈবাক ৫+২ বু পৃথিবীগী যুমথোং খুদিংদা মীওইবগী জাতিগী তুংদা কবি থোক্লগদগে হায়বদু লেপ্পা ঙম্মনবা শক্তি পীবি। মীওইবগী হক তম্বা ঙমদবা মওংদা অদুমক লৈবি।

মতাং অসিদা, বাজনিতি অমদি মীচম প্রজা অমা ওইবগী নীংতম্বশিংবু শেমগৎ শাগৎপগী ওইবা মওংদা, মালেম অসিনা মপুংফানা খুৎলায় থাদোক্তিফাওবা খুৎলায় থাদোক্লবা তকশিনবা হায়বসি সিতিজন খুদিংমক্কী, মীওইবা অমা ওইবগী তৌফম থোকপনি। মীওইবগী হক অসি, বাজনিতি অমদি মীচম অমা ওইবগী নীংতম্বশিংসি, লাইনিংগী চৎনবীদা থাজবগী চুপ্লি পাযশিনবগী চৎনবীদা নপ্পুনা থম্বা চুমদে। মবম অদুমক্লা, নীংতম্মা থাজবা—ফ্রিদম ওফ কন্সাইন্সগী লেঙফদ্রবা হক অদুবু ৱাংখৎহনবা চঙই।

অহুমশুবা মীবোলগী মীওইবগী হক্কী থাকশিং হায়বদি—বাইট তু এনভাইবনমেন্ট, বাইট তু দিভেলপমেন্ট, বাইট তু সেল্ফ-দিতবমিনেসন,

রাইট তু কমন হেরিতেজ ওফ মেনকাইন্দ—অতে কয়া অমনা, য়ুঃ এনঃ গী মরী লৈনবা লূপশিংনা অনৌবা পৃথিবীগী ফিভমসিদা য়াখিবদুমক থার্দ ৱার্ল্ড লৈবাকশিংগী ওইনদি খ্বাইদগী মরুওইবনি। অহুমশুবা মীরোলগী হকশি, মপুং ফারবা, তশেং তশেংবা অমদি অককুবা হায়বদু ওইদ্রি। মসিবু কুনমাথোইশুবা চহিচাদা মতিকচানা চাওখৎহনবা তাবনি। পান্দম অসি চাওখৎলবা লৈবাকশিংগী মতেং য়াওদনদি ফংবা ঙমলোই। কলেক্তিভ রাইটসবু ফংহনবা হায়বসি লৈবাক ঙাকলিবশিংগী অকনবা বার্জানতিগী ওইবা ৱাশক অমগুম্বনি। মীওইবগী হক্কী আইন অমদি, মালেমগী ওইবা মীনুংশিগী আইনশিং অসিদা, মালেমগী মথন্তা হীংজবা ঙম্বা অমদি চাওখৎচবা ঙম্বা, চাওখৎপগী থাক উৎপা তাবা উচল অনি ওইবি।

মসিগী ফ্রেমৱার্কসিগী মনুংদা, মীওইবগী পুন্সি, নিংতম্বা অমসুং লনথুমবু, শান্তি অমদি খুৎথোক্লবা হায়বদু মতম অযাম্বদা ঙাকশেনবীগনি অমসুং মদুবু শেমগৎলিবনি। মখোয়শিং অসি, মালেম পুম্বগী ওইনা মীওইবগী হক্কী থাককী মমল লেপ্পনবা পথাপনি। মহৌশানা, ঐখোযগী মীৎযেং অসি মরাতপ্পা মতমগী মীওইবগী হকপু ঙাকশেনবদা থমই, অদুম ওইনমক অরিবা অমদি অনৌবা মালেমগী ফিভমশিংদা খুৎ থোক্লবকপবু য়েংদুনা খন্নদবদি নত্তে। মীওইবগী পুন্সি মিলিযন কযা মাঙখ্রে, মিলিযন কযানা অশোক অপন নঙখ্রে, শোক্লে অমসুং মিলিয়ন কয়ানা মমাংগী পৃথিবী লানজাওদা মাংখ্রে। থকমগী লানগী মতুংদা, সোমালিযাগী থৌদোকশিং উখ্রে; মদুদা মী লিশিং-লিশিং কযা চাবা ফংদদুনা শিবি, বোৱান্দাদনা মী মিলিয়ন কয়া ত্রাইবেল কাংলুপ মশেল খৎনবদা শিরি অমসুং মী মিলিয়ন কয়া কাংলুপ তুম্না হাৎনবদা মাঙই অমসুং শিরি।

ইং কুমজা ১৯৯২-১৯৯৮ ফাওবদা, মণিপুরী চীংমী মশেল হাৎনবদা, লিশিং হেন্না শিখ্রে, য়ুম লিশিং কয়া মৈ চাকখ্রে। লৈবাক অমবু নিংতমহন্নবগী লান, মহুৎশিন্দুনা মশক লোৎতুনা শোক্লবা লানশিং [প্রোক্সী ৱার], তেরোরিজম, লো-ইন্তেনসিতি ৱার, য়েংথিনবগী মৈশা মৈরিগুম্বা অশোনবা মখলগী লাল্লক্তা মদুগা মান্নবা খুৎ থোক্লবা কয়াসু উরি। মসিদা, অৱা অনা তারিবা মীওইবসি—অঙাংশিং, নুপী, নাম্মা শোইবশিং, অহন ওইরবশিংবু, কনামত্তনা মালেমগী ওইনা অমদি মফম মফমগী ওইনা পুক্লিং চঙনা য়েংশিল্লি

হায়বা ঙমদে। মীওইবগী হকপু খুৎথোক্লববা মফমদা, ঙাক্লবগী দবকার লৈবা কন্ননবা নিয়ম অদু জেনেভা কনভেনশন মরি অমসুং ১৯৭৭ কী অহেনবা য়ানচে [এদিসনেল প্রোটোকোলস] অনিদা পল্লি।

জেনেভা কনভেনসন মরিগী কমন আরটিকল অহুমশুবনা তঙাইফদবা ওইনা থল্লি মদুদি মীওবগী পুন্সি, লন থুম, ইজৎ অমসুং লান তৌবগী পাঙ্গল য়াওদ্রবা [horse de combat] শিংগী পুন্সিবু মপুংফানা ঙাকশেনবীগদবনি। মসিগী আরটিকল অহুমশুবসি Jus cogens [থুগায়বা য়াদ্রবা আইন] নি অমসুং মসি হম্থহনবা নত্রগা শোম্বহনবা য়ারোই। ইং কুমজা ১৯৮৬ কী নিকারাগুৱা অমদি অমেরিকাগী কেশতা, ইন্তরনেস্যনেল কোর্ট ওফ জষ্টিসনা বায় পীবদা, অহুমশুবা আরটিকলবু জুস কোজেন্সকী থাক্তা থাংগৎখ্রবনি।

পৃথিবী অসিদগী লান হায়বদু লৌথোক্লিবা ফাওবদি, ইন্তবনেস্যনেল হ্যুমেনিতাবিয়ান লোগী মপাঙ্গল কনখৎহনগদবনি, মবমদি মীওইবগা লানগা খাইদোক্লবা য়াদ্রি। মীওইবগী হক অসি শুমহৎপা ৱাঙাং (দেমাগোগী) অমদি লৈঙাক্লোনগী ওনথোক ওনশিন তৌবগী ৱাংমদা লৈ। থীম অসি অৱাংবা থাক্কী অচুম অরান লেপ্পগী নিয়ম [সুপর ইমিনেন্ট প্রিন্সিপলস ওফ জষ্টিস] কা মরী লৈনৈ; নিয়ম অসি যাওদনদি আইন হাযবদু ইচম চম্না লোইশংগী চৎনলোনচৎ অমসুং লৈঙাক্লোনগী নিয়মতমক ওইনা লৈগনি। পোজিতিভ লোদগী ৱাংখৎনা হেন্না ৱাংবা আইন অমা লৈ হাযবসি, নেচবেল লোগী অহানবা ৱাফমনি। য়াবশু য়াই, য়াদ্রবশু য়াই। অদুবু পারলিয়ামেন্টনা শেম্বা আইনশিংগী মথক্তা জষ্টিসকী ওইবা অৱাংবা পথাপ লৈ হায়না লৌগনি। ইন্তরনেস্যনেল হ্যুমেনিতরিয়ান লোগী লমদা পনবদা মতিক চাববা অনৌবা ৱাফমদি, য়ুঃ এনঃ না যুগোস্লাব ত্রিবুনেল অমসুং রৱান্দা ত্রাইবুনেল কৌবা মালেমগী ক্রাইম জুরিজদিক্সন অমা শেমখীবসিনি। লান মতুংগী পুৱাবীদা অহানবা ওইনা, য়ুঃ এনঃ না মসিগী লানগী ক্রাইম ত্রাইবুনেলশিংসি ন্যুবেমবর্গ অমসুং তোকিয়ো ত্রাইবুনেলগী ৱাখল্লোন্দা শেম্বনি। মসিগী জুবিসদিক্সন অনিসিনা লাম্মী লুচিংবশিং লানগী চৎনবীগী ৱাংমদা, মীওইবগী হক শোকহনবগী অমদি মীওইবগী মায়োক্তা তৌবা ক্রাইমগীদমক মশা মশামক্লা

শরুক য়াই অমসুং মদুগীদমক, মরাল লৈফম থোকই হায়না লৌই।

অদুমওইনমক, য়ুঃ এনঃ না স্তেন্দিং য়ুঃ এনঃ ইন্তরনেস্যানেল ক্রিমিনেল জুরিসদিক্সন অমা মাগী মখাদা থম্নদি তৌদ্রি। ইং কুমজা ১৯৯৮ গী জুলায়দা রোমদা ফম্বা মীফমনা ICC [ইন্তরনেস্যানেল ক্রিমিনেল কোর্ট] অমা শেম্নগী মতাংদা ব্বারেপ লৌখ্রে। ন্যুরেমবর্গ অমসুং তোকিয়ো ত্রাইবুনেললনা খ্বায়দগী চাওবা জেনরেল কয়া, লুচিংবা কয়াবু হাৎপগী চৈরাক পীখিবগুম্না, যুগোস্লাভ ত্রাইবুনেললনা বোসনিয়াগী সর্বকী মকোক রাদোভান কারাদজিক অমসুং লাম্মীগী খ্বায়দগী চাওবা মকোক—জেনরেল রাতকো মলাদিকপু দন্দী পীননবা ঙসিফাওবা থিবা তোকত্রি। লৈবাক্কী মকোক, লাম্মীগী মকোকপু চৈরাক পীবা হায়বসি মরাল লঙজবগীনি।

## য়ুঃ এনঃ গী জুরিসদিক্সনশিং

চহিচা অসিগী লোইশিলকপসিদা, য়ুঃ এনঃ গী থৌশিল অমদি পুক্লিং থৌগৎপগী মখাদা, মীওইবগী হক্কী মরী লৈনবদা, লৈবাক লৈবাক্কী ওইবা জুরিসদিক্সন কয়া শেম্লে। মতম অমদা মশামক মালেমগী মীওইবগী হক ঙাকপগী চৎনপথাপশিং হায়বদি ICCPR, ১৯৬৬ নচিংবা সহি তৌদনা কুইনা লৈরকপা অমেরিকাশু, পৃথিবীগী মীওইবগী হকশিং ঙাকপবু য়াবা হৌরক্লে, অমরোমদা পালেসতাইনগুম্বা লৈবাকশিংদি য়ুঃ এনঃ গী মীওইবগী হক্কী পোলিতিকেল কোভেনান্ট, ১৯৯৬ দগী লাপথোক্লা লৈরি। ভিয়েন্নাদা ১৯৯৩ গী জুনদা ফমখিবা, মালেমগী মীওইবগী হক্কী মীফম্না য়ুঃ এনঃ গী মেম্বর লৈবাক পুম্নমক্তা মালেমগী ওইবা মীওইবগী হক্কী চৎন পথাপশিংবু অহোংবা অমত্তা য়াওদনা শোই তৌগদবনি অমসুং চৎনগদবনি হায়রি অমসুং লৈবাক অদুনা রেতিফাই তৌননবা কন্না হায়বি। মতাং অসিদা, ভারত লৈবাক্লা অঁতে লৈবাক্কুম্না ওপসনেল প্রোতোকোল তু দি ইন্তরনেস্যানেল কোভেনান্ট ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল রাইটস, ১৯৬৬ সহি তৌদ্রি। ভারতকী য়ুনিয়ন সরকারনা ১৯৯৫ হৌরকপদা মশামক এন্তি-তোরচর কনভেনসন, ১৯৮৪ দা সহি তৌদুনা মীওৎ মীনৈ তৌদবা হায়না য়াখি। অদুমকপু, মহাক্লা মীওৎ মীনৈ তৌরি।

কুনমাথোইশুবা চহিচানা মীওইবগী ৱাখলদা, পৃথিবীগী লৈবাক খুদিংমক্তা, ৱার্ল্ড কম্যুনিতিনা যুঃ এনঃ গী অমদি অতৈ লম লমগী বোদিশিংনা শেম্বা মালেমগী স্তেন্দার্দ অদুগা লৈবাক্কী অমদি লৈবাক মনুংগী জুবিসদিক্সনশিংদুবু চাননবা শিনগদবনি হায়না খঙহল্লকলি। এসিযাগী শরুকশিংসিদা, অফ্রিকা, অমেবিকা, আবব লৈবাকশিং নত্রগা ইউবোপকী যুনিয়নগা মান্নদনা, কুপথনা এসিয়াগী লৌনবিবা মীওইবগী হক্কী যানবা অমা শাগৎনবা অমসুং এসিযাগী মীওইবগী হক্কী কমিসন অমদি, এসিযাগী মীওইবগী হক্কী ৱাযেলশং লীঙননবা হোৎনবা লৈত্রি, হোৎনবা তাবি।

এসিযাগী ষ্টেটসমেনশিংসু উঙখৎনবা অমদি চবাংনবদা পকশিন্দুনা লৈখিবনা, মীওইবগী হক্কী দবকাব লৈবা মওং মবিন শেম্বদা পুক্লিং থৌগৎপিবা তৌদনা লৈবি। এসিযাগী অপুনবা হায়বা অসিমক লমদম অসিগী কান্নববা অমসুং এসিয়াগী* ওইবা মীওইবগী হক্কী ৱাখল্লোন হেনগৎহন্নবগী কান্নববা ৱাবম অমনি। অইবগী ৱাবেং অসিনা মীযামগী লুচিংবা অমদি থৌবাং শেম্বশিংবু যাম্না কুইনা পাংথোক্তনা লাক্লবা আইন্না যানা থোবকপা মীওইবগী হক্কী উচল শেম্বদা পুক্লিং থিংজিন্নবা হার্যবি। মসিসু চুম্মী মদুদি এসিযাগী জিন মোনেত অমা লৈতবনা, এসিযাবু খঙচং চিংখৎপা ওম্বা অমদি মকওইবা মচাকশিং– বাজনিতি অমসুং শেলথুমগী এজেন্দাদা লৈবাক মযাম্বু যাওমিন্নহনবা ওম্বগী অৱাৎপদু ফাওবি। শেলথুমগী যুমফমদা খেন্নবম্বা অদুসু লৈবকত্রে হাযবা যাই। মেম্বব লৈবাকশিংগী ICCPR গী মখাদা মতম মতমগী পাওদম (বিপোর্ট) যুঃ এনঃ গী মীওইবগী হক্কী কমিতিদা লানখৎপগী থবকসু মপুংফাদে অমসুং মতম খবগী ওইনা তৌই। পাওদম লানখৎপগী ৱাশর্কখিবা থৌদাংসি চেৎশিনহনবা যাই অমসুং চেৎশিন্নবা লৈবাক অদুগী সবকাবনা লৈবাক্তুদা লৈবা এনঃ জিঃ ওঃ শিংবু লৈবাক্তুগী পাওদম শেম্বদা শিজিন্নবা যাই। মাইগৈ অশোমদসু মনুং মপান নাইদবা অমসুং শেংনা তৌবা ৱাৎলি। ইণ্ডিয়াগী ওইবা পেবিওদিক বিপোর্ট শেম্বদা, থোকইবা ফিভমদগী যাম্না লাপ্না থমদুনা পাওদম শেমই।

---

* এসিয়া এজেন্দা য়েংগদবা, অইবগী (ইদ), হ্যুমেন বাইটস, ওমসনস, দিল্হী, ১৯৯৪

জাতিগী মীওইবগী হক্কী ইন্সটিটুশনশিংসি মথংগী চহিচাদদি মীয়াম্না খণ্ডনবকপা অমদি য়াওরকপদগীদি, শোইদনা মপাঙ্গল কনখৎলকপা য়ারি। ভাবতকী ওইনদি, নেস্যানেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন [NHRC] অসি ১৯৯৪ দা এক্ট অমগী মখাদা থমখিবনি। ভারতকী NHRC গী মথৌ পাংথোকপগী থাক অসি ২০০০ নত্রগা ২০১০ দদি মপুংফানা নৈনবা য়ারগনি; হৌজিক্তি কমিসন অসি ময়া হৌবগী থাক ফাওবা য়ৌদ্রি। ইং কুমজা ১৯৯৪ গী নেস্যানেল হ্যুমেন রাইটস প্রোতেকসন এক্ট অসি শেমদোকপা দরকার ওই, মরমদি লাম্নীগী অকায়বশিংবু থিজনবদা কমিসন মতোমতগী ওইবা পব্রাব পীদে। ভাবতকী সুপ্রীম কোর্টকী মীওইবগী হক কনবগী মরীলৈনবা জুদিসিয়েল এক্তিভিজম মফম অয়াম্বদা থাগৎনবি। তেক্নিকেল ওইবা অমদি, কুপথদবা প্রোসিদ্যুয়েল কন্সত্রেন্টশিংনা সুপ্রীম কোর্টপু ক্লাস অমদি এফারমেতিভ এক্সন্দা অচুম্বা তৌবদগী থিংবা ঙমদে। অব্রাং নোংপোক্কী মতাংদদি, ইং কুমজা ১৯৮০ দা শিংনখিবা ১৯৫৮ গী অমুবা আইনবু কোর্টশিনা ১৯৯৭ তা বায় পী–চহি ১৭ চুপ্পা মীওৎ মীনৈ তৌবদা, মাগী এক্তিভিজম মোন মখাদা লোৎতুনা থমজনখি।

হৌখিবা চহি খরদা, সুপ্রীম কোর্টনা ষ্টেট লাইয়েবীলিতি ইন তোর্চর লাওথোকখিবগা লোইননা, লিরবা বৃটিশকী সোভেবেন ইম্যুনিতিগী ব্রাখল্লোন্দু তপ্পা তপ্পা কোকহল্লকই। এক্তিভিজম অসিগা লোইননা, সিতিজনশিংবু আইনগী ব্রাংমদা ফাজিনবা নত্রগা কস্তদিদা শিবনচিংবগী ব্রাথোক্তা, মখোয়গী ফন্দামেনতেল বাইটসপু লৈবাক ঙাকপশিংনা অকাযবা পীবগীদমক কম্পেনসেসননচিংবা পীবগী চৎনবীশিং লৈখ্রে। মদুগী মথক্তা, মদুদা চেন্নবা পোলিশনা মশানা শেল অদুবু শিংগৎনবা রায খরসু লৈরে। অদুমওইনমক, মসিগী পথাপসি সুপ্রীম কোর্টনা চানবা কেস খরদা অব্রাবা কোক্লনবা তৌবগুম, ফন্দামেনতেল রাইট শোকপগী থৌদোকশিংদা কম্পেনসেতরি দোক্ত্রিন অমা মপুংফানা লৈহনবদি ঙমদ্রি। সুপ্রীম কোর্টনা হায়বিবা অসি পুবক্লবা হোৎনজরবসু, পাক শন্না ভারতকী অঙম অথৌশিং অমদি আইন ঙাকপা কাংবুশিংনদি, মীওইবগী হকপু মীনুংশিগা লোয়ননা য়েংবা ঙমদ্রি। শম্না হায়রবদা, নেস্যানেল ইন্সটিট্যুসন খিবিকপু মীওইবগী হক কনখৎনবা মওংদা শিজিন্নবা হায়বদু ঙমদ্রি। ইং কুমজা১৯৯৩ দা শেমদোক

শেমজিন তৌখিবা, মে ২৩, ১৯৯৫ দা মপুং ফানা চৎনবা হৌখিবা তা-ডা, ১৯৯৫ গী মখাদা ফাখিবা চাওবাক্না লৌমী লীশিং ৮০, মশিং যামজদবা মী কাংবুশিং অমসুং লৈবাক ঙাক্লিবা বাজনিতি দলগী লম্বাশিং, আইন থুগাযবা মীওই চা খবগা নত্রগা, তেবোবিষ্ট দবজন খবতগা পুন্না নমশিন্দুনা থমখ্রে। লৈবাক ঙাকপশিংনা পংনা অমসুং চেকশিনদনা তৌকবা অবানবা অসিগীদমক লাল্লে হাযনিংই। অদুবু, মসিগী মখাদা লান্না ফাকববা মী লীশিং ৯০ দা কম্পেনসেতবী বীলিফ পীনবগীদমক লৈবাক ঙাকপশিংনা মশানা পুখৎলকপা ৱাফম (Sou moto) দি লাকত্রি। তা-ডা হাযবিবা আইন অসিবুদি নেসানেল হ্যমেন বাইটস কমিসন্না বিকোমেন্দ তৌবদগী, বেপীল তৌখ্রে।

আইন শেম্নশিংগী মাইকৈদগীসু অথেনবা ৱাখলনা পুবা কাংবুনা পান্না লৌশিল্লুববা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱাবস এক্ট, ১৯৫৮ নচিংবা ভাবতকী অবাং নোংপোক ষ্টেটশিংদা ভুৎ থাজিনবগুম থমজিল্লিবা অসি, ভাবৎকী যশিযন গভর্নমেন্টনা যাথ্রবা ICCPR, ১৯৬৬ না থমখিবা যুনিভবসেল হ্যমেন বাইটস স্তেন্দার্দতগী মযেক শেংনা, শেবান্ননা থৈদোবকলে। মথক্তা পনখ্রিবা, ১৯৫৮ গী এক্ট অসিগী সেক্সন ৪,৫ অমসুং ৬ শুবা অসি ICCPR গী মবী লৈনবা ৱাফমশিংগা চৎমিন্নবা যাদবতা নত্তনা, মালেমগী অমদি জাতিগী এনঃ জিঃ ওঃ শিংনা পাকশন্না যানিংদবা ফোংদোক্লি। অৱাং নোংপোক্তা, অমদি মণিপুব মীযান্না অমুবা আইন অসিবু নুতিগী তুক্কচনা চৈহৎলি। মসিগী মবমদি, আইন অসিনা আইনগী বাংমদা বীচাব তৌদনা লাম্নীনা মী হাৎপবু আইন ওইহল্লি অমসুং লাওথোক্তবা ইমবজেন্সি আইনশিংগী মিংদা বীচাব তৌদনা মী হাৎলিবা সিফাইশিংবু কন্ননবা আইন যাওই। চপ মান্নবা মওংদা, তা-ডা, ১৯৯৫ দা শেমদোক শেমজিন তৌখিবদুদগী আইন অসিগী সেক্সন ৩,৪,৫,১৫,১৬,১৯, অমসুং ২১ শুবা শিংসিনা ক্রিমিনেল অমদি কনষ্টিট্যুসনেল লোগী চৎন পথাপসিবু চাওনা অমদি, ইকাইবা খঙদবা মওংদা থুগাইবা ওইনা ফংই।

মতাং অসিদা, ঐখোযবু আইন নৈনবা হৈববা জেননিংসপু নিংশিংহল্লী। মহাক্না মতম অমদা অসুম্না হাযবম্মী মদুদি ইংলিস পাবলিযামেন্টনা নুপাবু নুপীনি হাযনা লাওথোক্লবা আইনশিং অমদি অদুগুম্না

আইন কয়া শেম্বগী হক লৈ, অদুবু মসিনা অপুনবা লৌশিং [কলেকতিভ রিজডম] গী অঙাওবা শকক্তুবু কাংথোবকপনি; হায়বদি, লান্না লৌবা পোজিতির্ভিষ্টনা আইনগী, চৎনবীগী মীংদা, মীওইবগী অচুম অবান খঙবগী শক্তি অদুবু থুগাইবনি।

লৈবাক মনুংগী মীওইবগী হক ঙাকপগী জুবিসদিক্সনদুবু এবসোল্যুট সোভরেন্তীগী রাজনিতিগী রাখল্লোনগী যুম্ফমদা নুংগুম্না থম্বা য়াবোই, অমসুং অসুম্না থম্বা তৌবোইদবনি, মবমদি–সোভবেন্তীগী রাখল্লোনসিগী অযান্বা শকক কুনমাথোইশুবা চহিচাগী মতমগী ইবোননুংদা লুপ্লি অমসুং রাজনিতিগী শক্তি য়েনথোকপা [দিভোল্যুসন] হেনগৎলক্লি। মসিগা লোয়নন্না, পৃথিবীগী শেলথুমগী অপুনবা ফিভম লাক্লিবসিসু য়াংশিল্লক্লি। মতাং অসিদা, অমুক হন্না পুবকপা ঙম্লবোইদৌবা এবসোলুতিষ্ট কনসেপ্ত ওফ সোভবেন্তী অমদি ত্রেদ প্রোতেকসন্নিজমগী রাখল, মথংগী চহিচাদা মশক উদবা লাইতিনগী রাবী ওইনা লৌবা য়াই।

লম লম মনুংগী আইনশিং–পেতেন্ট আইন যাওনা, WTO গী খুদোংচাবা অমসুং মীওইবগী হকশিংগা চাননা ইথোকর্নবিবা অকুবা মতর্মসিদা, মালেমগী ওইনা যানবিবসিগা মবী লৈনদবা পেতেন্ট আইন চৎনহন্নবগী অঙাওবা মঙ অদুদি নোক্লিংঙাই ওই অমসুং লোয়নন্না মাংননবা ওই। চৎনদ্রবা রাখল্লোন অমসুং মীযেং অসি হৌবক্লিবা মালেমগী লৈপাক অমগা অমগা মতেং পাংনবা অসিদা হকথেংনন্না অকায়বা অমনি, অমসুং মসিবু যানববা স্তেন্দার্দ ওইবে হায়বদি যাবোই। তোঙান্না লৈবগী রাখল্লোনসিনা লৈবাকশিংবু মেদিযাভেল মতমগী তোঙান তোঙান লৈবা অমদি লৈবাক অমগা অমগা নুংশিনদবগী মীহাৎপুংদা অমুক চঙশিল্লকপগী অকিবা পীবি। মালেমদা শান্তি অমসুং ঙাকশেনবগী রাহস্তোকসি কদাই ফাওবা অমগা অমগা মতেং পাংনবা অমসুং কদাই ফাওবা যেংথিনবা লৈত্রবগে হায়বদুগী তাঙ্কক অমা থিজনবা চুমই।

মীওইবগী হক্কা মবী লৈনবা মেছিন্নবী অমা ইং ১৯৯৪ দা লীঙখৎখিবা যুঃ এনঃ গী মীওইবগী হক্কী হায কমিশ্নাবনা ওইবি। এসিযাগী লৈবাক খর্বদি হৌজিক হৌজিক চৎথবিবা মখোয়না মীওইবগী হকপু খোংগাওনববু

য়ুঃ এনঃ গী জুবিসদিক্সনগা পুবক্লনি হায়বগী অকিবা লৈবনা, মীওইবগী হক্কী কমিশ্নাব অমা থম্বগী ৱাফম পুখৎলকপদু থীংখি। অদুবু, মালেমগী খোল্লাওনা, অপীকপা অথিংবা অসিবু মায়থিবা পীখি। কমিশ্নাবগী ওফিস অমসুং মাগী পান্দমশিংদুবু যেংশিনবা তাই, মবমদি হৌজিক ফাওবদা মমল লেপ্পা যাবা থবক থৌবমগী মপুংওইবা খুদম উগদবা ৱাংলি। ইন্সটিট্যুসন অসিনা পৃথিবীগী মীওইবগী হক্কী স্তেন্দার্দ শেম্বদা, হেনগৎলক্লিবা ইথিল কয়াবু যেংলুবগা মথংগী চহিচাদদি নিংথিনা চাওখৎপা ঙম্লকপা যাই।

অহানবদা, থিম [theme] মেকানিজম অমসুং মীওইবগী হক্কী বাপোবতিয়ার্সকী জুবিসদিক্সনশিং [মথৌ] গা কমিশ্নাবগী জুবিসদিক্সনগা চয়েৎনবা তৌবোইদৌবনি। অনিশুবদা, কমিশ্নাবনা, সবকাবশিংগা ৱাবী শানদুনা অমসুং য়ুঃ এনঃ গী মখাদা লৈবিবা মফম খুদিমক্কী মীওইবগী হক্কী থবক তৌবিবা এজেন্সিশিংগা মতেং পাংনদুনা মশাগী মফম অমা যাৎচগদবনি।

য়ুঃ এনঃ গী এজেন্সি কযামকম, বিজিয়নেল কমিসন কয়া য়ুবোপতা, অমেবিকাদা, অফ্রিকাদা লৈবিবা অমসুং নেস্যনেল ইন্সটিট্যুসন কযামকম্না মীওইবগী হকপু যেংশিল্লি। মলতিলেতবেল ত্রিতি কযামকম্বু লৈবাক পুম্নমক্না সাহি তৌনবা, বিজাবভেশন থম্লম্বসু লৌথোক্লবা ফোবম কযামকম্না তকশল্লি। মদুগী মথক্তা লাঞ্জাও, ন্যক্লিযাব ৱাব থোক্তনবা, মীয়ামদা মাঙতাকহন্বা যাবা খুৎলায শিজিন্নবা থিংবা— দিসঅবমামেন্টকী লম্বীদা চঙশন্নবা হোৎনবা কযামকমশু, সসতেনেবল দিভলপমেন্ট [মতম শাংথনা চাওখৎপা] কা ইবোযননা চৎনবা হোৎনবনা মালেমগী অপুনবা এজেন্দা ওইবি। হোৎনবা অসি লেপ্তবি। মণিপুব, অৱাংনোংপোক্কী ওইনদি, য়ুঃ এনঃ না, অৱাংনোংপোক্কী ফিভম যেংশন্নবা, 'স্পেসিযেল বাপোবতিযাব ফোব ইন্দিযা' কৌবা অমা শেম্বগী দবকাব ওইবকপা যাই। মালেমগী বাজনিতি অমসুং মালেমগী শক্তিশিংগী ইক্যুইসনগী উন্নফমদা লৈগদবা মীওইবগী হক্কী লোকস [Locus] অদু মপুংফানা অমদি চুম্না লেপকদবা ৱাৎলি। মীওইবগী হক অসি তশেংনা তোঙান্না লৈবা পোৎ ওইনা, বাজনিতিগী এক্সপিবিযেন্সকী ৱাংমদা, মপুংফানা তোঙান্না লৈবা যাবোই। থকমগী লাল মতুংগী য়ুনিপোলাবীতি নত্রগা, মলতিপোলাবীতি—লোয়না লোয়ননা শক্তিগী খল ওইনবা [balance of power] অমদি, লেংদনা লৈবা শক্তিগী উচলনা

মীওইবগী হক্কী স্তেন্দার্দপু থবক্তা ওনবদা, মেতেবিয়েলাইজেসনদা অথিংবা পী। শক্তি অমদি জষ্টিসকী মবী অদুসু জষ্টিস ওফ পৱাব নত্রগা, পৱাব ওফ জষ্টিস কৌবা মওং অনিদা খেন্ননা লৈগনি। ফীদমনিঙাই ওইবা মীওইবগী হক্কী মওংদি পৱাব ওফ জষ্টিসতা লৈ: অদুবু অশেংবা রাজনিতিদি জষ্টিস ওফ পৱাবগী মনুংদতা লৈ।

মালেমগী সুপব পবাব ওইখ্রিবশিংদা নত্রগা, ওইবিবনা মীওইবগী হকপু মখোয মখোয়গী নেস্যনেল ইন্তরেষ্টকী যেংদুনা, মতম মতমগী ওইনা খুৎলায ওইনা শিজিন্নদে হাযবা যাবোই। অদুমকপু, মালেমগী পব্লিক ওপীনিযন অমদি মেদিযাগী পাঙ্গলদা অথেনবা রাখল্লোনগী রাংমদা মীওইবগী হকপু মালেমগী পাদম অমখক্তা থম্নবা হোৎনবা তাই। নেস্যনেল ইন্তরেষ্টতি হোংবা যাই, হ্যুমেন রাইটসকী স্তেন্দার্দদি মদুম্না খক হোংফম থোক্তে। মিলোজ লৈবাক্কী মিলিযানশিংগী মীওইবগী হকপু খৃষ্টগী মমাংগী অমদি কাহেনবা নিতি চৎপা এথেনিযানশিংগা মবী লৈননা যেংখৎপা মতমদা, এথোনিযানশিংনদি মিলিযানশিং মীখাপোন্না মশা মগন্তা পুঙমাং মাংজখিবা হাযবদু যাবমদে। মিলোজ লৈবাক মাংখ্রে. অদুবু মদুগী থৌনা অদুদি অফবা অচুম্বগীদমক হিংদুনা লৈবি। পৱাবনা মীওইবগী হকপু মাংহনবসু ঙমই অমসুং হিংহনবসু ঙমই। হৌজিক্কী মতমগী মীওইবগী হক্কী থাক যাম্নসু হোংদ্রি, অমসুং কুনমাথোইশুবা চহিচাদসু পাংথোকত্রিবা এজেন্দাগী লিষ্ট অদু চাওনা হোংবদি তৌবোইদৌবি। মাইক্রো অমদি মেক্রোগী থাক্তা, পৱাবগী ইক্বেসন হোংবা যাই।

মীশিং কাহেন্না যামখৎলকপা, খুৎশাহৈবা, ঈ পাওগী লম্বী খঙহৌদনা চাওখৎলকপা, চাবা ফংদবা, লাযনা তিন্না, লান খুৎথোক্লবশিং, লৈবাক মতাই অমসুং লমগী খৎনবগুম্বশিং হৌজিক্কী মতমগী চাওখৎপগী চংদ্রবা যাদ্রবা মচাকশিংদি পৱাব বিলেশনশিপকা খৈন্নে। মথংগী চহিচাদসু খৎনচৈনবা অমদি পৱাব হোংদোক হোংজিনশিং অমত্তা থোক্লোই হাযবা লৈতে, অমসুং মীওইবগী হক্কী লৈবক্কদবা ফিভমশু মসিগী মতুংইন্না হোংলক্কদৌবিবনি। যুঃএনঃ না, লানবু আইননা থিংই হাযনা লাওথোকই অদুবু, লান হাযবসিদি লৈতবা যাবোইদবা হিবম অমনি অমসুং লান্দা মীওইবগী হকপু পাক

শন্না শোকহনবা হাযবসিসু আইন্না থিংলিবা হিবমনি। লান পান্নদে হাযবিবা গান্ধীগী ইন্দিযাদা পৈশিল্লিবা লান্মী, লানগী খুৎলায, মানা তৌখিবা লান কযা অদুনা গান্ধীগী ইন্দিযানা লান তৌনদনা লৈবা ঙমদে হাযবদু তাকই।

যুঃ এনঃ না মালেমদা শান্তি অমদি অশোই অঙাম যাওদনবা ঙাক্কনি হাযনা যুঃ এনঃ চাবতবদা ইদুনা হাযবি, অমসুং পান্দমশিংসিদা মতম পুম্বদা অচুম্বা অদুদি লোৎতুনা থম্লি। মখল খুদিংমক্কী তেবোবিজম–প্রাইভেত নত্রগা ষ্টেট তেবোবিজম যাওনা মালেমগী মফম পুম্নমক্তা, মীওইবগী মাইযোক্তা তৌবা চুমদবা অবানবা [ক্রাইম] নুমিৎ খুদিংগী থোকই। তেবোবিজমগী, মফম পুম্নমক্তা যানববা, বাহম্বোক অমাফাওবা মালেমগী লৌশংশিংবশিং অমদি আইন শেম্বশিংনা থম্বদি ঙমদ্রি। মালেমগী আইন অমসুং যুঃ এনঃ গী মশা মবেং পুম্নমক –জেনেবেল এসেম্বিল্লি, সেক্যুবিতি কাউনসিল, মীওইবগী হক্কী কম্মিতি অমসুং কমিসন, মালেমগী বাযেলশং যাওনা, মব ওইনা ১৯৬০ গী যুঃ এনঃ না লোইলম মুৎথৎনবগী খোংজং চঙশনখ্রবা মতুংদা, লেপ্তুনা হৌবকফম থোকপা বাজনিতিগী হিংশা অমসুং জাতিগী নাংতমহন্নবগী লানশিং লোইশন্দ্রি।

মালেমদা মনিংতম্না লৈবাক ১৯০ বোম লৈববা মতুংদা, মনিংতম্না লৈপাক ৬০ বোম অমগা থোক্লক্কদৌবগী মতম ঙাইবি; অদুবু, মালেমসিগী নেস্যানেলিতি অমসুং ত্রাইবস, ইথনোস ২,০০০ পুম্নমক্লা মনিংতম্না হাযবদুদি ওইথোক্তে – চীংমচা মচা, খুল মচা, ইথৎ মচা খুদমক্লা মতোম মতোমতা মনিংতম্না লৈবাক ওইনা লেপ্পা ঙমদে।

***নৈনবিবা ব্রাফম অসিনিঃ*** তেবোবিজম হাযবসি মীওইবগী মাইযোক্তা তৌবা চুমদবা অবানবনি, অদুবু মনিংতম্না মৎপিশ্রবা জাতিশিংগী নিংখা তম্নবগী ইহৌশিংবুদি মালেমগী আইন্না অযাবা পীবি। মীযাম্না [পীপল] সেল্ফ দিতবমিনেসনগী হক শিজিন্নবা মতমদা, মীযাম্না মালেমগী আইন চুম্না শক্তি শিজিন্নবা যাই, অদুবু তেবোবিজমনা শিজিন্নবা শক্তিদি আইনগী ব্রাংমদনি অমসুং লাল্লি হাযনা চৈনিংঙাই ওই। মতাং অসিদদি, জষ্টিস ওফ পব্রাব অমসুং পবাব ওফ জষ্টিসগী খেৎনবদু খঙবা তাই। খাযবিবা লঙদাই অসি

লৈবাক লৈবাক্কী নত্রগা মফম মফমগী ওইনা লৈবা নত্তে; ব্রাফম অসি মফম পুন্নমক্কীনি। মবা তপ্তুবা ফিভম নত্রগা, খৎন-চৈনবা, লান নঙলবা লম অমগী মীওইবগী হক নৈনবদা, মীৎয়েং অসি যাওনা পাগদবনি। ঙসিফাওবদা, ইং কুমজা ১৯৯১ দা সোভিযেট য়ুনিয়ন্না ঈমু-নাযমু তানদনা লৈবাক ১৫ দা মনিংতম্বা পীখিবা নত্তনা, মনিংতম্বা হাযবসি কনামত্তনা সনাগী শেম্পাকতা লাম্ছোকলগা পীখিদ্রি, মুল্লগা লৌখিবা ঙাক্তনি।

অতোপ্পা ব্রাফম খঙবদা নুঙাইবা অমনা, বাজনিতিদা পুন্সিল্লবা মীওইবগী হককী শক্তমদি অতোপ্পা লৈবাক্তা মতেং পাংবগী বাজনিতিনি। অমেবিকানা, মাগী তেংবাং ফংলিবা লৈবাক অমগী মীওইবগী হক্কী স্তেন্দার্দবু অমেবিকাগী অপাম্বা ভেল্যুদা যুম্ফম ওইবগা লেপ্পী। স্তেন্দার্দ লেপ্পগী থবক অদুসু অমেবিকাগী মমল অমদি নার্পচৈ শিজিন্নদুনা লেপ্পী। থৌবাংসিদা কযা যাম্না অমেবিকা নত্রগা, যুবোপকী স্ত্রেতেজি, কান্নবদু লোৎতুনা থল্লিবা পান্দমগী মনুংদা খননদবগে হাযবসিসু হঙনবিবা ব্রা অমনি। থৌদৌ অসি শক্তিগী বাজনিতিগী চংদ্রবা য়াদ্রবা মচাক অমা ওইবি। হ্যমেন বাইটসপু অমেবিকাগী দিপ্লোমেসী অমদি ফোবেন পোলিসিগী মচেৎ অমা ওইনা শিজিন্নে হাযনা লৌনবি। লৈবাক অতৈসু নিযম অসি চত্থবম্বা যাই। লৈবাক পুন্নমক্না গেম অসিবু চপ মান্নবা মওংদা শান্নবি অমসুং মীওইবগী হক অসি মপুংফানা অসিগুম্বা থৌওংদগী তোখাইবা তৌদে। ভাবতনা তিবেততা, তামীল ঈলামদা, ময়ানমাবদা, আফঘানিস্তান্দা চত্থবিবা পোলিসি অদুমক অমেবিকাগী কাববোন কোপীনি – ইষ্ট পাকিস্তানবু মনিং তমহনগনি, শ্রীলঙ্কাদা আইঃ পীঃ কেঃ এফঃ থাকগনি। মীওইবগী হক্কী মফম পুন্নমক্কী ওইনা যানববা স্তেন্দার্দ, মশাগী কান্নগদবা অমসুং খুদোংচাগদবা বাজনিতিগী থৌওংগী ওইনদি মমল হম্বহনবা তৌবোইদবনি। বাজনিতি অমসুং শক্তি তান্নবা অসি মীওইবগী হক্কী মথা পোন্না থম্বদি য়াই; অদুবু মীওইবগী হক্কী বাজনিতিগী পো কাংনবা নত্তে, মরমদি হক অসি থানবা য়াদ্রবা মীওইবগী মচাকনি। ভিযেন্নাগী ১৯৯৩ গী লাওথোকপনা পীবিবদি– মীওইবগী হকশি অমগা অমগা মবী লৈনৈ, তোখাযনা খাইদোকপা য়াদে অমসুং মফম খুদিংদা চুমই [যুনিভবসেল ওই] হাযবিবসি, মীপুম খুদিংনা, লৈঙাক্না চেকশন্না লৌবা তাই।

২

# ভিয়েন্নাগী লাওথোকপা অম্সুং থৌরম্ পরেং, ১৯৯৩

মীওইবগী হক্কী পুৱারীদা, ইং কুমজা ১৯৪৮ গী য়ুনিভরসেল দিক্ল্যারেসন অমসুং ১৯৯৩ গী ভিয়েন্নাগী লাওথোকপা অচৌবা থৌদোকশিংনি।

অনিশুবা মালেমগী লাঞ্জাওদা, মী ক্রোর কয়ানা খুজিং ওইদুনা শিখিবা, মশিং থীবা ৱারবা ক্রোর কয়ানা শোকখ্রবা, ক্রোর কয়ানা শোয়নাইরবা মতুংদা [ক্রোর = ১০০০ X ১০০ X ১০০], মীওইবগী হক্কী ৱাফমসি মীওইবগী ৱাখলদা অকনবা শাফু অমা ওইনা পোকখিবনি। কনা-কনাগুম্বা অৱা-অনা, থেংনদবশিংনা মীওইবগী হক অসি অকে-অমৌগী, কান্নদবা অচম্বা ৱা ওইনা লৌবা য়াওই, অদুবু ইরমদমগী পুৱারীদদি মীওইবগী হক্তগী হেন্না নকশনবা এজেন্দা অমা ঙসিদি থিবা হায়বসি অরায়বা ৱা নত্তে।

ইং কুমজা ১৭৫৫ দা খুন্তাক অহানবা থোকপদা, কবোশিংনা [মণিপুরী চীংমীবুদি ইশোক শোক্লমদনা], মণিপুরী তম্মী অয়াম্বা তুম্না ওৎ-নৈদুনা হাৎখ্রবনি -- মদুম্না, চহী ৬৬ উপদ্রোপ তৌদুনা শুম লাকপদগী, খুন্দা-লৈতাবা হৌবোয়-হৌদবোয় তৌবদা মঙায়রি, ১৮১৯-১৮২৫ ফাওবা, চহী ৭ চুপ্পা, নোংমা কাংদনা য়াইবিনা লেংদুনা, মোরোক মৈ থাদুনা, ওৎ নৈদুনা চীংমী শোকতনা মীতৈ ইমুং ২০০০ হিংহৌবা নত্তনা, পুংতুম তুম্না হাৎখ্রবনি। খরা অমনা, পান-মণিপুরী ওইনা মীরমদা চেনখিবদগী হল্লকখিদ্রবনি। চহি ৬৬ অমগা অমুক লৈরগা, মিং-মায় পাংবা ইঙমমক ঙমদ্রিঙৈদা, ১৮৯১ দা খোঙজোম লান্দা অথৌবা কয়া শিখ্রবনি। কাংখোং চাইখ্রে হায়বা য়াই। চহি ৫৪ অমুক লৈরগা, অনিশুবা লাঞ্জাওদা, কাংখোং চায়রক্লবনি। চহি ৩৩ লৈরবা মতুংদা, লৈবাক্কী ঈহৌ লাকপদগী, ১৯৭৮ দগী ঙসি ফাওবা, মিকপ মিরাওতমক ঐখোয়না তাবা ফংই। ইরমদমগী ৱারীদা, মীওইবগী হক থমখিবা, ঙাকথোকপা, য়োকখৎপা হায়বসি, অকে-অমৌগী ৱা ওইবদি লায়রদুনা হিংবগী মচল অমা ওইরিবনি –

ওইগদৌরিবনি। মসিগী যুম্ফমদা, ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশন, ১৯৯৩ অসি তেন্তকনা নৈনজগে। ভারতকী অতৈগী লমদা, অপিকপা থৌদোক খর চহি ২০০-৩০০ দা থেংনবা নত্তনা, মণিপুরগী ৱারীশিগুম্বদি থেংনখিদবনা, মখোয়না মীওইবগী হকপু য়াম্না হেন্না চেকশন্না উশনবা, লৌশনবা ঙমদ্রি।

মালেমগী লৈবাক হুপ্পা তিনবা ভিয়েন্না ৱার্ল্ড কনফরেন্স ওন হ্যুমেন রাইটস [১৪-২৫, জুন, ১৯৯৩] কীদা, মশা ওইনশু মালেমগী এন জি ও ৮০০, মীওইবগী হক্কী চেনবা মী ৭০০০ তিনদুনা, মীওইবগী হক নৈনরবা মতুংদা ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশন অসি অবোয়বদা পীখিবনি। নোংচুপকী লৈবাক্কা, থার্দ ৱার্ল্ডগা মীৎয়েং খেন্নবা লৈবদগী, ময়াইগী লম্বীদা য়ানবা অমা শেমখিবনি। শেলথুম চাওখৎপা ঙমদ্রিবা লৈবাকশিংনা ইকনমিক রাইটসপু খরা হেন্না মরু ওইনা নৈনবা পান্নবশু, চাওখৎপা হানখ্রবা লৈবাকশিংনা পোলিতিকেল বাইটসপুনা লূম্না লৌবা পামখি। চীনানা তিবেতকী ৱা কুপশনবা, ভাবতনা কাশ্মীরগী ৱা কুপশনবা পামখি। নিংতম ঈহৌবু, মশামক নিংতম ঈহৌ খবখক থেংনখ্রবা ভারতকী মীহুৎশিংনা, তেবোরিজম ওইনা প্রোজেক্ট তৌনবা কন্না হোৎনখি। মহাক্কী বেসিষ্ট মেদিয়ানশু, নিংতম ঈহৌবু তেবোবিজম ওইনা লেপ্তুনা প্রোজেক্ট তৌরি। ভারত অমদি চীনানা যুঃ এনঃ গী হ্যুমেন রাইটস হায কমিশ্নাব অমা হাপ্পদা য়াম্না কন্না যেৎখ্রবশু, মালেমগী লৈবাক অয়াম্বনা মসিবু থম্বা পামবদগী, ঙসিদি হ্যুমেন রাইটস হায কমিশ্নাব অমা লৈবে। য়ুনিভরসেল দিক্ল্যাবেসন ওফ হ্যুমেন বাইটস ১৯৪৮ চৎনখিবা মতুংদা, ১৯৯৩ গী ভিযেন্নাগী লাওথোকপা অসি য়াম্না মরু ওই।

**চাওখৎনবগী হক**

**[রাইট তু দিভেলপমেন্ট]**

চাওখৎনবগী হক অসি, চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগী ওইনা য়াম্না মরু ওই। ইকনমিক্সতা, লেগেল, পোলিতিকেল ফ্রেমৱার্কতা, হক অসিবু ফোঙদোক্লবা হোৎনরবশু, খ্বাইদগী নৈনরিবা ৱাফমনি। চাওখৎপগী মোডেল হায়বসিমক্তদা য়েৎনবদা লোয়বা নায়দ্রি। অদুবু মসি মীওইবা পুম্বগী হক অমনি হায়বসিদদি য়েৎনবা লৈতে। ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশন্না পীরি – "All human rights are universal, indivisible and interdependent and inter-related"

[পেরাঃ ৫ শুবা] মহাক্না চাওখৎনবগী হক্কী মতাংদা ইরি – "The world conference on Human Rights reaffirms the right to development, as established in the Declaration on the Right to Development, as a universal and inalienable right and an integral part of fundamental human right." [ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশন, পেরা ঃ ১০] চাওখৎপগী লম্বীদা লৈবা অপনবা পুম্বা মালেমগী খুনাই [ইন্তরনেস্যানেল কম্মুনিটি] না লৌথোক্কদবনি।

হক অসিনা হৌজিক্কী অমদি তুংগী মীরোলগী চাওখৎনবা মচাক অমদি ইনভাইরোনমেন্টগী দরকার পীগদবনি [পেরা – ১১]। চাওখৎলকলিবা লৈবাকশিংনা তোল্লিবা মপানগীশেন্দোন কোকহন্নবা লৈবাক অতৈনা হোৎনবীগদবনি [ পেরা – ১২]। অইবনা পনজনিংবদি, ভারতনা মানা পূরুবা শেলগী শেন্দোয়তদা চহি অমদা লুপা ক্রোর ৩০,০০০/- থিগৎলি, [ ইং কুমজা ১৯৯৭ তা মালেমগী হ্যুমেন দিভেলপমেন্ট ইন্দেক্সতা ভারতনা ১৩৮ শুবদা লৈখি। অদুবু লানগী খরচা, ইন্সরজেন্সী নমথবদা, লুপাবু ঈশিংগুম্না হৈথরি।] মনিংতম্না লৈবাক অমতা শেন্দোন লৈতবা য়াওদে - শেন-থুমদা ইন্দেপেন্দেন্ট ওই হায়বসি ৱানা থোক্কনি। মালেমগী খুনাইনা খমথেংনা পাক্তক্লনা লায়র চদৎনবা থোকলিবসি ফগৎনবা, অহানবা থবক – হায় প্রায়োরিতি ওইনা থমগদবনি [পেরা-১৪]। নুপীগী হক্কী মতাংদা নৈনবদশু, ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশননা ১৯৯২ গী রাইও দিক্ল্যাবেশন, এজেন্দা ২১ গা চাননা শাংনা চৎকদবা চাওখৎ-থৌরাং [সস্তেনেবল দিভেলপমেন্ট] পায়খৎনবা পল্লি [পেরা - ২৬]।

মীওইবগী হক্কী ৱাফমগা চাওখৎনবগী তেংবাং পীনবগা লৈনবা মরী পনবা য়াই। নোংচুপতগী মতেং অয়াম্বা চেম্থরকপনিনা, নোংচুপকী ৱাফম মরু ওই। য়ুরোপীয়ান কম্যুনিটিগী নৈনবদা চত্থরকপা ওইনা, Lome IV convention (মঙাশুবা আরটিকল) না, মীওইবদা য়ুম্ফম ওইরগা চাওখৎ থৌরাংগী মতেং পীনগদবনি হায়রি। নোরদিক লৈবাকশিংগী ১৯৯০ গী মোলদে দিক্ল্যারেশন, দেমোক্রেতাইজেশন চত্থবা, চাওখৎপগী লম্বীদা চৎলিবা য়ুরোপকী লৈবাক্তা মতেং পীনবা নৈনৈ। অমেরিকাগী ১৯৭৫ গী তোম হারকিন এমেন্দমেন্টনশু, অমেরিকাগী মতেং পীবা মতমদা, মীওইবগী হক্কা চাওখৎপগী ৱাফমগা মরী য়েংখৎনবা পী। মীওইবগী হক থুগাইবা লৈবাক্তা নোংচুপকী মতেং ফজনা

য়ৌহন্দনবা ৱাফম থমই [য়েংগদবা – ICJ, The Review No. 50, 1993, p. 26]। নোংচুপকী ওইনদি মীওইবগী হক ঙাকপা হায়বসি ফোরেন এইদ অমদি পোলিশিগী চঙদবা য়াদ্রবা মচাক অমা ওইনা লৌই।

## নুপী ওইবীশিংগী হক

ইরমদমগী চনুরানা ভারতকী চনুরা অতৈদগী য়াম্না হেন্না ৱাংবা থাক্তা লৈজরবসু, করিগুম্বদা নুপীশিংবু খর খজিক নেম্না য়েংবা, ময়াং লৈবাক্কী মতৌ লৌবা লমকেৎ লমহাইবা, ৱাজাও ঙাঙবা পাথৌ, শাবা লোইহৌদবা নুপা উবা ফংদবা নত্তে। লৈবাক অতৈদদি নুপীগী হক থমদ্রে হায়বা য়াবা খুদম ফংবদগী, মালেমদা নুপীগী হক কন্না ঙাক্লুবা ৱারেপ লৌবি। ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশননা মতাং অসিদা পীরি – "The human rights of women and of the girl-child are an inalienable, integral and indivisible part of universal human rights" [পেরা - ১৯]।

মনাৎকী চুম্নদবা নিয়ম, মালেমদা মীবু ললোনবদগী থোরকপা, নুপীদা ওৎ নৈবীবা, হাৎপা, নুপীগী ওইবা ইকায় খুম্নবা মাঙহনবা অমদি মাঙনবা তৌবা থবক মুৎথৎকদবনি [পেবা – ১৮]। মালেমগী ষ্টেট পুম্নমক্না, রিজারভেসন অমত্তা থম্বা তৌদনা, ২০০০ এঃ দিঃ ফাওবগী মনুংদা "Convention on the Elimination of All Forms of Discrimination Against Women" চৎনগদবনি [পেবা ঃ ৩৯]। নুপীগা নুপাগা হক মান্নহনবা, অমসুং নুপীগী হক কনখৎহন্নবা ত্রিতি মোনিতর, তৌগদবনি অমদি অনৌবা প্রোশিদ্যুর লৌখৎকদবনি [পেবা - ৪০]। মীওইবগী হক্কী মতাংদা তৌখিবা ৱার্ল্ড কনফরেন্সনা নুপীশিংবু ৱারেপ লৌবগী থবক্তা, হায়বদি ঐখোযগী লোন্দা হায়রগা অচৌবা ফমদা ফম্বদা, য়াওহনগদবনি [পেবা ৪৩]। ইরমদমগী খুনাইদসু, মসিগী মপুং ফাবা মমি তাহনগদবনি।

## অঙাংগী ফংফম থোকপা

ভিয়েন্না কনফরেন্সতা অঙাংগী ফংফম থোকপবু য়াম্না কন্না শৌগৎলি। মরমদি – ঐখোয়দি, মখোয়গী তুংগী লম্বী ওইরিবনি - অপিকপা লৈগী চারগুম্বনি। অদুবু, মালেমগী মফম কয়ামরুমদা, মখোয়বু ওৎপী-নৈবীবগী ৱা নুংতিগী তারি। য়ুমলোন্নবা অসামদা, অসামগী মিদল ক্লাস য়ুম খুদিংদা, অসামী

অঙাং অমবু মীনাই ওইনা থম্মদবা য়াওদে – মশানা প্রোগ্রেসিভনি হায়জবা, কাষ্টতা যুম্ফম ওইবা প্রো-কম্যুনিষ্ট ওইবা লুচিংবশিং থাবগা। ফেক্তবীদা, ইন্দস্ত্রীদা, দুকান্দা, লবুক্তা, তাউন্দা অঙাংশিংবু এক্সপ্লোইত তৌদবা মফম ভাবত্তা থীবা ৱাগনি।

ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশননা পীবি – "Measures should be taken to achieve universal ratification of the convention on the rights of the child by 1995 –" [পেবা - ৪৬]। য়ুনাইতেদ নেসন্স অমদি মাগী মশা ওইবা এজেন্সী পুম্নমনা নুপীমচা-অঙাংগী মীওইবগী হক মবিকচুম্না ঙাক্লবা পীবি [পেবা - ৪৯]। এনঃ জিঃ ওঃ শিংনা অঙাংগী ফংফম থোক্লবা হক ঙাক্লবা পাযখৎপা থবকশিং মশক খঙলি [পেবা ৫২]। সেক্রেটবি জেনেবেলনা হাযবদা, লানগী খুৎ-থোক্লবিগী মনুংদা, আর্মদ কনফ্লিক্টতা অঙাংশিংবু ঙাকথোকপিনবা উপায থীজন্নবা হিবমদা, ৱার্ল্ড কনফবেন্সনা য়াম্না কন্না শৌগৎলি [পেবা - ৫০]। মদুগী মথক্তা, হিবম অমা নত্রগা অমদগী থবক ঙমজদ্রবা [দিসএবল্ড পবসন] বু মীওইবগী হক পীনবগী ৱাশু পীবি [পেবা – ৬৩-৬৫]। বৱান্দা, সোমালিযা, বোসনিযাদা অঙাং লাক্ষ কযানা মৈচাংদা মৈ ৱাযবদু যেংশন্নবগী মথৌ তাবি।

**য়েলহৌ মী [ইন্দিজেনস পিপল]**

ইবমদমগী ওইনা যেংলুবগদি, মীতৈ, নাগা, কুকী - অহুম্মক য়েলহৌমী ওইনা লৌগদবা মবম লৈ। তৌবগীদি, মণিপুবী ত্রাইবশিংবু নাগা, কুকি কৌবিবা অসি ইকুই কুইদ্রিবা ৱানি* – হান্নদি তাংখুল, মাও, মবিং, হাওকিপ, থাদৌ অসিনচিংবা হায়দুনা লৈবম্বনি। নাগালেন্দগী নাগাগা তাংখুলগা মান্নবা মবম অমত্তা লৈতে, মদুম্না খা মণিপুবগী ত্রাইবশিংশুনি – মখোয়গী মান্নবা লোন অমা ফাওবা লৈতে। বেকৱার্দ ওইবদু খক মান্নে। কুকি অবিবা কয়া, মীতৈগা পুন্না মীতৈ লৈবাক্তা পুৱাবী হৌবদা চঙখিবগী ৱা লৈবি।

পিপল ওফ মণিপুব, শমজল্লগা 'মণিপুবী' [নাগা, কুকী, মীতৈ অহুম্ন খঙনবা ৱাহৈ] নেস্যান য়েলহৌমীনা শাবনি। ১৯৪৯ গী মতুংদশু, মখল কয়াগী ফোরেনর্স চঙলকখি – মখোয়না অতোপ্পা কেতেগোবী অমনি। মণিপুবী নেস্যানগী

* য়েংগদবা, অইবা [ইদ], মণিপুব পাষ্ট এন্দ প্রজেক্ট ভোঃ ৩, ১৯৯৫

মচেৎ – মীতৈ, নাগা, কুকী অহুম্না কমন টেবিটোবীদা লৈমিন্নে, কমন লেঙ্গুইজ ঙাংই, খঙই [ঙরাং, নহান মীওই খরনা মীতৈলোন ঙাংদনবা প্রচার তৌরবশু, পিপল ওফ মণিপুবনা ঙাংইবা লোনদি–মীতৈলোনতনি], কমন হিস্তৰী লৈজে, কমন দেস্তিনী লৈ - অদুবু কলচরদি প্লুরেলিজমনি। মসিগা মৰী লৈননা, য়েলহৌমীগী হক পীবি। মণিপুৰী পিপল য়েলহৌমীনি, মখোয়গী নেস্যন ষ্টেট মণিপুর লৈবাকনি, অতোপ্পা অমা লৈতে।

দিক্ল্যারেশন ওন দ রাইট ওফ ইণ্ডিজেনস পিপলগী ইখৎপা লোইরবা মতুংদা, মাগী ৱার্কিং গ্রুপকী মেন্দেত অদু নৌহৌননা শেমদোক্লবা ৱার্ল্ড কনফবেন্সনা রিকোমেন্দ তৌরি [পেবা - ১৯]। কনফবেন্সনা, য়েলহৌমীবু খুনাইগী থবক থৌরম খুদিংদা মপুংফানা য়াওহন্নবা ষ্টেটশিংদা যাকাইবোল পীবি [পেবা - ৩১]। ১৯৯৪ দগী হৌরগা চহি ১০ চুপ্পা মালেমগী ওইনা য়েলহৌমীগী দিকেদ চখনবা অমদি য়ুঃ এনঃ গী মখাদা, যেলহৌমীগী ওইবা পার্মেনেন্ট ফোবম অমা লিংনবসু পীরি [পেরা - ৩২]। মাইনোরিতিশিংগী হক ঙাক্লবশু পীবি [পেবা - ১৯]। মখোযগী নাৎতা, লাইনিংদা খুৎ থিংজিনবা যাদে।

ইথনিক ক্লীনজিং হাযবসি, জাতি অমবু জাতি অমনা ঙম্মী হাযদুনা লৈফমদগী তাম্থোকপা হাযবসি অচৌবা ক্রাইম অমনি। ভিয়েন্না দিক্ল্যাবেশননা ময়েক শেংনা পীরি; "The world conference on Human Rights expresses its dismay at massive violations of human rights especially in the form of genocide, "Ethnic Cleansing" and systematic rape of women in war situation, creating mass exodus of refugees and displaced persons. While strongly condemning such abhorrent practices, it reiterates the call that perpetrators of such crimes be punished and such practices immediately stopped." [পেবা - ২৮]। ইথনিক ক্লীনজিং তৌরিবা কাংলুপ, নত্রগা, মী মশাদুনা মদু তৌবগী দাযিত্ব লৌগদবনি, মখোযবু পৃথিবীগী শুনাইনা জষ্টিস তৌদুনা দায়িত্ব লৌহনগদবনি [পেরা - ২৩]। মণিপুরগী ৱাফমদা য়েংলগা, মণিপুরগী টেরিটোরী পুম্বা মণিপুবী খুদিংগীনি, ঐগী খুঙ্গং অমদা, চীংদোম্দা, অতোপ্পা ওইবা অমা তাহল্লোই হায়বা য়াদে। ভারত সরকারনা ইথিল পীদুনা, তমগী মণিপুবীশিংবু মশাগী চীংলমদা তাবা য়াখিদনবগী মখা চম্খরকপনা, ক্রাইমশিং

থোরকপনি। ভারতকী ষ্টেট দিপার্টমেন্টগী ১৯৪৭ কী পোলিসিদুগী মহৈনি। মীতৈ তাবা মফম খুদিংদা, নাগা-কুকি তাদবা লৈতে, অদুবু ভারতকী পোলিসিনা মীতৈবুদি মান্নবগী হকশি পীদে - য়েলহৌমী ঙাক্তগী মরক্তা খেন্নবা লৈই অমা চিংখিবদগী, ফত্তবা মচেৎ তাবা ৱাখল্লোনশি, মণিপুর চীংলমদা ১৯৯২ দা পোকখিবনি — অদুবু মালেম্মা মরাল লঙজবা মখোয়বু চৈরাক পীননবা মতম ঙাইরিবনি।

## তেরোরিজম অমদি সেল্ফ দেতরমিনেশন *

তেরোরিজম, - মরাল লৈতবা মীবু কিহনবা, ফাবা-ওৎপা, হাৎপা - তুপ্পা মালেম্মা লেপ্পুনা চৈরি। ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশননা পীরি—"The international community should take necessary steps to enhance co-operation to prevent and combat terrorism" [পেরা - ১৭]। তেবোরিজম মখল য়ামই— ষ্টেট তেবোরিজম, প্রাইভেৎ তেবোরিজম অসিনচিংবা। ভারতনা, তেবোরিজম অমদি পুৱারীগী মতুংইন্না চখরকপা নিংতম ঈহৌবুশু চপ মান্ননা প্রোজেক্ট তৌনবা হোৎনখি - অদুবু, নিংতম ঈহৌদি তেরোরিজম নত্তে। মসিগী খেন্নবা অসি মীচম্না খঙবদা অসুক্কী মতিক চমমনৈ মদুদি লাওবা কননবা অচুম্বা শকই হায়বদুনি। পুৱারীদা য়েংখৎপা নত্তনদি চমন্নবসি কোকপা ঙমদে; মদুগী মথক্তা, ভাবতকী অকনবা রেসিষ্ট মেদিযানা, রেসিজম কুপশন্নবা অকনবা ফিরেপ লৌবি।

তেরোরিজম কন্দেম তৌরিবা, ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশননা, মবোমদোম লেপচবগী হকপুদি মীওইবগী হক ওইনা হান্নগুম্না য়ারি। মানা পীবি — "All peoples have the right of self determination. By virtue of that right they freely determine their political status, and freely pursue their economic, social and cultural development." [পেরা - ২]। মীতোপ্পা ঙাকপা [এলিয়েন দোমিনেসন], মীরম্না লম পায়শনবা [ ফোবেন ওক্যুপেসন], কোলোনিয়েলিজম লৈববদি, মখা থাগ্রবা মী (পিপল) না মখোযগী পোকপদগী য়াওজরক্লবা সেল্ফ দেতরমিনেসনগী হকতু ফংনবা থবক লৌখৎপা

* ওৎপী নৈবিরবা জাতি, মীফুকপকী ওইনদি, অইবগী লাইবিক, রাইট ওফ দি ওপ্রেসদ নেসন্স, এন্দ পীপল, ওমসনস, নিয়ু দেলহী, ১৯৯৬ কুপ্পা নৈনবীগদবনি।

য়াই; অদুবু মনিংতম্বা লৈবাক অমগী লমগী ওইবা ইন্তেগ্রিটি কায়হনবদি য়াদে। ভারতনা আগষ্ট ১৫, ১৯৪৭ দা মাগী লৈজবম্বা টেরিটোবিয়েল ইন্তেগ্রিটি অমদি, নুমিৎশিমক্তদা লৈজরম্বা মণিপুর লৈবাক্কী টেরিটোরিয়েল ইন্তেগ্রিটি কায়নবা অমদা অমনা শোকহনবা য়াদে। মণিপুরগী মণিপুরী, নাগালেন্দগী নাগা পিপলগীশু হক অসি কায়দনা লৈ - মদুবু, লম লৌশনবা লৈবাক অমসুং পরাবনা ইকায় খুম্নফম থোকই।

## ইন্তরনেস্যানেল হ্যুমেনিতরিয়ান লো *

ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশননা ষ্টেটশিংবু ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনশন, ইন্তরনেস্যানেল লো য়াম্না চেকশম্না ঙাক্লবা পীবি [পেবা ২৯]। মানা যাম্না তকশিন্দুনা মখা তানা পীবি ঃ

"The world conference on Human Rights appeals to States which have not yet done so to accede to the Geneva Conventions of 12 August 1949 and the protocols thereto, and to take all appropriate national measures, including legislative ones, for their full implementation". [পেবা-৯৩]। ভারত সরকারনা ১৯৭৭ কী প্রোটোকোল অনিদুবু ঙসি ফাওবা সহি তৌদনা, লৈথোকলি – মসিগী ফিভমসিদা ভারতকী এনঃ জিঃ ওঃ শিংনা তকশিনবসু তৌদে। ভিয়েন্না দিক্ল্যারেশননা এনঃ জিঃ ওঃ অমদি গ্রাস-রুত ওর্গনাইজেসন খিবিক্লা মীওইবগী হক্কী মতাংদা, নেস্যানেল অমদি ইন্তরনেস্যানেলগী থাক্তা অকনবা থৌবাং পায়খৎনবা রিকোমেন্দ তৌরি [পেরা - ৭৩]। মণিপুরগী এনঃ জিঃ ওঃ - মমিং পল্লবদা COHR, CLARHO অমদি মৈরা পায়বীনচিংবা মীওইবগী হক ঙাকপদা অকনবা থৌরাং পায়খ্রবা লুপশিংনা য়ুঃ এনঃ গী মরী লৈনবা ওর্গানগা চে চাং চৎনবগা, মালেমগী ওইবা ইন্তরনেস্যানেল এনঃ জিঃ ওঃ ওইবা য়ারবনি– মতমশু চারবনি। য়াম্না হেন্না ফিল্ড ৱার্ক, রিকোর্দ লৈতবা ভারতকী এনঃ জিঃ ওঃ কয়াশু ওর্গান ওইরিবনি। লুপশিংনা মশা মশাগী রিকোর্দকী মতেং লৌরগা, মালেমগী ওইবা থৌদাং লৌহৌদ্রবদি, ঙাংবা কনবশিংনা য়ুমথক্তগী লাওথরকপা মশানা তাবনি - ভারতকী এনঃ জিঃ ওঃ কয়াদি, উরাও থরাওবশিংগী মকোন্নি।

* অইবনা ফ্রিদম, হেরালদ ত্রিবুন্দা ফোঙখিবা হিরম অসিদা কুপ্না য়েংখৎপীগদবনি।

মথক্তা পনখ্রিবা মণিপুরগীদমক্তা পান্বোম তিংখ্রবা লুপ ২–৩ সিনা মাগী চান্নবা ফমফমদু ফংলগা থবক চত্থবদা কোম্না থোক্কনি। মসিগী মথক্তা, ভিয়েন্না ডিক্ল্যারেশন্না মীওইবগী হক্কী মরমদা ইদুকেসন পীনবা, মালেমদা ইনফোর্মেসন কেমপেইন তৌনবা থৌদাং পীবি [পেবা ৭৮-৮২]।

ভিয়েন্না ডিক্ল্যারেশননা কন্না অশুম্না লৈবাকশিংদা তকশিল্লি - The World Conference on Human Rights urges Governments to incorporate standards as contained in the international human rights instruments in domestic legislation and to strengthen national structures institutions and organs of society which play a role in promoting and safeguarding human rights

[পেবা ৮৩]। মীওইবগী হক কনবগী ত্রিতি পুন্না, প্রোটোকোল পুন্না সহি তৌনবা, থবক ওননবা ভি-দিনা ষ্টেটশিংদা তকশিল্লি [পেবা ১০০]। য়ুঃ এনঃ হ্যুমেন রাইটস হায় কমিশ্নার অমা লাংনবা রাবেপ লৌখিবদু [পেবা ১৮], কমিশ্নার অদু হাপখ্রে, মাগী মেন্দেত অদু কযাম শান্না চৎপগে হায়বদুদি থবক ওইনা খংবা ঙম্দ্রি।

## নৈনবা

ইং কুমজা ১৯৪৮ দা মালেমগী লৈবাকশিংনা য়ুনিভর্সেল ডিক্ল্যারেশন ওন হ্যুমেন রাইটস লৌখৎখ্রবা মতুংদা, ১৯৬৮ দা তেহরান কনফরেন্স তৌখ্রে অমসুং ১৯৯৩ দা ভিয়েন্নাদা মীওইবগী হক্কী ওইবা য়ুঃ এনঃ গী ৱার্ল্ড কনফরেন্স তৌখ্রে। মদুগী মখা চত্থবকপা ওইনা, ভারতনা মশাগী নেস্যানেল কমিসন ওন হ্যুমেন রাইটস লিংখ্রে ষ্টেটশিংগীসু লিংগদবা রাৎলি। মণিপুরগী ওইনা ইং কুমজা ১৯৯৮ দা হ্যুমেন রাইটস কমিসন লিংখ্রে।

মালেমগী ওইবা মীওইবগী হক্কীদমক ষ্টেন্দার্দ অমা থম্নদা, সরকারশিংগী, এনঃ জিঃ ওঃ শিংগী অকনবা থৌদাং লৈ। মদুগী মথক্তা, মেদিয়াগী অচৌবা মথৌদাং অমসু লৈরি। ভারতকী ওইনা মোনোপোলী অমদি বেসিষ্ট মেদিয়া অসি, মাগী তমথিববা মানুবাদী চান্যক্যবাদী, ইন্টরনেল কোলোনিয়েলিজমগী বোল অসি থুনা হোংদোক্লবদি, মীওইবগী হকনা মাগী চাওখৎফম থোকপদু য়ৌবা খক

ঙমলোই। খুদম ওইনা, ১৯৯৪ গী দিসেম্বব ১০ দা ইম্ফাল পোলোগ্রাউন্দা মীওইবগী হক্কী বেল্লিদা মীকোক লিশিং তবা চৎপদু, ভাবতকী মানুবাদী মেদিয়াদা নিউজ ওইদে - মণিপুবগী ওইনা ক্রিমিনেল বিপোর্তিং নত্তবা অতৈ বিপোর্তিং তৌদে মসিদা মাবকেটকী ৱা লৈতে।

অদুবু, ইং কুমজা ১৯৯৭-৯৮ দদি, ভাবতকী কলকতাদা বেজ তৌবা পেপব অনি অহুমদি, মণিপুবগী মীয়ামগী ঈহৌবু মবিক চুম্না হাপ্নবা হোৎনৈ। নিযু দেলহীগী পেপবদি, কোলোনিযেল মেদিযা ওইবি। মী ওইবগী হক থুগাযববু ঙমলিবা মখৈ নমশল্লি। অইবনা কোলোনিযেল মেদিযাবু মখোযগী শিনফমদা মীচং মিখায নাইদনা মায ওর্নশিন্নবা মুক্লবদগীদি, যাম্না তপ্না হোংলকপা খর্বাদ উবা ফংই।

মানুবাদী ভাবতকী মেদিযানা মবিক চুম্বা মীওইবগী হক্কী বিপোর্তিং পিদবনা, মীওইবগী হকতা হেনজিন্না শোকহল্লি। লৈবিবা ইন্সটিট্যুসনশিংনা ভিযেন্নাগী প্রোগ্রাম ওফ এক্সনবু থবক্তা ওলহনবা চঙই ইবমদমগী ওইর্নাদ, মীওইবগী হক নৈনবগী অকনবা মথৌ তাবি।

ইং কুমজা ১৯৪৮ দা লাওথোকখিবা য়ুনিভবসেল দিক্ল্যাবেশন ওফ হ্যুমেন বাইটসপু হেন্না মপুং ফানা থবক্তা ওনবা যাননবা মালেমগী মীওইবগী হক্কী কনফবেন্সনা জুন ১৪-২৫, ১৯৯৩ দা ভিযেন্না দিক্ল্যাবেশন এন্দ প্রোগ্রাম ওফ এক্সন লৌখৎখ। পেবাগ্রাফ ১০০ না শাবা ১৯৯৩ গী লাওথোকপা অসনা, ঙাস ফাওবদা যানখ্রবা মীওইবগী হক্কা মবী লৈনবা ত্রিতি অমসুং প্রোটোকোল পুন্নমকপু, লৈবাক খুদিংমক্লা খোৎখোপ্পা বেতিফাই তৌনবা তকশনলি। পনবা যাবদি, মীওইবগী হক্কী যুঃ এনঃ হায কমিশ্নাব ওইবিবা মিসেজ মেবী বোবিন্সন্না, ওক্সফোর্দ যুনিভর্সিটিদা ইং ১৯৯৭ তা লেকচব পীবদা ভিযেন্না দিক্ল্যাবেশননা মীওইবগী হক হাযবসি পোকপদগী যাওবকপা ওইনা লাওথোকই হাযবসিনি।

# ৩

# নুপী অমদি অঙাংগী হক

মীওইবগী হক ঙম্নমক মান্নরবা মতুংদা, নুপী ওইবী অমদি অঙাং ওইবশিংগী মীওইবগী হক অসিবু খর হেন্না মপাঙ্গল শোনবা ক্লাস অমগী থাক্তা থমই। মখোয়গী হকপু মরীকচুন্না ঙাক্লবগীদমকতা মালেমগী থাক্তা কনভেনশন শেমই।

নুপীগী নিংতম ঈহৌ [ৱুমেন লিবরেশন মুভমেন্ত] কী মীফম হেক লোইরগা, অমম্বা অহিংদা, মদুদগী হল্লকপী নুপী অমতা, লম্বীদা লমহাংদা চৎপা ঙমদ্রি। কন্সটিট্যুশন, কনভেনশন কয়ামরুম্না নুপা-নুপী চপ মান্নরে হায়দুনা অঙৌবা চেবাংদা ময়েক অচৌবদা ইজরবশু, মীফম অমগী দায়স [প্লেতফোর্ম] তা ইকায়খুম্নবা পীবা নত্রগা অচৌবা ফম অমা হাপ্পদা নুপীনা ওইবদা য়ানিংবা অমসুং চাকশঙদা, নুপানা চাকথোংবা ফিশু ফিজাম্না হায়বদুশু খোকত্রি। পোর্পাসিঙ্গব রেমো ফরনানদেজনা, বোম্বেগী এইদস কন্সর্টতা- "অমেরিকা নঙদি নুপীগী প্রসিদেন্ট খোকত্রি, ইন্দিয়া নঙদি ইন্দিরা গান্ধি খোকই" হায়দুনা হায় হুম্না শকই। অমেরিকাগী নুপী লাম্মী লিশিং কয়ানা ইবাক্কী লান্দা চংলি, নত্রগা ইন্দিরা গান্ধীদি নুপী ওইনা মন্ত্রী ওইখিবা নত্তে, নেহক শাগৈগী ফম ওইফম থোকপনা, শাগৈ শুথাংনা ওইবনি হায়বর্দুদি ফিনা কুপ্লুনা থমই।

চেদা নুপীগী, অঙাংগী হক খরদি ইদুনা লৈবে — মদুশু মপুং ফাদ্রি, অদুবু চেদা ইবা হক খরশিফাওবা, তশেংবা পুন্সিদা লৌরুবা নত্রগা পীবা তৌদ্রি। ৱাহং অসি খুনাইনা, খুনাইগী লুচিংবনা খুম্বা তাই। ঙসিগী নুপীগী হক করম্বা থাক্তা লৈ — খুমদবা য়াদ্রবা ৱাহংনি, মরমদি মালেমগী মীশিংগী তঙ্খায় অমদি নুপীনি; মদুম্না, অঙাংনা তুংগী য়ুম্নীরেল ওইগদবনি। নুপীবু ইম্পাৱার তৌবগী অহানবা খোঙথাং ওইবা লেজিসলেচরদা চাদা ৩৩ দগী চাদা ৫০ ফাওবগী মেম্বর ওইনবা রিজার্ভ তৌবদি য়াই, অদুবু খুনাইশিনা চৎকদবা লম্বীদি ফনা য়াম্না শাংই।

মালেমগী অহানবা খুনাই মেত্রিলাইনিয়েলনি [মমাদগী মখাতারকপা], অহানবা লাইনিংশিংদা মমাদা খুরুম্বা ঙাক্তনি। মদুবু য়াদবা ৱাখললোনশু লৈ। মালেম পৃথিবীবু মপাগী চাংদম্নবগী মহুত্তা মমাগা চাংদম্নবা মীওইবগী খুনাই অয়াম্বদা চৎনরকলি। ইরান্দগী লাকখিবা হিন্দু হায়না কৌরকখিবা আরয়ান সেক্সন খরনা, মীরমদগী পুরকখিবা ভেদিক লাইরিক্তা নুপীগী মরুওইবা খব পঞ্জরবশু, চহি লিশিং কয়ামদি, তশেংবা পুন্সিদা মান্নবা হায়বদু থোকখিদ্রি।

মীওইবগী অহানবা খুনাই শেমলকপদগীনা, ফনা শাংনা নুপীশু নুপাগা থোং মান্নানা শেলথুম পু থোকপা [প্রদক্সন ফোর্স] য়াওরুবদগীদি, অথেংবা মতমদা নুপীগী মমায মশাপুম্বা ফিমুনা য়োমশনবীবদগীনা, চাওখৎলে হাযর্জরিবা হিন্দুশিংনা 'মনু'গী স্লোক মতুংইন্না শল [cow] বুদি খুরুম্লগা, নুপীবুদি মৈথাবদা থোইনা কায়দবা পোৎনি হায়দুনা চহি লিশিং কয়া চৎনবর্কলি। সত্তি পথা প্তুগী, অউনপোৎকীদমক মৈথাবা, মদুদগী হৌজিক্না পোর্কাত্রিঙৈদা, পুকতা লৈরিবা অঙাংবু নুপী ওইরবদি হাৎহৌবা হাযবা অনৌবা চৎনবী অমা শেমলিবা মনুংনি। মণিপুবদা অমত্তা চৎনবমদে।

ইং কুমজা ১৯৯৬ কী মে ৩১, ইরাযগী তাইমস ওফ ইন্দিযাগী লমায় ৫ শুবদা ফোংলি—"বিপোর্ট ১না পীবা মতুংইন্না, ভাবততা চহি খুদিংগী নুপীমচা লাখ ৩ শিরি"। নুপীবু, অঙাংবু মীওৎ-মীনৈ তৌবগী ৱাথোক অদুমক নুতিগী ইনবিবনি। 'বেন্দিত কুইন' [ফুলনগী ৱাবী] সিনেমাদা উৎপদা, ভারতকী নেতাশাবা কাসিষ্ট—রেসিষ্ট কযানা নাকোয়ননা মদুবু উৎতনবা শিংনবকপদা, সুপ্রীম কোর্টনা ফিলমদু উৎকদবনি হায়না রায় পী। কোর্টনা হায়রি মদুদি ফুলন দেবীবু অকিবা দাকু ওলহনখিবগী মরালদি খুনাইদুদা লৈরিবা মীওইশিংদুনি [মে ১, ১৯৯৬]। খুনাই অমনা মমিৎ মমায় পাঙনবা হোৎনরকপদা, 'বেন্দিত কুইন'শু য়াম্না পিক্পা বিফরেন্স পোইন্ট অমখকনি। চাওখৎলবা হিন্দু অমনা (ফম্নায়বা কয়ামরুমশু), মাগী নুপীবু কেরোসিন হৈরগা ইমুং পুন্না লৌরগা হাৎপদু, লৌরিবা মৈ চাক্লীবা মীদু, মা মশা ওইশি (ওষ্ঠোক্লশি) হায়রবদি, ধর্ম্ম চেনবা মহাক্তু ধম্মগী মায়োক্তা লৈরক্কনি।

হঙ্গৎনা য়েংবা য়াই। ইং কুমজা ১৮৫৭ কী মার্চ ৮দা, শেৎনবা ফি শাবী নুপীশিংনা অমেরিকাদা নোংমদা পুং ১৬ থবক শুহনবদু পুং ১০দা

হম্ছনবা স্ত্রাইক তৌখি। ১৮৭০ দা থবক-শুবীশিংনা পেবিস কম্যুন্দা কন্না শরুক য়াদুনা লাকই। ইং কুমজা ১৯০৮ দা নিয়ু যোর্কতা থবক শুবীশিংনা ভোৎ থাদবগী হক তানখি। ১৯১০ দা কোপেনহেগেন্দা ক্লাবা জেৎকিননা হৌদোবক্নুনা, ১৯১১ দা নুপীগী নুমিৎ পালন তৌই। ১৯৭৫ দা যুনাইতেদ নেসন্সনা নুপীগী চহি হাযনা লাওথোকই। অশুম্না, মালেমগী চনুবা ওইবীশিংনা খুনাইদা মখোয়গী ইকায খুম্নববা মফম অমা থিবা হৌবকই।

মীওইবগী খুনাইগী থাক খুদিংদা মপুংওইবম্বা, অরাংবা থাক্তা লৈবম্না 'নুপী'না, নুপাগা মান্নবা থাক্তা কুমথবকপদগীনা, হৌখিবা চহি লিশিং খব খক্তংদা, য়াম্না তোনবা থাক্তা চিংথবকখিবশি, খুনাইদা নুপীনা মাগী মফম অদু ঙাক্তুনা থম্না ঙম্নকতবা অমবোমদা, নুপাগী নমথবা [চৌর্ভিনিজম]—অনিমক্কী অপুনবা মহৈনি। হায়বিবা অচেপ্পা খুনাই অসিবু থোং মান্নবা, চেপ্তবা খুনাইদা পুবকপা হাযবসিনা কুইনা চৎকদবা অচুম্না [ক্রুথ] নি। ঙসিগী লাইনিংগী লাইবিকশিংশি, 'নুপী' না মবায চাযথদ্রিঙৈদা ইবম্না থোক্লবদি, মীওইবনা ৱাখলনা শাবিবা 'লাই' [ঈশ্বব] হাযবশি [he God] ওইবগী মহুত্তা [she God] ওইবমগদবনি; মশিমক নুপানা নমথবকখিবগা চেনফদ্রবা খুদমনি। ঙসিগী মালেম্না অপৈবা থল অসিবু চুমথোক্লবা হোৎনবদা, মীওইবগী হক্কী পান্দমবু শিজিন্নবি। ভিযেন্নাগী ১৯৯৩ গী মীফমগী মতুংদা, ইং কুমজা ১৯৯৪ গী মীশিং অমদি চাওখৎপগী মীফম্না নুপীগী মথক্তা মীওৎ মীনৈ তৌদনবা, বিপ্রদর্কতিভ বাইট, নুপীগী হকচাংগী মতাংদা ফিবেপ লৌবে। মতুংদা ফমখিবা বৈজীংগী মীফমদা, নুপাগা নুপীগগী হককী মতাংদা, সোসিয়েল জষ্টিসকী মতাংদা মান্নবা ৱাফম্নু তকশর্নলি।

## নুপীগী হক ঙাক্লবা য়ানচে

মালেমগী লৈবাকশিংগী মশা মশাগী নুপীগী হক ঙাক্লবা আইন লৈজববশু, মালেমগী ওইনা য়ান-পথাপ, যুনিভবসেল ভেল্যুজ অসিদি লেপ্তনা মালেমগী মীফম তৌদুনা শেমই। জুন ১৪-২৫, ১৯৯৩ দা ভিয়েন্নাদা পাংথোকখিবা 'ৱার্ল্ড কনফবেন্স ওন হ্যমেন বাইটস' কী য়ানখিবশিংগী মবক্তা পনবা য়াবদি, ২০০০ এঃ দিঃ দা মালেমগী স্টেট খুদিংমক্তা নুপীবু খেন্নলা থম্বা মুৎথৎনবা শেমখিবা—'কনভেনশন ওন দি

ইলিমিনেশন ওফ ওল ফোর্মস ওফ দিসক্রিমিনেসন এগেনষ্ট বিমেন' অসি রেতিফাই [যাবে হায়বা] তৌবা অসিনি। ৱাবেপশিংগী মমিশি, ভারতকী ওইবা ৱাবেপ, আইন কয়াদশু তাবকপদু চহি খবশিদা উবা ফংই।

ভিয়েনাগী মীফম্না তাখীবা রাবেপ ১গা পনবা তাববদি ১৯৯৫ থাওবদা, লৈবাক খুদিংমক্তা রাইট ওফ চাইল্ড কনভেনসন অদুবুশু রেতিফায় তৌগদবনি হায়বর্সিনি [ভিয়েনা রিপোর্ট পেরা ৪৬, লমায় ২০]। নুপী মচা অঙাংবু হেন্না ঙাকথোকপিবা তৌনবা, যুঃএনঃ গী এজেন্সীশিংনা দাযি লৌনবা রাশু পীবি। শা লান, লান মনুংদা, অঙাংশিংবু হেন্না ঙাকশেনবীনবগী থৌবাং তৌননবা যুঃ এনঃ সেক্রেটরী জেনরেলদা শিন্নবি [রিপোর্ট, লমায় ২১]। লানগী মৈয়োচাংশি থোককপা মতমদা, মখোযবু ঙাকথোকপিনবা, কন্নবিনবগীদমক, লৈবাক ষ্টেট, খুদিংমক্তা ১২ আগষ্ট, ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনসন অমদি, মদুগী মতুংগী ১৯৭৭ কী প্রোতোকোল অনিদু সহি তৌননবা, হেন্নবীনবা, কনফরেন্সনা আপীল তৌখি [রিপোর্ট পেরা ৯৬, লমায় ২৭]।

১৯৯৫ গী দিসেম্বর ৩১ থাওবদা, ভারত লৈবাক্না কনভেন্সন ওন রাইট ওফ চাইল্ড, নুপীবু থাইদোক্না চৎতনবা এন্তি দিসক্রিমিনেসন কনভেনসন সহি তৌখ্রবা মতুংদগীদি, নুপী অমদি অঙাংগীদমক মালেম্না যানখ্রবা, চৎনপথাপ অদু ঙাকপগী মথৌ তাবকই– মদুগীদমক আইন শেম্বা, থবক পাযখৎপা চংই। এন্তি দিসক্রিমিনেসন কমিতি অমবু (CFDAW) আরটিকল ১৭ কী মতুংইন্না শেমদুনা, কনভেনশন অসিবু ঙাক্না চৎনবা মওংদা যেংশিল্লি।

ইং কুমজা ১৯৭৯ দা নুপীগী মতাংদা এন্তি দিসক্রিমিনেসন কনভেনশন, যুঃ এনঃ না যাখিবগী অচৌবা ৱাবী, ৱাফম লৈ। খুঙ্গংদা লাযববা ফিভমদা লৈবা মালেমগী নুপীগী চাং, ১৯৭৫ দগী চাদা ৫০ হেঙ্গৎখি, লাইবিক হৈতবগী মশিং যাম্না লৈ। এসিয়া অমদি আফ্রিকাদা, হাপ্তা অমদা নুপা অমনা শুবা পুংশিংদগী নুপী অমনা পুং ১৩ হেঙ্গৎনা থবক শুই, মদুশু অযাম্বনা পৈশা ফংদবা থবক্নি। চাদা ১০-২০ ফাওবদমক, নুপীনা মেনেজবগী থাক্তা লৈ, মালেমগী হেদ ওফ ষ্টেটকী চাদা ৫ তমক নুপীনা ওই। মদুগী মথক্তা, খুনাইগী ওৎপা নৈবা পুম্বা, নুপীদা অয়াম্বা থোকই। ইং কুমজা ১৯৯৭ তা ফর্মখিবা যুঃএনঃ হ্যুমেন রাইটস কমিতিনা ইন্দিয়াগী লৈঙাক্না নুপীশিংগী

হক মবীকচুন্না ঙাক্তবগী মতাংদা পেন্দবা ফোঙদোকই। মদুবু সবকাবনা চুমথোকপা চঙই।

কনভেনশন ওন দি ইলিমিনেসন ওফ ওল ফোর্মস ওফ দিসক্রিমিনেসন এগেনষ্ট ৱিমেনগী ১৭ শুবা আবতিকলনা কনভেনশন অসিবু থবক ওনবা মওংদা য়েংশন্নবা শেমই। বিপোর্ট অদুবু নৈনবগা, কমিতি অসিনা বিকোমেন্দেশন অমদি সজেসন কয়া পীবা তৌই। হায়রিবা নুপীগী কনভেনশন অসিবু মবিকচুন্না শিজন্ননবা ষ্টেটতা তক্লবা, নৈনবা মতমপুম্বদা চঙই। নুপীগী এনঃ জিঃ ওঃ নশু মসিগী মতাংদা, মখোয়গী হকপু ফংনবগীদমক হনবা লৈতনা প্রেসব পীদ্রবদি, ভাবতকী কন্সটিট্যুশনগুম্না চেদা ঙাক্তা ইবা হক ওইখিবা যাই। মথক্কী কনভেনশন অসিবু থবক্তা পাংথোকপগী মথক্তা, কনভেনশন অসিদা বিজাবভেসন থম্নবিবা অদুবু লৌথোকপা, ওপসনেল প্রোতোকোল অমা শেম্না, নুপীগী মথক্তা মীওৎ-মীনৈ তৌবগী মতাংদা যুঃ এনঃ গী অখন্নবা বাপোবতিযাব অমা থম্না, লৈবাকশিংগী আইনদা অহোংবা পুবকপা পামই হাযনা, নুপীগী ঈহৌনা ঙসিমক তকশল্লি।

## অঙাংগী হক

চাওখৎপগী থাক্তা চঙবা ঙমদ্রিবা লৈবাকশিংদা অঙাং লাখ কযাবু মীনায ওইনা, নত্রগা কুলী ওইনা, ৱার্কব ওইনা শিজিন্নবা চৎনবি। আইন্না ফনা যাদ্রবশু, মফম মফম খুদিংদা শিজিন্নবা যাদবা মফমদা অঙাংবু শিজিন্নবা মিৎনা উবি। মদুগী মথক্তা, মখোযবু ফ্রেস ত্রেদ [হকতিন্নবগী মতেঙনা ললোনবা] তৌবা হাযবসিশু পাক্তক্লনা, অচৌবা সহবদা চৎখিব।

অঙাংগী হক অসি তাঙ্কক অনি থোকনা নৈনবা য়াই। অচম্বা পুন্সিদা লৈবা মতমদা অমদি, লালগী মৈচ্রাং থোকপা (আর্মদ কনফ্লিক্ট থোকপা) মতমগী ওইনা অমা। লালগী মৈচ্রাং লৈবা মতমদা খ্বায়দগী খুদোংথীবা তাবিবশি মীবোনবী নুপী, অঙাং, অহল অমদি মশাদা ফিভম চাদ্রবা মীওইশিংনা মপুং ওই।

অৱাং নোংপোক্লম্বা লো-ইন্তেনসিতি আর্মদ কনফ্লিক্টতগী হায় ইন্তেনসিতি ৱাব থোবকপা যাবা মফমদদি, মতাং মতাংদা ICRC গী মতেঙ লৌদবা

য়াদবগা লোয়ননা, ইন্তরনেস্যনেল হ্যমেনিতরিয়ন লোবু পার্টি খুদিমক্লা ঙাক্লা চৎকদবনি। মমাংদশু নৈনখিবগুম্না, ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনশন ৪ অমদি, ১৯৭৭ কী প্রোতোকোল ২ দুবু লাম্মীগী কমান্দর খুদিংনা, সরকারনা চপ চানা ঙাকনা চৎকদবনি। লান য়াওজদবা মীচম, খুৎলায় পায়দবা মীচম, অশোক অপন তৌববা নত্রগা ফাববা লাম্মীদা 'ইনসরজেন্টতা' কনামত্তনা খুৎলায় থাবা য়াদে হায়বসি খঙবা তাই। মদুগীশু মথক্তা, অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেট ২ মুক্তা 'অশেংবা জাতি শেম্বা' [ইথনিক ক্লিনজিং] হায়বা প্রোগ্রাম অমগী মখাদা, চীংমীগী (ইন্তর-ত্রাইবেল ৱার) তৌবদা, মী লিশিং অমারোম হাৎখিবদু মনম কোকত্রি—মদুগী মনুংদা অঙাং, নুপী, অশোনবা কয়ামরুমশু য়াওখ্রবনি। মীওইবগী হক তাল্লিবশিংনা, মীওইবগী হক ফোংনা থুগায়দুনা, 'অশেংবা জাতি শেংদোকপা' হাযবা থৌবাং পায়খৎখিবশি, পুৱারীনা মখোয়বু কদৌনুংদা ঙাকপিবোয়। ফিভম মতম্না যাবকত্রবদি যুগোস্লাব নত্রগা রৱান্দা ত্রাইবুনেলনা ৱাযেন তৌবগুম্না, মীচম্বু হাৎপা—মীহাৎপাশিংদু, চহি কয়াগী মতুংদা ওইববশু অকনবা চৈরাক ফংলোযদবগী মবম লৈতে। মতাং অসিদা পনবা যাবদি, ভাবতকী লাম্মীগী কমান্দব, গুবিল্লাগী ফিল্ড কমান্দর খুদিংমক্লা, মালেমগী হ্যমেনিতবিযান লোবু চপচানা ঙাক্তুনা চৎত্রবদি, মদুগী অকনবা চৈরাক মতম্না পীবকপা তাই।

১৯৮৯ দা য়ুঃ এনঃ না 'কনভেনশন ওন দি বাইটস ওফ দি চাইল্ড' লৌখৎখ্রবা মতুংদদি, মদুবু চৎনবা তারকই। কনভেনশন অসি লৌখৎখিবগী অচৌবা মবম লৈ—মালেমদা ইমুংনা থাদোকপিরবা অঙাং ক্রোব ১০ না ভিক্ষা নিদুনা, ফত্তবা তৌদুনা মথৱাই হিংই। অঙাং ক্রোব ৫ না মওং চাদবা মফমদা থবক শুই। অঙাং লাখ ৩৫ লায়নাদগী ঙাকথোকপা ঙমদদুনা শি। অঙাং চহি ৫ গী মখা, ক্রোর ১৫ মখায়না মবুক থন্দনা হিংই। ক্রোব কযানা দ্রগতা, লায়না পক্তুনা মাঙদুনা লৈবি।

অঙাংগী ১৯৮৯ গী কনভেনশন অসিবু য়ানখিবা মতুংদগীদি, সরকারনা অঙাংগী হক ঙাকপগী দায়িত্ব হকথেংননা লৌববনি। ১৯৯০ গী রেতিফিকেশন মতুংদগীদি, লৈবাকশিংগী লো কয়া, কনভেনশন অসিগা চাননা শেমদোক্লবা হায়রি। রাইটস ওফ দি চাইল্ড কমিতিনা হায়রিবা কনভেনশন অসিবু ঙাকপ্রা, ঙাকতব্রা হায়দুনা য়েংশল্লি। মদুগী মথক্তা,

লৈবাকশিংনা মশা মশাগী ওইনা 'নেস্যনেল কমিসন ওন চাইল্ড' শেম্নবা য়া পীরি। ভারতকী ওইনশু শেম্না তাদ্রি। মরুওইবা শরুক খরদি পীরিঃ অঙাংগী মশানা লোয়নজরকপা পুন্সিদুবু ষ্টেট পার্টিশিংনা শক খঙগদবনি [আরটিকল ৬]। নেস্যনেল লোনা কনভেনশন অসিবু থবক্তা ওন্নবা পীরি [আঃ ৭]। অঙাং ওইনা শিবা থিংনবা, অফবা চিঞ্জাক পীজনবা য়ারম কয়াসি ষ্টেটকী মথৌদাং ওই [আঃ ২]। শেলথুমগী মমিংদা অঙাংবু ওৎপা-নৈবা য়াদে [আঃ ৩২]। লান থোরকপা মতমদা, অঙাংশিংবু হ্যুমেনিতরিয়ান লোগী মরী লৈনবা আরটিকলগী মখাদা ঙাকথোক্লনবা, ষ্টেট পার্টিশিংগী মথৌ লৈ [আঃ৩৮]। ষ্টেটশিং, সরকারগী মীওই, এনঃ জিঃ ওঃ খুদিংনা, অর্মদি লো-ইন্তের্নসিতি আর্মদ কনফ্লিক্ট নত্রগা, লান চথরিবা কমান্দর খুদিংনা মথক্কী কনভেনশনশি মমুৎ তানা খঙবগী মথক্তা ঙাক্লা চৎপা তাই। মদুগীশু মথক্তা, 'অশেঙবা জাতি শেম্না' [ইথনিক ক্লিনজিং] গী লুচীংপুরেন, পাওতাক পীবা, ফিল্ড ওপরেতরনশু, মীওইবগী হক অসি ঙাক্লা চৎত্রগদি, মীওইবা জাতিনা মখোযবু বাববারিক ওইনা তুরুচবগী মথক্তা, মখোয়না মবিকচুম্না য়াফম থাঙ্গৎলকপা মতমদশু, মদু মাঙখিবা য়াই।

নুপী অমদি অঙাংগী ফংফম থোকপা হকশি, থবক্তা ওম্থোকহন্নবা, মোদিযা, এনঃ জিঃওঃ, পব্লিক ফিগরশিংগী অচৌবা থাদোকপা য়াদ্রবা থৌদাং লৈ। খুনাইগী মনুংদা, লাইনিংগী মমিংদা, চৎনবীগী মমিংদা, নুপীশিংবু হন্থনা য়েংলিবা, ইকায়খুম্নবা হৈত্রিবা চাওখৎত্রিবা কস্তমরী, খুনাইগী লুচিংবশিংবু পারা অসি ফাহনবা তাই। ইরমদমদা, লাইনিংগী, চৎনবীগী মমিংদা নুপীবু নৈহৎলিবা বাবু-ভৈয়াশিংবুশু চৈবাক পীনবা, সরকারনশু খনবা চুমই। ময়াংলৈবাক [ইপা-ইপুনা কৌবকপনি] হিন্দুস্থানগী মীওৎ-মীনৈ তৌনবা শেমখিবা খুনাইদগীদি, ইরমদমগীনা যাম্না হেন্না অৱাংবা থাক্তা লৈরমলবশু, ইরমদমদা নুপীবু হন্থবা মীৎয়েংদা য়েংবা মেল-চৌভিনিষ্ট খরগী য়াহৈদদি - নুপী মৱা লৌদে হায়বা য়াওই। কনভেনশন অসিবু ইকায় খুম্নবা ঙম্নবা, ফৈরেংনবা এতিত্যুদ অসিবু থুনা মশা মশানা হোংদোকপা তাই।

# ৪

# লালগী মৈয়োংদা অঙাংগী হক

## থোক্লিবা থৌদোকশিং

শোক ১৯৯২ গী ডিসেম্বর ১১ গী য়ুঃ এনঃ গী অঙাংশিংগী হক্কী মীফমদা, ভারতনা য়াওরুবা অমসুং মথাতাবা ওইনা জানুৱাবিগী ১১, ১৯৯৩ দা CRC [কনভেনশন ওন দি রাইটস ওফ দি চাইল্ড] ভারত সরকারনা চংনহনখিবা অসিনা, মতম মতমগী ওইনা পাইখৎলিবা থৌরমশিংগা মরী লৈননা অমসুং মদুনা CRC কী আর্টিকল ৪৪ গী হকশিংদা পীবা কান্নবশিংগী পাউদম [রিপোর্ট] লানখৎপা তাবকই।

ভারত্তা পাক-শন্না ওইরক্লিবা অৱাৎপশিং অমসুং মীওইবা অমনা ফংফম থোকপা হকশিং অমসুং মরুওইনা, অঙাংশিংগী হকশিং ফংহন্দ্রবসু ভারত সরকারনা অঙাংশিংগী ওইবা নেস্যানেল কমিসন [নেস্যানেল কমিসন ওন দি চাইল্ড] ঙসি ফাওবা চংনহন্নবা শেম্বা লৈত্রি। মসিমক্তা প্রমান ওইবগা অঙাংশিংগী হক অসি থংন থংননা লৈখিবা সরকারশিং অসিনা মরুওইনা লৌদে হায়বা ৱাখল্লোন [থিওরি] অসি লৈহল্লি। অসিতা নত্তনা, সরকারগী মতম মতমগী লানখৎলিবা পাওদম, অসিসু কাহেন্না মপুংফাদবা মীওইবগী মীনুংশি যাওদবা, লোইলম শাসনগী ৱাখল চেনবা সিভিল সারভেন্টশিংগী থবক ওইনা তৌই। অমুক্তসু পাউদমশিং অদু মশীং থিবা হৈবা অমসুং অঙ্কগী মশিংদা হৈথোই শিংথোইবা মীওইশিংগী তৌদবা যাদবগী মওংদা টেবলদদা তৌবা থবক ওইনা তৌবে। চেদনা হক মবাং কায়না পীবা, অশেঙবদনা হক অসি লৈতে হায়বগী খুদম পীবে।

অৱাং নোংপোক ভারতকী অঙাংশিংগী হকশিং অসি অকিবা থৌদোক অনি মাইয়োক্লবি। অহানবদা, ১৯৪৯ দগী ঙসি ফাওবা চংথরক্লিবা সরকারগী লাম্মীশিং অমসুং লালহৌবশিং অনিগী মরক্তা চংথবিবা লান। ইং কুমজা ১৯৬৪ দা থোকখিবা পিঃ এলঃ ওঃ গী ঈহৌ চহি ৩০ গী মনুংদা লৈখায তাবা ঙমই।

মণিপুরদদি চহি কয়া চুপ্না চৎথরক্লিবা লান অমসুং পীক্লবা মীশিংগা চানদনা, মশিং লাকঙমদনা পৈশিল্লিক্লিবা লাম্মীশিং অসিনা চহি ১৮ গী মখাদা লৈরিবা অঙাংশিংগী ব্রাখলদা চাওনা অকাইবা পীরি। হকচাং অমসুং শিজিননবা পোৎলম কয়াসু মাং তাকহল্লি। অনিশুবদা, মহৌশাগী ফিভম কাইদবা নত্রগা, শান্তি লৈতবা মতম অনিমক্তা মদুবু খন্ননিঙাই ওই; অমরোমদা লেমহৌরিবা ভারতকী অতে স্টেটশিংগী অঙাংশিংগী হকতি অনিশুবগী তাঙ্কক অসিতমক য়েংদুনা খন্ননিঙাই ওই। মরুওইনা, মণিপুরগী অঙাং অমসুং নহারোলশিংগী ব্রাখলদা লেপতনা পীরক্লিবা ব্রাখলগী পোৎলুমশিং অসি খাঙনবা হোৎনবদা চহি ১৮ গী মখাদা লৈবা অঙাংশিংদা হিদাক (ড্রগ) লান্না শিজিন্নহনবা অমসুং HIV/AIDS না নাদুনা শীবা কয়া থোক্লি। থৌওং অসি রাজনীতি অমদি লাল্লোং য়াৎপা কাংবুশিংনা মণিপুরগী অঙাংশিংবু আইনগী ব্রাংমদা হাৎতুনা লালহৌবা নমথনবা খুৎলাই অমগুম লৌবা য়াই। লাল্লোং য়াৎপশিংনা মণিপুরদা ড্রগ অমদি এইদস কী থাদফম ওইরবসু হাইবিবা থৌওংশিং অসি অৱাং নোংপোক্কী রাজ্যাশিংদসু লেপতনা থোকপা উরি।

পীকখ্রবা মী মীলিয়ন অনিমুক্তা লৈবা মণিপুরদা অঙাং লিশিং ৩০ মুক তুংগী আশা লৈত্রবা মীরেম ওইনা লৈগদৌরি। অৱাং নোংপোক ভারতকী অতৈ স্টেটশিংসু মণিপুরগী মরাইবক অসিগা চপ মান্নরি। মতাং অসিদা অৱাং নোংপোক ভারতকী অঙাংশিং অসি কেন্দ্র সরকার অমসুং CRC গী তাংকক অনিশুবগী মতুংইন্না শেমখিবা য়ুঃ এনঃ গী কমিতি ওফ দি রাইটস ওফ দি চাইল্ডনা মুন্না অমসুং হকথেংননা য়েংশিনবা দরকার ওইরে। মতিক চাবা অথুবা থৌরাং লৌখৎত্রবদি, অৱাং নোংপোক্কী লমদমশিং অসিগী মথংগী মীরোলশিং অসি মাংখিবা য়ানা লৈরে নত্রগা, মীরোলশিং অদু লৈরগসু মতিক চাদবা ওইনা লৈরগনি অমসুং মশা মথন্তা তুম্না মাংখ্রগনি।

ভারত্তা অঙাংশিংগী হকশিং অসি নীংবা কায়নিঙাই ওইরে। হায়রিবা ব্রাফম অসি SAHDOC না য়ুঃ এনঃ হ্যুমেন রাইটস কমিতি দা লানখৎখিবা পাউদমনা চুমই হায়না হায়রি মদুদি ভারতকী চাওরাক্লা অঙাং মিলিয়ন ২০০ মুক্তি লৌউ-শিংউবগী থবক, ইমুং মনুংগী অঙাং শেন্নবগী থবক,

ইমুং মনুংগী অকুপ অতাগী থবক শুবি। অদুগা মখোযগী মনুংদা অঙাং চা কযা কযানা মমা মপাগী শেন্দোন কোকনবা নমদুনা থবক শুহল্লি অমসুং চাইল্ড লেবব [বিগুলেসন এন্দ প্রোহিবিসন) এক্ট অসিদসু অঙাংশিংনা লৌবুক্তা থবক শুববু শিনমী ওইনা থবক শুবনি হাযনা লৌদে।

অঙাং মিলিয়ন কযা ষ্ট্রীৎ চিলদ্রেন ওইনা, শিনমী ওইনা অমদি, লানলক্তা লৈকবনা পুন্নমক লাইবিক তম্বা ফংদনা লৈবি। শোক ১৯৯১ গী UNICEF কী পাউদমদা ভাবতকী অঙাং মিলিযন ৭৫ দি স্কুল তম্বা ফঙদে হাযবি। ভাবত সবকাবনা য়ুমলোন্নবিবা অমসুং অতৈ লৈপাকশিংগা তোযনা তোযনা লান শোক্লবনা হেন্না মকওইনা লৌখিবনা, ভাবতকী অঙাং মিলিযন কয়াদি ফংফম থোকপা প্রাইমাবি ইডুকেসন ফংদনা লৈবি। মসি শোক্লদবা থোকহন্দবা যাবা উংখৎনবশিংদা জাতিগী লন অমসুং পুক্নিং চিংশিনখিবদগীনি। ত্রাইবেল অঙাংশিং কযাদি চাবা ফংদদুনা শিবি। লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংনসু মসিবু যাববা মখৈ খঙশিন্নদনা লৈবি। UNICLF কী পাউদম অমসুং NHRC [নেসানেল হ্যমেন বাইটস কমিসন] না অঙাংবু শিনমী ওইনা অমসুং মীনাই ওইনা থবক শীজিন্নবা অসি লেনগৎলক্কে হাযবা যাবি অমসুং সুপ্রীম কোর্টনা ডিসেম্ববগী তাং ১১, ১৯৯৬ তা তাখিবা বাযদা চেৎনা হাযবি মদুদি ষ্টেটশিংগী চীফ সেক্রেটবী শিংনা অকুপ্পা ব্রাবোলশিং [এফিদেভিট] লানখৎলক্লবদি মশা মশাগী দাযিত্ব ওইগদবনি হাযনা পল্লি। মসিনা কদাই ফাওবা চুমগদৌবিবনো অমসুং তশেংনা থোক্লিবা থৌদোকশিং অদুবু খঙগদৌবিবনো হাযবদু যেংবা তাবি।

তৌদবা যাদবা থবক ওইনা টেবলদদা তৌবিবা [কটিন দেক্স বার্ক], লানখৎলিবা অকুপ্পা ব্রাবোল অদুবু যেংশিন্নবা অমসুং অৱাৎ অপা শেমদোক্লবা থবক থৌওংশিংদি অমত্তা যাওদে। চীফ সেক্রেটবী তোম, দিক, হেবি— অমনা ফাওবা হেক্তা ইবায লাযনা ইংলিশতা পাউখুম অমা ইথোকপদি ঙমই। অদুবু, মসিনা সুপ্রীম কোর্টনা পামদ্রিবা ফত্তবশিং অদু লৌথোকপগী মহৎতা মখোযদা নিংশিংনবা ব্রা খক্তং ওইনা থোক্কনি। শন্না হায়ববদা, চীফ সেক্রেটবীশিংনা অঙাংগী হকপু মপুংফানা ফংহন্নবা হোৎনবগী মহত্তা, যেংদুনা লৈবা মীগী বোলদা লৈবসু ওইথোকই।

"অঙাং নুপীমচা লিশীং কয়া কয়াবু নমদুনা ওক্তবী ওইনা শেল তালহল্লি। নেপাল অমসুং ভারতকী মফম কয়াদগী মশীং থিঙমদ্রবা নুপীমচা কয়াবু বোম্বে, কলকতা অমসুং দিল্লিদা লৈবা ওক্তবীগী শঙলেন্দা য়োনথোকই" হায়না পাউদম অমনা হায়বি [দি রিপোর্ট, সাহদোক, ১৯৯৭] পাউদম অসিনা মখা তানা হায়রি—ভাবত সরকারনা শিনমীগী খন্ন নৈনবগী ৱাবু অকক্লবা থমদুনা, ভারতকী তোঙান তোঙানবা ওক্তবীগী শঙলেনশিংদা ফাজিন্দুনা লৈবিবা নুপীমচা লীশিং লীশিংবু থৌওইবিদে হায়বা উৎলি।

নেস্যানেল কমিসন ওফ দি ৱুমেন্সনসু হায়রিবা ৱাফম অসি খন্নদে। অঙাংবু ওক্তবীগী শেন্দাল লন্বীদা শীজিন্নবা অদুগা লোয়ননা পাক শন্না শন্দোক্লক্লিবা HIV/AIDS লায়না অসি য়েংশিনবীদ্রবা ৱাফম অমনি। অঙাংবু লুহোংবীবা অমসুং অউন পোৎকীদমক হাৎপা ভাবত্তা য়াম্না তোইনা থোক্লিবা অসিসু নেস্যানেল কমিসন ওফ ৱুমেন না উপাই লৈত্রবা অমগুম য়েংদুনা লৈবি। মবমদি, কমিসন অসিগী মতিক চাবা শক্তি অমসুং অনিঙবা অদু লৈতে। ভাবতকী কমিসন অয়াম্বনা দ্রামা য়েংবদৌনা মীওইবগী হক থুগায়বদু য়েংলগা ক্রিকেত কমেন্তরী পীবদৌনা পীবগুম তৌই।

সাহদোক্কী রিপোর্ট মতুং ইন্না রিফ্যুজি অঙাং লিশিং লিশিং কয়া চাবা ফংদবদগী অমদি মখল মখা কয়াগী লায়না মাইয়োক্লরি অদুগা ইন্দো অবিয়ান রিফ্যুজিশিং খক্তবু জাৎ কুচু (রেসিএল গ্রুপ) য়েংলগা ভারতকী সিতিজন ওইবগী হক পীবি। অমরোমদা, মোঙ্গোলিয়ান চকমা রিফ্যুজি শিংবুদি সিতিজন ওইবা য়াহন্দ্রী অদুগা, ট্রাইবেল অঙাং কয়াবুসু ভারতকী লাইরিক তম্ফম শঙ কয়াদা শোক্লা শন্নবা য়াদবগুম্ব থমবীরি।

কবিগীদমক ঙসিফাওবা ভারতকী খুনাইদা জাৎ কুচু খায়বগী চৎনবী [এপার্থৈদ] লৈরিবনো হাইবসি সবকার অসিনা পাউখুম পীদনা লৈরক্লি। হীরম অসিবু ভারতকী মীপুম খুদিংমক্লা খঙনরীবনি অমসুং মসিগী কাউঙম্নরোইদবা থৌদোকশিং [ক্রাইম] তৌখিবগীদমক ৱায়েলশঙগী শক্তি শাবোল দরকার ওইদ্রবনি। নৌরিবা অঙাংশিংগী ৱাখলবু নৈহৎপীরি অমসুং ঙল্লিঙৈ মতমদা মাঙহনবীরি। ভারত সরকারনা জাৎ কুচু খায়বগী চৎনবী লৈতবা লৈঙাকলোনগী চৎনবী কয়াবু চেদা ঙাক-শেমবগী মহুত্তা, মপুং

ফানা থবক্তা জাৎ কুচু খাইদবা থৌবাং পাইখৎনবা হোৎনবা দবকাব ওই। সাহদোক্কী বিপোর্টপু য়াম্না লুনা লৌফম থোকই মবর্মদি মসি ইন্দো-অবিয়ান অখণ্ড অহৈশিংগী পাউদমনি, অদুগা মোঙ্গোলিযানশিংনা পীবা নত্তে। মোঙ্গোলিয়ান-অস্ট্রিক কাংলুপপু আবযান- দ্রাভিদাননা নমথুবগা থম্বা ভাবতকুম্বা লৈবাক্তদি, অবোনবা মখলগী বেসিজম মপাঙ্গল কন্না লৈবি। ভাবতকী অঙাংশিংগী ওইবা মীওইবগী হক খোংগাউনবশিং অদুনা আইঃ সিঃ সিঃ পিঃ আবঃ [ICCPR], ১৯৬৬ কী আবটিকল ২৪ (১) শুববু তশেংনা থুগাই হাযনা এমনেস্তি ইন্তবনেস্যনেলনা পাউদমলি। যুনিসেফকী মে তাং ৩০, ১৯৯৬ [তাইমস ওফ ইণ্ডিযা, মে ৩১, ১৯৯৬] নসু চহী ১৫ গী মখাদা লৈবিবা অঙাং নুপীমচা লাখ অহুমমুক নুপী নুপা খাযবগী মীৎয়েংনা হিংবা ঙমহন্দে হাযনা পল্লি।

যাম্না লুনা লৌগদবা অমসুং খঙজিনগদবা ৱাফম অমনা, ভাবতকী লাম্মীনা মণিপুবগী অঙাং ১৭ খক ফাগ্রগা মশা থীবা ফংদনা মাঙহনখি। মখোযগী মমিং, ফোটোগ্রাফ, অকুপ্পা ৱাবোলশিং অমসুং চহিগী কোহব [committee on human rights] গী বিপোর্ট, ১৯৯৭ তা মযেক শেঙনা য়াওবি। মণিপুব অমসুং অৱাং নোংপোক্কী চীংশিংদা, মীব্ নমদুনা মাঙহনবা অসি তোইশিল্লক্কি অমসুং অশিবা হকচাংশিং মফম কযাদা লোৎশিন্দুনা থম্বা থেংনবি। অদুগা অৱাং নোংপোক লমদা অঙাংশিংগী হক অসি শান্তিগী মতম অমসুং ইবাং থোকপা মতম অনীমক্তা মাঙনিঙাই ওই। খুদম মচা অমত্তং পল্লবদা, ১৭ শুবা বাজপুতনা বাইফলসকী কমান্দবনা মেত্রিক পাবিক্ষা থাগদৌবিবা চহি ১৫ তা শুবিবা যুমলেম্বম সনামচাবু অহিংদা ফাবগা পুখিবদগী ফেব্রুৱাবী ১৩, ১৯৯৮ দগী ঙসিফাওবা হিংনা থাদোকত্রি। মীয়াম্না থা ২ অন্দোলন তৌববা ফাওবদা লাম্মীনা হিংনা, নত্রগা শিনা অঙাংদুবু থাদোক্তে। খুদম অমতং পনবগী ৱানি।

## থবক ওইনা পাঙথোকপা

মকওইনা মশা মতোমতা ঙাকথোকচবা ঙমদ্রিবা কাঙবু অমা ওইবিবা অঙাংশিং অসি মীওইবগী হকপু খোঙগাউনবা অসিদগী মখোয মশাবু ঙাকথোকচবা ঙমদনা লৈবি অমসুং আইনগী থোংদা হকশিং খোঙগাউনবগীদমক

ফংফম থোকপশিং অদুগীদমক হকথেংননা হোৎনবসু ঙমদ্রি। ভাবতনা ১৯৯২ দা যুঃ এনঃ কনভেনশনবু যাববা মতুংদা, ভাবত্তা অঙাংশিংগী অমসুং মখোযগী নক্লবা মবী মতাশিংগী হকশিং খোঙগাউনবগী থৌদোক কযাদা এমনেস্তি ইন্তবনেস্যানেলনা মত পীবি। এমনেস্তি ইন্তবনেস্যানেলনা, আইনগী ৱাংমদা অঙাংশিংবু হাৎলি হাইনা ফোঙদোকই অমসুং ভাবত সবকাব অমদি মণিপুব সবকাববু মীযামগী মমাংদা ফোংনা আইনগী ৱাংমদা মীহাৎপা অমসুং হাৎকে হাযনা, মনিঙ তম্না মী হাৎপবু যাদে। অসিগুম্না থৌদোকশিংবু খাঙদুনা লৈথোক্লোই হাযনা পোলিশ অমদি লাম্মীশিংদা সবকাবনা শেংনা খঙহন্ননবা হাযবি। হাযবিবা থৌওং অসি মণিপুবদতা নত্তনা অবাং নোংপোক্কী অতৈ ষ্টেটশিংদশু থোকলি। চহি ১৮ গী মখাদা লৈবা অঙাংবু লাম্মীনা ফাবা, হাৎপা থোকই, অদুবু অঙাং ফাদে হাযনা লৈথোকই।

CRC অসি ইন্টবনেস্যানেল লোগী ওইবা শক্তি লৈবনা, আইন ওইনা চৎনহনগনি অমসুং মসিবু মপুং ফানা চৎনহনলিববা হাযবদু যেংশিনগদবনি। যুঃ এনঃ গী থবক তৌবিবা কাংলুপশিং অমসুং মসিগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংনা, হৌজিক্কী মতমগী মীনায লোইবগী চৎনবীবু যেংশিল্লবা কাংলুপ (ৱার্কিং গ্রুপ ওন কনতেম্পববি ফোর্মস ওফ স্লেভবি) যাওনা CRC বু লৈবাক্লা চৎনবিবা থবক ওইনা পাংথোক্লবা যেংশিনগদবনি। CRC না অঙাংশিংগী ওইবা মখল মখা কযাগী মীওইবগী হকশিং পীবি। অঙাং অমবু লানগী মতমগী চৎন পথাপ আবটিকল নম্বব ৩৮ শুবদা পীবিবা বাফমশিংগী নিযম মতুংইন্না ঙাকপি শেনবীগদবনি।

**আরটিকল ৩৮(১)**

লৈবাকশিংগী কাংলুপশিংনা, মালেমগী মীওইবনা মীওইবা অমদা লানগী মতমদা চৎনবা আইনগী নীযমশিং অদুনা, অঙাংশিংগী মফমদা ইকাই খুম্নগদবনি অমসুং ইকাই খুম্নে হায়না উৎকদবনি হাযনা যানবা;

লৈবাকশিংগী কাংলুপশিংনা চহী তবামঙা শুদ্রিবা অঙাংশিংবু লান যেংথিনবা থবকশিংদা [হোস্তাইলিতিজদা] হকথেংননা শরুক যাহন্দনবা, ওইথোকপা যাবা পাম্বৈশিং লৌখৎকদবনি।

মথক্কী লালগী মৈফ্রাং মনুংগী পথাপশিংবু যেংদুনা, লালনা শোকহল্লবা অরাং নোংপোক্কী লমদমশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পা ভাবতকী অঙাংশিংবু ভাবত সবকাবনা শোযদনা ঙাকপি শেনবীগদবনি। আবটিকল ৩৯ শুবনা লান্দা শোকহল্লবা অঙাংশিংগী ব্রাখলগী ফিভম হনজিলহন্নবা অমসুং ফগৎহন্নবা হাযবি। ভাবত সবকাবনা চানবা লেজিসলেটিভ, এডমিনিসত্রেটিভ অমসুং অতৈ অতোপ্পা থৌবাং কযা, CRC বু চৎনহন্নবা ওইনা লৌখৎকদবনি, জাতিগী থাক্তা অমদি লৈকাইগী থাক্তা অমগা অমগা মতেং পাংননবা অমসুং চৎনা পথাপপু [কনভেনশন] থবক ওইনা চৎনহনববু যেংশিন্নবা থবক থৌবাংশিং লৌখৎপা যাই।

ইং কুমজা ১৯৯৩ গী যুঃ এনঃ গী ভিযেন্না দিক্লাবেশন অমসুং মসিগী তৌগদবা থবক থৌবম অদুনা CRC গী চংশিল্লিবা থবক থৌবমশিংগা মরী লৈনবা চুক্তিগী যানবা বাফমশিং অদুবু হেন্না ফগৎপা মওংদা লেপ্তুনা থবক পাঙথোকননবা কন্না হাযবি অমসুং মালেমগী কনভেনশন অদুনসু ইংশোক ১৯৪৯ গী আগষ্টকী তাং ১২ দা জেনেভাগী মীফমদা যানখিবা বাফমশিং লৈবাকশিংদা ইন্নবা হাযবি অমসুং ব্রাবোলশিং অদুবু চৎনহন্নবা খঙহল্লি। ভাবত সবকাবনা জেনেভাগী কনভেনশন মবিদা যানখিবা অইবা বাফমশিং অদুদা ঙসি ফাওবা পুক্লিং চীংশিন্দনা লৈবি। ভাবতনা জেনেভা কনভেনশন এক্ট আইন ওইনা শেমগ্রবনি। মালেমগী ওইবা মীওইবগী হক্কী মীফমনা লাল্লক্তা হিংলিবা অঙাংশিংবু ঙাকপী শেনবীবগী থবকপু ফগৎহন্নবগী পান্থে নৈনবদা, সেক্রেটবী জেনেবেলনা থবক হান্না হৌদোকপা হাযবিবা ব্রাফম অদুবু যাম্না কন্না শৌগৎনৈ।

মীওইবগী চৎনবোনশিং চৎনহনগদবনি অমসুং লান থোকলিবা মফমদা লৈবিবা অঙাংশিংবু ঙাকপি শেনবীনবা পান্থেশিং লৌখৎকদবনি। লাননা মবম ওইদুনা ব্রাখলগী ফিভম শোকহল্লবা অঙাংশিংবু মতুং তানা চেকশিনবীবা অমসুং খুন্দা লৈতাহনবগী তঙাইফদবা অদু থুনা যেংশিনবিগদবনি। লাম্মীনা খুবক হাঙদনা লৈববা, মীশিংগা লাম্মীগা চানদনা লৈববা মণিপুবগুম্না লৈবাক্তদি, CRC অসি চেকশন্না ঙাকফম থোকই।

মথক্তা পনখ্রিবা ব্রাফমশিং অসি শক্তি লৈবা লাম্মী অমসুং লালহৌবশিং

লাল্লক্তা বাখলগী ফিভম শোকহল্লবা অঙাংশিংগীদমক খনবিদুনা অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেটশিংগী সবকাব অমসুং ভাবত সবকাব অনীমক্না যাম্না থুনা থবক পাইখৎপিগদবনি। মালেমগী মীফম অদুনসু জাতিগী ওইনা তৌগদবা থবক থৌবাং [নেস্যানেল এক্সন প্লান] দা যাওহন্নবা অকুপ্পা ৱাবোলশিং অদু মচা খাযনা শেমদোকখ্রে। যুঃ এনঃ গী মীওইবগী হক্কী হায কমিশ্নাবনা ১৯৯৬ তা মযেক শেঙনা অঙাংশিংগী মীওইবগী হক কন্ননবা মরু ওইবা ৱাফমশিং অদু তশেংনা খনদোকখ্রে। যুঃ এনঃ গী থবক তৌবিবা লূপশিং হাইবদি UNICEF, ILO, কমিতি ওন বাইটস ওফ দি চাইল্ড, দি স্পেসিএল বাপোটিযব, সেন্টব ফোব হ্যমেন বাইটস, লান্দা শোকহল্লবা অঙাংশিংগী ফিভম নৈনবিবা অখঙ অহৈশিং, হৌজিক্কী মতমগী মীনাই লোইবগী চৎনবীদা নৈনবগী থবক তৌবিবা কাংলুপশিং — পুম্নমক অসি মখোযগী থবক্তা অমগা অমগা মতেং পাংনগদবনি।

অবাং নোংপোক ভাবত অমসুং অতৈ মফমশিংদা শান্তি অমদি, লানগী মতম অনীমক্তা অঙাংশিংগী হকপু যোকখৎনবগীদমক যুঃ এনঃ দা থবক তৌবিবা ভাবতকী মীহুৎশিংনা অমগা অমগা মতেং পাংনগদবনি। অহুমশুবা ওইনা, ভাবতনা যুঃ এনঃ হ্যমেন বাইটস কমিতিদা লানখৎখিবা পাউদমনা অঙাংশিংগী হকপু কন্নবা সবকাবনা লৌখৎখিবা থবকশিং অদুবু পল্লি। অদুম ওইনমক, যুঃ এনঃ গী হ্যমেন বাইটস কমিতিগী মেম্বৰশিংনা ভাবতকী পাউদম অদুবু খন্নবা মতমদা ৱাফম কযা থাংগৎলকখি অমসুং, ভাবত সবকাবনা চাউথোক্না হাযজবগসু অশোইবা কযা মকুম পুথোবকখি । শম্না হাযববদা, CRC বু মপুংফানা পাংথোক্কদবা থবক কযা নাথৈননা সবকাবনা থল্লি- মীযাম্না মদুবু নৈনবা চঙই।

যুঃ এনঃ গী হ্যমেন বাইটস কমিতিগী মেম্বব Mr Ando না Mrs Chadha অমসুং Mr Desai দা ইং কুমজা ১৯৯৭ জুলায় মীফমদা অঙাংবু ওক্তবী ওইনা ভাবত্তা শেল তালহনবগী মতাংদা বাফম কয়া মকুম থাংগৎখি। Mr Cratzmer না কবিগীদমক আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিএল পৱার্স এক্ট, ১৯৫৮ ভাবতকী অৱাং নোংপোক লমশিংদা চলাইদ্রিঙৈগী মমাংদা, কোভেনান্টকী আবটিকল ৪ শুবগী মখাদা আইনগী থোংদা, ষ্টেট ওফ ইমর্জেনসি লৈবগী ৱা হান্না হায়দ্রিবনো হাযনা হঙখি। Mr Desai না

জুবেনাইল জস্তিস এক্টকী মখাদা, পাউখুম পীবদা অসুম্না হায়খি মদুদি লো কমিশন ওফ ইন্দিযানা হৌজিক হৌজিক অঙাংগী অর্থ (দিফিনিসন) কবিনো হায়না থিজিল্লি। Mrs Medina Quiroga না নুপী অঙাংবু লল্লোনবগী থবক অমসুং নুপীমচা অঙাংশিংবু হাৎপা অমদি পুক্কুংদা লৈবিবা নুপীমচাশিংবু হাৎপগী মতাংদা, ভাবতকী বিপোর্ট্টা তু মিন্না লৈশনবগী মতাংদা কুপ্না হংলকখি। Mrs Evatt নসু চাইল্ড লেবব লেজিসলেসনগী অহোবশিং অমদি কম্পলসবি ইড়ুকেসন – অঙাংশিংগী মবাইবক্কী মতাংদা হঙলকখি অদুগা ডেবাদসি চৎনবীগী মতাংদসু Mrs Medina Quoiroga না যেৎলকখি।

UNHRC না জুলায ১৯৯৭ তা থমলকখিবা ব্রাফমদা ভাবত সবকাবগী মপুং ফাবা পান্দমশিংবু মরু ওইবা মীৎযেং তাখি অমসুং সবকাবগী লোযশংনা পীবিবা ব্রাফমগা অমদি তশেংনা থোক্লিবা থৌদোকশিংগগী মবক্তা খেৎনবর্শিং অদু উৎখি। ভাবত সবকাবনা অমদি মাগী সিভিল সার্বেন্টশিংনা UNHRC না থল্লিবা ব্রাফমশিংদু নৈনববা মতুংদা, তশেংনা উবিবা অহোবশিং অদুবু মেনখৎকদবনি। অঙাং মিলিযন ৫৫ মুক লাইবক তম্ফমশিংদা চৎহনবগী মহুত্তা থবক শুহল্লিবা অসিবু লাইববগী চৎনবীগী অমদি সমাজগী শেল থুমগী চাওখৎনবনি হাযনা external affairs ministry না লৈবাক পুম্বদা ইং কুমজা ১৯৯৮ হৌবকপদা শন্দোক্লিবা website প্রোপেগন্দা অসি ভাবতকী নুংঙাইবা যাইফ অমসুং কলিং ক্লাস কাংবুশিংগী লৌতুনবনি। ফ্রন্তলাইন চেফোঙনা ফেব্রুৱাবী ১৯৯৮ দা প্রোপেগন্দা অসিবু নৈনবকই। মসিগী website নত্রগা ইন্তর্নেত ইনফো-তেকতিক্স না মপান্দা ভাবতকী কৈথেল চাওখৎহনবদি যাই, অদুবু চাইল্ড লেববগী ফত্তবা চৎনবীদি অসুম লৈবগনি। অঙাংবু শিম্মী ওইহনবগী অব্রাবশিবু মরু ফংনা মুৎথৎনবা বাজনিতিগী ওইবা অককুবা মতমগী থবক ঙাইবি।

যুঃ এনঃ হ্যমেন বাইটস কমিতিনা অবোইবা মীৎযেং ওইনা, ভাবত সবকাবনা লৌখৎকদবা থবকশিংদা তাকই। কমিতি অসিনা নমদুনা থবক শুহনবা [বোন্দেদ লেবব], চাইল্ড প্রোসটিটিউত, দেবাদাসিগী চৎনবী, ষ্ট্রীৎ চিলড্রেন, চাইল্ড লেবব লোশিংগী মতাংদা নুংঙাইতবা ফোংদোক্লি। কমিতি অসিনা হায়বিবা, কমিতিগী তাবকপা মোৎশিংদু খঙহনবগী মহুৎতা,

ভাবতকী মী মিলিযন ৯০০ বু খঙহনবগী মহুৎতা, প্রসাব ভাবতীগুম্বা ঈ পাউগী অতোণোমি লৈববা মতমসিদা, মীয়াম্বু খঙহন – উহন্দনা থম্লি। আইন্দি হোংখ্রে, অদুবু চহী যাংখৈমুকসিদা ভাবতকী সিভিল সার্ভেন্টশিংগী ব্বাখলদি হোংবা লৈত্রি। হাযবিবা নীঙবা কাইনিংঙাই ওইববা মওং অসি য়াম্না থুনা শেমদোকপা মতম ওইবে। হাযবিবা বৃটিশকী লোয়লমগী মমিদা শেমবা ব্যুবোক্রেসিনা অকক্লবা মতমদা বিজল্ট পীবা ঙমদে। যুঃ এনঃ গী অমসুং মালেমগী মীৎয়েংদা, কোমিতি ওফ নেসন্স অমসুং তোঙান তোঙানবা ব্বার্ল্ড সম্মিট ওন চীলড্রেন, ১৯৯০ গী পোইন্ট ১০ গী এক্সন প্লান থবক ওইনা পাইখৎকদবনি হাযবি। পুম্নমক অসি, মতমগী পান্দম মনুংদা পাঙথোক্কদবা থবকনি।

## লাল্লক্তা লৈবিবা অঙাংশিংগী হক

গভর্নমেন্টশিংনা অৱাংনোংপোক ভাবত্তা ইমবজেন্সিগী ফোর্মেল প্রিভেন্সন দিক্ল্যাবেশন অমা য়াওদনা, অনলোফুল এক্টিভিটিজ এক্ট, নেসানেল সিক্যবিটি এক্ট, পঞ্জাব সিক্যুবিটি এক্ট, ১৯৫৩, ডিস্তর্ব্দ এবিযাজ এক্ট অমসুং হিংচা যাইতম্বশিংগী ওইবা অমুবা আইন আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিযেল পবার্স এক্ট, ১৯৫৮ [১৯৭২ দা শেমদোক্লবা] নচিংবা দি ফেক্তো ইমবজেন্সিগী আইন কযা চলাইবি। হৌজিক চৎথবিবা সবকাবগী লাম্মী অমসুং লালহৌবা অনিগী খুৎথোক্লবিবা লানদা মীওইবগী হক, মশাগী নীংতম্বা, শেল-থুম অমসুং পুক্লিংগী ফিভমগী তঙতাবা অদুবু যাম্না শোকহল্লি। শাফু অসিনা শাথিনা অমদি হকথেংনবা মওংদা অৱাংনোংপোক্কী অঙাংশিংদনা হেন্না খুদোংথিনীঙাই ওইবি। অঙাংশিংগী হকপু সবকাবগী অমদি লালহৌবশিংনা চেকশিন্না অমদি নিংথিনা ঙাকপা দবকাব ওই। অইবা অসিনা মশানা ইবা লাইবিকশিংদা ব্বাখল্লোন অসিমক নৈর্নাবি। অকিবনা থুমহৎলবা, তেবোবাইজ তৌববা মণিপুবগী ঙসিগী অঙাংগী মীবোনগী থম্মোয়দা, পুক্লিংদা মতম কুইনগী ওইনা লৈতাদবা থোকই, মসিগী অকাযবা লৈবে।

মথক্তা নৈনখিবগুম্না, লৈবাক অসিগী খুৎ-থোক্লবা মফম অমদি অকোযবদা ব্বানা লৈবিবা অঙাংশিংবু ঙাকশেন্নবা ইন্তবনেস্যনেল হ্যুমেনিটবিযান লো ঙাকনবা ট্রিটি, যুঃ এনঃ অমদি হ্যুমেনিটবিযান আইনশিং লৈ। ভাবতনা, পাটি অমা ওইবিবা CRC নসু মচা খাইনা অঙাংগী হকপু

ঙাকশেন্নবা হায়বি, অমসুং মতাং অসিদা পনবা য়াবদি, ইন্তরনেস্যনেল হ্যুমেনিটবিয়ান লো অতৈ মীওইবগী হক্কী আইনগুম্বগা মান্নদে অমসুং মসিগী ভেল্যু হন্থহনবা যাদে।

জেনেভাগী কনভেনশন মবি, ১৯৪৯ হায়বদি, এডিসনেল প্রোতোকোল অনি, ১৯৭৭, মাবতেন্স ক্লোজ, ইন্টরনেস্যানেল কোর্ট ওফ জষ্টিসকী জজমেন্ট অমসুং ইন্দিযান লো– দি জেনেভা কনভেনশন এক্ট ১৯৬১ না মচা খাযনা শেংনা অমসুং খেৎনবা লৈতনা হন্না হন্না ভাবতকী ষ্টেট রেসপোনসিবিলিটি অমদি মালেমগী ওইনা য়ান্নবশিং চৎনহন্নবা হাযবি।

সবকাবগী নত্তবা লূপশিং হাযবদি গোবিল্লা, ইন্সরজেন্ট অমদি লাম্ছেংনবিবা কাঙবুদি কোর্মিতি ওফ নেসন্সগী লৈবিবা আইনগী মতুং ইন্না ষ্টেট রেসপোনসিবিলিটি লৈতবা যাই, অদুম ওইনমক, চৎনবী অমদি চাওখৎপগী হৌনর্বিশিং যেংলগা মখোযশু তঙাযফদনা ইনগদবনি। মখোযসু খেন্নবা লৈতনা জেনেভা কনভেনশনগী [কম্মন আবটিকল ৩] ঙাক্না চৎকদবনি। মণিপুবগী বিভোল্যুসনবী পীপলস ফ্রন্ট [আবঃ পীঃ এফ] না ইং কুমজা ১৯৯৭ তা কম্মন আবটিকল ৩ শুববু ঙাক্কনি হাযনা সাহি তৌখ্রে। অতোপ্পা নিংতম ঈহৌ তৌবা লূপশিংনশু মদুবু সহি তৌবা চঙই। অঙাংশিংগী হকপু ঙাকশেনবা, অমদি শোকহন্দবা হাযবসি সবকাবগী নত্তবা লূপ অমদি মশা মশাগী, লূপ পুন্নমক্না ষ্টেট রেসপোনসিবিলিটি অসিবু মবৈগী বাংমদা থমদুনা, নত্রগা, ইচম চম্না অঙাংশিংবু তুংগী মীবোলগী, মীওইবগী লাইবক লেপকদৌবিবনি অমদি মসিবু অতোপ্পা বিসোর্স অতৈগা চাংদম্নবা যাদে অর্মদি মমল য়াম্নবা লননী হাযনা খনদুনা ইকাই খুম্নমা চৎকদবনি।

নিংতম ঈহৌ তৌবশিংনা মপুং ফাবা ষ্টেট ওইনবা হোৎনর্বিঙৈ মনুংদা, জেনেভা কনভেনশনগী কম্মন আবটিকল ৩ শুবগা লোযননা, ইং কুমজা ১৯৭৭ কী ২ শুবা প্রোতোকোলবু সহি তৌদুনা ঙাক্না চৎলবদি, মখোযশু মালেমগী আইনগী সবজেক্ট ওইবা ঙম্নবা খোংকাপ অমা কাম্থোকই হাযবা যাই।

## জেনেভা কনভেনশন, আগষ্ট ১২, ১৯৪৯
## কম্মন আরটিকল ৩ শুবা

মালেমগী থাক্তা চংদবা খুৎথোক্নবা [কনফ্লিক্ট] তা হায় কনট্রেকতিং

পার্টি অমগী লমদা খৎন চৈনবা থোকপা মতমদা, পার্টি খুদিংমক্কা মখাগী নিয়ম অসি শোযদনা চৎনগদবনি ঃ

I ] লান শোক্লবদা এক্তিভ পার্ট লৌদবা, খুৎলাই থাদোক্লবা লান্মীশিং য়াওনা অমসুং নাবা, শোকপা, ফাজিনবা নত্রগা অতৈ মবমদগী horse de combat ওইববশিংবু ফিভম খুদিংমক্তা মীনুংশিগা লোযননা লোইনবীগদবনি। জাৎ, কুচু, লাইনিং নত্রগা নুপা নুপী, পোক্লফম, লনথুম নত্রগা, অতৈ মান্নবা মবমশিং অচান মীবাই নাইদনা খেন্নবা যাওদনা, মীনুংশিংগী লীচৎকা লোয়ননা, মখোযবু লোইনবীগদবনি।

মসিগী লোইশিল্লকপদা, মখাগী থবকশিং অসি মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা মথক্তা পনখ্রিবা মীওইশিংগী মফমদা পাংথোকপা থীংলি অমসুং থীংদুনা লৈগনি :

a ] মীওইবা অমসুং মীওইবগী পুন্সিদা অকাযবা পীবা মকওইনা, মওং খুদিংমক্কী মীতাৎ, হকচাংগী শক্কশিং ককথৎপা, তর্মাথনা তৌবিবা, অমসুং মীওৎ মীনৈ,

b ] মীবু হোসতেজ ওইনা ফাজিনবা,

c ] কা হেন্না হিংশা অমদি তর্মাথিবা মওংদা মীওইবগী ইজৎ শোকহনবা,

d ] নিযম চুম্না লিংখৎপা ব্রাযেনশঙ (কোর্ট) না লাওথোকখিবা ব্রাযেল, চাওখৎপা মীয়াম্না তঙাইফদবনি হাযনা মশক খঙলবা জুডিসিএল গাবেন্টিশিং ঙাক্তবা মওংদা দন্দি লাওথোকপা অমসুং দন্দি পীবা।

2 ] অশোকপা অমসুং অনাবশিংবু তাশিন খোমজিনবা তৌগদবনি অমসুং যেংশিনবীগদবনি।

ইন্তবনেস্যানেল কমিতি ওফ দি বেদ ক্রোস কুম্বা, মীচং মীখাই নাইদবা হ্যুমেনিটবিয়ান বোদি অমনা খুৎথোক্লবিবা কাংবুদা মখোয়গী মতেঙ ফংহনবা যাই।

মখা তানা খুৎ থোক্লবিবা কাংবুশিংনা তোঙান্না যানবগী মতেংনা, হৌজিক্কী মতমগী কনভেনশন্না পীবিবা থৌবাং পুম্নমক নত্রগা, খব থবক ওইনা চৎননবা হোৎনগদবনি।

মখা তাথবকপদা, মমাংগী থৌবমশিং শিজিন্নবনা, খুৎ থোক্লবিবা কাংবুশিংগী লিগেল ষ্টেতস শোকহল্লোইদবনি।

**[ফ্রি ট্রান্সলেসননিঃ ওরিজিনেল তেক্সতশু য়েংগদবনি]**

**প্রোতোকোল ১,**

**৯ জুন, ১৯৭৭**

**আবটিকল ৭৭ঃ অঙাংশিংবু ঙাক শেনবীবা**

১ ] অঙাংশিংবু যান্না লুনা খনবীগদবনি অমসুং মওং চুমদবা মওংদা ওৎপদগী ঙাকশেনবীগদবনি। খুৎ থোক্লবিবা কাংবুশিংনা অঙাংশিংবু যেংশিনবীগদবনি অমসুং মখোযগী চহীগা চানবা অমদি অতৈ হিবম কযাগা মবী লৈনবা পোৎলমশিং পীবিগদবনি।

২ ] খুৎ থোক্লবিবা কাংবুশিংনা চহী ১৫ গী মখাদা লৈবা অঙাংশিংবু হক থেংনবা খুৎ থোক্লবশিংদা যাওহন্দনবা ওইথোকপা যাবা থৌবাংশিং লৌখৎকদবনি, থোযদোক্লা হাযববদা, মখোযবু লানগী থবক্তা লৌশিন্দনা থমগদবনি। চহী ১৫ শুববা, অদুবু চহী ১৮ দি শুদ্রিবা অঙাং অমবু লৌবা মতমদা, খুৎথোক্লবিবা কাংবুশিংনা খ্বাইদগী চহী লিবশিংবুনা হান্না যাওননবা, শোইদনা হোৎনগদবনি।

৩ ] পেবেগ্রাপ ২ শুবগী ৱাফম লৈজববসু, মযামগা মান্নদবা থৌদোক্তা চহী ১৫ শুদ্রিবা অঙাংনা হাকথেংননা যাওকবদগী অতোপ্পা পার্টিগী মখুৎতা তাগ্রবসু, আবটিকল অসিদা পীবিবা ঙাকপী শেনবীবগী কান্নবশিং অদুমক লৈগনি।

৪ ] ফাববা, ফাজিন্দুনা থম্লবা নত্রগা ফাজিন্দুনা থম্লিংলবা খুৎথোক্লবগা মবী লৈনবা, অঙাংশিংদি আবটিকল ৭৫ পেবেগ্রাফ ৫ দা য়াওবা মতুং ইন্না ফেমিলি যুনিট ওইনা ইমুং মনুংদা লৈহনবা নত্রবদি, অঙাংশিংগী তোঙান্বা লৈফমদা থম্বীগদবনি।

৫ ] শিবগী দন্দিবু, খুৎথোক্লবগা মবী লৈননা, মশাগী চহী ১৮ শুদ্রিঙৈদা তৌখিবা অবানবা অদুগীদমক অঙাংদা দন্দি পীবোইদবনি।

**আরটিকল ৭৮ঃ**

**অঙাংবু থাংদোকপা (ইভাকুয়েশন)**

খুৎ থোক্লরিবা কাংবু অমত্তনা মশাগী জাতিগী অঙাং নত্তনা, মীরৈবাক অমদা মতম খরগী হোংদোকপা অদুগা অঙাংশিংগী হকচাং নত্রগা হকচাং লায়েংননবা, লৌশল্লবা লমদা মখোয়গী তেকতঙামদনবা নত্তনা, অসুম্না দরকার ওইবশিংদা থৈদোকপা নত্তনা থৈদোকলোইদবনি। মপা মমা নত্রগা লিগেল গার্জিয়ান ফংলবদি, মখোয়গী অইবা অয়াবা অমা থাংদোকপগা মরী লৈননা দবকাব ওই। অসিগুম্বা মীওইশিং ফংদ্রবদি, আইনগী নত্রগা চৎনবীনা পীবা মওংদা অঙাং অদুগী য়েংশিনবগী দায়িত্ব লৌনবা অইবা অয়াবা তঙাইফদে। অসিগুম্বা থাংদোকপা অসি প্রোতেকটিং পৱার, অথং-অহৈ কাংবু হায়বদি থাংদোক্লবা শীল লাংলিবা কাংবু, অঙাংশিংবু ওক্লিবা, লৌশিল্লিবা, অমদি মশাগী নেস্যানেলশিং থাংদোকলিবা কাংবুগা য়ানদুনা পাংথোক্লবা সুপরভাইজ তৌগদবনি। থৌদোক খুদিংমক্তা, খুৎথোক্লরিবা কাংবুশিংনা থাংদোক থাংজিন তৌবদা অৱা- অনা থোক্তনবা, লৌবা য়াবা চেকশিন থৌরাং লৌগদবনি।

২ ] পেরেগ্রাফ ১ বগী মতুংইন্না অঙাংবু থাংদোকপা মতমদা, অসুম শাংথনা লাপ্না লৈর্থখিবগী ওইথোকপা লৈরবদি, লাইনিংগী খুদোংচাবা অমদি লমচৎ শাজৎকী, মহৈ মশিং তম্বদু, ফংহনগদবনি।

৩ ] আরটিকল অসিগী মতুংইন্না, মখোয়গী ময়ুম অমদি লৈবাক্তা হলহন্নবগীদমক, থাংদোক্লবা শিল লাংলিবা কাংবু অমসুং চানবা মতুংইন্না ফংলিবা লৈবাক্লা, অঙাং খুদিংগী ফোটো য়াওবা, সেন্ট্রেল ট্রেসিং এজেন্সি ওফ ইন্তরনেস্যানেল কমিটি ওফ রেড ক্রোসতা থাবা য়ানবা কার্দ থম্বীগদবনি। কার্দ খুদিংমক্লা ওইথোকপা য়াবা খুদিংমক্তা অদুগা অঙাংদুদা অমাং অতা অমত্তা থোক্তুবদি মখাগী ইনফোর্মেসনশিংশি য়াওগদবনি।

# অহেনবা প্রোতোকোল ২শুবা, ১৯৭৭

প্রিএম্বল অমগা, আরটিকল ২৮না শাবা ২শুবা প্রোতোকোল, ১৯৭৭ অসি জেনেভা কনভেনশন ৪,১৯৪৯গী কম্মন আরটিকল ৩ শুববু হেন্না মরাং কায়হন্নবা, পাকথোক্লবা শেমখিবনি। নিয়ম চুম্না চৎপা ইন্সরজেন্ট অমদি নিংতম ঈহৌ তৌবা লূপ্না ৩ শুবা কম্মন আরটিকলগা কোন্ননা ২ শুবা প্রোটোকোল অসি ঙাক্লা চৎলি। সরকারগী মায়কৈদগীশু প্রোতোকোল ২মক সহি তৌদুনা ঙাক্লা চৎকদবনি। ভারত সরকারগী ওইনদি, সহি তৌফম থোকপা, ১৯৭৭কী প্রোতোকোল অনিমক সহি তৌদদুনা, কাঙ্গাকগুম মমায় লৈঙোয় মনুংদা লোৎশন্দুনা লৈবগী ওইবা য়াবা মবমদি, ইন্সরজেন্সী লৈবা মফমশিংদা খুৎলায় পায়দবা মীচমবু, মনিংতম্না মালেম্না ৱাঙাংলক্লবগী লম থমদনা কুশি তৌবা য়ানবগী কুত-নিতি ওইবশু য়াই। প্রোতোকোলশিং অসি নুপা, নুপী অঙাং, অহল, জাতি-বিজাতি খায়দনা মীওইবগী হক ঙাক্লবা শেমখিবনি।

মালেমগী থাক্তা চিংদবা খুৎথোক্লবদগী, শোকপা য়াবা, শোক্লবা মীওইবু ঙাকথোক্লবা প্রোতোকোল ২ শুবা অসি শেম্বনি। হায়রিবা খুৎ থোক্লবা অসি ষ্টেট অমগী খুৎলায় পায়বা লান্মীগা, অদুবু য়াদবা 'দিসিদেন্ট আর্মদ ফোর্সেস' নত্রগা, খুৎলায় পায়বা লূপ—'ওর্গেনাইজদ আর্মদ গ্রুপস' কী মরক্তা থোকপগী মতাংদনি [আঃ ১, ক্লোজ ১]। মী ফাদোক ফাজিন তৌবা, তেরোরিজম, পুন্না চৈরাক পীবা, পুন্সিদা হিংসা তৌবনচিংবদুবু থিঙই [আঃ ৪, ক্লোজ ২]। অঙাংশিংবু ওৎনৈদনবা, ঙাকথোকনবা অমসুং চহি ১৫ গী মখাগী অঙাংবু লান্মীদা লৌদনবা পীরি [আঃ ৪, ক্লোজ ৩]। মরাল লঙজবা মতমদা চহি ১৮ শুদ্রিবা, মীরোনবী নুপী অমদি চাজেনবীবু হাৎপগী দন্দি পীবা য়াদে [আঃ ৬, ক্লোজ ৪]। মীচম্মু শোকপা য়াদবা, মীওইবগী হক ঙাক্কদবনি [আঃ ১৩-১৮]। হায়রিবা ২ শুবা প্রোতোকোল অসি পাকশন্না শন্দোক্কদবনি [আঃ ১৯]।

# নৈনবা

ইন্দিয়াগী ওইনদি, সেপতেম্বর, ১৯৯০ দা চৎনবা হৌখিবা 'কনভেনশন ওন দি রাইটস ওফ দি চাইল্ড' [CRC] বু দিসেম্বর ১১, ১৯৯২ দা রেটিফায় তৌদুনা জানুৱারী ১১, ১৯৯৩ দা থবক্তা চৎনবা হৌখ্রে। CRC গী মরিশুবা আরটিকলনা পীবা মতুংইন্না, হৌজিক্কী কনভেনশন অসিনা শক খঙখ্রবা হকশিংদু থবক্তা ওন্থোক্লবা, ষ্টেট পার্টিশিংনা চপচানবা আইন শেম্বা, লৈবাক ঙাকপা অমসুং অতোপ্পা থৌরাং তঙাইফদনা পায়খৎকনি হায়না পীরি। অঙাংশিংবু থবক শিজিন্নবা থিঙনবা সুপ্রীম কোর্টকী রায় অমা ইং কুমজা ১৯৯৬ তা পীখি – অদুবু, ষ্টেটকী চীফ সেক্রেটরীশিংনা থবক্তা পাযখৎপগী রিপোর্ট পীগদবনি। অঙাংনা ড্রগ চাবা, নুপীমচাবু মখোয়গী হক থুগায়বিবা, তম্ফমশঙদা ওঝা লৈতবা, চাবা থকপা ৱাৎহনবা, মশা ফগৎপা ৱাৎপা, লালগী মৈয়োচাংদা লানজেন্নরবা অঙাং, নুপীমচাবু সহরশিংদা ওক্তবীগী লম্বীদা নমদুনা চঙহনবনচিংবা কয়া লায়চৎ ওইরি। মসিবু কনভেনশন্না থিংলবশু, সরকারনা থবক্তা ওন্নবা অকনবা ফীরেপ লৌবা ৱাৎলি।

# ৫

# আইন কায়বা মীওৎ-মীনৈ

## তোরচর

চাওখৎলবা মালেম্না মীওৎ-মীনৈ [তোরচর] অমদি, মীগী ইকায়খুম্নবা মাঙহনববু আইন্না থিংখ্রবা মরাল ওইনা লৌজরবশু, ইন্দিয়াগী ষ্টেটনা ইরমদমদা মীওৎ-মীনৈ লেপ্পা লৈতনা চৎথ্রি। চীনা, আফঘানিস্তান, নেপালনচিংবা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংনা ইং কুমজা ১৯৪৮-গী এন্তি-তোরচর কনভেনশন সহি তৌখ্রবা ফাওবদা, ইন্দিয়ানা তোবচব তৌবা থিংবা মালেমগী কনভেনশন অসিবু ঙসি ঙরাংদমক সহি তৌদুনা, মীওৎ-মীনৈ লেপ্পগে হায়বগী মালেমগী ওইবা থৌদাং লৌবা হৌবে। ইন্দিযানা সহি তৌখ্রবা য়ুনিভরসেল দিক্ল্যাবেশন ওফ হ্যুমেন রাইটসকী ৫ শুবা আরটিকল অমসুং ইন্তরনেস্যনেল কোভেনান্ট ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল রাইটসকী ৭ শুবা আরটিকলনদি মীওইববু ওৎপা-নৈবা থীংলি। মীওৎ-মীনৈ তৌননবা সরকারগী মফমদা আইন্না য়াবা শক্তি লৈতে; আইনগী ৰাংমদা, শামু লমশাদৌনা য়ুম ইংখোল নৈথেকপা হায়বদুনা শামু-লমশাগী ৰানি।

হ্যুমেন রাইটসকী লূপ কয়ানা মীওৎ-মীনৈগী মায়োক্তা ৰাকৎ তৌরি। মদুগী মথক্তা, মালেম্না লূম্না লৌনরিবা এমনেস্তি ইন্তরনেস্যনেলনশু মদুগী মরমদা রিপোর্ট পীরি। এমনেস্তিগী ইং কুমজা ১৯৯২ গী ইন্দিয়া রিপোর্তা ইরিঃ “yet torture is pervasive and a daily routine in every one of India's 25 states, irrespective of whether arrests are made by the police, the paramilitary forces or the army” (p.1). মীওই ৪১৫ – নুপী অঙাং থারগা শিদ্রিবা ফাওবা ইন্দিয়াদা ওৎ-নৈদুনা পুলিশ অমদি লাম্মীনা ইং কুমজা ১৯৯২ দা হাৎলি হায়না পীরি। এমনেস্তিগী মশিং অসি য়াম্না কনজারভেতিভ ওই – অশেংবদি মসিদগী য়াম্না হেল্লি। ঙসিমকশু চথরি। ভারত্তা অতোনবা দালিত অমদি আদিবাশী [ইন্দিজেনস

পীপল] বুশু ওৎপী-নৈবিরি। অব্রাং নোংপোক্তা লাম্মীনা মীচম্মু ওৎপা নৈবা কয়াদু এমনেস্তিনা দোকুমেন্ত তৌরগা পীরি [লমায় ২৪-২৯]। এমনেস্তিগী রিপোর্টতি অফংবা চেদা লৈবা রেকোর্দ খক্তদা ইবনি — মানা তোরচর থীংনবা এজেন্দা তরা পীরি — মদু নৈনবা চঙই। স্পেস লৈতবনা, মতাং অসিদা, কুপ্পা নৈনবা ঙমদ্রি। কোর্টকী ডোক্যুমেন্টতগী য়ুম্ফম ওইরগা, মীবু মথক মখা য়াল্লগা ফুবা, কোক্কা-থবাকদা বুটনা নেৎপা, থবাক ফাওবা লৈবাক্তা ফুল্লগা কোক্তা বালতিন কুপশনবা, মীওইবগী অথিফমদা লাম্মীনা কোচীনা চপ্পা, অহিং তুমহন্দবা, চাক ঈশিং পীজদবা, লৈয়েং-নাকোং-শেগ্রাক, কোক অমদি মীওইবগী অথিফমদা ইলেকত্রিক থাদোক থাজিন শান্নবা কয়া অসি তোয়না লাম্মীনা মখুৎ চল্লবা মীওইবশিংদা শিজিন্নবদু — এমনেস্তিনা পল্লি [লমায় ২৬]। লায়েংবা ঙমদ্রবা ক্রিমিনেলশিংনা তৌবা পথাপ অদুনি। থার্দ দিগ্রী অমদি ফোর্থ দিগ্রী শিজিন্নদুনা, পোলিটিকেল ওপোনেন্টবু ওৎপদু মীচমদশু শমথরকই। ঙসিদি, অনৌবা মেথদ কয়াশু হাপচনলকলি।

AI [এমনেস্তি ইন্টবনেস্যানেল] গী ইং কুমজা ১৯৯০ 'ইন্দিয়া-ওপরেসন ব্লু বার্দ' [মণিপুরদা মীওৎ-মীনৈ, আইন্না য়াদবা মীহাৎ] তা ওইনামদা মণিপুরগী চীংমীশিংবু [মণিপুরী হিলমেন] ওৎ-নৈদুনা হাৎখিবদু শুগায়না পীরে। লাম্মীশিংনা চহি ১ তা ঙাইজরিবা এফঃ লৈশিমোন্দগী হৌরদুনা চহি ৬৫ শুরবা অহল ফাওবা ওৎ-নৈখি। মদুগী মনুংদা অঙাং ৩৪ য়াওখি [অঙাংদি জাৎ-বিজাৎ লৈজদবনি -নাজিগী ব্রাখল লৈবদগী তুক্কচবনি]। ১৯৯০ গী রিপোর্টনা মখল মখলগী মীওৎ কয়াবু শিংথারি [লমায় ১৪-২৫]— ওৎপা নৈবা লোয়রগা হাৎখি। রিপোর্ট অসিদা সরকারগী অমদি লাম্মীগী পাওখুমশু পীরি [লমায় ৩৮-৪৯]। ব্রাহৌদোক্তা, চীংমী লালহৌবশিংনা লাম্মীগী কেম্পতা চঙলগা, ওইনামদগী মখোয়গী নোংমৈ ময়াম মখুত্তগী মুনখিবদগীনি। মণিপুরদা ইকুই কুইদনা, ১৯৯৪ দা ব্রাংজিংদশু মীওৎ-মীনৈ থোকখ্রে। ব্রাহংদি, মীওৎ-মীনৈ হায়বসি আইন কায়ব্রা কায়দ্রবা হায়বসিনি। ওল মণিপুর ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়নগী ডোক্যুমেন্টতা য়ুম্ফম ওইবা ইং কুমজা ১৯৭৫ দগী হৌরদুনা, মীওৎ-মীনৈ মীশিগী রিপোর্ট অমা কোহর [কমিতি ওন হ্যুমেন রাইটস মণিপুর] না হ্যুমেন রাইটস কমিসনগী চিয়ারমেন

রঙ্গনাথ মিশ্রদা ইং ১৯৯৩ মার্চ থাদা গৌহাতিদা মশাদা পীখিবদি লৈরে— মদুগী মখাতাবা থবক্তি উগদবা ব্রাংলি। মশানা ১৯৯৩ গী মে থাদা মণিপুরদা ইনক্যারী তৌগনি হায়না মণিপুরগী মীহুৎশিংদা হায়খি— মদু নিংশিংবা চুমগনি, তৌখিদে।

মণিপুরগী NGO শিংনা মীওৎ-মীনৈগী ব্রাথোক্কী য়াম্না কুপ্না ডোক্যুমেন্তেশন তৌবা চঙই—রিসার্চ তৌবগুম্না, থৌদোক খুদিংদা শম্না অমা চেন্নদবা থিজনবা, ইভিদেন্স খোমজনবা, রেকোর্দ, তৌদ্রগদি, তুংদা ব্রাকৎনবা মচাক লৈরোই [অরোয়বা চেপ্তর য়েংবীগদবা]। কোহরগী ওইবা ১৯৯৭-৯৮ ফাওবগী রিপোর্ট ফংই।

## সুপ্রীম কোর্ট

কনষ্টিট্যুশনগী আরটিকল ২১ শুবনা মীওইবগী পুন্সি শোক্তনবা অশুম্না পীরি—"No person shall be deprived of his life or personal liberty except according to procedure established by law." চুম্না য়েংবদা, য়াম্না অকনবা ব্রহৈ য়াওদবা আরটিকল ২১ শুবা অসিগী মরিকচুম্না ব্রাহল্লোক কয়া সুপ্রীম কোর্টনা পীবি; পনবা য়াবা মমিং লৈবা বায় খরা মখাদা পীবি।

কোর্টনা অচুম্বা— হেনবা [ফিয়ার প্রোসিদ্যুরগী] নিয়ম চত্থগদবনি [মানেকা গান্ধী কেশ এঃ আইঃ আরঃ ১৯৭৮, সুপ্রীম কোর্ট লমায় ৫৯৭]; মরাল শিবীরবা মীওইবদা আইনগী মতেং পীদবা য়াবোয় [হুশৈনারা, vs. বিহার, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৭৯, সুপ্রীম কোর্ট ১৯৬৯]; অথুবা ব্রায়েন তৌগদবনি [শের সিংহ vs পঞ্জাব, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৮৩, সুপ্রীম কোর্ট ৪৬৫]; চার্জ লৈতনা, ব্রায়েন তৌদনা থম্বা মীওইবু থাদোক্কদবনি [মেথিয়ু vs বিহার, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৮৪, সুপ্রীম কোর্ট ১৯৫৪]; য়াম্না শাথিবা দন্দী মখল হায়বদু কন্সটিট্যুসনগী মায়োক্তনি [ইন্দ্রজীৎ vs য়ু-পী, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৭৯, সুপ্রীম কোর্ট ১৮৬৭], নোংমৈ কাপ্পা— ফায়ারীং তৌবদা শিবা, শোকপা মীগী য়ুমগী মী— দিপেন্দেন্টতা কম্পেনসেসন পী [পিঃ য়ুঃ দিঃ আরঃ vs বিহার, এঃ আইঃ আরঃ সুপ্রীম কোর্ট ৩৫৫, ইং ১৯৮৭]; ব্রায়েন তৌবদা নেচরেল জষ্টিস ইনগদবনি [মানেকা গান্ধী vs ইন্দিয়া, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৭৮, সুঃ কোঃ ৫৯৭ — ওলগা তেলিস vs বোম্বে নিয়ু-কো,

এঃ আইঃ আরঃ ১৯৮৬, সুপ্রীম কোর্ট ১৮০, পেরা ৩১]।

জেল মনুংদা অথিংবা পীবা, ওৎপা নৈবগা মান্নবদুবু, আরটিকল ২১গী মতুংইন্না য়েংগদবনি [শিলা বারসে vs মহারাস্ত্র, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৮৩, সুপ্রীম কোর্ট ৩৭৮]। জেলদা লৈবা মীওইদা প্রিজনর অমবু ওৎপা নৈবা য়াদবদু সুপ্রীম কোর্টনা রায় ওইনা পীরি [সুনিল বাতরা vs দিল্লি, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৭৮, সুপ্রীম কোর্ট ১৬৭৫; জাবেদ vs মহারাস্ত্র, এঃ আইঃ আরঃ সুপ্রীম কোর্ট ১৯৮৫, লমায় ২৩১; শেরসিংহ vs পঞ্জাব, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৮৩, সুপ্রীম কোর্ট ৪৬৫]।

মীওইবা অমগী ইজ্জৎ, ইকায়খুম্নবা পীবা হায়বসি আরটিকল ২১ শুবসিগী ৱাহন্থোকনি। জোল্লী জরজ ভরগীজ vs বেঙ্ক ওফ কোচীন, এঃ আইঃ আবঃ ১৯৮০ সুপ্রীম কোর্ট ৪৭০ গী ৱাথোক্তা জষ্টিস কৃষ্ণ আইয়ারনা, রায় পীবদগী মীচম অমগী মথক্তা ষ্টেটনা নমহৎপা অদুবু য়াখিদে। ক্রিমিনেল লোগী মায়কৈদা, ফ্রানচীস কোরেলী মুল্লীন vs এদমিনিষ্ট্রেতর, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৮১, সুপ্রীম কোর্ট ৭৪৬ কী রায় মতুংইন্না, মীওইবগী পুন্সি হিংবা হায়বসি, শুপ্নগী হকচাংগা থৱায়গা পুনবতা নত্তে, মীওইবদুগী হকচাংগী তাং খুদিংমক তেকত কায়দনা, মীওইবা অমগী ইকায়খুম্নবা ফংনা হিংবদুনি হায়না পীরি। রঘুবীর সিংহ vs হরিয়ানা, এঃ আইঃআরঃ ১৯৮০, সুপ্রীম কোর্ট ১০৮৭ দা পীবা রায়দা, সুপ্রীম কোর্টনা, পুলিশনা মীবু ওৎপা য়াখিদে। অদুমকপু, পুলিশনা ওৎ-নৈবশি তৌবা লেপ্পা ঙমদ্রি হায়বা য়াই।

পুলিশমেন অমনা শেনজা থুমজা [ব্রাইব] পীয়ু হায়বদা য়াদবদগী, পুলিশনা ওৎপদগী যাদব কৌবা অমা হাৎখি। য়ুঃ পীঃ vs রাম সাগর যাদব, এঃ আইঃ আরঃ ১৯৮৫ সুপ্রীম কোর্ট ৪১৬ কী কেশতা, সুপ্রীম কোর্টনা মরাল লৈবা পুলিশমেনদুবু আইঃ পীঃ সিঃ সেক্সন ৩০৪ গী মখাদা দন্দী পীখিনবা রায় পীখি। চীফ জষ্টিসকী ৱায়েন্দা, ফারবা মীবু ওৎলিবা, ওৎখিবা পুলিশ ওফিসারবু দন্দী শোয়দনা পীদবা য়াদে হায়খি। আইন অসি চৎনরিবা আইননি। ১৯৮০ গী সুনীল বাতরা কেশ ২ শুবদা, সুপ্রীম কোর্টনা বিচার তৌদ্রিবশিংবু হেন্দ-কফনা ফাজিনবা থিংবতা নত্তনা জেল মনুংগী

অহোংবা পুবক্লবা বায় পীখি। কন্সটিট্যুসনগী আবটিকল ১৪১ শুবগী মতুংইন্না, সুপ্রীম কোর্টকী বায়শি হায়কোর্ট অমদি কোর্ট অতৈনা ইনগদবনি।

পুন্না য়েংবদা, সুপ্রীম কোর্টকী ফিবেপ, বায় অমদি খ্বাযদগী অব্রাংবা আইনগী মতুংইন্না, মীওৎ-মীনৈ, পুলিশনা অর্মদি ফোর্সেস অতৈনা তৌবা 'য়াদে — মদু দন্দী পীবা মবাল লওজবনি। ইং কুমজা ১৯৯৭-৯৮ দা হেন্না মবিক চুন্বা সুপ্রীম কোর্টকী বায় খবশু পীথবকই।

## মালেমগী আইন

যুনাইতেদ নেসন্সনা ইং কুমজা ১৯৮৪ গী দিসেম্বব ১০ দা [জেনবেল এসেম্বলীগী ফম্বাক্তা] কনভেনশন এগেনষ্ট তোবচব এন্দ অদব ক্রুয়েল ইনহ্যুমেন ওব দিগ্রেদিং ত্রিতমেন্ট ওব পনিসমেন্ট [ব্রাবেংশিদা, শম্না — এন্তি-তোবচব কনভেনশন হায়না শিজিন্নবি] পাস তৌখিবদগীদি, মীওইববু ওৎপ-নৈনবা হায়বসি ঙাকপী হৈদবা অচৌবা মবাল অমা ওইনা মালেম্না চৎনবে। ভাবত সবকাবসু ওৎপা-নৈবা থিংবশিদা য়াওবগী মতম হেন্না থেংলে হায়বা যাই; মসিনা অতোপ্পা সিগনেল অমা পীবশু যাই — মীওইববু ওৎপা-নৈবা হায়বসি থিংবা পামদবগী ঈঙ্গিৎ অমা পীবগুর্ম্বনি। এন্তি তোবচব কনভেনশন অসি নোংমদি ভাবতনা ইন্দবা যাবোয হায়বা তাই। ইং কুমজা ১৯৯৩ গী ভিযেন্না কনফবেন্সনা ভাবতপুশু যাওনা মেম্বব ষ্টেটশিংনা হ্যুমেন বাইটস ত্রিতি ঙম্নমক সহি তৌনবা ব্রাবেপ লৌখ্রবনি।

এন্তি-তোবচব কনভেনশন্না মপুং ওইবা ব্রাফম অনি পীবি — [১] মীওৎপা (তোবচব) অমা মাগী ষ্টেট পাটিগী লম-টেবিটোবিদা ফংলগদি, মাবু প্রোজেক্যুত তৌগদবনি। নত্রগনা, অতোপ্পা লৈবাক্তা লৈখ্রবদি, এক্সত্রাদাইট তৌবগা, প্রোজেক্যুট তৌগদবনি। (২) মীওৎ-মীনৈ তৌবা লৈবাক অমদা ওৎপ-নৈবশি লেপ্পা লৈতনা চত্থববদি, ইন্তবনেস্যনেল ইনক্যাবী অমা তৌবা ঙমই।

কনভেনশন্দা যাওববা, সহি তৌববা ষ্টেট পার্টি অমনা, মাগী টেবিটোবী মনুংদা মীওৎ-মীনৈ থিংননবা, মাগী আইন, লৈঙাকপা, কোর্টকী ব্রাযেন

অমদি অতোপ্পা হিবম কযাদা শেমদোক শেমজিন তৌবগা, মীওৎ-মীনৈ তঙায়ফদবনা থিংগদবনি। মদুগী মথক্তা, ষ্টেট পার্টিনা মীওৎ-মীনৈগী মাযোক্তা মাগী সিবিল, মিলিতরী, পুলিশ, ডাক্তর, আইন পাযবা মী, ওফিসার পুম্নমদা ইদুকেশন পীগদবনি—ভাবত্তা, থোইদোক্লা মণিপুরদা মসি ব্রাৎপনা মরম ওইদুনা, মীওৎ-মীনৈ তৌবদা হালেংদবতা নত্তনা অথিংবা লৈতবা ফিভম অমা উবা ফংলি। ষ্টেট পার্টিনা, মানা ওৎপী নৈরীবরশিংদা, মতেং, ফংহন্বা, মতিক চাবা কমপেনসেসনশু পীগদবনি। মখোযবু লৈতাহনবা [রিহেলিলিতেশন] শু তৌগদবনি।

এস্ত তোবচব কনভেনশনগী ফিবান মনুংদা, মপুং ওইবা মেকানিজম অনি লৈবা ফংই – অহানবনা, কমিতি এগেনষ্ট তোবচব; কমিতি অসিনা কনভেনশন অসিবু সহি তৌববা লৈবাক ঙাক্তদা থবক তৌগনি। অনিশুবদা, স্পেসিয়েল বাপোর্ততিযাব; মসিনা, যুঃ এনঃ গী মেম্বর খুদিংদা যেংশনবা ঙমই। ভাবতনা এস্তি তোবচব কমিতি কিজবদগী নত্রগা, মীওৎ মীনৈ থিংবা পামজদবদগী কনভেনশন অসি যনা কুইনা সহি তৌদ্রবশু, স্পেসিয়েল বাপোবতিযাবনা লৈবাক আসগী মীওৎ মীনৈদা যেংশনবা খবা ফাওবা ঙমই। মণিপুরগী এমঃ পীঃ শিংনা পাবলিয়ামেন্টতা তকনবগী বা ঙসি ফাওবা তাবা ফংদ্রি; মখোযশু মসিবু নৈনফম থোকপনি।

এস্ত তোবচব কমিতিনা মীওৎ-মীনৈগী ঈ পাও লৌবা ঙমই। কমিতিনা মাগী মেম্বর অমবু অবোম্বা থীজিনবা [কনফিদেন্সিয়েল ইনক্যাবি] গী থবক্তা শিন্নবা ঙমই। লৈবাক অদুনা যাবগদি, শাক্ষী সাবোন ফাওবা মেম্বরদুনা, লৈবাক্তুদগী খোমজনবা ঙমই। কমিতিনা তাবকপা থবক্তুদা, ষ্টেট অদুনা মীওৎ মীনৈ থীংননবা কবি থবক লৌখৎখ্রবগে হাযবদুগী পাওখুম লৌই। মদুগী মথক্তা ষ্টেট অমনা ষ্টেট অমগী মাযোক্তা বাকৎপা ঙম্নগী অয়াবশু লৈ। মকপ মপাং ওইবগী সোল্যুসনশু লৈ।

কবিগুম্না ফিভম খবদদি, লম্নাই মীওইনা মীওৎ মীনৈগী মাযোক্তা, কমিতিদা ব্রাকৎ থাবা যাহল্লি। মদুবু মী তাহন্দবা মীফমদা, কমিতিনা নৈনৈ। লম্নাই মীওইনা কম্যুনিকেশন থাবা যাবদু পীবি। ব্রাকৎ অমা যাবে [এদমিসিবল] ওইবে হাযনা লৌখ্রবদদি, মাগী মেবিত্তা লাকই। মীওৎ মীনৈ তৌবে

হায়রিবা লৈবাক অদুনা থা ৬ কী মনুংদা, ব্রাথোক অদুগী মতাংদা ষ্টেটমেন্ট, এক্সপ্লেনেশন কমিত্তিদা পীগদবনি। মদুদা ব্রাকৎলিবা মীওইদুনা অহেনবা ঈ - পাও, পাওখুম পীবশু য়াই। মশামকশু কমিতিগী অরোনবা মীফমদা য়াওহনবা য়াই। করিগুম্বদা, কমিতিনা, ভিক্তিম অদুবু হঙ্গৎপা ঙমলরোয়দবা মওংগী অমাঙবা তৌদনবা ষ্টেট পার্টিদুদা হায়বা ঙম্মই।

স্পেসিয়েল রাপোরতিয়রগী তোঙানবা মেন্দেত লৈজৈ—মানা সরকারশিংগা উন্নরগা, কমিসন ওন হ্যুমেন রাইটসতা রিপোর্ট পী। অথুবা মতাংদা, মীওৎ-মীনৈ তৌদনবা সরকারদা হায়বশু ঙমই। হায়রিবা মেকানিজম অসিশু, ইরমদম্না শিজিন্নবগী তঙায়ফদবা অদু লাকই। জেনবেল এসেম্বলীগী ব্ররেপ ৩৬/১৫১, ইং ১৯৮১ ডিসেম্বর ১৫ কী মতুংইন্না, শেমখিবা মীওৎ-মীনৈগী ভিক্তিম (মীওইশিং) বু তেংবাংনবা ভলন্তরী ফন্দগী মতেং লৌরগা, মীওৎ মীনৈদগী অব্রাবা তারবা মীওইবু লায়েংনবা নত্রগা, লৈতানবগী মতেংশু লৌবা য়াই। তোরচর থীংবা তঙায়ফদবনি, মীওৎ-মীনৈ তৌবশিংবু তশ্বীবা, চৈরাক পীবা চঙই। মসিগী মায়কৈদা, ভারতকী লৈঙাক অসি য়াম্না শোথরি, য়েংশনবা চঙই। নেস্যানেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন্না মীওৎ-মীনৈবু য়াদ্রবশু, মদু অদুমক চথরি। মানা থিংবসু ঙমদে।

এমনেস্তি ইন্তরনেস্যানেলনা শিন্দুনা, ইং কুমজা ১৯৯৬ তা ইন্তরনেস্যানেল কনফরেন্স ওন তোরচরগী মীফম্না মীওৎ-মীনৈ তৌদনবা, ফাইনেল রিপোর্ট অমশু পুথোরকই। ইন্দিয়াদদি মীওৎ-মীনৈগী পথাপ অসি লেপ্তুনা চথরকই—মদু থিংনবা মরাংকায়বা থবক পায়খৎপা চঙই। এন্তি-তোরচর কনভেনশন সহি তৌরবা মতুংদদি, ভারত সরকারদা মীওৎ-মীনৈবু ফৈগাক ফৈনা থীংবা তাই, মরাল লৈরবা মীওৎ-মীনৈ তৌববু চৈরাক পীবা তাই।

৬

# মশা মাঙখিবা অমসুং হালেংদনা মী হাৎপা এনফোর্সদ দিসএপীয়ারেন্স

যুঃ এনঃ গী ফোঙখ্রবা ফেক্টশিৎকী মতেং লৌবগা, মীওইবা অমগী মশানা য়ানিংবা তৌদনা নত্রগা নমজা নমথেক্লদুনা, মাগী মশাদুবু মাঙহনখিবা হায়বসি মীওইবা অমগী হক [বাইট] থুগায়বা অমনি। চহি লিশিং ২ দগী তাদনা মাগী বাউন্দবী* কায়দনা লৈবক্লবা, য়েলহৌঁদেগী পুন্না খুন্দা লৈতামিন্নবক্লবা লৈবাক তবেৎনা শেমখিবা মীতৈ, চীংমীদা হায়বগা তাংখুল, কুকি অবিবা, মবিং, থাদৌ, কবুই, মাও মবাম [ঙবাং নহান্তমক মণিপুবগী অবিবা চীংমীবু, অরাংথংবা মণিপুবদা নাগা হাযবগশু, মীতৈনা পীবা কাংলুপকী মমিংদা তপশনবগী যান্না নৌবা চৎনবী অমা শেম্লক্লিবা]—মণিপুবগী অপুনবা মীওই পুম্নগী মবক্তা, লৈকাযদগী নত্রগা তাউন্দগী মী মাঙখ্রে হাযবগী ঈ পাও লেপ্পা লৈতনা তানবক্লি।

গৌহাতি হায কোর্টনা বিশাং কৈশিং অমদি চান্দম ওংবী অমগী কেশতা, ইমুংগী চানবা তাল্লিবা যুম্বু অমা ভাবতকী লাম্মীগী মখুত্তা, মশা মাঙাখিবগী ৱাফমদা, মশা পুথোক্লবা ওর্দব পীবদা, পুথোকপা ঙমখিদে। অবাং নোংপোক্তা, মণিপুবদা মী মাঙখিবগী অৱাবা অসি নুংতিগী থোক্লি। নৈনবিবা অসি মপুং ওইনা, সবকাবগী নত্রগা, লাম্মীগী খুত্তা মীওইবা অমা মাঙখিবগী বাথোক্তা যুম্ফম ওই — মসিগী ৱাংমদা, মবম অমা নত্রগা অমদগী মযুম থাদোক্লগা চৎখিবা, মাঙখিবগী ৱাফমদি মসিগা মবী থন্নবা ওইনা নৈনদ্রি।

মী মাঙহনবগী থৌদোক্লা, মাঙহনবিখ্রবা মহাক্তা নত্তনা, মহাক্কী ইমুং মনুং পুম্নগী মীওইবগী হক মাঙই; মহাক্লা ইমুং থাকপা ওইবর্গদি, ইমুংদুগী

---

* আগষ্ট ৪, ১৯৯৭ কী মণিপুবী চীংমী-তম্মী মী লাখ ৫ গী মাস বেল্লী, মীয়ামগী বাবেপ্পু হঙ্গৎনা য়েংবা য়াই। আগষ্ট তাং ৫ দা ফোঙবা খববগী হেদলাইন পুম্নমক নৈনবা য়াই।

মী অপুম্বা চবা নোখ্রঙনবা তাই। মবম অদুনা, ইং কুমজা ১৯৭৯ দা 'য়ুঃ এনঃ জেনেবেল এসেমব্লীগী ৰাবেপ ৩৩/১৭৩ গী মতুংইন্না, কমিসন ওন হ্যমেন বাইটসনা মদু থীংননবা থবক পায়খৎখি। অমসুং ১৯৮০ দা, কমিসন অদুনা ৱাবকিং গ্রুপ ওন এনফোর্সদ ওব ইনভোলুন্তৰী দিসএপীয়াবেন্সেস লীংখৎখি। মসি লীংখৎপা অসিনা হিবম অসিদা, মালেমগী পুক্লিং চিংশিনবগী খুদম অমা পীবি। মীবু মশা থিবা খঙহন্দবা হাযবসিনা, হ্যমেন বাইটসকী কোভেনান্ট থুগাযবতা নত্তনা ECOSOC না ইং কুমজা ১৯৫৭ দা যাথ্রবা – 'Code of Conduct for Law Enforcement Officials and Standard Minimum Rules for the Treatment of Prisoners' না পীবিবা নীযমশিংবু কাযহনবনি।

## বিপোর্ট তৌবা

মী মাঙহনখ্রবদা, মথক্তা পনখিবা মওংদা, অইবা ৱাকৎ পীবা নত্রগা, খুদক খুদক্কী ওইবগনা, কেবল, তেলেক্স, তেলিফেক্স, অকুপ্পা মওংদা থাগদবনি – বাকৎফম্দি ঃ

WORKING GROUP ON Enforced & Involuntary Disappearances of the Commission on Human Rights, c/o United Nations Centre for Human Rights, 1211 Geneva 10, Switzerland [FAX–4122] 917 0092

ৱাকৎ অদু মাঙখ্রিবা ইমুংদগী নত্রগা, মাগী মকংপতগী থোবক্কদবনি, মদুবু কোন্না NGO না শৌগৎনবি। ৱাকৎ অদুদা, মখাগী ঈ-পাওসি যামদ্রবদা যাওহনগদবনি – অহেনবা ঈ-পাওদি হাপলুবদা কাযবা লৈতে ঃ

১ – মাঙখিবা মীদুগী অশেংবা মিং;

২ – মাঙখিবগী অকুপ্পা তাবিখ, মতম, পুংফম, উবম্বা মফম;

৩ – ফাখিবা, পুখিবা, অবোযবা উবম্বা মফম;

৪ – মদু তৌবম্বা যাবা মী, বোদী, লূপ, পার্টি;

৫ – মাঙখিবদু ফংনবা লৌখৎখিবা থবকশিং;

৬ – থি হুম্বগী চত্থবিবা থবক কবি কবি;

যাবিবমখৈ, খঙজবিবা ঈ-পাও অপুম্বা হাপ্পনা যাম্না ফৈ। ঈ পাও থাবিবা, ৱাকৎলিবা মীওইদুগী অকুপ্পা আইদেন্তিতি, লৈফম পীগদবনি।

## থবক চথবা

ৱাবকিং গ্রুপ অসিগী থবক তৌবগী মওং অসি কমিসন ওন হ্যুমেন ৰাইটসকী ৱাবেপ ২০ (xxxvi) গী মতুংইন্না চৈখে। ৱাবকিং গ্রুপনা মী মাঙখিবগী কনানা দাযিত্ব লৌগদগে হাযবদু খীজনবা ঙমদে। মাঙখিবা মীদুগী মাঙবগী মবম, লৈফম, হিংবা-শিবগী ফিবেপ অমা সবকাবগা ঈ পাও চৎনবগা খঙদোক্নবা হোৎনবনি। মহাক্না, ইন্তবনেস্যানেল আর্মদ কনফ্লিক্টকা মবীলৈনবা ৱাদা চঙশনবা তৌদে – মবমদি, মদু ICRC– ইন্তবনেস্যানেল কমিতি ওফ দি বেদ ক্রোসকী মথৌদাংনি। মী মাঙখিবদু, লালহৌবা নত্রগা, তেবোবিষ্টকী মখুত্তা থোকপা ওইববদি, বাবকিং গ্রুপনা মদু পাযখৎপা ঙমদে। মী মণ্ডানা শাবা ৱার্বকিং গ্রুপ অসিনা, ইং কুমজা ১৯৮৬ তগীদি, চহি অনি অনিগী ওইনা থবক তৌই।

মাসনা সবকাব অর্মদ মবী লৈনবদা, মাঙখ্রবা মীগী ইমুং মনুংবু ঙাকপা শেনবিনবা, কিহনবা, থীনা তৌবদগী ঙাকথোকপিনবা তর্কাশিল্ল। ইবমদমদদি, মাঙখ্রবা মীগী ইমুং মনুং মবীমতাবু ফাবা পুনবা, কীহনবগা তেবোবিষ্টকী থবক সবকাবগী মীওইনা তৌবগী পাও যঙই। বার্বকিং গ্রুপ অসিবু ইবমদম নত্রগা লৈবাক্তা লাক্লবা তক্লবা ফাওবা যাই। মসি ইনৌ নৌবা মেকানিজমনি।

মানা দবকাব ওইবা ঈ পাও ৱাত্তনা ফংলবা মতুংদা, ৱাবকিং গ্রুপনা কেশ অমমম ওইনা মবী লৈনবা সবকাবদা পী। সবকাবনা থিজল্লবা মতুংদা মঙোন্দা পাও পীবকই। সবকাব অমনা ইনস্ত্রুমেন্ট অমা বেতিফায তৌবা তৌদবা যেংদনা, থবক পাযখৎলি। খুদক্কী অথুবা প্রোসিদ্যুব অমগা লৈ–যাম্না কুইদবা মতমদা মী মাঙখিবা ওইববদি, ফাখিবা মীদু শিদনবা, ৱাবকিং গ্রুপকী চীযাবমেন্না খুদক্কী ওইবা থবক পাযখৎপা ঙমই। NGO শিংনা, মীওইবগী হক থাজবা মীওইনা খুদক খুদক্তা অথুবা প্রোসিদ্যুবসি পাযখৎলবদি, মাঙখিবা মীদুগী পুন্সি কনবা ওইথোকই। অদুনা থবক থুবা, খুদক্তা পাযখৎপা, ঈ-পাও চুন্না খুদক্তা পীবা ঙম্না হাযবসি চঙই। ফাখিবা মীদু শিখ্রবদি হিঙ্গৎহনবা ঙমদ্রি।

তৌবিবা থৌদৌদি, ব্রাবকিং গ্রুপকী চীয়াবমেন্না, মবীলৈনবা সবকাব অদুগী যুঃ এনঃ দা থাবিবা পাবমেনেন্ট বিপ্রজেন্তেতিভ অদুগী মতেংনা সবকাবদা চে থাই। মীবোনবী নুপী, অঙাংগী ওইনা থোইদোকপা ব্রাফমশু থমই। বিপোর্ট অমা হৌখিবা থা ৩ গী মনুংদা থোকখিবা থৌদোক ওইবি শংলবদি, গ্রুপনা মবী লৈনবা ফোবেন মিনিষ্টব অদুদা হকথেংননা কেবল থাই।

সবকাবনা থাবকপা পাওখুম বাবকিং গ্রুপনা ব্রাকৎ থাবিবা মীওইদুদা পীগনি – মদুগী মথক্তা, মীওইদুনা ওবজাবভেসন, নত্রগা অহেনবা ঈ পাও পীগদবনি। মীওই অদুনা, সবকাবদুনা থাবকলিবা ঈ-পাওদুদা মবম চান্না যাবা ঙমদ্রবদি, সবকাবদুবু পাও অমুক পী অদুগা মদুদা কমেন্ট পীহল্লি। হাযবিবা অনৌবা ব্রাবকিং গ্রুপকী মেকানিজম অসি শিজিন্নবদা, কান্নবা মবম কযামকুম লৈ – সবকাবনা ফোংনা দাযিত্ব লৌদ্রবশু, মাঙখিবা মীদুগী মবী মখোঙ পীদবদি যাদে।

## হালেঙদনা মীবু হাৎপা

মীওইবগী পুন্সি ঙাক্কদবনি হাযবসিদা, লৈবাক অযাম্বনা হ্যুমেন বাইটস ইনস্ত্রুমেন্ট অযাম্বা সহি তৌনবে – ভাবত লৈবাকশু সহি তৌখ্রবনি। কনাগুম্বা মীওইবা অমত্তগী পুন্সি 'Arbitrarily' – হালেংদনা, কুশি তৌদুনা, থৌৱা শাদনা লৌথোকপা যাদে হাযনা ইন্তবনেস্যানেল কোভেনান্ট ওন সিৱিল এন্দ পোলিতিকেল বাইটসনা পীবি। অদুবু, ইং কুমজা ১৯৮৩ ফাওবদা, যামদ্রবদা মী লাখ ২০ গী পুন্সি, সবকাবশিংগী নিযম যাওদবা পথাপকী মহৈ ওইনা ইথমনখ্রে। অৱাং-নোংপোক্তশু অসুম্না পুন্সি ইথম্নবা অসি নোংমা কাংদনা থোক্লি। এমনেস্তি ইন্তবনেস্যানেলগী 'ওপবেসন ব্লু বার্দ' (১৯৯০) কী বিপোর্ট মতুংইন্না, মণিপুবদা আইন্না যাদবা মীহাৎ [extra-judicial murder] তৌই হাযনা, সবকাবগী মাযোক্তা বিপোর্ট পীখিবদু পনবা য়াই। মদু লেপ্তুনা মখা চত্থবকপগী ঈ-পাও থেঙনবি।

লন্নাই মীওই, লূপ, NGO, নত্রগা কনাগুম্বা অমনা, হালেংদনা লৈঙাক্লা মীহাৎপা তৌববদি, যাম্না খুৎলৈ থুনা থৌদোক্তুগী অকুপ্পা ব্রা অমত্তা চিত্থদনা মথক্তা পনখিবগুম্না মখাগী লৈফমদা ব্রাকৎ ঈ-পাও [communication] থাগদবনিঃ

Special Rapporteur on
Summary or, Arbitrary Execution,
C/o, Office of the High Commissioner for Human Rights.
United Nations Office at GENEVA,1211 Geneva 10,
Switzerland
FAX: 4122 917 0092

পনবা য়াবদি, অৱাং নোংপোক্কী মমিৎ মমায় খর খর পাংলবা মীওইশিংদি ৱাকৎপা তৌগন্দে, থিজনবা তৌগন্দে, ঈ-পাও থাগন্দে। মদুনা মশাদা হঙ্গৎপা ঙমদনা মাঙজৈ- করিবু কান্নবনো হায়দনা অমিয়া কাদুনা লৈ। কনাগুম্বা অভিভাবক খবদি মমাযদা কাঙ তরানা মুল্লবা ফাওবা, কাঙ হুমদোক্লবা মী কৌদুনা লৈ। অইবা মশানা খঙবা ফাওবদা, মীওইবগী হক্কী ওফিসতগী চিঠী থাবক্লবা, অমদি মী অমনা চিঠী অমা অথুবগী ওইনা থাবক্লবা ফাওবদা, মতমচানা পাওখুম পীগনি খঙদবা যাম্না লৈখ্রে। মসিগী তৌদোং লাইখুগা লীচৎ অসি খুদক্তা থাদোক্লবদি, মীওইবগী হক ঙাকপগী অথুবা হক পাযখৎপা থক ঙমলোয। মশা মশানা খুদক্তা চে ইদুনা ৱাকৎকদবনি। আইনগী থবক ইনখাং অয়াম্বদি, মতম হেক হৌখিবদা, মদুগী ফংফম থোকপা লাযেং [বিলিফ] অদু খুদক্তা মাঙখি। মথক্কী চেবোল থাবদা, কনানা মী হাৎপদু তৌবমবগে হাযবগী হেক ঙম্বমখৈ, অকুপ্পা মমিং মথা, ফম, ফিভম, মী মশিং, আইদেন্তিতি, থৌদোক্কুগী বেকগ্রাউন্দ পীদবা য়াদবনি। অথুবা আপীলশু বাপোবতীয়াবনা লৌশনবা ঙমই।

## স্পেসিয়েল ৱাপোরতিয়ার

জেনবেল এসেমব্লীগী ৱাবেপ ৩৫/১৭২, দিসেম্বব ১৫, ১৯৮০ না মেম্বব ষ্টেটশিংনা থওইনা ইন্তরনেস্যনেল কোভেনান্ত ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল রাইটসকী আবটিকল ৬,১৪,১৫ শুববু তঙায়ফদনা ঙাক্লনবা ৱাবেপ তাখি। ECOSOC কী ৱাবেপ, ১৯৮২ গী মতুংইন্না, স্পেসিযেল বাপোবতিযাব অমা হাপ্লবা লৈখি।

## দিফিনিসন খঙবা

ইংকুমজা ১৯৮২ দা কেনয়াগী উকিল এসঃ অমোস ৱাকোবু হিবমসিগী

স্পেসিয়েল রাপোবতিয়ার হাপখি। ইং কুমজা ১৯৯০ দগীদি, মহাক্কী তার্ম অসি চহি ২ গী ওইরগনি। ইং ১৯৯২ দগীদি বাকরব্রালী নদীয়েবু হাপখ্রে। স্পেসিয়েল রাপোরতিয়ারনা হালেংদনা মীহাৎপা কদায়বু কৌবগে হায়বদু মখাদা দিফাইন তৌরি ঃ

**ARBITRARY EXECUTION IS:**

The deprivation of life as a result of a sentence imposed by a procedure in which the due process of law and in particular, the minimum guarantees as set out in articles 6, 14 and 15 of the International Covenant on Civil and Political Rights and the safeguards guaranteeing protection of the rights of those facing the death penalty adopted by the Economic and Social Council in resolution 1984/50 of 25 May, 1984 have not been respected:

The deprivation of life as a result of killing carried out by order of a Government or with its complicity, tolerance or acquiescence, without any judicial or legal process

The deprivation of life as a result of abuse or excessive use of force by law enforcement officials;

The deprivation of life of civilians by members of the armed or security forces in violation of law governing the state of war or armed conflict.

মথক্তা পীরিবা দিফিনিসন অসিবু ষ্টেন্দার্দ ওইনা লৌবগা, ভারতকী ওইনা চৎনরিবা আইনশিং অসি য়ুনিভবসেল হ্যুমেন রাইটস ষ্টেন্দার্দগা চানব্রা চানদব্রা হায়বা যেংবা য়াই। তা-ডা ওইবা য়াই নত্রগা, আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পব্রার্স এক্ট, ১৯৫৮ ওইবা য়াই – মখোয়বু মথক্কী ষ্টেন্দার্দ অসিদগী ওনগদবনি। আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পব্রার্স এক্ট, ১৯৫৮ গী এক্সত্রা–জুদিসিয়েল মরদর তৌনবা পীরিবা সেক্সন ৪ শুবা, মদুবু কোকপীরিবা সেক্সন ৬, পোৎচৈ মাংহন্নবা পীরিবা সেক্সন ৫ শুবা, মখোয়শিংশি হ্যুমেন রাইটস ষ্টেন্দার্দগী মায়োক্তা লৈবা ঙাকনি। মরম অদুমক্লনি, হান্নগী সুপ্রীম কোর্টকী চীফ জষ্টিস ওইরম্বা রঙ্গনাথ মিশ্রনা, তা-ডাবু আইনগী লাইবিক্তগী

লৌথোক্লবা হাযখিবতা নত্তনা, সুপ্রীম কোর্টতা মশানা রাকৎখিবনি। মদুগুম্না আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পরার্স এক্ট, ১৯৫৮ সিশু আইনগী লাইরিক্তা থম্বা য়াদবা পোৎশকনি। মখাদা মপুংফানা নৈনরক্কনি। মিশ্রনা ১৯৯৬ নবেম্বর থাদা ১৯৫৮ গী এক্ট অসিবুশু মুৎথৎপা—বেপীল তৌবা পামখি।

ECOSOC না য়াৎপা মতুংইন্না, স্পেসিয়েল রাপোরতিয়ারগী মেন্দেট অমদি য়েংশনগদবা ফিভমশিংদু মখাদা পীরিঃ

1. Allegations of executions or deaths which might have taken place in the absence of the safeguards designed to protect the right to life embodied in various international instruments, such as the International Covenant on Civil and Political Rights [articles 4,6,7,9,14 and 15], the standard Minimum Rules for the Treatment of Prisoners [Economic and Social Council resolution 663 [XXIV] of 31 July, 1957 and 2076 [LXII] of 13 May 1977], the Code of Conduct for Law Enforcement Officials [General Assembly resolution 34/169 of 17 December, 1979], the convention against Torture and Other Cruel, Inhuman or Degrading Treatment or Punishment [General Assembly resolution 39/46 of 10 December, 1984], the Safeguards guaranteeing protection of the rights of those facing the death penalty [Economic and Social Council resolution 1984/50] and the Principles of the Effective Prevention and Investigation of Extra-Legal, Arbitrary and Summary Executions [Economic and Social Council resolution 1989/65]. These allegations received the Special Rapporteur's concern:

**[a] Actual or imminent executions:**

[i] Without a trial,

[ii] With a trial but without safeguards designed to protect the rights of the defendant as provided for in articles 14 and 15 of the above mentioned Covenant:

**[b] Deaths which took place:**

[i] As a result of torture or cruel, inhuman or degrading treatment during detention,

[ii] As a result of abuse of force by police, military or any other governmental or quasi-governmental force,

[iii] As a result of assault by paramilitary groups under official control,

[iv] As a result of assault by individuals or paramilitary groups not under official control but acting with official collusion or connivance.

2. In addition to the above, the Special Rapporteur has come to take action concerning cases of death threats allegedly made by:

[i] Members of police, military or any other governmental or quasi-governmental forces·

[ii] Individuals or paramilitary groups under official control or acting with official collusion or connivance.

জুলাই ২০, ১৯৯২ দগীনা সেপতেম্বর ১, ১৯৯৬ফাওবদা স্পেসিযেল বাপোবতিয়াবনা অথুবা আপীল ৮১৮ থাদোকই। সবকাবনা মহাক্কী থিগংপা ৱাহংদা পাওখুম পীনবা লাকনৈ; অদুবু, মদুগী পাওখুম পীদনা লৈথোক্লবা হোৎনবা সবকাবশু যাওবকই। তঙাযফদ্রবদি, মহাক্না চত্তবা যাদ্রবা লৈবাকশিংদশু চৎলি। মহাক্না চহিগী রিপোর্ট, কমিসন ওন হ্যুমেন রাইটসতা পীখৎলবা তুংদা, কমিসনদা মীযামগী মমাংদা সবকাবগী মীহুৎ অমদি এনঃ জিঃ ওঃ য়াওনা নৈনৈ। আর্মদ কনফ্লিক্ট থোকপদশু, মহাক্না থিংনবা থবক পায়খৎপা ঙমই।

অৱাং নোংপোক্তা লৈঙাক্লিবা ভারত সরকারগী আইন পায়রিবা ইবুংঙো ইবেম্মা খিবিক্লা মথক্তা পীবিবা মেন্দেট অমদি আইন্না য়াদবা আরবিত্রেরী একজেক্যুশনগী ঙমখৈসি তঙায়ফদনা খঙবা মথৌ তাই। মদুগী ৱাংমদা, খোঙ থাংদোকপিদনবা মালেমগী ৱারেপ লৈরি। মদুগী মথক্তা, মীওইবগী হক খন্নরকপদা, হায় কোর্ট অমদি সুপ্রীম কোর্টনা ভারতকী ইন্তরনেস্যনেল ওব্লিগেসনসি ঙাক্লা চৎনবা হায়বা, অমদি ভারতকী আইনগী ওইনা লানগী লানবা চুম্বা লেপ্পা চঙই। বেসিক খরসি য়েংদনা, থৌৱা শাদনা চৎপগী

ফংলিবা খুদমসি, কোর্টশিংনা মখাতানা নৈনবা চঙই।

মণিপুরদা লাইশ্রম বীজোয়কুমার, সনামচা মাঙখিবনচিংবা,* মণিপুরী কয়া লাম্মী লাক্লুম্লবা মতুংদা যুমদগী মতমচুপ্পগী ওইনা মাঙখিবা তোয়না থোকই। মদুগা লোয়নন্না হালেঙদনা মী হাৎপশু থোকই।

পনবা যাবা অমদি, স্পেসিয়েল বাপোবতিযাবগী মোত্তদি, মিলিতান্ট লালহৌবশিংনা অসিগুম্বা মখলগী মীহাৎ-মীপুন তৌববদি, মখোযগী দাযিত্ব লৈব্রা, লৈতব্রা হাযবগী বাগী ব্রাংমদা, সবকাবগী ওইনদি মীওইবগী পুন্সি খুদিংমক ঙাকপিনবা, কন্নবিনবা দাযিত্বদা নত্তনা মাগী থাদোকপা যাদ্রবা মথৌ থাদোক ফদনা লৈবি। মদুগী মথক্তা, বাকৎ পীবিবা মীওইপুম্বা, শাক্ষী সাবোন, খিজন হুমজনবা, মখোযগী ইমুং মনুং পুম্নদা ষ্টেটনা হাযবদি, সবকাবনা খ্বাইদগী অকনবা প্রোতেক্সন পীগদবনি—মদু পীদ্রবদি, কনামত্তনা ব্রাকৎনবা চোংথোক্লককলোই। ষ্টেট অমা ওইবগী তঙাযফদ্রবা দাযিত্ব কয়া লৈ।

লন্নাই মীওই, NGO, ইনষ্টিট্যুশন, আইনগী মীওই, জুবিষ্ট উকিল জজ, সোসিযেল বার্কর, সবকাবগী ওফিসিযেল খুদিংমক্তা মথক্কী যুঃ এনঃ গী ষ্টেন্দার্দসি খঙজনবদা নত্তনা, মীযামদা খঙহনগদবনি হাযবসি পাক্তক্লনা যানববনি। যুঃ এনঃ গী ব্রাবেপ কযানা, মেদিযানা, খবর, বোর্দিং টিঃ ভিঃ না অকনবা থৌদাং পূবীনবশু ফিবেপ লৌখ্রবনি। মদুগী মথক্তা, আইন শেম্লিবা চেম্বর, ভারতকী জুদিসিযাবীগী লেভেল খুদিংনা ভারতকী আইনগী অর্থ হন্দোকপদা, ভারতকী ইন্তরনেস্যানেল ওব্লিগেশনসিশু ঙাক্লনবা মবিকচুম্বা ফিবেপ লৌবা মতম ওইবে। সেক্যুরিতি ফোর্সকী কমান্দর, পোলিসি মেকরশিংশু মসিবু ইকাযখুম্নবগী তঙাযফদবা মথৌ লৈবি।

ভারতকী ইন্তরনেস্যানেল ওব্লিগেসন পুম্বা, যুঃ এনঃ গী মেম্বর ওইবগী মথক্তা, মহাকী কন্সটিট্যুসন্না পীবা থৌদাং অমসুং মহাক্লা সহি তৌকরা ত্রিতি কয়া, ইনস্ত্রুমেন্ট কযামকুম্না পীথবকপনি। মদুগী মথক্তা, কস্তমরী ইন্তরনেস্যানেল লো, ষ্টেট প্রেকতিসনা পীবকপা থৌদাংনি।

* মণিপুরদা মী মাঙহনবগী মতাংদা যেংগদবাঃ যু, এন, ECOSOC ১৯ দিসেম্বর, ১৯৯৭ ইন্দিয়া লাঃ ৫৬-৫৮ [মণিপুর]—স্পেসিযেল বাপোবতিযাবনা অশোকপা মফম চৎনবা সবকাবদা হায়বকই।

# ৭

# সরকারনা কম্পেনসেসন পীবা

সরকারগী মনাইনা মীচম-সিতিজন্দা মরাল লঙজরুরবদগী, ১৯৬২ গী বিদ্যাপতিগী সুপ্রীম কোর্টকী বায়দা সরকাবগী দায়িত্ব ওইবগী ফিরেপ লৌখিবা, কস্তুরিলাল vs য়ুঃ পীঃ ষ্টেট [এঃ আইঃ আরঃ ১৯৬৫, সুপ্রীম কোর্ট ১০৩৯] গী কেশতা সুপ্রীম কোর্টনা হায়খিবা মতুংইন্না, সরকারগী মনাইনা মরাল লঙজরবদি, মীচম্না মাবু থবক শিজিন্নরীবা সরকারগী মায়োক্তা করিগুম্বা ৱাকৎ অমা লৌখৎপা য়াদে হায়বসিনি। শম্না হায়রবদা, ডোকত্রিন ওফ সোভরেন ইম্যুনিতি হায়বদুনি।

চহি ১৮ গী মতুংদদি, কোর্টকী পুৱারীদা নিংশিংবা য়াবা রুদলসাহ vs বিহার ষ্টেট [এঃ আইঃ আরঃ ১৯৮৩, সুপ্রীম কোর্ট ১৯৮৬] গী কেশতা সুপ্রীম কোর্টনা পীবা রায মতুংইন্না, হায়রিবা ডোকত্রিন অসিবু শেমদোক্তুনা, সরকাবগী মনাইনা মবাল লঙজরুববদি, সরকারগী দায়িত্ব ওইগনি, মদুগী মথক্তা সবকাবনা কম্পেনসেসন পীগদবনি হায়বসিনি। মসি সিতিজনগা লৈঙাক্তা লৈনবা মরীদা অচৌবা অহোংবা অমনি।

ইবমদম কংলৈপাক-মণিপুরদা, সরকারগী মনাইনা লঙজরুবদগী অৱাবা কয়া, মীশি মীনা, মীওৎ-মীনৈ থোকপদা, সরকারনা মরম চাবা মতাংদা, শিখিবা মীকোক্তা লুপা লিশিং ২০ পীগনি লাওথোকই। মদুশু কম্পেনসেসন নত্তে, এক্স গ্রেসিয়া-চানবীদুনা পীবিবনি। অতৈ লমদা লুপা লিশিং ৫০ পীরগা, মণিপুবদা পীদবদি, মণিপুরীগী মমলনা হোঙব্রা হায়না লাওনরিবনি। ঙসিদি, শেনফম অসি লুপা লাখ অমদা হেনগৎলে।

এক্স গ্রেসিয়া পীবা মতমদা, সরকারনা মরালদু য়াবগা পীবা নত্তে— কম্পেনসেসন পীবা তারবদি, সিতিজন অমদা মরাল লঙজরুরে হায়বদু, মনাইগী মহুৎ শিন্দুনা সরকারনা মরালদু য়াই। রুদল সাহগী হিস্তরিকেল ওইবা রায় অসিনা, হৌজিক্কী ওইনা অচৌবা অহোঙবা অমা লাক্লে—মদুগী খুদুং ইন্দুনা, সুপ্রীম কোর্টনা মান্নবা রায় মথং মথং পীরক্লি—মদু মখাদা নৈনরক্কনি।

লৈবমলিবা আইন্দা, ক্রাইম [মবাল] না অৱাফমদা থন্নীববা মীওই–ভিক্তিমদা, কম্পেনসেসন পীনবগী য়াম্না তোয়না শিজন্নদবা, শিজন্নবসু ইঙম ঙমদবা, থৌবাং খবদি লৈবমলি–অদুবু, মদু মবম কয়াদগী ভিক্তিম্না মতেং ওইনা ফংবা ঙম্নদে।

অপীকপা, থবক্তা খব বেবা চেনবা মওংদি ওইবগশু, সিঃ আবঃ পিঃ সিঃ গী সেক্সন ৩৫৭, ৩৫৮, ৩৫৯ শুবনা অশোকপা ভিক্তিমদুবু কম্পেনসেসন পীনবা থমই। মবাল লঙজকৄবদুনা মশানা খঙনা কম্পেনসেসন্দু পীদ্রবদি, মদু শোযদনা পীনবা নিয়ম সিঃ আবঃ পীঃ সিঃ গী সেক্সন ৪২১,৪২২ নত্রগা ৪২৩ না পীবি। সাবৱন সিংহ vs পঞ্জাব ষ্টেট [এঃ আইঃ আবঃ ১৯৭৮, সুপ্রীম কোর্ট ১৫২৫] না পীবা বায মতুংইন্না মবাল লঙজকৄবা মীদুনা পীবা ঙম্বা ফাইন নত্রগা কম্পেনসেসনদু, কোর্টনা হান্না খঙদোক্লবা হায়বি।

প্রোবেসন ওফ ওফেন্দবস এক্ট, ১৯৫৮ গী ৫ শুবা সেক্সন্না পীবা মতুংইন্না, মবাল লঙজকৄবা মীওই অমবু থাদোকপগা লোয়ননা, মবালদু যেংলগা, অশোকপদুদা কম্পেনসেসন পীনবা নিয়ম থমই। লো কমিসন ওফ ইন্দিয়ানস্, অমাঙবা থোকখিবা/অশোকপদু যেংলগা, অশোকপা মীদুদা কম্পেনসেসন পীনবা হায। অনৌবা বাখল পীবা মী খবনা খুদম ওইনা ভেনুগোপাল বাও [১৯৮৯] গী ৱাখলদদি, মীহাৎ-মীপুন, বেপ, গাড়ী কন্না থৌবদগী শিবা মী, ডেকোইতি, বোববিদগী অৱাবা তাববা মীওইদা কম্পেনসেসন পীনবা ঠকই–অদুবু, মদুগী থাকমক্তদি, ক্রিমিনেল জষ্টিসনা চঙশিনবা মতম চঙখিগনি।

ষ্টেট লায়েব্লিতিগী মতাংদা, অচৌবা অহোঙবা লাকপসি যেংলুবগা, হিবম অসিদা অকনবা লীগেল বিসার্চ চঙশিনবা য়াবক্লৱা হাযনা লৌবা যাই, মবমদি, চহি কয়া লৈবক্লবা আইনগী যুম্ফমদু হোঙলকপা অসিনি। পনবা যাবদি, ক্রিমিনেল লোগী মতাংদা ইং ১৯৭১ দা লো কমিসন্না অসুম্না পীবি মদুদি- আইঃ পিঃ সিঃ গী যুম্ফমদা, ত্রাইযেল কোর্টনা কম্পেনসেসনগী ওর্দব পীহনবতা নত্তনা, মবম চানা কেশতা কম্পেনসেসন পীদবা তাবগদি, মদুগী মবমদু শোযদনা ইশন্দুনা থম্বা ঙম্নবা হৌজিক্কী আইঃ পিঃ সিঃ গী সেক্সন ৩৫৭ [হান্নগীদা ৫৪৫] বু শেমদোক্লবা বিকোমেন্দেসন পীবি। য়ুনাইতেদ কিংদমদদি, কম্পেনসেসনগী ওইনা, ক্রিমিনেল ইনজুবিজ কম্পেনসেসন

বোর্দ হায়বা অমা থমই— মদুগুম্বা অমা ইন্দিয়াদশু চঙব্রা হাযবসি নৈনবা য়াবি। ক্রিমিনেল লো খক্তদা মীৎযেং থম্বা তোক্কুনা, সুপ্রীম কোর্ট অমদি হায় কোর্টতা কম্পেনসেসন পীবগী অনৌবা ৱাখল্লোন অমা চথবক্লিবসি নৈনবা য়াই। ইবমদমদশু, মসিগী মমি তাবা মবম চায।

মতাং অসিদা, কম্পেনসেসনগী ৱাখল্লোন্দা অচৌবা অহোংবা পীবিবা মপুং ওইবা সুপ্রীম কোর্টগী বায় ২ বু হান্না, অতৈ পান্দ্রবৈঙদা পনবা যাই। সহেলী [হায়বদি সহেলী, এ রুইমেন্স বিসোর্সেস সেন্তব vs দেলহী পোলিশ কমিশ্নাব, এঃ আইঃ আবঃ ১৯৯০ সুপ্রীম কোর্ট, ৫১৩] তা সুপ্রীম কোর্টনা মবিক চুম্বা বায় পীখি। লেন্দলোর্দ অমগা, মানা হাযবদা চৎপা [ৱাহৈদা, ফুবিৎখাওদা হাপ্পী হায়বা] পোলিশ ওফিসাবশিংগা পুন্না দেলহীদা ভাবাদা লৈবী নুপী অমদা ওৎপী-নৈবীবা, ওইদবা মবাল থঙজনবিবগা জেলদা থমজিনবিবা, নুমিৎ ১২ নি লৈবগা চহি ৯ তা ঙাযর্জবিবা মচানুপাদুশু লৈখিদবগী কেশনী। কোর্টনা হাযবদা সবকাবগী মনাইগা মবালদু, সবকাবনা পুগদবনি মবম অদুনা, লৈখিদ্রবা অঙাংগী মমাদ্দা লুপা লিশিং ৭৫ কম্পেনসেসন ওইনা পীগদবনি।

মথক্তা পনগ্রিবা রুদাল সাহগী মনিং লৈববা কেশকা ৱাবী লাইৃলদি আর্সনিঃ মুজাফাবপুবগী সেসন কোর্টনা, ১৯৬৮ গী জুনদা রুদল সাহবু থাদোক্লবা যাথং পীববা ফাওবদা, চহি ১৪ গী মতুংদা মাবু ১৯৮২ গী ওক্তোবব থাদা জেলদগী থাদোবকখি। অবিবা মীৎযেংদদি, মহাক্লা সবকাবদগী ডেমেজেস তান্নদুনা সিভিল কোর্টতা কেশ তৌবা যাই- মদু কবম্বা চহিদা, মাগী মপুন্সি মনুংদা চপ চাবা বায অমা ফংদবশু যাই-যংবশু যাই। মাগী মনিংতম্বা [লিববটি] মাঙহনবগীদমক্তা, কনষ্টিট্যুশনগী আবটিকল ২১ শুববু থওইদবগী ওইনা, ষ্টেটনা মঙোন্দা লুপা ৩৫,০০০/ গী কম্পেনসেসন পীনবা কোর্টনা বায তাখি। বায অসিগী মথক্তা, মহাক্লা পামজববদি, চপচাবা দেমেজেস, ষ্টেট অমদি মবাল লৈববা ওফিসাবগী মথক্তা তান্ননবা মথংগী কেশ তৌবশু য়াহাল্ল।

রুদল সাহগা হায়বপ মান্নবা কেশ অমদা কম্পেনসেসন হাযনা পন্দ্রগশু, একজেমপ্লাবী কোষ্ট [চৈবাক পীবগী দেমেজেস ওইর্গনি] পীনবা বায় অমা ইং ১৯৮৩ দা সুপ্রীম কোর্টনা পীখি। দেবকী নন্দন প্রসাদ vs বিহাব

ষ্টেট [এঃ আইঃ আবঃ ১৯৮৩, সুপ্রীম কোর্ট ১১৩৪] গী ৱাবীদি শিনী; সুপ্রীম কোর্টনা ১৯৭১ দা মেন্দামস অমা পীদুনা, সবকাবনা, ফংফম থোকপা পেনসন্দু ফাজনবা তোক্তুনা কর্মচাবী [মনায়] দুদা পীনবা জজমেন্ট পীখি। চহি ১২ চুপ্পা বিহাব সবকাবনা মেন্দামসত্তুবু পাংথোক্তনা থম্বদগী, অনিবকশুবা ওইনা, সুপ্রীম কোর্টতা কেশ তৌকুবদগীদি, কোর্টনা লুপা লিশিং ২৫, সবকাবনা মাবু ওৎপী-নৈবিবগীদমক্তা একজেমপ্লাবী কোস্ট পীনবা ওর্দব থোকই, মদুগীশু মথক্তা, বিহাব সবকাবদা মদুম তৌদনবা অকনবা বার্নীং পীখি।

ইবাং কন্না লৈবা মফম অতৈ, অমদি থোযদোক্লা ইবমদম কংলৈপাক –মণিপুবদদি পোলিশকী থম্ফমদা শিবা [কস্তদিযেল দেথ] তোযনা থোকপনা, মসিগী মতাংদা কম্পেন্সেসনগী বাফমসি মুন্না খণ্ডজিনবা যাই। নিলাবতি বেহবা ৮৮ ওবিষা ষ্টেট [এঃ আইং আবং ১৯৯৩, সুপ্রীম কোর্ট ১৯৬০] গী লীখুন্দ; চহি ২২ দা ডার্যাববা সুমন বেহবা, ওবিষাগী জিলা সুন্দাবগাহগী পোলিশ ষ্টেসন্দা পুলিশকী মী থম্ফমদা লৈখিদ্রবদা, নিলবতি বেহবা কৌবী অমনা সুপ্রীম কোর্টতা চিঠি [লেতব] অমথক ইজবদু, কোর্টনা আবটিকল ৩২ শুবগী মখাদা, বিত পেতিসন ওইনা লৌবিবদগী, কোর্টনা সুমন বেহবাগী মমাদা লুপা লাখ ১ লিশিং ৫০ কম্পেন্সেসন ওইনা পীনবা সবকাবদা যাথং পীখি।

মতাং অসিদা, সবকাবনা থাযনগী সোভবেন ইম্যুনিতিগী যুখল মকমদা থুপত্নুনা মশাগী মবাল ডাকথোকপা যাবোই হার্যাখি। কেশ খবসি লময়ানবা কেশ ওইবিবনি। কস্তদিয়েল দেথকী মতাংদা খজিক্তং শমথহৌবা যাবা অমদি, সুপ্রীম কোর্টনা, পোলিশ কস্তদিযেল দেথ থোক্লবদি, পোলিশপু আইনগী মখাদা অকনবা চৈবাক পী। দলিপ সিংহ vs হবিযানা ষ্টেট [এঃ আইঃ আবঃ ১৯৯৩ সুপ্রীম কোর্ট ২৩০২] গী কেশতা, কুরুক্ষেত্র জিলাগী সব ইন্সপেক্তব অমদি কনস্তেবল অনিবু, ফুবদগী অফাবা মীদু শিবগীদমক আইঃ পীঃ সিঃ গী সেক্সন ৩০৪ [II] গী মখাদা, নেগ্লিজেন্সতগী মী শিহনবগী মবালদা, চৈবাক পীনবা ওর্দব পীখি।

কম্পেনসেসন পীবগী আইনগী লীখুন অমা সুপ্রীম কোর্টনা কন্না পীবকই। আইন চুমদনা ফাবগী মতাংদা, ইং কুমজা ১৯৯৩ দা নীলবতি

বেহবাগী বায়দা, মথক্তা পনখিবগুম্না সুপ্রীম কোর্টনা, আবটিকল ২১ গী মখাদা, চুমদনা ফাকুববা [ইলিগল এবেষ্ট] মীদা কম্পেনসেসন পীনবা বায় পীবকই। ইং ১৯৯৭ কী নবেম্বব থাদা, কলকতা হায়কোর্টনা আইন চুমদনা চক্রববতি কৌবা অমবু পোলিশনা ফাকুবগীদমক, সবকাবনা মঙোন্দা লুপা লাখ ১ কম্পেনসেসন পীনবা যাথং পীবকই। হাযবিবা শেনফম অসি, সবকাবনা লাম্ন মী ফাকুবা পোলিশ ওফিসাবগী তলবতগী শকচম্নগদবনি - সবকাবনা মাগীদমক পৈশা তিংনবা মবম লৈতে। ব্রাহৈ অসি খুদুং ইনবা চুমই।

সেবাসতিয়ান এমঃ হোংগ্রে v১ যুনিযন ওফ ইন্দিযা [এঃ আইঃ আবঃ ১৯৮৪, এসঃ সিঃ ৫৭১, অহানবা কেশ] কী লীখুন্দি- ব্রাহং তৌনবগীনি হাযদুনা মিলিতবী কেম্পতা, সিতিজন অনিখক পুখিবদগীদি, মখোয অনিদু হিংনা উবা অমুক ফংখিদ্রে। কোর্টনা অফাবা সিতিজন অনিদু কোর্টতা পুথোবক্লবা 'হেবিযস কোবপস' কী বিত পীবনি। মদুদা লাম্মীনা মখোযবু পুথোকপা ঙমখিদবদগী, মখোয অনিগী নুপী অমমমদা লুপা লাখ অমমম একজেমপ্লাবী কোষ্ট পীনবা য়াথং পীখি। কেশ অসিদা, কোর্টনা কনষ্টিট্যুশনগী আবটিকল ২১ শুবদি পনখিদে।

হায়কোর্টকী মতাংদা পনবা যাবদি, চান্দম ওংবী নুংশিতোম্বী v১ বিশাং কৈশিংগী কেশতা, লাম্মীনা ফাগ্রবা মপুবোযবা হল্লক্তবগী কেশতা হায কোর্টনা লুপা লাখ ১, মণিপুব সবকাবনা পীনবা যাথং তাওথৈ। অন্ধ্র প্রদেশ হায় কোর্টনা সিঃ বামকোন্দা বেবী v১ ষ্টেট ১৯৮৯ দা জেল মনুংদা ফাদোক অমা লৈখিদবদা, ষ্টেটনা লুপা লাখ ১, লিশিং ৪৪ পীনবা ওর্দব তৌই। লৈখিদবগী ব্রাদমক নত্তনা, পোৎ-চৈ [প্রোপবতি] মাঙতাকপদসু কোর্টনা মতিক চাবা য়াথং পী।

ময়াম্না পেবমেন্ট দ্বেলব কেশ হায়না খঙনববা [ওলগা তেলিস vs. বোম্বে ম্যুনিসিপাল কোবপোবেশন, এঃ আইঃ আবঃ ১৯৮৬, এসঃ সিঃ ১৮০] গী ব্রাবী লীখুন্দি-মীওই ৩২ গী মপোৎ মচৈ, সহবগী লুৎ-পাৎ তৌবদা মাঙহনখি। কোর্টকী মীৎয়েংদা, ষ্টেটনা সিতিজনগী মপোৎ মচৈ ঙাকথোকপা ঙমদবদগী থোবকপদগী, আবটিকল ২১ শুববু থুগায়বনি হায়বি। আবটিকল ২১ শুববু মাংহনবগীদমক্তা, মদুগী মবালদা, ষ্টেটনা মীওই

৩২ দা লুপা লাখ ৩৩, লিশিং ১৯ কুম্ভাহুমদোয, খুন্দা লৈতানবা [বিহেবিলিতেশন] পীনবা ওর্দব তৌই।

ইন রে দেথ ওফ সবীন্দব সিংবু [১৯৯২ (৩) SCALE 34] গী কেশতা মশা মতোমতা সুইসাইদ তৌবগা শিজবনি হাযবিবা, লৈখিদ্রবা নুপাদুগী নুপীদুদা, আবটিকল ৩২ শুবগী মখাদা, যুনিয়ন ওফ ইন্দিযাবু থা ৩ গী মনুংদা লুপা লাখ ২ গী কম্পেন্সেসন পীনবা যাথং পী।

শ্রীমতি কুমাবী vs তামিলনাদু ষ্টেট [এঃ আইঃ আবঃ ১৯৯২, এসঃ সিঃ ২০৬৯] গী লাঁখুন্দি-মখুম খুমজন্দবা সিন্নব তেঙ্ক [ঐখোয়না তেংকী হাযনবা] ফুট ১০ লুবা অমদা, চহি ৬ শুববা নুপামচা ১ তাদুনা লৈখিদবদা, মদ্রাজ হাযকোর্টনা কম্পেন্সেসনগী বায পীখিদে—কনানা মখুম হাংদোক্লম্বনো হাযবা খণ্ডবা ঙমদবদগী। মদুগী আপীলদা, সুপ্রীম কোর্টনা চাদা ১২ শেন্দোযশু হাপ্লগা, তামিল নাদু ষ্টেটতা লুপা ৫০,০০০/ পীনবা যাথং পী। শেলফমদু মপুম নত্রগা মচেং ওইনা, তেঙ্কদু মখুম হাংদোক্লম্বা যাবা মীশিংদবু, ষ্টেটতা শেলদু শিংজিন্নবা ওর্দবশু তৌখি। ইবমদমদা যাম্না মবী লৈনবা বাযনি।

মহৈ মশিংগীদা পনবা যাবদি, ববীন্দ্রনাথ ঘোসালা কলকতা যুনিভর্বসিটি [এঃ আইঃ আবঃ ১৯৯২, কলকতা ২০৭] গী কেশতা, দবখাস্ত থাবিবা মহৈবোযদুগী পবিক্ষাগী ফল [বিজল্ট] চহি ৬ হাযদোক্তবগী মনালদা, থা ২ মখাযগী মনুংদা, কলকতা যুনিভবসিটি অমদি মাগী ভাইস চানসেল্লবনা লুপা লিশিং ৬০ কম্পেন্সেসন ওইনা মহৈবোইদুদা পীনবা ওর্দব থোকই। থবক পঙ্থববা, তপথববদি, যুনিভবসিটিশু অচৌবা শেনফম কম্পেন্সেসন ওইনা, শোকপিববা মহৈবোইদা পীনবগী যাথংনি। সবকাবগীদা নত্তনা, যুনিভবসিটিশু মাগী লাযেবিলিতি লৈবি।

১৯৮৩ দগী ১৯৯৮ ফাওবগী, চহি ১৬ কী সুপ্রীম কোর্টকী মকওইনা বাযশিংনা পীবা মতুংইন্না, সবকাবগী ওফিসিয়েলনা তৌফম থোকপা তৌহৌদবা নত্রগা সিতিজনগী ফন্দামেন্তেল বাইট থুগায়ববদি, সবকাবনা মদুগী দাযী পুবা ওইনা শেনফম চাওনা কম্পেন্সেসন পীগনি।

সুপ্রীম কোর্টকী বেঞ্চ অমনা, মাব পীপলস কনভেনসনগী মেম্বব লালবৈকলীন অমসুং সাইকপলৈনবু পুলিশনা এক্ট অমদা ফাবগা হাৎখিবগী

মতাংদা ফেব্রুযাবী ৭, ১৯৯৭ তা বায অমা পীখি। কোর্টনা সবকাবদা মখোযগী ইমুং অমমমদা লুপা লাখ অমমম পীগদবনি হাযনা যাথং পীবকই। ভাবতকী লাম্নীনা থোকচোম লোকেন্দ্র অমসুং কাংঙুজম লোকেনবু সেপ্টেম্বব ২৩, ১৯৮০ দা ফাবগা হাৎখিবদগীদি, সুপ্রীম কোর্টনা সেপ্তেম্বব ১৮, ১৯৯৭ তা ইমুং অমমমদা লুপা লাখ ১.২৫ পীনবা সবকাবনা যাথং পীবকই। ক্রিমিনেল অদুগী মথক্তা মহৌশাগী কেশ চত্থবশু য়াই। চীফ জষ্টিস এঃ এসঃ আনন্দগী ইন্দবসিংহ vs পনজাবকী বাযনা পনজাব পোলিশনা মশা মশানা শেল পীনবা হায।

আবটিকল ২২৬ কী মখাদা, হাযকোর্টনসু মান্নবা কেশতা কম্পেন্সেসনগী ওর্দব পীবা ঙমই। খবদং শেংদবা হাযবত্তবু, আবটিকল ২১ শুববু থুগাইবা নত্তবগী মতাংদা, বাইট থুগাযবদা কম্পেন্সেসন পাবগী ব্লাসিনি, হৌজিক ফাওর্বদি, চুমনগী লিগেল বাইট থুগাযবগীশু পীনবা বায পীবি। যুম্ফম চেৎনা মবা তাদ্রবা সোভবেন ইম্যুনিতি সবকাবনা তৌবনি, মবাল লঙজবা কোক্কদর্বা। হাযবা দোক্ত্রিন অসি ফনা যান্না কিন্তুখ্রে মসিবু পুমলৌ লৌথোকপা হাযবদুনা, হেন্না মবিক চুমগনি। বায খবনা পীবদদি মগৌ তৌদবা নত্রগা, মবাল লৈকুববা মনাই ওফিসাবদু মশামক্রা, সবকাবনা পীবগী মহুত্তা, মাগী মবন্নাই শেনফমদগী কম্পেন্সেসন পীবা অসিনি–মসিমশু মযোল চোঙখৎলক্লিবা আইন্নি-বিসার্চ তৌবা চঙই। মনাইগী মবালদু মনাই মশানা পুজবা হাযবদুনা হেন্না চুমলিবনি।

ওসিফাওবদা থোবর্কালিবা সুপ্রীম কোর্টকী আইন্দি [১] ফন্দামেন্তেল বাইট মাঙহনবিখ্রবা মীওইদা কম্পেন্সেসন পীবা অমসুং [২] মবাল লঙজকবা সবকাবগী মীওইনা, মীওইবগী হক থুগাযকুববদি, মশানা দাযিত্র লৌদুনা, শেনফম অদু সবকাবদা হনজনবা অসিনি; মদুগী মথক্তা, [৩] মীওইবগী হক থুগাযকুবা ওফিসিযেল নত্রগা পোলিশত্তুবু মাগী সিভিল অমদি ক্রিমিনেল লাযেবিলিতিদুশু কোর্টনা মখাতানা লেপচগদবনি। মবাল লৈবন্নবদি, মহাকপু চৈবাক পীগদবনি; [৪] সোভবেন ইম্যুনিতিগী দোকত্রিন মবায চাযথখ্রে। ষ্টেট লাযেবিলিতি অমদি পার্সনেল লাযেবিলিতিগী কাখৎলিবা মতমনি।

# ৮

# নেস্যনেল হ্যুমেন রাইট্‌স কমিসন

ইং কুমজা ১৯৯৪ দা শেমখিবা নেসানেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন [মতুংদা কমিসন হায়বগা খঙনগনি] না অৱাং-নোংপোক্কী ষ্টেটশিংদা অহানবা ওইনা, গৌহাতি সাবক্যুইট হাউসতা তাং ১৭ মার্চ, ১৯৯৪ দা ফমখিবা মীফমদা, মণিপুর ষ্টেটকী মহুৎশিন্দুনা কোহৱ [কমিতি ওন হ্যুমেন রাইটস, মণিপুর] না লামায় ৬ পানবা, মণিপুরদা মীচম হাৎখিবশিংগী মমিং মথাগা কোন্ননা রাকৎ ১ পীবগা, চীনবুংদা মবিকচুম্না রাকৎখি। মদুগী মতৈ লাকত্রি। অইবনা চহিসিদগী কমিসন অসিগা ইন্তরএক্ট তৌবকই। কমিসন অসিগী ৬মদবা থবক, কান্নবা থবক খববু শিংথাবা যাই। মালেমগী লূপ অতৈগী মতেঙ লৌমিন্নবগা ইবমদমদা মীওইবগী হক ঙাকপগী ফিবান মনুংদা, কমিসন অসিবু মীওইবগী হক ঙাকপগী কান্নবা উচল অমা ওইনা লৌবা যাই।

**রাকৎপা**

মীওইবা অমা ওইবগী হক [১= পুন্সি, ২= নিংতম্বা/লিবর্তি, ৩ = মান্নবা/ঈকুয়লিতি, ৪ = ইজ্জৎ/ডিগনিতি, মদুবু কনষ্টিট্যুশন নত্রগা, ইন্তরনেস্যনেল কোভেনান্টনা পীবশিং], মাংহনবিববা মী মশামক্না রাকৎ চে ১ থাববা, নত্রগনা, মাগী/মখোযগী মহুৎশিন্দুনা কনাগুম্বা মী ১ নত্রগা লূপ অমা [এক্ট, ১৯৯৩-নম্বর ১০/ইং ১৯৯৪ সেক্সন ১২], নত্রগনা, কমিসন মশানা মতোমতা থবক লৌখৎচবগসু, কমিসন অসিনা থবক তৌবা ঙৌগনি।

কমিসন অসিনা চহি অমগী মমাংদা থোকপা থৌদোক্কী রাকৎতবু লৌগনি। রাকৎচে অদু ইংরাজী/হিন্দী নত্রগা, ৮ শুবা সেদ্যুলদা চনখ্রবা লোন খুদম ওইনা মীতৈলোন [ভারতবাসীনা মণিপুরী হায়নসু খঙনবা লোল] দা ইদুনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মপুংফাবা রাবীদু পীগদবনি [রেগুলেসন, ১৯৯৪, সেক্সন ৮ (৩)]। রাকৎপগীদমক কবিগুম্না পৈশা

অমত্তা চঙদে। কমিসন অসিনা, মমিং মথা যাওদবা বাকৎ, কান্নদবা ব্রাবেম ইবা, কেশ চথখিবিবা ব্রাথোক নত্রগা মাগী ঙমজবগী ব্রাংমদা লৈবা ব্রাকৎ লৌদবা যাই। মহাক্না ফেক্সতা থাবকপা, নত্রগা তেলিগ্রাম তৌবগা থাবকপা বাকৎ লৌবশু ঙমই [বেগুলেসন, সেক্সন ৮(৪)]। ব্রাকৎ ফংবগী হাপ্তা অনিগী মনুংদা, কমিসন্না ব্রাকৎতু যানবা [এদমিসন] তৌগনি [বেগুলেসন, সেক্সন ৮ ব(১)]।

### কদায়দা ফমগনি

হৌজিকমক্কী ওইনা কমিসন অসিনা মাগী লৈফম [সবদাব পতেল ভবন, নিযু দিল্লী-পিন-১১০০০১] দা ফমই। বাকৎশু লোযশঙ অসিদা মথক্তা পনখিবগুম্না থাগদবনি। মহাক্না মযাই ঙাকপা [সেন্ট্রেল] লৈঙাক্কী অযাবা লৌবগা, ভাবত দেশকী মফম অতৈদা মাগী লোযশঙ হাংবা ঙমগনি [বেগুলেসন, সেঃ ৩ (৫)]। মণিপুব লৈঙাক্না ইম্ফালদা ই' কুমজা ১৯৯৮ দা ষ্টেট কমিসন শেমই।

এক্টকী চেপ্তুব ৫ অমদি ৬ শুবনা পীবা মতুংইন্না, মণিপুব লৈবাক্কী ওইনা, চহি খবগী মতুংদা মণিপুব ষ্টেট হ্যুমেন বাইটস কোর্ট হাংবা পামই। কমিসন অসিনা মীওইবগী হক মাঙলবা মফমশিংদা মখোঙ থোংনা চৎপসু ঙমই [বেগুলেসন, সেঃ ৮ (১২)]। ইবমদমগী ওইনদি, মতম পুম্বদা মখোংনা থোংনা লাকপা [ওন দি স্পোট স্তদি] চংগনি, মবমদি, ওইনাম, সেনাপতিদা, মণিপুরী নাগাশিংবু ওৎ-নৈবগা হাৎখিবদা, লৈঙাক্কী ফম্নাইবা অমগা, গৌহাতি হাযকোর্ট ফাওবা লাক্মীনা নমদুনা চঙহনখিবা [বিফঃ এমনেষ্টি ইন্টবনেস্যনেল বিপোর্ট, ১৯৯০-ওপবেসন ব্লু বার্দ] লৈতে।

### থীজিন হুমজনবগী থবক

কমিসন অসিনা মীওইবগী হক মাংহনবিববদা, হকতুবু থুগাযবদা মতমচানা থিংহৌদবদা, চেকশন্দবগী থিগৎপদা নত্তনা, ষ্টেট লৈঙাক্কী পাও

---

* পাবীবিবনা খঙবিগদবা – ১৯৯৩ এক্ট হাযবগা – 'দি প্রোতেক্সন ওফ হ্যুমেন বাইটস এক্ট, ১৯৯৩ [১৯৯৪ গী ১০ শুবা] বু খঙনগনি।
- বেগুলেসন, ১৯৯৪ হাযবগা নেস্যনেল হ্যুমেন বাইটস কমিসন [প্রোসিদ্যুব] বেগুলেসনবু খঙনগনি।

লৌবগা জেলদা নত্রগা মীওইববু ফাবগা থম্না মফম অতৈদা চৎপা ঙমই [এক্টকী সেক্সন ১২]। মথক্কী থীজন্নবা লূপ অমা, ডাইবেক্তব জেনবেল ওফ পুলিশকী ফমদগী তাদবা, অমনা লুচিংলগা লৈবে [বেগুলেসন, সেক্সন ১৮]।

মহাক্না সবকাবদগী পাওখুম লৌগদবনি, মদুগী মথক্তা বাকৎতু তাগনি – (হিযাবিং), শাক্ষিশাবন যেংগনি, বেকোর্দশু যেংগনি–মদু লোইবগা থীজিনবা লোইবা হাপ্তা ১ গী মনুংদা, থীজিনবা লূপনা কমিসন্দা বিপোর্ট পীখৎকনি [বেগুলেসন, সেক্সন ৮ (১০), (১১)]। কমিসন্না মাগী ওর্দব, নত্রগা বাবেপ পীগনি [বেগুবেলসন, সেক্সন ১৩(১)]।

কমিসন্না মাগী ওর্দব নত্রগা ৰাবেপ্তু মৰীলৈনবা সবকাবদা থবক তৌনবা পীগনি, চহিগী বিপোর্ট পাবলিযামেন্টকী তেবলদা থমগনি।

## প্রোসিদ্যুব

এক্টকী চেপ্তব ৪ শুবনা মহাক্কী অকুপ্পা প্রোসিদ্যুব পীবি– মদুবু বেগু.লসন্না থবক্তা ওল্লি। মহাক্না থিজনবগী বিপোর্ট পীববা মতুংদা, মৰী লৈনবা লৈঙাক্তা মতিক চাবা থবক পাযখৎনবা ইবা, নত্রগা কোর্টতা লৈঙাকনা কেশ তৌনবা, সুপ্রীম/হায কোর্টতা ওর্দব লৌনবা, নত্রগা অশোকপা মীদুদা খুদক্কী অথুবা মতেং [ইন্তেবিম বিলিফ] পীনবা হাযগনি [এক্ট, সেক্সন ১৮]।

এক্টকী চেপ্তব ৩ শুবদা পীবা মতুংইন্না, কমিসন অসিগী অহেনবা মগৌদাং যাম্না লৌবি মদুদি, কনষ্টিট্যুশন/লোনা পীবদা মীওইবগী হক ঙাকপদা বাৎলবদি, মানা ফগৎনবা বিকোমেন্দেসন পীবা ঙমই [১২ (d)], ইন্তবনেস্যানেল কোভেনান্টস ঙাক্লবা ৰা হাযবা ঙমই [১২ (f)] মীওইবগী হক ঙাক্লিবা NGO [লৈঙাক্কী নত্তবা লূপ – লঃ নঃ ল = NGO] বু থৌগৎপা, তেবোবিজমগী মবম নৈনবা [১২ (c)] অসিনাচিংবনি। কমিসনসিদা সিভিল কোর্ট অমগী ঙম্না [পৱাব] লৈ, মাগী চত্থবা থৌবাং পুম্না জুদিসিযেল প্রোসিদিং ওইগনি। কমিসন অসিদা কনাগুম্বা মীওই অমনা ঙাংখিবদু, মীওইদুগী মাযোক্তা শিজন্নবোই [এক্ট, সেক্সন ১৫]।

## লান্মীনা মীওইবগী হক মাঙহনবা

এক্ট অসিগী সেক্সন ১৯ শুবনা মসিগী মবমদা পীবি। কমিসন্না

মযায়গী লৈঙাক [দিল্লি] দগী থৌদোক্কুগী মবমদা রিপোর্ট অমা লৌগনি, মযাযগী লৈঙাক্না [দিল্লি] থা অহুমগী মতুংদা নত্রগা, হেনবা তাববসু, মানা লৌখৎপা থবক্কু কমিসন্দা খঙহনগনি। লৈঙাক্না পাযখৎপা থবক্কা কোন্ননা, কমিসন্না মাগী রিপোর্ট ১ থোক্কনি। লাম্মীনা মীওইবগী হক মাঙহনবগী মতাংদা, মাগী অঙম্বা অসি খব শোন্না লৈ। কমনৱেলঠকী ওইনা CHRI না ১৯৯৮ আগষ্ট ২০ দা, মথক্কী সেক্সন ১৯ শুববু মুৎথৎনবা [রেপীল তৌনবা] সবকাবদা তকশল্লি।

মীযামগী লূপনা এক্টকী সেক্সন ১৯ শুবগী শোন্তক তাবসি, তাদনবা কমিসন অসিদা তক্লবগা মহাক্না মযাযগী লৈঙাক্তা [সেন্তব], এক্ট অসিদা কমিসন অসিগী অঙম্বা অসি খব কলহন্নবা তক্লবা মথৌ তাই।

বাফম অসিদা, অখঙ অহৈগী বাখলশু খব পীনখ্রবান। ইবমদমদদি, লাম্মীনা হক মাঙহনবা তোযনা থোর্কালবনিনা, সেক্সন ১৯ অসবু মুৎথৎলগ, কমিসন অসিগী মপাঙ্গল খব হেন্না, মথৌ হেন্না হাপ্পা চঙই। লাম্মীগী কোর্ট মার্বাসযেলসু লৈজবি, অদুমকপু, মদু তোযনা শিজিন্নবগী ঈ পাও তাহনবা বাৎলি। নেস্যানেল হ্যূমেন বাইটস কমিসন্দা লৈবিবা 'ইঙান ঙান্না উবা' [ট্রান্সপবেন্সী] অদু লোন্না থুপ্না তৌবা কোর্ট মাবসিযেলদা শুকলৈ লৈত্রবনি। মীওইবগী হক মাঙহনবা থোক্লবদি, মদু 'ইঙান ঙান্না উবা' মওংদা থীজিনগদবনি, অবোন অথুপ ওইনা থীজনবদা মীযাম্না থাজনবা, মবম থীবদা ৱানা থোকই।

ইং কুমজা ১৯৯৭ কী ফেব্রুযাবী ৮ দা গুৱাহাতিদা ফর্মাখবা হ্যূমেন বাইটস কমিসন্না শিনবা সেমিনাবদা, চীযাবমেন জষ্টিস এমঃ এনঃ ভেনকাতচালিযাহনা অৱাং নোংপোক্কী লৈবিবা ঈহৌবু মীৎযেংদা থমদুনা হাযখি: "ইন্সবজেন্টশিংদা চুমদনা চৎননবগী মবম লীশিং অমা পীববশু, লাম্মীগী ফোর্সশিংনদি অবানবা তৌননবা মবম অমতা লৈতে" [সেন্তিনেল, ৯-২ ১৯৯৭]। মে ১৩, ১৯৯৭ দা নিযু দেল্লিদা হ্যূমেন বাটতস কমিসনগা, ভাবতকী আর্মী চীফ, মিলিতবী তোপ ব্রাস, হোম সেক্রেতবী, ফোবেন সেক্রেটবী, অখন্নবা উকিল অমদি হ্যূমেন বাইটস দিফেন্দব লুচিংবগা ফম্না সেমিনাবনা লাম্মীনা মীওইবগী হক ঙাকনবগী মতাংদা নৈনখি। মদুমক্না, নেস্যানেল

হ্যুমেন রাইটস কমিসন্না লান্মীগী থবকপু থীগৎনবগী পন্ন্ৰাবদি যাওদবনা, লৌশিং তাকপা ওইনতমক থোকই।

অসামগী ষ্টেট হ্যুমেন রাইটস কমিসন ইং ১৯৯৬দা লিঙই। অযাম্বনা ৰাকৎপা তৌদে, খববদগী কমিসন মশানা [suo moto], ৰাকৎ লিশিং অমবোম শেমই। কযা যাম্না মাযপাকপগে হায়বদু চহি খবদি নৈনবা তাই। অদুবু, লান্মীনা মীওইবগী হক থুগাযবগী মতাংদদি, ষ্টেট কমিসন্না কবিমতা তৌবা ঙমদে। পুন্নমক্কী মথক্তা, কমিসন হাযবসি মাগী ওর্দব পাংথোক্লবা থৌবাং লৈতবনা, মযা পান্দে হাযবা তাই। মযা পালহনবা তাববদি, ১৯৯৩ গী হ্যুমেন রাইটস এক্টপু, পার্লিযামেন্টনা শেমদোকপা চঙই। কমিসন অসি লীংদ্রবঁউদগী হৌনা, অইবনা কমিসন অসিগী অশোনবা কযাবু নৈনখ্রে [অইবগী আবটিকল আসাম ত্রিব্যুন, ১৯৯২]।

১৯৯৩ গী প্রোতেকসন ওফ হ্যুমেন রাইটস এক্টপু শেমদোক্লবা, কমিসন মশানা রিকোমেন্দ তৌজবশু ঙমই, মীযামগী অপাম্বশু আইনশিবু শেমদোক্নুনা, লান্মীবু হকথেংননা থীগৎপা যাহনবা, কমিসননা পীবা ওর্দব ইন্দবা যাদবা মওংদা থম্না তাই। ইবমদমগী ওইর্নাদি কমিসন্না কবিশুম্না মশকংথোকপা থবক অমতা উৎত্রি, উৎপা ঙমগনি হাযবশু গাজদে। কমিসন অসি, ভাবতপু মালেম্না চৈবকপদগী শের্মাখবনি।

মণিপুব ষ্টেটকী ওইনা ইং কুমজা ১৯৯৮ লোইবকপদা, লিংখৎখিবা ষ্টেট হ্যুমেন রাইটস কমিসন্না, মণিপুবদা নোংমা কাংদনা লান্মীনা, পোলিশনা মীওইবগী হক খোঙ্গাওনবা, মীচম্ব ওৎপা-নৈবা, ফাবা, হাৎপ তুপ্লা তৌবদা, লান্মীবু ৰাযেনবা ঙমদে-হিবম অসিগী ওইনা মীযাম্না পামজবা অদুদি কমিসনগী শক্তিগী ৰাংমদনি। যাম্না মপুংওইদ্রবা হিবম খবদা, কমিসন অসিনা রিকোমেন্দেসন পীবা ঙমই।

৯

# কোর্ট-মারসিয়েল

## মিলিতরী লো

হৌখিবা চহি খবগী মনুংখণ্ডদা, ভাবতকী লান্মীনা মীওইবগী হক থুগাইকন্ববগী বাকৎ ৪৭১ ফংবগী মনুংদা, [১৯৯১-১৯৯৫ ফাওবদা], দিসেম্বব ১৯৯৫ ফাওবদা, মিলিতবী ওফিসাব ১৫ যাওনা ভাবতকী লান্মী ৪১ বু মতিকচাবা চৈবাক [পনিসমেন্ট] পীবে হায়না ভাবতকী লান্মীনা ফোংদোকই [তাইমস ওফ ইন্দিয়া, ৮-১২ ১৯৯৫]। কাশ্মীবগী বাকৎ ৩৫১, অব্রাং নোংপোক্কী ব্রাকৎ ১২০ পুন্না থাবগদি, সিফাই ৬৬ পুন্না চৈবাক ফংখি। ব্রাকৎ ৫০-৬০ শু থিগৎপা লোইদ্রিবা মতমগী বিপোর্তনি। নেস্যনেল হ্যুমেন বাইটস কমিসন্না ১৯৯০-৯৪ ফাওবদা, বোবদব সেক্যুবিতি ফোর্সকী মাযোক্তা বাকৎ ২৪৫ শু বেজিস্তাব তৌখ্রে হায়বি। ঙসিফাওবদা, খব অমগশু লৌখৎখবে।

চীফ ওফ আর্মী স্তাফকা NHRC কা ফেব্রুযাবী ১৭, ১৯৯৫ দা উন্নববা মতুংদা, মীচম্বু লান্মীনা অবানবা তৌকবগীদমক্তা, চহি ১২ চুপ্পা থবক শুবগী মিযাৎ তাবা, থবক্তগী লৌথোকখিবগী চৈবাক পীবদু পল্লি [হ্যুমেন বাইটস নিউজলেতব, এপ্রিল ১৯৯৫]। পুন্না যেংবদা উবা ফংবদি, ফনা যাম্না অবানবা কযা কুপলবশু, চেনবা যাদবা মতাংদদি, ভাবতকী লান্মী মশানা, কাশ্মীব, অব্রাং নোংপোক্তা, মীচমগী পুন্সিগী মাঙতাক্নবা তৌই হাযবসি যাজদ্রবদি, মবালনৈবা লান্মীশিংবু অকনবা চৈবাক পীবমলোয। মতাং অসিদা, লান্মীগী ব্রায়েনশং-'কোর্ট মাবসিযেল'গী অফবা-ফত্তবা, মীওইবগী হককা মবী নৈননা নৈনবি।

অইবনা মমাংদশু নৈনখ্রে, অমহিক্তি NHRC গী চীযাবমেন, মেম্ববশিংদা অইবা মশানা গৌহাতিদা, নেস্যনেল হ্যুমেন বাইটস এক্ট, ১৯৯৪ গী ১৯ শুবা সেক্সন অসিনা, লান্মীগী মবালবু কমিসননা থিজনবা

ঙমদবসি, লৌথোকপিনবা অকনবা আবগুমেন্ট ১ পীখ্রবনি। সেক্সন ১৯ শুবসিনা রিপোর্ট লৌবদমক তৌবা, মবাল থীজনবা ঙমদবসিনা কমিসন অসি চেদা থম্বা লকজবী ওইনা পীবি।

হৌখিবা চহি যাঙখৈসিদ্রা অৱাং নোংপোকলম, মণিপুরদা লান্মীবু লৈঙাক্কী শিনফমদা কন্না শিজিন্নবকপদগীদি, লান্মীনা ইনগদবা নিযম কযাবু মখোযনা কাওথোকপদগী নিংশিংহনবা চঙই। দিসেম্বর ১৭, ১৯৭৯ দা যুঃ এনঃ গী জেনেরেল এসেমব্লীনা 'কোদ ওফ কন্দক্ট ফোর লো এনফোর্সমেন্ট ওফিসিয়েলস' নু ৱারেপ ওইনা তাই। ইং কুমজা ১৯৯৩ দগী, লান্মী পরেঙনা তেন কমান্দমেন্ট অমা ভারতকী লান্মীদা পীরি—খুদম ওইনা, অমাং নোংপোকথা লমদা থবক তৌবদা রেপ তৌকনু। ইং ১৯৯৬ তা, যুঃ এনঃ গা ওইনা লো এনফোর্সমেন্ট তৌবদা, মীওইবগী হক ঙাক্লবা পোকেট বুক হানা ফোংই। নবেম্বর, ১৯৯৭ তা সুপ্রীম কোর্টনা তৌ-তৌগনু হায়বা মাথৌ লম্মাদা পী। অদুবু, যান্না ভোংনা লান্মীনা থুগাযবি, যেংশনবশু ঙমদে।

> Sec 19 [1] Notwithstanding anything contained in this Act [sic NHR Act 1994] while dealing with complaints of violation of human rights by members of the armed forces, the commission shall adopt the following procedure, namely
>
> [a] it may either on its own motion or on receipt of a petition, seek a report from the central government
>
> [b] after the receipt of the report, it may, either not proceed with the complaint or, as the case may be, make its recommendations to that government

কমিসন্না থাগৎপা রিকোমেন্দেসন্দা, থা অহুমগী মনুংদা সেন্ট্রেল গর্ভর্মেন্টনা করি থবক লৌখৎখ্রবগে হাযবদু খঙহল্লকনি [সেক্সন ১২ (২)]। কার্মীবগী রিজরেহাবা রিপোর্টকী মতুংইন্না, বিঃ এসঃ এফঃ কী লান্মী কযাবু সবকাবনা চৈবাক পীখি, অদুবু নুতিগী থোক্লিবা রিজরেহবা কযামকমদদি, মদু আইন্না পুল্লগা চথবা তৌদে। এক্ট অসিগী ১২ শুবা সেক্সন্দা কমিসন অসিগী পৱাব মনুংদা, কনষ্টিট্যুশন্দা পীরিবা মীওইবগী হক ঙাকথোকনবা

ব্রাফম য়াওনা আইনবুশু বিভিয়ু তৌনবা অমদি বেসিদুযাবী পব্রাব পীবদু শিজিন্নদুনা, কর্মিসন অসিনা মথক্তা পনখ্রবা মপাঙ্গল লৌথোক্লবা সেক্সন ১৯ শুববু লৌথোক্লবা ভাবত সবকাবদা হাযবা চঙই। মেদিয়া অমদি পব্লিক ওপিনিযনগী অচৌবা থৌদাং ব্রাফম অসিদা যাম্না দবকাব ওই। মীচমগী হক থুগাইবদা, লৈবিবা মিলিতবী জষ্টিস অসিনা ঙাকথোকপা ঙম্ভ্রা হাযবগী ব্রাহং লাকই — মদুগীশু মথক্তা, লৈবিবা মিলিতবী লো অসিনা, নাকল অমবোমদা উপায যাওজদ্রবা মিলিতবী কমান্দব, বাজনিতিব্রালাতনা শিজন্নবিববা লাম্মীশিংদা অচুন্না পীবা ঙম্ভ্রা হাযবা অনিশুবা বাহং অমশু থোবকই। অইবনা লৌবদা, ব্রাহং ২ মক্তা, লৈবিবা মিলিতবী জষ্টিস অসিনা মীওইবশিংগী হক ঙাকপা বানা থোকই।

## মিলিতরী লো

ভাবতকী লাম্মীগী ওইনা ইন্দিযান আর্মী এক্ট, ১৯৫০ হাযবা অমা তোঙান্না পার্লিযামেন্টনা পাস তৌবগী মথক্তা, ভাবতকী কনষ্টিট্যুসনগী আবটিকল ৩৩ শুবা, ৩৪ শুবনা লাম্মীগী তোঙানবা হক পীবগী মথক্তশু, মখোযগী শক্তিবু আইনগী ফিবান্দা থম্না ঙম্মনবগীদমক আইন খবশু পাস তৌই। পব্লিক ফোর্সেস [বেস্ত্রিকসন ওফ বাইটস] এক্ট, ১৯৬৬ না পোলিশকী ফন্দামেন্তেল বাইট খব ককথনবা পীবি। ইন্তেলিজেন্সগী মীওইগী পবাব ককথনবা, পার্লিযামেন্টনা, ইন্তেলিজেন্স ওর্গেনাইজেসন্স [বেস্ত্রিকসন ওফ বাইটস] এক্ট, ১৯৮৫ পাস তৌই। ৩৩ শুবা আবটিকলনা, সিতিজন ১না ফংলিবা ফন্দামেন্তেল বাইটসকী কবম্না শরুক, কদায ফাওবা ককথবগা আর্মদ ফোর্সেসকী মীওইদা হক পীগদগে হাযবদু লেপই। অদুবু, কবিগুম্না মাবসিযেল লো চলাইদুনা অমাং অতা থোকখ্রবা মতুংদা, লাম্মীশিংবু কোকপীনবা এক্ট ১ পার্লিযামেন্টনা, আবটিকল ৩৪ শুবগী মখাদা পাস তৌবশু ঙমই। প্রসিদেন্টনা [হায়বদি প্রাইম মিনিস্তিব + কেবিনেট] না মাবসিযেল লো চলাইবা ঙমই, অদুবু কনষ্টিট্যুসনগী ৩৫২ শুবা আবটিকলগী মখাদা ইন্তবনেল ইমবজেন্সী থম্না ঙমই হায়বদি, পার্লিযামেন্টগী মীৎয়েং চঙই।

সুপ্রীম কোর্টনা মখাগী কোর্ট নত্রগা ত্রাইবুনেলদগী, আবটিকল ১৩৬ শুবনা পীবা মতুংইন্না, জজমেন্ট নত্রগা ওর্দব ১ গী মথক্তা আপীল তৌবা

যাহল্লি, অদুবু আর্মদ ফোর্সেসকীদমক্তা শেম্বা, কোর্ট নত্রগা ট্রাইবুনেলদগী লাকপা ওর্দবগী মতাংদদি মসিশু চৎনবা যাদে [আঃ ১৩৬ (২)]। অদুবু, আবটিকল ২২৬ শুবনা পীবা 'এনি অদব পবপজ' গী মমিংদা হাযকোর্টতা পীবা পৱাব অদুদগীদি মিলিতবী ট্রাইবুনেলবু কোকপিবা তৌদে। ক্যুইশন ওফ ফেক্টতা সুপ্রীম কোর্টনা যেংশনবা তৌদ্রবশু, ক্যুইশন ওফ লো যাওবা মতাংদদি, সুপ্রীম কোর্ট অমদি হায কোর্টনা লাম্মীশিংগা মর্বীলৈনবা কেশ তাই। খুদম ওইনা, ১৯৯১ দা কেশ ১০৬৪ ফাইল তৌবগী মনুংদা, ১৫২৮ পেন্দিং থল্লবদা, সুপ্রীম কোর্ট অমদি হাযকোর্টনা অসিগুম্বা কেশ ৭৫৪ দিসপোজ তৌখি। ১৯৯২ দা কেশ ৭১৪, ১৯৯৩ দা কেশ ৭৫৭, ১৯৯৪ দা ১০৮৭ লাম্মীগা চেন্নবা কেশ, সুপ্রীম কোর্ট অমদি হাযকোর্টতা থাঙ্গৎলকখি।

মথক্তা পনখিবগুম্না, ভাবতকী লাম্মীদা আর্মী এক্ট, ১৯৫০ নচিংবা অকনবা আইন থমলবশু, পার্লিযামেন্টনা আইন্নি হাযবা যাদ্রবা অমুবা আইন কযা, খুদম ওইনা অৱাং নোংপোক্কী ওইনা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিযেল পবার্স এক্ট, ১৯৫৮, মদুগী মথক্তা ভাবতকী অমুবা আইন কযা অৱাংনোংপোক্তা চলাইবি। আইনগী বাংমদশু, লাম্মীনা মীচম হাৎনবগী শক্তি, মদুবু কোর্টনা যেংশনবা য়াদনবা সেক্সন ৪ শুবা, ৫ শুবা, ৬ শুবনা পীবি। বেসিজম চৎপা, লমলোইচনবদা, হালেংদ্রবা বেসিষ্ট কলিং ক্লাসনা অসিগুম্বা আইন শেমদুনা, লাম্মীশিংবু বার্জানতিগী ঈহৌদা মীচম হাৎনবগী খুৎলায ওইনা শিজন্নবি।

মীওইবগী হকপু ফোংনা থুগাইবা মতমদা, ভাবতকী লাম্মীনা মতাং মতাংদা কোর্ট মাবসিযেল তৌদুনা, মীচম্বু ওৎলুবা, হাৎলুবা লাম্মীবু বিচাব তৌগনি, চৈবাক পীগনি হাযববশু, কোর্ট মাবসিযেল হায়বসি, মীযাম্না উকবা যাদবা, মেদিযানা থৎলুবা যাদবা বিচাব মখল অমা ওইবনা, মসিনা অচুম্বা তৌগনি হাযকবা ফাওবদা মীযাম্বু থাজহনবা ঙমদে। মখাদা কোর্ট মাবসিযেলবু নৈনবি।

## কোর্ট মারসিয়েল

দি আর্মী এক্ট, ১৯৫০ গী ৬ শুবা চেপ্তবদা, লাম্মীনা তৌকবা যাবা

ওফেন্স মবাল– কয়া মকম পীবি– মদুগী মনুংদা, খ্বাইদগী চাওবা মবালদি, সেক্সন ৩৪ শুবনা পীবিবা, য়েক্লবদা লৈনগদবা মবী অমদি হাৎপগী দন্দী পীবা যাবা মবাল হায়বসিনি। মসিগী মনুংদা, মাগী লানবন থাদোকপা, য়েক্লবদা, খুৎ থাবা তোকউবা, য়েক্লবদা তেংবাংলুবা, য়েক্লবদা অবোনবা পাও পীকুবা কয়ামকম পীদুনা লৈবে। শম্না হায়ববদা, ভাবতকী লাম্মীনা মবাল লংজকুবা হায়বসি ওইথোকই, মবাল লৈতে হায়না লৌকবা চুমদে। কমান্দিং ওফিসাবনা দবখাস্ত থাবক্লবদি, সিভিল ওথোর্বিতি হায়বদি, মেজিস্ত্রেত অমদি পোলিশ ওফিসাবনা মাগী লমগী মনুং চনবা মদমদা, মবাল লংজকুবা লাম্মীদুবু ফাবগা, লাম্মীগী খুত্তা শিন্নগদবনি [সেঃ ১০২]।

আর্মী এক্টকী চেপ্তব ১০ দা কোর্ট মার্বসিয়েল, চেপ্তব ১১ দা কোর্ট মার্বসিয়েলগী প্রোসিদ্যুব পীবি। কোর্ট মাবসিয়েল মখল মরী শুই [সেক্সন ১০৮]: GCM জেনবেল কোর্ট মার্বসিয়েল, DCM দীস্ত্রিক্ট কোর্ট মাবসিয়েল, সম্মাবী GCM অমদি, সম্মবী কোর্ট মাবসিয়েল [SCM]। হায়াববা মখল মবী অসিগী মথক্তা আপীল তৌনবা যোবম অমা ... মসিগীদমক কোর্ট মার্বসিয়েলগী বাযদগী আপীল তৌনবা স্পেসিয়েল কোর্ট ওফ আপীল অমা লিংবা দবকাব ওই– অদুবু, মদু ঝালিং ক্লাসনা লানবা অপান্না পীদ্রি, লিংবদি তঙায ফদনা চঙই।

**GCM:** ভাবত সবকাব নত্রগা আর্মী চীফ খক্তনা GCM কৌবা ঙমই [সেঃ ১০৯]। ওফিসাব ৫ দগী তাদবা, মদুগী মনুংদা অমনা মাগী পাওতাক্তুবু ইনদবা য়াদে হায়বদি লৈতবা জজ এদভোকেত অমনা GCM শাই। মবাল লৈবা লাম্মীদু ফাবগা, GCM না জামিন পীদে। মহাকপু সিভিল উকিল নত্রগা মিলিতবী ওফিসাব অমনা শৌগৎর্কনি। মানা মবাল যাজবগা, মবালদু ইশর্নলি, মাবু পাবগা তাহনগনি– মবালদু মশানা যাদ্রগনা, মেজোবিতি ভোৎনা বায পীগনি। মফমদুগী এবিযা কমান্দবনা বায অদুবু কনর্ফাম তৌগনি; অমুক হন্না বিচাব তৌবদি যাদে, অদুবু নৌনা মাবু তাবা [ফ্রেস হিযাবিংদি] যাই। GCM অমদি সম্মাবী GCM না আর্মী এক্টকী মখাদা মবাল খুদিংমক বিচাব তৌবা ঙমই, অমদি হাৎপা-তুপ্পা য়াওনা চৈবাক খুদিংমক 'any sentence' পাস তৌবা ঙমই [সেঃ ১১৮]। কাশ্মীব, অবাং নোংপোক্তা, নিংতম ঈহৌ অমদি ইন্সবজেন্সী লৈবা মফমদা, এক্তিভ সবভিসতা লৈবা মতমদা, ফিল্ডদা লৈবা CO [কমান্দিং ওফিসাব] অমনা

সম্মাবী GCM কৌবা ঙমই – অদুগা, মবাল লৈববা লাম্মীদুবু হাৎপগী চৈবাকশু পীবা ঙমই।

DCM দা মেম্বব অহুম লৈ; মাবু আর্মী চীফ নত্রগা, মানা অথোবাইজ তৌবা ওফিসাব অমবু কৌহনবশু যাই। GCM হাযবসি খাযদগী শিজন্নে– মাবু কোব [corps] কমান্দব অমনা হেক্তা কৌবা যাই। GCM হাযবসি আর্মী কল ৮০ A শুবনা মীযামগী মমাংদা – পব্লিক ট্রাইযেল তৌগদবনি হাযববশু, মতম পুম্বদা অবোনবা বাযেল ঙাক্তা ওইবনা, অচুম্বা ফংবদু ওইথোকপা ৱাৎলি।

মবাল লৈববা ওফেন্দব অমদা কোর্ট মার্বসিযেল নত্রগা অচম্বা ক্রিমিনেল কোর্ট অমগী মাম্নবা জুবিসদিকসন লৈবা তাববদি, ওফিসাব কমান্দিং [CO] না লেপকনি [সেঃ ১২৫]। ক্রিমিনেল কোর্টনা, মবাল লঙজকুববা লাম্মীদুবু খ্বাযদগী নকপা মাজিস্ত্রেতকী মফমদা পুথোক্লবা আর্মী ওফিসাবদা হাযবগী পব্বাব লৈ [সেঃ ১২৬]। ভাবত সবকাবগী অযাবা লৌবগা, চপ মান্নবা মবাল লঙজকুবগীদমক, কোর্ট মার্বসিযেলনা থাদোক্লবা নত্রগা, মবাল পীববা মবাল লৈববা লাম্মীদুবু মবালদুমক্তা হনজন্না, ক্রিমিনেল কোর্টনা বীচাব তৌবা ঙমই [সেঃ ১২৭]। নিংতম ঈহৌ লৈবা, অবাং নোংপোক্লচিংবা লৈবাকশিংদা, ক্রিমিনেল কোর্টনা মীচমদা, মীযামদা মবাল লঙজকুবা লাম্মীবু বিচাব তৌনবা, নত্রগা ভাবত সবকাবদা তোযনা তক্লবা হাযবসি মথৌ তাবকই।

মীওইবগী হক তোযনা থুগাযবা মতমসিদা, নাকল অমবোমদনা আইনগী অহোবা চাওনা থম্না, নাকল অমবোমদনা হ্যুমেন বাইটস কমিসনগী পব্বাব যাওহনদবা মতম অসিদা, লাম্মীগী ফম্নাযবশিংনা, কোর্ট মার্বসিযেলগী মতেঙনা, মখোযগী মবাল লৈববা লাম্মীবু বিচাব তৌগনি হাযনবি। অবোনবা মওংদা তৌবা, মিলিতবী ওফিসাব মশেলনা তৌবা বিচাবশিংনা, হক থুগাযবিশ্রবা মীচমদা অমদি লাম্মী মশামক্তসু জষ্টিস তৌবম্বা য়াই হাযবসি থাজবা পীবা ঙমদে। মবম অদুমক্লা, আর্মী এক্ট শেমদোকপা চঙই অমদি, মীযাম্না, মেদিযানা উবা, চঙবা মফমদা কোর্ট মাবসিযেল তৌদ্রিবা ফাওবদি, আর্মী জষ্টিসতা মীযাম্না থাজবা ওইথোক্তে। সুপ্রীম কোর্টনা আর্মীদা কযাবকশু হাযখিবগী, ঈখিবগী ৱা লৈবি – জষ্টিস হায়বসি তৌবদা নত্তে, তৌই

হাযবসি ফোঙনা উংকদবনি: "Justice must not only be done, but it must be seen to be done "

## আর্মী এক্টকী অচৌবা অহোবা

মথক্তা পনখিবগুম্না, ইং কুমজা ১৯৫০ গী আর্মী এক্ট অসিনা, কোর্ট মাবসিয়েলগী মেনখৎপা ঙম্মদবা অহোবা থম্বদা নত্তনা, মালেম্না য়ানববা মীওইবগী হক ঙাকপা – য়ুনিভবসেল হ্যুমেন রাইটস ষ্টেন্দার্দ–ঙাকপদা মতেং ওইদে। থোযদোক্লা ভাবত্তদি, জাৎ-বিজাৎ নাইর্বনিনা, মসিবু লান্না শিজন্নবা তাবকই।

কোর্ট মাবসিয়েল অসি হ্যুমেন রাইটস স্তেন্দার্দনা চপ হেক চাননা শেমদোকত্রিফাওবদি, মখাগী অশোযবশিং অসি লৈবনা, ভাবতকী মিলিতবী জষ্টিস অসিনা হ্যুমেন জষ্টিস পীবা ঙমদ্রিঃ

[১] কোর্ট–মাবসিযেলদা, আইন খঙদবশিংনা 'লো এন্দ ফেক্ট' কর্বি ওইর্গনি হাযবদু লেপই। নিযুবো সবজবী খঙদবা মীওই অমবু ভাবতকী আইন্না যাববনি হাযদুনা ব্রেন ওপবেসন তৌহনবা হাযবদুমকনি শক্তিক ফান্নবা থাঙ্গোল পাযবা হৈবা বাবুদুনা অনাবগী কোক্কী ওপবেসন তৌহনবা হাযবদুগা পাঙ্খকনি। আইনগী কা হেন্না কুপ্পা তেকনিকেল প্রোসিদ্যুব পুম্বা কাল্লগা, মিলিতবী ওফিসাবশিংনা, ঙাইঙমদবা মওংদা কোর্ট মার্বসিযেলদা বিচাব তৌই ।

[২] JAG- হাযর্বদি জজ এদভোকেট জেনবেলনা আইন খজিক্তং খঙবগী মওংদা লৈবা তাববশু, মানা কোর্ট মার্বসিযেলদা প্রিসাইদ তৌদে, মানা জুবীদা পীবিবা পাওতাক অদুশু ইনগনি হাযবা লৈতে। মদুগী মথক্তা, মিলিতবীগী ক্রক ক্রক লাওবা কৈবাক্তা, মানা পাওতাক পীবিবা ওফিসাবশিংদু মাগী মব্রা তাববোযদবা, তাবা খক হৈনদ্রবা মাগী সেনিযব ঙাক্তনি। JAG গী মীওই পুম্বা সেনিযব মিলিতবী কন্ট্রোল মখাদা থমই।

[৩] ব্রাযেল মখল অসিদা, নেচবেল জষ্টিস হাযবদু লৈতে - দিফেন্সতা নুতিগী ওইবা ইভিদেন্স ফঙহনবা যাদে। বি-ট্রাইযেলগী মতাংদা সুপ্রীম কোর্টনা অশেঙবা ব্রা হাযবা তৌদ্রি; হাযকোর্ট অহুম খকনদি, কনভিক্সন

ফংলবা, চৈবাক্তু কনফার্মদি তৌদ্রিবা মবাল লৈবদুবু অমুক হন্না ব্বায়েনবা যাদে হার্যবি।

[৪] কোর্ট মাবসিযেলদা সিভিলিযানবু, মখোযগী অৱাবা তাববদি তাবিগনি, শাক্ষী পীবা যাগনি হায়না চেদা ইববশু, মীচম অমত্তনা লাম্মীগী নোংমৈ মবক্কুদা চগুলুবগা, মিলিতবীগী মথক্তা ৱাকৎপা ওইথোক্তে। থোযদোক্লা অৱাং নোংপোক্লমদদি, মসি মগুদা ফাওবা মগুবদা মগুলাক্লগদবা বাফমনি। মাবু খুদক্তা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎপদা ভাবতকী আইন্না অযাবা পীববা লাম্মীদুগী মাযোক্তা শাক্ষী পীবা যাই হাযবসি, ভাবতকী যাগী অমনি।

[৫] কোর্ট মার্বসিযেলনা পীববা বাযদু, কনফার্ম তৌববা মতুংদদি কোর্ট অমত্তদা আপীল তৌবা যাদে—আর্মী চীফ নত্রগা, দিফেন্স মিনিস্ত্রি খক্তদা হাযজবা যাই। লাম্মী ওফিসাব অর্মদি লাম্মী কযামকম্না, কোর্ট মাবসিযেলগী অবান্বা বাযগী মাযোক্তা, হাযকোর্ট অর্মদি সুপ্রীম কোর্টতা ‘writ petition’ ওইনা দবখাস্ত থায। মদুদা, আইনগী বা নত্তনা, ফেক্টকী মফমর্দাদ কোর্টনা যেংদে। কোর্ট মার্বসিযেল মনুংদা ‘ইঁভদেন্স তেমর্পাবিং’ [শাক্ষী সাবোন শেমদোকপা] তোযনা তৌবগী পেন্দবা লৈর্নাবি। ইকুয কুযদ্রিবা মতমদা, সুপ্রীম কোর্টনা কোর্ট মাবসিযেলবু শৌগৎপা, মহাক্কী বাযদা লোইশিনবগী বায অমা পীখিবা লৈ।

# নৈনবা

অৱাং নোংপোক্তা থোক্লিবা রাজনিতিগী পেন্দবা ঈহৌবু নমথবদা, অমুবা আইন, রেসিষ্ট রুলিং ক্লাসনা শেমদুনা চলাইবদগী, মীওইবগী হক থুগায়বা তোয়না থোকই। অমুবা আইনশিংসি মুৎথৎপা তাই।

মদুগী মথক্তা, নেস্যানেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন এক্ট, ১৯৯৪ গী ১৯ শুবা সেক্সন খুৎলৈ থুনা মুৎথৎলগা লাম্মী, পেরামিলিতরী ফোর্স পুম্নবু কমিসন অসিগী মখাদা পুরকপা চঙই। পব্লিক ওপিনিয়ন, মেদিয়াগী লেপ্পা লৈতবা খোল্লাও চঙই।

ইং কুমজা ১৯৫০ গী আর্মী এক্ট অসিনা ভারতকী লাম্মীগী অমদি ভারতকী আইনগী পথাপতা চুমদবা তৌবতা নত্তনা, মিলিতরী জষ্টিসতা মীওইবগী হক থমদে হায়বসি ফোংনা উৎলি। মরম অদুনা হায়রিবা এক্ট অসি শেমদোকপা চঙই, অদুগা, লোয়ননা কোর্ট মারসিয়েল মখল ৪ মক মীয়াম মমাঙদা, মেদিয়াগী মমাঙদা ফোংনা ত্রান্সপাবেন্ত ওইনা তৌফম থোকই। বৃটিশকী কোলোনিয়েল মিলিতবী জষ্টিস অদু যুম্ফম যাওনা হোংদোকপা তঙায়ফদে।

মদু পুম্নবগী মথক্তা, আর্মী এক্ট অসিশু ইন্তরনেসনেল হ্যুমেনিতরিয়ান লোগা চানহনবা মওংদা শেমদোকপনা চুমগনি।

# ১০

# ইন্তরনেস্যানেল কম্মিতি ওফ দি রেদ ক্রোস

মালেমদা থোকলিবা লাল কয়া, ইন্তরনেস্যানেল আর্মদ কনফ্লিক্ট অমদি নন-ইন্তরনেস্যানেল আর্মদ কনফ্লিক্ট—লোয়নন্না, ইন্তরনেস্যানেল ভায়োলেন্স কয়াদা শোক্লবিবা নাকল অনিগী লাম্মী খক্তং নত্তনা, মীচম মীয়াম কয়ামসু শোকই, শিবি অমদি হিংলবসু, পুন্সি চুপ্পা শোইনায়হৌই। কনাগুম্বা মীওই অমতনা শা-লাল, থোকপসি ফৈদা, নুংঙায়দা হায়দুনা শৌগৎপা লৈতে, অদু ওইববসু, অনিশুবা লাঞ্জাও ১৯৪৫ দা হেক লোয়খিবদগী ঙসি ফাওবদা হাপ্তা ১-২ খক্তং থনম্লগা, নোংমতসু মালেমদা শা-লাল, মীশি মীনা লেপ্পা লৈত্রি।

ইবমদমদগুম ইং ১৯৪৯ দগী ঙসি ফাওবদা ইবাং লেপ্তনা থোকলিবনি। মালেম্না শা-লাল যাদবা এমঃ কেঃ গান্ধীবু মালেমগী রিফরেন্স পোইন্ত ওইনফাওবা লৌনবিবনি—অদুবু, মীতোপ্পা খুজিং ওইবগা পৃথিবীগী লাঞ্জাও ২দা শিবদা মাসু শৌগক্তুনদা লাকই, কাশ্মীরদা ভারতকী লাম্মী থাজনবা মাগী অপাম্বনি। লাল তৌননবা লাম্মী থম্বা হায়রবসি মানা পামখিদবা পোৎ নত্তে—খুদম য়াম্না লৈখ্রে। মদুমক্লসু, ঙসি ফাওবা নথুরাম গোদসেনা, মাগী বিচারদা গান্ধীনা কাশ্মীরদা লাম্মী থাজিল্লী হায়বা রাফমদু তোপ সেক্রেট ওইনা থমই। রাজনিতিরালানা মনুং-মপাল নাইনা শান্নবা লিলা কয়াদা মীওইবগী হকনা শান্নপোৎ ওই। মপুংফাববা ভারতকী পুরাবী ইবক্লগা, পুম্নমক খণ্ডলক্কদবা লৈবি। মদুমক্লসু, য়ুঃ এনঃ চার্তরসু মালেমদা শান্তি থম্নবা শেমখিবনি—থম্বসি ঙম্নবা হোৎনবা ফাওবদা মবক মবক্তা মায়পাকই। অসিগুম্বা চেনফদ্রবা ফিভমসিদা, শোক্লবা লাম্মী লাখ কয়া, নুপী-অঙাং, অশোন-অনা রিফ্যুজি কয়াবু লান মবক্তুদা ঙাকপীবিবা, পুন্সিবু ঙাকলৌ পীবিরিবা, মনিংতম্বা রোদি হায়বসি ICRC [ইন্তরনেস্যানেল কমিতি ওফ দি রেদ ক্রোস] শিনি। মীওইবগী হক কনবা, ঙাকপদা, থোয়দোক্লা—শা-লাল

থোকপা মফমশিংদা মাগী থবক -থৌদাং যাম্না চাওই। মখাদা ICRC গী চেফোঙশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা মীওইবগী হক ঙাকপদা ICRC না পীবিবা চাওববা থৌদাং অদুবু যাম্না শম্না নৈনবি। ICRC অচৌবা মীওইবগী ৱাখলদগী থোক্লকপা ঈহৌ অমনি।

ICRC না মীওইবদা পীবিবা অচৌবা থবক্কী শকখঙবা ওইনা, বেদ ক্রোস লিঙখৎলম্না জীন হেনবী দুনান্তবু খ্বাইদগী অহানবা নোবেল পীস প্রাইজ পীখি। হৈদেন কৌবা মফমদা যাম্না লাইববা খাঙপোক্তা লৈবা হেনবী দুনান্তনা নোবেল প্রাইজগী শেলদু মাগী লাইববা কোক্লবদা খবদং শীজিন্নবগী মহুত্তা, দান তৌথোকখি। মদুগী মতুংদসু ইং কুমজা ১৯১৭, ১৯৪৪, ১৯৬৩ দসু ICRC বু নোবেল পীছ প্রাইজ পীদুনা ইকাযখুম্নখি। ঙসিমকসু, শা-লাল থোকপা মফম খুদিংদা চত্তুনা ICRC না তেংবাং পীবি। জুন ১৮৫৯ দা লোম্বাবদীদা কোযকুবদা, সোলফৈবনোগী লানফমদা লৈবম্না মীশি মীনা মযাম উকুবদগী, দুনান্তনা ইবকপা লাইবিক 'এ মেমোবী ওফ সোলফৈবনো' অদুনা য়ুবোপ পুম্বা নিকহনখি। জেনেভাগী মীওই মঙা- হেনবী দুনান্ত, গুস্তাব মোইনিযাব, লুই অপীযা, থোওদোব মান্তনোযব অমদি জেনেবেল গুইলাম-হেনবী দুফোবনা ১৮৬৩ দা ICRC লিংবা হৌখি।

ICRC কী য়ুম্ফম যাম্না চেৎপা নিতি—প্রিন্সিপাল ৭ তি অসিনিঃ মীওইববু নীঙবা [হ্যুমেনিতি], মীচঙ মীখায নাযদবা, নাকচাদবা [নিযুত্রেলিতি], মনিংতম্বা, লেম্না মতেঙ পীবা, পুনশিনবা অমদি য়ুনিভবসেলিতিনি। হৌজিক্লা ইন্তবনেস্যনেল বেদ ক্রোস অমদি বেদ ক্রেসেন্ট হাযনা খঙনববা, ঈহৌ অসি লৈবাক ১৫০ দা থবক তৌবি। লানগী মৈচ্রাং থোকপা মফমদা নত্রগা, ইন্তবনেল দিস্তববেন্স থোকপদা, ICRC না অৱাবা তাববশিংবু মতেং পী। ICRC সবকাবগী লূপ নত্তে, মাগী শেলথুম বজেৎ অসি লৈবাকশিংনা নুংশিদুনা পাংবীবকপা, ষ্টেটশিংদা লৈবা বেদ সোসাইটিশিংনা পাংবিবকপা, লন্নাই পীবিবকপা অমদি লাম্ছোকপিবকপদগী শিজিন্নে। মানা কনাগুম্বা সবকাব অমগী এজেন্সী ওইনা থবক তৌদে।

জেনেভা কনভেনশনশিং শেম্লকখিবসি ICRC গী থবক ঙাক্লি। অবিবা মতমদা লান্দা শোকপা-পনবা লাম্মী কয়াবু খোমজনবিবা, য়েংশনবিবা

ঙম্মবা ইং কুমজা ১৮৬৪ গী জেনেভা কনভেনশন শেমখি। মদুবু লৈবাক ১২ খক্তনা সহি তৌখি। ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনশন মবিদুমক ইন্তবনেস্যনেল আর্মদ কনফ্লিক্টতা শিজিন্নৈ। ইং কুমজা ১৯৭৭ তা নৌনা হাপচিনবা এদিসনেল প্রোতোকোল অনিখক্লা ১৯৪৯ গী দুগী অৱাৎ অপা শৌগৎলি। ১৯৭৭ কী অহানবা প্রোতোকোল [Protocol I] অসি মালেমগী লানগী মনুংচন্না, নেসনেল লীববেসনগী লান [NLM হায়নসু খংনবা] দশু শিজিন্নবা যাই।

অহানবা প্রোতোকোল অসি লিববেশনগী ঈহৌ লৈবা মফমদা কুপ্না খঙজিনবা নৈনবা যান্না তঙায ফদে। চাংনাইদবা লাম্মী [ইবেগুলাব কম্বাতান্ট] শিংনা খুৎলায ফোংনা পুববদি, হান্না পীবমদ্রবসু মখোয়বু হৌজিক্তি প্রিজনব ওফ ৱাব [লানফা লাম্মী] গী থাক্তা পীনবে। মসি পুম্নমক, মেদিযানা শন্দোকপা উই। অনিশুবা প্রোতোকোল [Protocol II] অসিবু লৈবাক মনুংগী খুৎথোক্লবদা নম্না শিজিন্নৈ। যাবিবমখৈ ICRC না ইঃ হঃ লঃ [ইন্তবনেস্যানেল হ্যমেনির্তবিযান লো] গী মতাংদা বা ঙাঙদ্রবসু, যান্না হের্নজিনবা অকাযবা থোকপা মতাংদদি, মালেমগী লৈবাকশিংদা, ICRC না ইঃ হঃ লঃ থুগাযবে হাযদুনা আপীল তৌবা ঙমই। ইবাং লৈবা মফমশিংদা ICRC থৌদাং লৈহন্নবা থবক থৌবম শিনবা চঙই।

হৌজিক্কী থাক্তা ICRC গী থবক তৌবদা, ষ্টেট প্রের্কতিশকী চৎনবী মতুংইন্না, মাগী ইন্তবনেস্যনেল লিগেল পার্সনেলিতি লৈবে। লৈবাকশিংদা ICRC গী মেন্দেতপু ইকায খুমনৈ। ইন্তবনেস্যনেল হ্যমেনির্তবিযান লোবু ষ্টেট অমনা থুগাযববা মতমদা, ICRC না ষ্টেটতুদা অকাযবদু তৌদনবা হাযবা ঙমই। তৌবতবু, প্রোপেগন্দাগী খুদোংচাবা পীখিদনবা, মানা মাগী প্রোসিদ্যুযব অদু অবোনবা ওইনা থমই। মানা কোর্ট নত্রগা ত্রাইবুনেলদা ইভিদেন্সসু পীবা তৌদে। ICRC গী মীওইবগী তেংবাং পীবগী থৌদৌ অসি, অতৈ লূপশিংগীদগী যান্না খৌয়ে—অদুবু, মহাক লৈবমদ্রবদি, লানফা প্রিজনব ওফ ৱাব লাখ কযা, লান্দা শোকপল্লবা লাম্মী কয়া, লানগী মৈচ্রাংদা লানজেন্নববা অমদি লান্না মাঙহনবীববা, মীপাইববা মীচম [সিভিলিযান] লাখ কযাগী লাইবক্তু কবি ওইবমগদগে হাযবা ঙমদে। ইবমদমদসু বেদ ক্রোসকী অকনবা থবক থৌবাং মীযান্না উবা ফংহনবা চঙই।

লানফমদা শোক্লবা, মশা ঙমদ্রবা লাম্মীশিংবু লাযেং পীননবা ইং কুমজা ১৮৬৩ দগী হোৎনবকখি। অহানবা অমদি অনিশুবা লাঞ্জাওগী অাকিবা ফংলবা পাবাদগী তম্লকতুনা, আগষ্ট ১২, ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনসন ৪ দু চৎনবিবনি। মবক মবক্তা, ইন্তবনেস্যনেল কনফবেন্স তৌদুনা নিযমশিংসিবু ফগৎনবা হন্না হন্না নৈনবা চৎথবিবনি। ১৯৯৫ দিসেম্বব থাদা, ২৬ শুবা ইন্তবনেস্যনেল কনফবেন্স তৌখি। মতাং চাবদা, মদুগী অকুপ্পা ব্রা নৈনবকখিগনি।

প্রিজনব ওফ ব্রাব [লানফা] শিংগী মীওইবগী হক ঙাক্লবা ব্রাফম চাওনা পীবি। ICRC গী ওইনা, মফম খঙদনা মাঙখিবা লাম্মী থীগৎনবা সেন্ত্রেল ত্রেসিং এজেন্সি (CTA) লৈ। জেনেভা কনভেনসন, ১৯৪৯ গী কনভেনসন ৪ গী মনুংদা, ৪ শুবা জেনেভা কনভেনসন অদুনা লান মতমদা মীচম প্রজাবু ঙাকথোক্লবা পথাপ-লম্বী যাৎলি। অদুমকপু, এবোপ্লেন্দগী বোম থাদবগী মতাংদদি, মীচম প্রজাবু বোম থাদবকপদগী ঙাকথোক্লবা নিযম মযেক শেংনা লৈত্রি—মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা, এপ্রিল ৪, ১৯৬৬ তা মিজোবামদা, ভাবতকী ইযাব ফোর্সনা বোম থাদদুনা [স্ত্রাফিং] তৌদুনা, গুবিল্লাদা নত্তনা, মীজো মীচম কযাবু ভাবত লাম্মীনা অব্রাবা তাহর্নখি।

অমবোমদনা, শ্রীলঙ্কাগী তামিল কৈশিংগী লান্দা, তামিল-কৈশিংনা লঙ্কাগী নোংথক্কী প্লেন কযাবু হনবা লৈতনা কাপথবি। মসিগী নোংথককী লানগী নিযমশি, মওং তানা শেন্নবগী দবকাব অদুমক ওইবি—গল্ফকী লাঞ্জাও, অমেবিকানা বোম থাদবদা, সির্ভিলিয়ান তাবগেৎ-হোসপিতাল কযা শোকহনখি। পনবা যাবদি, ১৯৭৪ দগী ১৯৭৭ ফাওবদা তৌখিবা ইঃ হঃ লঃ বু হন্না নৈনবগী দিপ্লোমেতিক কনফবেন্সতা, লৈবাক ১২৮ গী মীহুৎ অমদি নেস্যনেল লিববেসন মুভমেন্টগী মীহুৎ কযা যাওখি। ১৯ সেপ্তেম্বব, ১৯৯৫ ফাওবদা, লৈবাক ১৮৬ না ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনসন ৪ দা সহি তৌবে, লৈবাক ১৪০ না প্রোতোকোল ব্রান্দা সহি তৌবা মতমদা, লৈপাক ১৩১ না প্রোতোকোল তুদা সহি তৌবে। দিসেম্বব ১৯৯৫ দা, ICRC গী ২৬ শুবা ইন্তবনেস্যনেল কনফবেন্স জেনেভাদা তৌবগী ব্রাফম লৈখি। মপুং ওইবা ব্রাফমদি ইঃ হঃ লঃ বু হেন্না ইকাযখুম্নবগী থৌবাং তৌবনি। ইঃ হঃ লঃ লেপ্তুনা নৈনবিবা অচৌবা হিবম অমা ওইবে।

ICRC না ওপবেসনগী মফমদা চঙবগী অবিবা-অনৌবা ৱাফম তানবি। অনিশুবা লাঙ্গাওগী হেক ঙমথংদা, ICRC না তৌখিবা খ্বাইদগী চাওবা ওপবেসনদি ১৯৬৭-৭০ ফাওবদা লৈখিবা নাইজেরিয়া বায়ফ্রাগী লান্দা পীখিবা কয়া থাগৎফম ফংলোযদবা মতেংশিংদুনি। ভিয়েৎনামগী সিবিল ৱাবদা, জেনেভাগী প্রোভিজন যাম্না ৱানা পানশিনখিবগী ৱাফম লৈ। মিদল ইষ্টতা, নুমিৎ ৬ নিগী লান্দা, ইজরেইলনা ৪ শুবা জেনেভা কনভেনশন শাবা যাবোয় হাযবদগী ৱাথোক থোকখি। অহুমশুবা জেনেভা কনভেনশনগী তাযোন্নবদা, রাজনিতিগী যানবা লাকপদগী ইন্দো-পাক লানগী লানফাশিং পার্টি অমগী খুত্তগী হন্দোকতুনা লৌথোকপদা [repatriation] য়েংনবা থোকখি। ১৯৭৯ গী চীনা-ভিয়েটনামগী লান, কম্বোদিয়াদা, ICRC গী অকনবা থৌদাংসু উংখি। মরমদুনা, ICRC না সবকারশিংগা তানবগা হবক চত্থবদা থাজনবা উৎলি। কবিগুম্বদা মাগা যুঃ এণ্ড হায় কমিশনর ফোর রিফ্যুজিগা হবক যেন্নোক্নবা দবকার ওইবকই। অদুবু, কোনো লাবগী মতমদা, মাচম্নু ICRC না মাগা পীনিংবা মতেঙ পীবা ঙমহন্নাখদবগী বাফমসা লৈবি।

কাশ্মীরগী মতাংদা, ICRC তোয়না চঙনবা চহি কয়া চুপ্পা হায়বদা, সরকারনা থিংবদগী ১৯৯৫ দা যাম্না পীকপা মওংদা, ICRC বু জেল খত্তং য়েংবা যাহন্নখি। অৱাং নোংপোক লম, মণিপুরনাচিংবদা, ICRC না লাকপা পাম্নরবসু, সরকারনা যাবা অমা অদুম্মক চঙই।

অবাং নোংপোক্তা, গুবিল্লাগী লান লৈবা মফমদা, ICRC, চংবগী অকনবা মথৌ মতাং অমা নত্রগা অমদা তাবকই। লৈবাক অমনা মদুবু ইন্তরনেল ভাইওলেন্স ওইনা লৌবা যাই নত্রগা, লৌদবসু যাই। ইন্তরনেল ভাইওলেন্স ওইনা লৌববা ফাওবদা, ICRC গী থৌবাং লৈবি। ইং কুমজা ১৯৭৭ কী প্রোতোকোল ২ শুবগী আরটিকল ১বা, পেবা অহানবনা পীবা মতুংইন্না, ইন্তরনেস্যানেল আর্মদ কনফ্লিক্ট নত্তবদা, জেনেভা কনভেনশন শিজিন্নবা ৱা পীবি – থোযদোক্না, হায় কনত্রেকতিং পার্টিগা [লৈবাক অমগা], মশক নাইববা কমান্দরনা লুচিংবা, লম মচেৎ অমদা মাগী কন্ত্রোল লৈববা খুৎলায় পায়বা লুপ অমগা খুৎথোক্নবদা প্রোতোকোল II শিজিন্নবা

যানবা ৱানি। ICRC না খুৎ থিংজিন্নবগী হকশু ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনশন ৪ মক্তা যাওবা কমন আবটিকল ৩ শুবনা পী।

মদুগী মথক্তসু, ICRC গী নিযমদা "হ্যুমেনিতবিযান ইনিসিযেভিত" লৌনবা হকশু লৈজে। ICRC না মীযামগী তেক্ত-কাযদবা, সেক্যুবিতি পামই; খুৎথোক্লবিবা পার্টি অনিগী লিগেল স্তেতস তা খুৎ থিংজিন্দে অমদি, মানা অকনবা কর্নফিদেনসিযেলিতি ঙাক্তুনা থমই। লাম্মী মকোক, পোলিস মকোক, ওফিসিযেল অমহিক্তি নীংতম–ঈহৌগী মপুং ওইবা মীওই পুম্নমনা ১৯৪৯ অমদি ১৯৭৭ কী প্রোতোকোল নৈনবা চঙই। মীচম্মা খুৎথোক্লবিবা কাংলুপশিংদগী হেন্না শোকপা, ৱাবা, অশি অনা থেংনবগী তাঞ্জা তোযনা থেংনৈ। মবমদুনা, ICRC না, মাগী নিযম পুম্না মীপুমতিংনা পাকচাওনা খঙহন্নবা লাক্লে, খুদোংথীবা মফমদগী মীচম্মু থাংদোক্লবা [ইভাক্যুযেসন] তৌই, কদাযদা, মাইন ফুম্বগে হাযদোক্লবা, লাওথোক্লবা পার্টিশিংদা তক্লে, কাযনখ্রবা ইমুং মনুং পুনশিন্নবা লাক্লে, ইঃ হঃ লঃ- ইন্তবনেস্যানেল হ্যুমেনিতাবিযান লো থুগাযনববদি মদুদা ৱাকৎলি; মানা খৃৎলৈ থুনা পাওখুম পীনবা হোৎনৈ। জেলগী ৱাংমদা থবক থৌবাং তৌর্বাস ICRC গী ইকুই কুইদ্রিবা থৌওংনি। মানা চানবা চিঞ্জাক, হিদাক, অতোপ্পা মতেং খুদোংথিবিঙে মনুংদা পীনবা হোৎনৈ। ঙসি ফাওবদা, ICRC না ইন্তবনেস্যানেল হ্যুমেনিতবিযান লোবু ঙাক্লবা, ফগৎনবা থবক লেপ্তুনা চৎথবি–তৌবদবু, মাগী নিযম ৭ অদুদি শম্না অমা কাযদবা, ঙাক্লা চৎকদবনি।

ICRC শেম্বা মতমদা স্বিসকী সিতিজন ঙাক্তা যাওবনা, মাগী নাকচাদবা, থবক মখা চত্থবদা খুদোংচাবা পী হাযনা লৌই। চহি ১২৫ হেন্না অশুম্না লৈবক্লবদা, কমপোজিসন অসিবু শেমদোক্লবা ৱাফম লৈবাক খবনা থাংগৎনবকই–লুবিবদি লান তৌদনা লৈবা ঙমদ্রবা লৈবাকশিংনা স্বিজবলেন্দগী লান তৌবক্তবগী চৎনবী অদুবুশু মখোযগী লম্বীদা হুমখিবা যাই। অদুমকপু নেস্যানেল বেদ ক্রোস সোসাইতি কয়ামদি শেম্বা যাহল্লি। ইং কুমজা ১৯৮৬ কী ওক্তোবব থাদা ইন্তবনেস্যানেল বেদ ক্রোসকী স্তেত্যুত অমা শেমখ্রে।

ICRC না পাযখৎলিবা থবক্কী মনুংদা, মহৌশাগী খুৎলায অমসুং মীয়াম্মু

মাংতান্নবা খুৎলায়বু নিয়মগী মখাদা থম্নবা হোৎনবসি পানবা যাই। লেন্দ-মাইন প্রোতোকোলবু ফগৎহনবা, খুৎলায় ত্রান্সফার তৌবা, মিৎ তাংহনবা ঙম্বা লেজরগী খুৎলায় থিংনবা হোৎনবা, তুংদা খুৎলায় শারকপা যাবদা থীংদোক থীংজিন, কেমিকেল ৱীপোন্স কনভেনশন চৎনবা হৌবা, মমাংদনা বাইওলোজিকেল ৱীপোন্স কনভেনসন শেমখিবনচিংবদা, ICRC গী অচৌবা থৌদাং লৈখিবা ঙাকনি।

২১ শুবা সেনচুরীদা, ICRC না থেংনগদবা চেলেঞ্জ কয়াদুবু নৈনবা হৌনখ্রে। মরমদি, মতমদুদসু, অৱা-অনা, লৈতাদবা হায়বসিগী মরক্তা, মীওইবা ঐখোয়না হিংবা তারি। অমরোমদা ইদিওলোজি কয়াগী মুক্নবা, চেৎশনবা অসিনচিংবা কয়া থোকপা য়ারি। AIDS কী লাইচৎ, ইনভাইরোনমেন্ট, চা-থকপা, লায়র-অনং, ক্রাইসিস মখল কয়া থোরকপদা, থেংননবা মাগী মথৌ লৈ হায়বসি ICRC নশু খঙই। হোস্তাইলিতি থোক্লিক্লৈদগী হৌনা চেকশনবা চুম্বা থবক কয়া পায়খৎপগী দরকার ওই; মদুগী মথক্তা, ICRC গী থবক মপুং ফানা পাংথোক্নবা থৌরাং কয়ামরুম হান্না য়েংখৎপা চঙই। ইরমদমগী ওইনা হায়বা তারবদি, ICRC গী মীৎযেং লাক্নবা, NGO শিংনা মরী থম্নবা, থবক লৌখৎপা অমদি ইঃ হঃ লঃ বু কুপ্না খন্না নৈনবা চঙই। লালগী মৈত্রাংদা রেদ ক্রোস কমিতিগী অচৌবা থৌদাং লৈরি।

ICRC গা অইবগা সেমিনারদা মোত খঙমিন্নবা মতমদা, মণিপুর অমদি অৱাং নোংপোক্লমদা ICRC না যেংশনবা পাম্লবশু, সরকারনা য়ৈথৎলি অমদি থিংই হায়রি। মালেমগী লাঞ্জাও ফাওবদা ICRC না চঙবদা থীংদে, অদুবু অৱাং নোংপোক্তদি চঙদনবা হায়দুনা থীংলি। অৱাং নোংপোক [নোর্থ ইর্স্তন ষ্টেটস] পু য়োৎকী কাংখল [আইরন করতেন] না কুপশন্দুনা থম্বদগী, মালেমদা ইঙান ঙাননা উহন্নবা, ভারত সরকারনা য়োৎকী কাংখল অসিবু হাংদোকপা তাই।

# ১১

# এমনেস্তি ইন্তরনেস্যনেল

মীওইবগী হক ঙাকপদা মপুংওইবা থৌদাং পুন্নবশিংদি য়ুনাইতেদ নেসন্সকী হ্যুমেন রাইটস মেচিনরীশিং, লৈবাক-লৈবাক্কী রাযেংশঙ কোর্টশিং অমসুং লৈঙাক্কী নত্তবা নন গভর্নমেন্তেল ওরগেনাইজেসনশিংনি। NGO শিংনা মালেমগী থাক্তা, লৈবাক্কী থাক্তা নত্রগা লমদম [লোকেল] গী থাক্তা থবক পাযখৎলি। মালেমগী খ্বাইদগী হেন্না মমিং তাবিবা, লৈঙাকপাশিংনা কি তুক্কৎচনা তৌবিবা NGO অমগী মমিং পনাবা তাববদি, মসিগী এমনেস্তি ইন্তরনেস্যনেলগী মিং থোকই। মসিগী, মাগী মমিংগী শন্না এমনেস্তি হাযনা শিজিন্নাব।

মণিপুরগী থৌদোকশিংগী মরমদা খ্বাইদগী মমিং লৈরবা এমনেস্তিনা পীখিবা রিকোর্দতি ইং কুমজা ১৯৯০ গী ওপকেসন ব্লু বার্ড অইগনি। মদুগী মতুংদা, ১৯৯২ গী ইন্দিয়া রিপোর্টতা অরাং লোংপাল্লী ওইনা পনরদা, লমায অমনি মণিপুরগীশু পীবি। কাশ্মীরদা, পঞ্জাবতা, মণিপুরদা, অমসুং লোংপোঙ্গো ভারত লৈঙাক্না এমনেস্তিবু চংহনবা পাম্মদে—কিনা পোকপগুম তৌই-শোযদনমক্কী মীওইবগী হক মাঙহনবা থৌদোক কযাবু মালেমগী মীৎয়েংদগী কুপশিন্ননবগী, অদুমক্তশু এমনেস্তিনা পুথোবকপা রিপোর্টনা ভারত লৈঙাকপু ইকায শঙ্গোয হাংহনবগুম মালেমদা তোযনা খোঙ্গোযনবকলি। কুপশন্বা, খুমজনবা মখল মখলগী থবক তৌবরফাওরদা, মালেমনা তুক্কচবা যাওনা যেংনবকপদগী খবদং মাই থম্ফম লৈননবা, ইং কুমজা ১৯৯৪ দা নেস্যনেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন শেমদুনা থীজন-হুমজনবা হৌরতা ঙাযবি। কমিসন অসিগী অহানবা রিপোর্টতা, কাশ্মীরগী রিজরেহবাদা, মীচম কযাবু, বোর্দর সেক্যুরিতি ফোর্সনা, কাপ্পুনা হাৎখিবদু, লাম্মী দাকু ১৪ না মীহাৎপা শঙলিংবা ওইদুনা তৌখির্বান হাযনা ফোঙই। ইং কুমজা ১৯৯৭ গা মণিপুরগী রিপোর্ট অমশু মানা ফোঙই।

## এমনেস্তিগী পুৱারী

বৃটিশকী উকিল পিতব বেনেনসননা ইং কুমজা ১৯৬১ দা খববদা ইবা আবটিকল অমগী ৱাখলদা য়ুম্ফম ওইবগা এমনেস্তি পোকখিবনি। প্রিজনব ওফ কনসাইন্স [মশাগী মনিংতম্বা ৱাখল লৈকববগীদমক জেলদা থম্বীববা] কযাবু মীচং মীখায় নাইদনা যেংলগা থাদোক্লবা পিতবনা ইকববদগী, মী লিশিং কযানা চোঙথোবকখি—মতুংদা, মদুমক্না মালেমগী ঈহৌ অমা ওইবকখি।

এমনেস্তিগী মেম্বব লাখ ৮ মুক্না মখোযগী লৈবাক ১৫০ গী মথক্তা লৈবা লমশিংদা মেম্ববশিপ লৌদুনা শেনখায পীদুনা এমনেস্তিবু হিংহল্লি। কবিগুম্বা মতমদা, এমনেস্তিনা সবকাব অমদগী শেলগী মতেং লৌদে—মদু লৌকুববদি সবকাবদুগী, অফবা নত্রগা ফত্তবা ওইববশু মীচং চংলকপা মশানা তাবনি। ইচম চম্বা ৱাফমদশু, সবকাবগী শেল লৌবগা তৌবা থবক, অমা নত্রগা অমা মনিংতম্বা ঙম্লক্লোয—পৈবকপা মশানা তাবনি।। দোনেশন, মেম্ববগী শেনখায থক্তা লৌবগা এমনেস্তি হিংই—কবিগুম্বদা, মাগী চেফোঙ, লাইবিক যোল্লগা লাকপা শেলগী মতেঙনা, যাম্না ৱানা এমনেস্তিনা মীওইবগী হক ঙাক্লনবা থবক চৈখে—পাযখৎলি। মবল মথুম যাম্না পাম্বা, শেল যাম্না মিহৌবা, কৎথোকপা হৈতবা, মীযামগী থবক্তা পুকচেল শেঙদবা মীওইশিংনা এমনেস্তিগী থবক্তা যাওনবগী মফম লৈতে হাযনা লৌনে।

লন্দন্দা লৈবা মহাক্কী মপুং ওইবা ইন্তবনেস্যনেল সেক্রেটবিয়েত্তা জাতি ৩০ গী থবক তৌবা মী ২৫০ না মীওইবগী হক্কী যেংদুনা কখোকপা যাওনা থবক তৌই। মখোযনা খবব, সবকাবগী চেফোঙ, জবনেল চা-কয়া, বেদিওগী ঈ পাও, চিথি কযা, মখল খুদিংগী ঈ-পাও খোমজিল্লগা বিসার্চ তৌই। মদুগী মতুংদা, তঙাযফদ্রবদি, অশেঙবা থীজনবা ফেক্ট ফাইন্দিং মিসন কবিগুম্বদা থাই। মহাক্কী স্তেত্যুত [Statute], কবিমতা শমদত্তুনা, কুপ্পা নৈনবা চুমই। এমনেস্তিনা, নৈনববা মতুংদা বিপোর্ট ফোঙদোকই, মদুবু মালেমগী মফম খুদিংদা থাদোকই। সবকাব খুদিংমক্না মাগী বিপোর্টসি য়াম্না থাজে, ইকায়খুম্নে, য়াম্নসু কি-তুক্কচৈ, কবিগুম্বদা মদুবু চৈবসু যাওই।

এমনেস্তিগী মপুংওইবা থবক্তি মখাগী অসিনিঃ

**মপুংওইবা থবক**

১। প্রিজনব ওফ কন্সাইন্সপু থাদোক্লবা হোৎনবা;

২। ফাববা মী/বাজনিতিগী প্রিজনবশিংবু অচুম্বা ত্রায়েন [ত্রায়েল] তৌবা ঙম্নবা হোৎনবা;

৩। মীওইববু ওৎপা নৈবা, অমদি হাৎপগী চৈবাক পীবদগী ঙাকথোকপা অসিনি।

য়ুনিভবসেল দিক্ল্যাবেশন ওফ হ্যুমেন বাইটসনা ১৯৪৮ দা পীখিবা মীওইবগী হক পুম্নমক ঙাকপা হাযবসি এমনেস্তিগী পাকথোক্লবা পান্দমনি। মহাক্লা বাজনিতিগী নত্রগা মবাল লৈবগী থবক্তা চেন্নবা মীওইশিং হাৎপগী ঈ-পাও লেপ্পা লৈতনা মালেমদা, খববদা শন্দোকই। মীওইবগী হক নমথবতা হৈনববা, মবাল লৈতববু ওৎপা-নৈবা, হাৎপা তুপ্পা তৌবা সবকাবশিংনা মাগী থবকশিংদু হুন্দুনা ঙাংই, চৈ থাংই। হুন লাংদুনা, তৌজববশু, এমনেস্তিনা মাগী চৎফম থোকপা লম্বীদগী থৈবা তৌদে। কম্যুনিষ্টশিংনা মাবু কেপিতালিষ্টকী খুৎলায়নি হায়বি, কোঁপতালিষ্টশিংনা মাবু মওং অমদা যেংই। মাগী বিকোর্দতা ইন্দিযাদা নত্তনা পাকিষ্টান, চীনাবুশু মীওইবগী হক ঙাক্তবগী ব্রা পুথোকই। এমনেস্তিনা মপুং ওইনা সবকাবনা মীওইবগী হক থুগাযববু মালেমদা শবা শন্না পুথোকই; সবকাবনা মিলিতান্টনা তৌবদি পুথোক্তে হায়না হুল্লি—অদুবু, এমনেস্তিনা মিলিতান্টনা তৌবা অবানবা কযাবুশু পুথোক্তবা নত্তে—মাগী যুম্ফমদি, মপাঙ্গল লৈবা সবকাবনা মীওইবগী হক থুগাইবদা হেন্না মকওইবা পী। মবম অদুমক্লা, ইং কুমজা ১৯৭৭ তা এমনেস্তি ইন্তবনেস্যানেলবু নোবেল প্রাইজ পীখি, ১৯৭৮ দা যুনাইতেদ নেসন্সনা ইকায খুম্নবগী এব্রার্দশু পীখি।

এমনেস্তিগী থবক তৌবা মওংদা, মোবেল সেংসন্দা যুম্ফম ওইবগা তৌই; মানা অবানবা সবকাববু চৈবাক পীকবা নত্তে—মবালদু মালেমশিন্না শন্দোক্লগা চুমথোক্লবা খঙহনবনি। লৈবাক খুদিংদা এমনেস্তিগী সেক্সন লৈ-মখোযনা, ইন্তবনেস্যানেল কাউন্সিল শেমই, মতুংদা কাউন্সিলনা ইন্তবনেস্যানেল একজেক্যুটিভ কমিতি শেমই; মদুগী মতুংদা, সেক্রেটবিয়েৎ অমদি সেক্রেটবী জেনেবেল খল্লি।

এমনেস্তি ইন্তরনেস্যনেলগী ইন্দিয়ন সেক্সন লৈ। মেম্বর ৫-১০ না বোদি অমা শেম্লবদি, নেস্যনেল সেক্সননা য়ারবদি, গ্রুপ অমা শেম্বা য়াই। মণিপুরদশু, গ্রুপ ১ শেম্বা চঙই। নুপী কাংলুপ লাক্লগা, থীজন হুমজনবা তৌবগা, ইন্দিয়াদা মণিপুবগী ওৎপা নৈবা ফোঙদোবকখি।

মণিপুবদা এমনেস্তিগী মীৎযেং চঙলমদবদগী চঙশিন্নবা, অইবনা ইন্দিয়ান সেক্সনদা তক্লবদা মাযপাকখিদে। ইন্দিযান—সেক্সনগী মায়োক্তা, অইবনা মীচং মীখায় নাইবগী মবাল শিববা মতুংদা, এমনেস্তিগী মীৎয়েং ১৯৮৫ গী মতুংদা অৱাং নোংপোক্তা লাকই। মদুশু যাম্না মওংতাদবা থাক্তনি। হৌজিক্তি চাং নাইনা অৱাং নোংপোক্কী বিপোর্ট পুথোকই।

ইং কুমজা ১৯৯০ দা ওপরেসন ব্লুবার্দকী রিপোর্ট থোক্লবা মতুংদা, এমনেস্তিগী মণিপুব বিপোর্ট থোবক্তবদগী কন্না তকশনবদগী, মবক মরক্তা মণিপুব বিপোর্ট থোবকই। ইস্মা বলোৱাব – কেমপেনব ইন্দিয়ানা, অইবদা মার্চ ৩, ১৯৯৭ তা থাবকপা ঈ-মেলদা ইবকই, "We would very much like to visit Manipur and other states of the north east but as you may know, the Government of India is reluctant to grant visas to Amnesty International delegates over a number of years". অদুমকপু, এমনেস্তিনা ১৯৯৭ এপ্রিলদা "ইন্দিয়া ওফিসিযেল সেংসন ফোব কিলিংস ইন মণিপুব"—বিপোর্ট থোক্তুনা মালেমগী লৈবাকপুম্বদা যেম্লোকই। এমনেস্তিবু মণিপুবদা চঙহনবা মথৌ তাই।

এমনেস্তিগী থিজনবা প্রোসিদ্যুবদা ফজবা অমা লৈ। লৈবাক্তুগী মীওইনা, লৈবাক্তুগী মীওইবগী হক থুগাযবদা থীজনবা য়াদে—অতোপ্পা লৈবাক্কী মীওইনা থিজনগদবনি। মখোযনা খোমজিনবা রিপোর্ট অদু ফোঙদোকত্রিঙৈদা, সবকাবদা, মখোয়না খঞ্জবা মকওইবা মীওইশিংদা অবোয়বা ওইনা ভেবিফায় [verify] তৌনবা থাই। মাগী সাউথ-এসিয়া পব্লিকেশন সারভিসনা ফোঙবা [১৯৮৪] গী চেফোঙ – "What makes amnesty work ?" [লমায় ১৪ দা] ইরি—"Some governments have accused us of being blind to the inhuman acts of those who struggle against them – "the separatists", "the subversive", or "the terrorists". There is no truth in these charges."

এমনেস্তিগী ১৯৯২ গী রিপোর্ট “ইন্দিয়া তোরচর, রেপ এন্দ দেথ ইন কস্তদী”—লমায় ১৯৫ পানবা রিপোর্টকী লমায় ২৪-২৫ দা, মণিপুরগী পীঃ এলঃ এঃ, এনঃ এসঃ সিঃ এনঃ, য়ুঃ এনঃ এলঃ এফঃ অমদি আসামদা য়ুঃ এলঃ এফঃ এঃ থোরকপগী মরমশু কুপ্না নৈনরি।

অৱাং নোংপোক্তা, লাম্মীনা হনবা লৈতনা মীওৎ-মীনৈ চত্থবা কয়াবু কুপ্না নৈনদুনা, সরকারবু ম্দু থীংনবা তকশনলি। এমনেস্তিনা মার্চ ১৯৯৬ তা “এমনেস্তি ইন্তরনেস্যানেল এন্দ ইন্দিয়া” হায়বা সম্মরী অমা পুথোকই; ১৯৯৭ জুলায়দা লমায় ৮৩ পানবা, হ্যুমেন রাইটস কমিতিদা পীখৎনবা “ইন্দিয়া” রিপোর্ট অমশু পুথোকই। লমদমশিদা, মীওইবগী হক কন্নবা লুপ [NGO] কয়ামরুম লৈরে। মণিপুরদা, কমিতি ওন হ্যুমেন বাইটস [COHR], ক্লাবহো, আসামদা মানব অধিকার সঙ্গ্রাম সমিতি, নাগালেন্দদা নাগা পীপলস মুভমেন্ত ফোর হ্যুমেন রাইটসকী মমিং পনবা মতিক চায়। অতোপ্পা, এক্তিভিতি য়াম্না কন্না লৈতবা লূপ কয়ামরুমশু লৈখ্রে। হায়রিবা লূপশিং অসিগা মতাং মতাংদা, মালেমদা ইকাযখুম্নববা লূপ এমনেস্তি ইন্তরনেস্যানেলগা খুৎ শম্নরগা চৎমিন্নদবা য়ারক্তে - মরমদি, এমনেস্তি ইন্তবনেস্যানেলনা য়ুঃ এনঃ গী এজেন্সি কয়াদা থবক তৌবা ঙম্বগী মথক্তা, মালেমগী সরকার, কোর্ট, মেদিয়া, মচীন চৎপা মীওই কয়াবু মীওইবগী হক কন্নবগী লম্বীদা মানা চীংশনবা ঙমই, মীয়ামগী থাজবশু ফঙই। মসি য়াম্না পীকপা, লৈকায়গী নত্রগা মী কাংলুপ অমগী লূপনা মতোমতা তৌবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈখ্রে।

মীওৎ-মীনৈ তৌবশিং, লাম্মীগী মকোক থোংবা অমদি সরকাবগী মায়কৈদা মতম পুম্বদা তোংবা মীওই খরনা, এমনেস্তিবু লালহৌবশিংগী মায়কৈদা লৈৱা হায়না ৱাহং তৌনরকপদগীদি, এমনেস্তি ইন্তরনেস্যানেলনা নীংতম লালহৌবা, ইন্সরজেন্ট, মিলিতেন্টশিংবু—হায়বদি 'আর্মদ ওপোজিসন গ্রুপ' পু তেরোরিষ্টকী মতৌ তমদুনা, মরাল লৈজদবা মীওইগী পুন্সিদা তেমশিংনদনবশু অকনবা আপীল তৌরকই। তৌবগীদি, সরকার অমদি লাম্মীনা লৈবাক ঙাকপনিনা, মখোয়না তৌরকপা মীহাৎ-মীপুন, মীওৎ-মীনৈবুনা এমনেস্তিগী মীৎয়েং মখাদা নমনা থমই। মণিপুরগী মীওইবগী হক কন্নবা এনঃ জিঃ ওঃ গা এমনেস্তিগা খুৎশম্নমা চৎমিন্নবা য়াই।

১২

# আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার্স এক্ট, ১৯৫৮

অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেটশিংদা, নিংতম লালহৌ [ইন্সরজেন্সী] লৈবা মৱমদগী, মদুবু নমথননবা অকনবা আইন কয়া সরকারনা হৌখিবা চহি কয়াদগী ঙসিফাওবা ইবমদমসিদা থমদুনা লাক্লি। রাজনীতিগী ৱাথোক অসিবু মিলিতরীগী থৌদোক ওনথোকখ্রে। অহকপা আইনশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী তমথিরবা আইন–পনবা যাবা অমদি 'আমর্দ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার্স এক্ট, ১৯৫৮' অসিনি [১৯৭২ গী মমাংদা মসিবু অসাম অমদি মণিপুবগী মিংথোন পীবমই]।

মণিপুরগুম্না অকনবা ঈহৌ লৈবিবা জম্মু-কাশ্মীবদশু এক্ট অসিগা মান্ননা মশাগী অহকপা আইন থমই; ১৯৯৫ দা মসিগা মান্নবা আইন অমা শেমই। অহকপা আইনবু মখুত্তা পায়বগা, মনিং মখা তৌদুনা শিজন্নবা বিঃ এসঃ এফঃ না বিজবেহবাগী লাইশঙদগী স্লোগান লাওবগা থোবকপা মীচম মীয়ামদা ওক্তোবর তাং ২২, ১৯৯৩ দা অখাক-অপন থমদনা নোংমৈ কাপশিনবদগী মীচম ৩৭ হাৎখি, ৭২ না শোকখি। ইবমদমদা হায়বগা হৈবাঙ্গোয়থোঙ মীহাৎ অমদি, সেনাপতি মীহাৎকা চাঙদম্নবা য়াই। কাশ্মীবগী ৱাথোক অসি মালেম্না য়েংলি, ইবমদমশিগীদি ইৱাই ইনিল মপাল ইথোক থোকতবগুম তৌই। মপানগী অমদি মনুংগী মেদিয়াগী মথৌদাং খৱ ৱাৎপদগীনি।

বিজবেহ্‌রা মীহাৎকী ঈ-পাও মীয়ামদা পীবদা, মখল অনিগী ঈ-পাও মীয়াম্না তাবা ফংজখি। ভারতকী মীয়াম ক্রোর ৯০ না দুরদবশন্দগী লেপ্পা লৈতনা তাবা ফংজখিবদি–নিংতম লালহৌবগা, বিঃ এসঃ এফঃ কা নাকল অনি নোংমৈ কাপ্নবদা [ক্রোস ফয়ার] মী খৱা শিখ্রে, খৱা শোকখ্রে হায়বসিনি। স্তাফ কোর্ট ওফ ইনক্যারীনা পীবা রিপোর্টতসু বিঃ এসঃ এফঃ পু

শাওহল্লবা [প্রোভোকেশন] মতুংদতা নোংমৈ কাপখিবনি হায়খি। মী ক্রোব ৯০ না মসিগুম্বা রিপোর্টশিংবু অহানবদা যাম্না থাজনা লৌনৈ। লৈবাকশিগী মেদিয়া কনট্রোল তৌববা মেদিয়াগুম্বনি।

অদুবু মীওইগী হক কঞ্জবা পাম্বশিংনা নেস্যানেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন্দা, দুবদবশন্না শন্দোকইবা লৈঙাক্কী ওইবা অচুম্বা অদু অবানবনি হায়না লৌবগা, থিজনবীনবা ব্রাকৎপদগীদি, কম্মিসন অদুনা দুবদবশনগী শন্দোকইবা সবকাবগী ওইবা অচুম্বা অদুবু মতুংদা কুপ্পা থীজনবদগীদি, মীয়ামদা শন্দোকইবা অচুম্বদু অবানবা ঙাক্তা ওইনা ফংলকখি। ইনফোবমেশন এজদা, চুমদবা ইনফোবমেশন অবানববু অচুম্বা ওইনা মীয়ামদা য়োনবগী পনবা য়াবা খুদমনি। কমিসন অদুনা মাগী খ্বাইদগী অহানবা রিপোর্টতা ফংলকখিবদি—খুৎলায় পাযজদবা মীযামদা, ব্রাবনিং অমত্তা পীবম্বা তৌদনা বিঃ এসঃ এফঃ না অথাকপা লৈতনা নোংমৈ কাপ্পদগী মীশিংদু শিখীবনি, শোকখিবনি।

কমিসন অসিনা বিঃ এসঃ এফঃ কী ফম্নাইবা অমদি মীওই ১৪ বু মীচম হাৎপগী মবাল চপ চানা ফংবদগীদি, ভাবত সবকাবনা মবালদু চেনবা যাদবদগী যাখি। অশোকপা মী ৭১ দা শেলগী কম্পেনসেসন, বিঃ এসঃ এফঃ কী মীহাৎপশিংনা হাৎপিখ্রবা মীচম ৩১ গী মবীমতাদা, মীকোক্তা লূপা লাখ অমমমগী শেলগী মতেং, কাশ্মীব সবকাবনা পীখ্রে। তমথিববা মীহাৎপশিংদু মবালগী চৈবাক ঙাইদুনা লৈখি। নেস্যানেল কমিসন ওন হ্যুমেন রাইটসকী রিজবেহবা রিপোর্ট অসিগী মমি, খুদুং লীবা রিপোর্ট কযা অৱাং নোংপোক লমদা লাকফম থোকই হাযনা লৌনৈ। বাজনিতিগী ঈহৌ অমা হান্ননা লৈবদুনা হঙ্গৎনা নিংশিংবা যাই, ওক্তোবব ২২, ১৯৯৩ গী বিজবেহাবা মীহাৎ অদুগী হেক মতুংদা, মীযাম্না লাওবকখি 'ঐখোয় নিংতম্বা পামই' [ফ্রন্টলাইন, মে ২০, ১৯৯৪], মীচম মীয়াম্না পেন্দবগী খোল্লাওনি, সবকাবগী অবানববু যাদবদগী থোবকইবনি।

**১৯৫৮ গী তমথিরবা এক্ট**

সেক্সন ৭ খকনা শাবা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পরার্স এক্ট ১৯৫৮ [১৯৫৮ গী এক্ট হায়না মতুংদা শিজন্নবি, মনিংদা নপইবা কোপীদু

য়েংবিয়ু]। মসি সেপতেম্বর ১১, ১৯৫৮ দা পাস তৌখিবনি; ইং ১৯৭২ দা মমিং মথা খজিক্তং হোংদোকখি। এক্ট অসি অব্বাং নোংপোক্কী ষ্টেট ৭ মক্তা চৎননবা শেম্বনি [সেক্সন ১]। আর্মদ ফোর্সেস হায়রগা মিলিতরী, লৈমায়দা তারকপা ইয়ার ফোর্সেসকী লাম্মী অমদি অতৈ ফোর্সেসপু খঙনগনি [সেক্সন ২]। পনবা যাই—ইং কুমজা ১৯৬৬ কী মতুংদা মিজোরামদা মিজো লালহৌবা নমথনবা হোৎনবদা, ইন্দিয়ান ইয়ার ফোর্সনা 'স্ট্রাফিং' তৌদুনা [এরোপ্লেন্না বোম থাদদুনা], মিজোরামদা অহেনবা লানগী থবকশু পায়খৎখি। মীচম মীয়াম্না অব্বাবা তাখি। থৌদোক অদুবু কুপশনখিদুনা মালেমগী লৈবাকশিংনা থিজন্দুনা চৈনবগী, ব্বারক্লবগী তানজা শম্না অমা ভারত সবকারনা পীখিদে।

১৯৯৩ দশু, নাগা নিংতম লালহৌবগী কেম্প থুগায়বদা, ইয়ার ফোর্সনা পেরাক্রপ থাদদুনা কেম্প থুগায়খি। এক্ট অসিগী ব্বাগা মরীদি লাপ্না লৈনবদা, পনবা য়াৰ্বদি, ইন্দিয়াগী ব্বাংমদা, ইন্দিয়াগী নোংথক্কী ফোর্সনা [আইঃ পিঃ কেঃ এফঃ], লঙ্কাগী তামিল তাবা লমদা লেপ্পা লৈতনা 'স্ট্রাফিং' তৌখি—কোন্না, কারপেৎ বোম্বীংদুনা তামিল নমথবা ঙমলমদনা ভারতকী লাম্মী মরৈবাক্তা নিংবা কায়না হল্লকখি। প্রাইম মিনিষ্টর ফাওবা হাৎখি। ১৯৫৮ গী এক্ট অসি মওং কয়াদা খুৎলায় পায়জদবা মীয়াম তুমহন্নবগী খুৎলায় ওইনা শিজন্নবা য়াই।

এক্ট অসিগী য়াম্না মরুওইবা সেক্সনদি—সেক্সন ৩,৪ অমদি ৫ শুবনি। ষ্টেটকী গভর্ণর নত্রগা, টেরিটোরীগী এদমিনিস্ত্রেতর নত্রগা, ভারত সরকারনা ষ্টেট অমা নত্রগা, মাগী মচেৎ অমা দিস্তর্বদ এরিয়া লাওথোকপা ঙমই, অদুগা আমর্দ ফোর্সেসপু লৈঙাক [সিভিল পব্বার] দা মতেঙ পাঙহননবা শিজন্নবা ঙমই [সেক্সন ৩]। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি, অসিগুম্বা ইমরজেন্সী পব্বার নত্রগা, আইন অসি শাংথনা শিজন্নবদা, মালেমগী ওইবা হ্যুমেন রাইটস কমিতিনা অমদি য়ুঃ এনঃ না অরানবা ওইনা অকনবা মোৎ ফোঙদোকই। ১৯৫৮ গী এক্ট অসি পাস তৌনবা হোৎনবদা, পারলিয়ামেন্টতা মিষ্টর কমাথনা অসিগুম্বা তমথিবা আইন কৌবা য়াদবা আইন অসি লৈবা চুমদে হায়রবদা, হোম মিনিষ্টর মিষ্টর পান্তনা এক্ট অসি য়াম্না তেনবা মতম খরদংগীনি [এস্যুর তৌদুনা] হায়খি। মদুদা য়ানবদগী, পারলিয়ামেন্টনা মহারাজ

কংশগী নিয়ম অসিবু আইন ওনখিবনি। হৌজিক্তি ব্রাশক অদু থুগায়রদুনা পারমেনেন্ট লো অমা ওইরে–মুৎথৎপা মতম হেন্না চারবনি। ইং কুমজা ১৯৬০ গী অদুব্রাইদা কংশগী আইন অসি লৌথোক্লমগদবনি। ঙসিফাওবা, কংশগী আইন অসিবু মুৎথৎপা কন্না পাম্বা, ভারতবাশী প্রাইম মিনিষ্টর পোকত্রি। এপ্রিল ১৯৯৮ দা দিফেন্স মিনিষ্টর জর্জ ফরনানদেজনদি মসিবু মুৎথৎনিংই হায়। অদুবু, মহাক্না মুৎথৎনবা কেবিনেত্তা খক পুথোকখিদ্রি।

'নেস্যানেল হ্যুমেন রাইটস কমিসনদা' আইন্না পীবা পব্বারদগী, আইন চুমদবা আইন শেমদোক্লবা লৌথোক্লবা রিকোমেন্দেশন পীবা ঙমই। মদুগী মতুংইন্না, কম্মিসন অসিনা তা-ডা, অমদি ১৯৫৮ গী এক্ট অসি লৌথোক্লবা অপাম্বা ফোঙদোকখ্রে– মীয়াম্না তকশল্লবদি, কম্মিসন অসিনা এক্টশিবু লৌথোক্লবা ব্বারেপ য়ুনিয়ন গভর্নমেন্টতা থাংগৎপা তারকপনি।

## তমথিরবা সেক্সন

১৯৫৮ গী এক্ট অসিগী খ্বায়দগী কিনঙায় ওইবা মালেমগী আইনগা য়াম্না তায়োন্নবা সেক্সনদি, মরিশুবা সেক্সন অসিনি। মরিশুবা সেক্সন অসিনা কমিসন্দ ওফিসারনা নত্রগা, য়াম্না পীকপা নন-কমিসন্দ ওফিসার নত্রগা, মাগুম্বা মীওই অমনা, ব্বারনিং পিরল্লগা খঙহৌদনা মানা হাৎনিংবা মী নত্রগা মী কাংলুপ্তু হাৎপা য়াহল্লি। মহাক্না চিংনবা য়ুম, স্ত্রকচর অমা হেক্তা থুগায়বা ঙমহল্লি, চীংনবা মী অমা হেক্তা ফাবা ঙমই, মীচমগী য়ুমদা চঙদুনা থীবা খোৎপা ঙমই [সেক্সন ৪]। মহাক্কী চিংনবা মীৎয়েং অদুবু কোর্টকী রায়গা চপ মান্ননা থমই। চিংনবা অদুবু আইন ওইনা লৌরগা, মীওইবগী পুন্সি লৌথোকপা ঙমহল্লি।

চয়েৎনরবা সেক্সন মরীশুবা অসি গৌহাতি হায়কোর্টতা অমদি সুপ্রীম কোর্টতা লাল্লী, কন্সটিট্যুসনগী আরটিকল ২১ শুবদু থুগায় হায়দুনা শিংনখ্রবশু, কোর্টনা মসিবু থবৎ হেক ককথৎপা হায়বদু থোকত্রি। মদুগী মরুওইবা মরমদি, 'প্রোসিদ্যুর ইষ্টাব্লিসদ বাই লো' গী মতুংইন্না পারলিয়ামেন্টনা মসিবু আইন ওইনা পাস তৌখিবদগীনি। সরকারনা 'চীংনবা' হায়বসিবু কোর্টকী রায়নি হায়না লৌবসিনা মখোয়গী চাওখৎপগী খুদম ওইরে। 'প্রোসিদ্যুর ইস্তাব্লিসদ বাই লো' নী হায়দুনা, নাজি সরকারনা মাগী এমঃ পীঃ চাদা ৯৯

গী মেজোরিতিগী অয়াবা মতুংইন্না, জিয়ুশিংবু পোকপদগী ক্রিমিনেলনি, জিয়ু অমা হেক উবদা হাৎকন্দবনি হায়বদু, নাক্সিগীদি আইন্নি। মদুগী আইন অদুবু মালেমদা লানজাও তৌদুনা মী ক্রোর কয়াগী থৱায় মাঙলবা মতুংদা, মালেমনা মুৎথৎপ্রিবনি। মসিবু থুনা হেক্তা কাওবা য়াবা পারা ওইদে। ভাবতকী লুচিংবশিংনা পারাশি ফাবা য়ৌদ্রি।

সেক্সন মরীশুবনা থুগায়রিবা চাওখৎপা আইনগী পথাপতি—অহানবদা, কনষ্টিট্যুসনগী আইনদা 'রুল ওফ লো' বু বেসিক স্ত্রকচবনি হাযবদুবু হকথেংননা থুগায়; অনিশুবদা, ভারতনা ইল্লিবা বৃটিশকী 'কমন লো' দা মসিগুম্বা আইনদি য়াদে; অহুমশুবদা, নেচরেল জষ্টিসকী পথাপ পুম্বা থুগায়, মরিশুবদা, বৃটিশ কোলোনিয়েল পৱার ফাওবনা ভাবতকী নিংতম লালহৌ নমথবদা, মসিগুম্বা আইন শিজন্নখিবা লৈতে—কোর্টকী বায় ফংলবতদা, ভারতকী লালহৌববু শিবগী চৈবাক মীয়াম মমাংদা পীখিবা ঙাকনি। মঙাশুবদা, মসিনা কনষ্টিট্যুশনগী আবটিকল ২১ শুববু, তায়োন্নবা মওংদা থুগায়। আরটিকল ২১ শুবনা পীরিবা 'প্রোসিদ্যুব ইস্তব্লিসদ বাই লো' হায়বদু নেচরেল জস্তিসকী মখা পোনগদবনি।

ভারততা মীওইববু ওৎপা নৈবা পাম্বা জুরিষ্ট ময়াম অমদি, মদুবু য়াদবা জুবিষ্টকী মরক্তা খেন্নবা মোত অসি তঙ্খায় তানা লৈরি। অয়াম্বা কাসতিষ্ট, রেসিষ্ট, ফেসিষ্ট ওইবা জুরিষ্টশিংনদি সেক্সন মরীশুবশিবু লৈবাক্কী আইন্নী থমগদবনি হায়দুনা নাক্সিগী অমদি, ইদি আমিনগী ওইবা ব্রাজাও, নমথাকপু ঙাংই; অদুবু, মশিং য়াম্না পীকপা মীওইববু ওৎপা পামজদবা জুরিষ্ট খরতংনদি তমথিরবা আইন অসিবু আইন্নি হায়বদা য়াদ্রি। য়েৎনবা অসি লৈবনা, য়েৎনবসিগী ব্রাংমদা লৈবা, মালেমগী চাওখৎপা খুনায়গী ফিবেপ অদু খঙজনবা য়াম্না মরু ওই। মদুতনা য়ুনিভরসেল ওইবা পান্দম ওইগনি। মদুবু মখাদা তেনতক্না পীরি।

'এমনেস্তী ইন্তরনেস্যানেল' না ইং কুমজা ১৯৯০ গী 'ওপরেসন ব্লু বার্দ মণিপুর' রিপোর্টতা, ১৯৫৮ এক্টকী সেক্সন ৪,৫,৬ শুবসি ইন্তরনেস্যানেল বিল ওফ হ্যমেন রাইটসপু ফোংনা থুগায়বনি, মখোয় অসি আইন কৌবা য়াদে হায়দুনা ফোঙখ্রে। ইং কুমজা ১৯৬৬ কী ইন্তরনেস্যানেল কোভেনান্ট

ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল বাইটসকী মবী লৈনবা আবটিকলশিংবু থুগাইবনা মবম ওইদুনা, পনখ্রিবা সেক্সনশিং অসি ভাবত্তা আইন ওইনা চৎনবশু যাদে; মবমদি– কোভেনান্ট অসি ঙাক্কনি হায়না ভাবত সবকাবনা মশানা যাবদুনা সহি তৌখ্রবনি। মবম অদুমক্রনি, যুনাইতেদ নেসন্সকী হ্যমেন বাইটস কমিতিনা জেনেভাদা, ১৯৯১ গী মীফমদা, হাযবিবা ভাবতকী অমুবা আইনগী সেক্সনশিংসি কোভেনান্টকা চানদে [ইনকমপেতিবল ওই] হাযনা কর্মিতিনা মত অমত্তা ওইনা ব্রাবেপ তাখ্রবনি।

মালেমগী চাওখৎলবা আইনবু থুগাইদুনা লৈঙাকলিবশিংনা অমুবা আইন অসিবু চুমই হাযদুনা মবৈ মবা তৌদুনা যোকখত্তুনা থমই। অইবনা 'মনু' [MANU] গী চাবোল শুবোল, কাস্তীষ্ট ওইবা অখণ্ড অহৈগা ব্রাবী শাবদা, মীওৎ মীনৈগী আইন থম্বা পাম্বগুম্না ফোঙদোকই, মবমদি, মখোযনা মীওৎ মীনৈ তৌবগা অতোংবা চাবা, অচাওবম কাদুনা লৈবিবদু, মান্নবা খুনাযনা মৃৎথৎখিগদ্রা হাযনা মখোযদা যাম্না কীজৈ। সেক্সন ৪,৫,৬ শুবশিবু মনুবাদী, কংশবাদী, ইন্দো নাজি, ভাবতকী ইদি আমিনশিংনা শৌগৎলি।

১৯৫৮ এক্টকী মঙাশুবা সেক্সন্না পীবদা, আর্মীনা ফাববা মীওইদুবু খ্বাযদগী নকপা পুলিস স্তেসন্দা শিন্নবা পীবি [সেক্সন ৫]। মসি ঙসিফাওবদা ফজনা থোকত্রি; অফাবদু হান্না হাত্তোক্লগা, ওৎপা নৈবা লোইবগা অশিবা মশা ওইনা শিন্নৈ; নত্রগা, মশাদু শিন্নবা তৌদনা, মতম পুম্বগী ওইনা মাঙহল্লি। মসিদা ভাবত সবকাবনা থিংবা তৌদে, থিগৎপশু তৌদে– তঙাযফদবা অইবা বিপোর্ট অমা ইখৎলগা লোয়বে। কস্তদিযেল দেথ [হাৎপা] হাযবসি ভাবতকী চৎনবী ওইবে। ফাখ্রবা মী অমা হাযবসি হিংনা হল্লকপা তোয়না যাওদে।

মঙাশুবা সেক্সন অসি আর্মীনা তোযনা থুগাযবদগী 'হেবিযস কোর্পসকী' কেশ কযামকম গৌহাতি হায কোর্টতা থোকই। কোর্টনা হায়বা ইন্দবগী ব্রাকৎ কযা লাম্মীনা, পুলিশনা চাবি। সেক্সন মঙাশুবসি, থবক ওইনা পায়খত্তে হাযবা যাই। মসিনা ফাখিবা মীদা ঙাকলৌ (সেফগার্ড) অমত্তা পীদে। ইং ১৯৯৭ কী সুপ্রীম কোর্টকী বায়দা ঙাক্লৌ খব পীবি, মদুবু লাম্মীনা ইন্দে। মদুবু যেংশন্নবা মেকানিজমশু লৈতে। ১৯৮২ দশু, চান্দম

ওংবী নুংশিতোম্বী অমদি বিশাং কৈশিংগী কেশতগু, চপ মান্নবা থোকখ্রবনি। ফাখিবা মীদু লাম্মীনা পুথোক্তে। ইকোন কোনবদা, নম্বোলগী মহৈবোয এমঃ দেবেনবু পুলিশ কস্তদীদা শিহনবগীদমক, গৌহাতি হায কোর্ট, ইম্ফাল বেঞ্চনা, জুদিসিয়েল ইনক্যারী তৌবগা, রিপোর্ট পীবক্রবা য়াথং থোকই (১৯৯৪ জুন)। হৌজিকমক্তি, পুলিশ কস্তদিদা অফাবা মী শিবা মতমদা, কমপেনসেসন পীবা, ইনক্যাবী তৌবা চৎনরে।

এমনেস্তি ইন্তবনেস্যানেলনা সেক্সন ৬ শুবশিবু আইন নত্তে লৌথোকউ হায়খ্রে, মবমদি লাম্মী মীহাৎপদুবু মাগী মবালদুদা ইম্যুনিতি [কোকপীনবা] মবম পীবদগীনি। মালেমগী আইন্নশু অসিগুম্বা মীহাৎপা লাম্মীবু কনবীবা হাযবসি য়াদে। লানগী মতমদা, লাম্মী মশেল শিনবা হাযবদুনা অতোপ্পা পথাপ অমদা থমই।

## হৌবকইবা আইন

চৈবক অসিদা মীহাৎপা লাম্মীনা পুন্সি লৌবিখ্রবশিংগী মবীমতাদা শেলগী তেংবাং [কম্পেনসেসন] পীবগী কোর্টকী যাথং, সবকাবগী ওর্দব তোযনা থোবকপদগী, কম্পেনসন পীবগী নিযম অমা যান্না খুনা হৌগৎলক্লি। ক্রিমিনোলোজীদা 'ভিক্তিমোলোজিশু' কৌই। মসিগা লোযননা, মবাল লৈববু ফোংনা ইঙান ঙান্না চৈবাক-ৱাযেন পীবা তৌদ্রগদি, সবকাবগী পৈশা অশুক যাম্না লৈবির্বনি-'নংনা হাৎনিংবমখৈ হাৎলো' --বিলদু, হিসাবতু কোন্না থাগৎলকও হাযনা লৈঙাক্কী ইদবা আইন অমা ফাওবা লাকপা যাবি। মবম অদুমকননি, নেস্যানেল হ্যমেন রাইটস কমিসন্দা, লাম্মীগী মবাল থিজন হুমজন্নবা অকনবা পৱাব পীবা তাবির্বসি। হ্যমেন রাইটস এক্টগী সেক্সন ১৯ শুবসি মপাঙ্গল যাওদে। কমিসন অসিশু পাঙ্গল খব শোল্লি হায়বা যাই। মদুগী মথক্তা 'ইন্তবনেস্যানেল হ্যমেনিতবিযান লো'গী মতুংইন্না, ইবাং লৈবা মণিপুবদা, খুৎলায় পাযদবা মীচমগী পুন্সি কনামতনা শোকপা য়াদে। লাম্মীনা গুবিল্লাবু ফাববদি 'প্রিজনব ওফ ৱাব' ওইনা নিয়ম চুম্না শোক্তনা থমগদবনি-মদু থক তৌদে। মিলিতবীগী কোর্ট মাবসিযেলদি লোন্না তৌবনিনা, ইঙান ঙান্না ৱায়েন্নবা নেস্যানেল কমিসন্দা থৌবাং তৌগদবনি।

নিংতম লালহৌবা [ইন্সরজেন্ট] শিংনশু মালেম্না য়ানগ্রবা নিয়ম ঙাক্লুনা, মরাল লৈজদবা মীচম অমত্তগী পুন্সি অমসুং মপোৎ শোকলোয়দবনি। মালেমগী আইন মতুংইন্না স্পাই, মারসেনারীনচিংববু চৈরাক পীবা মতমদসু, মরাল লৈজদবা মীচম অমত্তগী মতু নামা তেকপা য়াদে হায়না লৌবা তাবনি। মীচম অমদি অরোনবা স্পাই, অমসুং মারসেনারীগী মরক্তা চাওনা খেন্নবা লৈবদু পুন্নমক্না খণ্ডফম থোকই।

পনবা য়াবদি, নেস্যানেল লো অমদি জুরিসদিক্সন হায়বসি নোংমা নোংমগী মালেমগী – ইন্তরনেস্যানেল জুরিসদিক্সনগী মখাদা চংলক্লিবনি। মদু য়েংলুবগদি, ভারত সরকারনা অহানবমক্তদা, ১৯৫৮ গী এক্ট অমদি অমুবা লো কয়াবু আইনগী লাইরিক্তগী লৌথোকপিবনা চুমগনি। মদুগী মথক্তা, ভারত সরকারনা খুৎলৈ থুনা, ইন্তরনেস্যানেল কোভেনান্ট ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল রাইটসকী 'ওপসনেল প্রোতোকোল' অদু সহি তৌগদবনি। জুরিষ্টশিংনা, মেদিয়াগী অচৌবশিং, মীয়ামগী ৱাখল শেম্বীবা অমসুং রাজনিতিৱালাশিংনা মতম পুম্বদা, মালেমগী চাওখৎলবা য়ান-পথাপ, আইনবু পাকচাওনা ইকায়খুম্নবা ঙম্নবা থবক থৌনা ফনা পায়খৎপা মশানা তারকই।

## সুপ্রীম কোর্টকী ঙাক্লৌ, ১৯৯৭

নবেম্বর তাং ২৭, ১৯৯৭ তা জিঃ এসঃ ভবমানা লুচিংবা জজ ৫ না শাবা সুপ্রীম কোর্টকী বেঞ্চ অমনা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার্স এক্ট, ১৯৫৮ অসিবু কনষ্টিট্যুসন্না য়াবনি হায়বগা লোয়ননা, লাম্মীদা অহেনবা শক্তি পীরিবা আইন অসিবু শিজিন্নবা মতমদা ঙাক্লৌ - গাইদলাইন খরগা কোম্ননা, বায় পীখ্রে। কোর্ট অসিনা, লাম্মীগী ওফিসার অমনা, নোংমৈ কাপ্পবগী য়াথং পীবা - শিহনবা য়ানবা নোংমৈ কাপ্পগী পৱার পীবদুবু মরম চাদবা নত্তে হায়না বায় পীবে। আইনগী থোঙদদি, সুপ্রীম কোর্টকী জজ ৫ গী য়ুনেনিমস দিসিজন অসিনা লোইরে হায়না লৌই। মতুংদা, ফুল কোর্টনা রিভিয়ু তৌবগী দবকার তারক্কদ্রা হায়বদুদি লেপ্পা য়াদ্রি-মদুগী তানজা অদু হৌজিমক্কীদি লাকত্রি। রিভিয়ু তৌবনদি চুমই।

অৱাং নোংপোক্কী খুনায়গী মীৎযেংদগীদি, ১৯৫৮ গী এক্ট অসিবু মীওইবগী হক মাঙহন্নবা খুৎলায় অমা ওইনা হনবা লৈতনা লৌনবকপা মরমদগী, মীওইবগী হক কনবা লূপশিংনদি মসিবু লৌথোকখিনবা তক্লবা লেপ্লত্রে। পনবা য়াবা ৱা অমদি-নেস্যানেল হ্যূমেন রাইটস এক্টকী মখাদা, নেসানেল কমিসন্না রিকোমেন্দ তৌবনা মরম ওইরদুনা, তেরোরিষ্ট এন্দ দিসবপতিভ এক্তিভিতিজ এক্ট অদুবুদি পারলিয়ামেন্টনা আইনগী লাইবিক্তগী লৌথোকখ্রে। মদুগুম্না, কমিসন অসিনা, ১৯৫৮ গী এক্ট অসিবুসু আইনগী লাইরিক্তগী লৌথোক্লবা রিকোমেন্দ তৌবা ঙমই। হায়্রিবা কমিসন অসিগী চীয়ারমেনদি, ভাবতকী সুপ্রীম কোর্টকী চীফ জষ্টিস ওইরম্বা মীওইখক্তনা ওইবিবনি।

মণিপুরগী তাংখুল, মাওনচিংবা তারিবা মফমদা, ১৯৫৬ তগী লালগী ইরাং লৈরকপদগী, ১৯৫৮ গী চহি ১ খক্তগী ওইনা হোম মিনিষ্টবনা থাজবা পীদুনা আইন অসিবু পাস তৌখিবনি। মদুগী মথংদা, ১৯৭৮ গী জুলাই ২১ দা মণিপুর তম্পাক শিনবা থুংনা, দিস্তর্বদ এরিয়া লাওথোকখিবদগীদি, ১৯৫৮ গী এক্ট অসি তম্পাক্তসু শিনবা থুংনা চৎনরকলি। কোম্বীং ওপবেসন, মীওৎ-মীনৈ কয়া থোরকপদগী, ওক্তোবর, ১৯৮০ দা নিউ দিল্লিদা তম্বা মীতৈ মহৈরোয়না মপুং ওইনা শেম্বা মণিপুর হ্যমন রাইটস ফোরম্না, হায়্রিবা ১৯৫৮ গী এক্ট অসিবু সুপ্রীম কোর্টতা শিংনরকই, চে অমা থারম্লগা ফোরম

অদু তুমখুন হুনখ্রে। ফোবম অসিগী খোঙ্গুল লীবদুনা, চহি ২ গী মতুংদা, নাগা পীপলস মুভমেন্ট ফোব হ্যুমেন রাইটসনা, হায়রিবা এক্ট অসিবু সুপ্রীম কোর্টতা শিঙনবকই চহি ১৭ তুমদুনা লৈরুববা মতুংদা, ভারতকী থার্দ পেরিওদিক রিপোর্ট নৈননবা, জেনেভাদা, ১৯৯৭ কী হৌগৎলকপদা, মণিপুরগী 'কো-হ র' না ওলতরনেতিভ রিপোর্ট অমা জেনেভাদা থাবা মতমদা, সুপ্রীম কোর্টনা চহি ১৭ তুমদুনা লৈরে হাযরসি পনখি। 'কো-হর' না তুম্বদু থুগাই; এমনেস্তি ইন্তরনেস্যানেললসু, মদুদা শৌগৎখি।

হ্যুমেন রাইটস কমিতিগী মীফমগা চাননা, সুপ্রীম কোর্টনা ১৯৫৮ গী এক্ট অসিগী মাযোক্তা দরখাস্ত ৭ তাববা মতুংদা, আগষ্ট ২৪, ১৯৯৭ তা, কোর্ট অসিনা রায খুদক্তা পীবগী মহুত্তা, নবেম্বরগী তাং ২৬ ফাওবা রিজাবভেসন তৌদুনা থম্লকখিবনি। হ্যুমেন রাইটস কমিতি জেনেভাদা, ভারতকী মীহুৎনা সুপ্রীম কোর্টনা এক্ট অসিগী অচুম অরান, আগষ্ট ১৯৯৭ তা পীগনি হাযরদগী, কমিতিনা এক্ট অসিবু মালেমগী পথাপকা চানদবনি হাযনবা তানজা অদু ফংখিদে। হ্যুমেন রাইটসকী লূপশিংনা, ১৯৫৮ গী এক্ট অসিনা সিফাই নন-কমিসন ওফিসার অমদা মীওই অমবু শিনবা নোংমৈ হেক্তা কাপ্পবা পরাব পীরিবা সেক্সন ৪ শুবা অদুবু, ভারতকী কন্সটিট্যুসনগী আর্টিকল ২১ শুববু কাযহনবনি হায়না পুখৎখি। মদুগী মথক্তা, 'তা-ডা' দা পীরিবা অরাবা কোক্লবা থোইদোকপা ফোবম নত্রগা, থোইদোকপা কোর্ট অমা থম্বা হাযবদু ১৯৫৮ গী এক্টনা পীদে। লাম্মীদা পীরিবা গাইদ লাইন্নি হাযরিবা খিবিক অদুশু অইবা আইনগী থাক্তা লৈবা নত্তে। চহি ৪০ চুপ্পা অরাং নোংপোকলমদা, এক্ট অসিবু থম্লকপা হাযরসি, লাওথোক্তবা ইমরজেনসিগুম্বনি-অমবোমদা, কন্সটিট্যুসন্দা অচৌবা নমথাক অমা তৌবে। সুপ্রীম কোর্টনা অয়েৎপা রা, অমদি ভারতকী লাম্মী মযাম্মা হিযাবিং মতমদা সুপ্রীম কোর্টতা তিল্লবগা, সবকাবনা মখোযবু কপ্পোকপা তাববা মতুংদা, এক্ট অসিবু কনখৎখি — তৌবদবু, অনৌবা গাইদ লাইন কয়া কোর্টনা লাম্মীশিংদা ঙাক্না চৎনবা যাথং পীথবকই। মদুবু চপচানা ঙাকপিবা মথৌ তাবকই।

হ্যুমেন রাইটস কমিতিনা ১৯৫৮ গী এক্ট অসিবু, ১৯৯১ দা তৌখিবগুম্না, মালেমগী নিযম কাযবে হায়নবগী তানজা অদু সবকাবনা মৎলবা মতুংদতা, সুপ্রীম কোর্টনা, ১৯৫৮ গী এক্ট অসিবু কনখৎপা রাযেন

তাওথরকই ।

**নবেম্বর ২৭ কী রায়**

১৯৫৮ গী এক্ট অসি লৈতাদ্রবা মফম, দিস্তর্বর্দ এরিয়াজ খক্তদা চৎনগনি। সেক্সন ৩ শুবগী মখাদা দিস্তর্বদ এরিয়া ওইনা লম অদুবু গভর্নরনা নত্রগা ভারত সরকারনা লাওথোকপা ঙমই। রায় অসিনা হায়রি - গভর্নরনা মনিংতৌনা, ফিভমদু য়াম্না ফত্রে হায়বা ৱাফমদু শেংদ্রগদি লাওথোকপা তৌবোইদবনি। মদুগী মথক্তা, ১৯৫৮ গী এক্ট অসি য়াম্না তেনবা মতম খক্তগী [তেমপোবারী] ওইগদবনি অমসুং চৎনখিবা থা ৬ ফাদ্রিঙৈদ্রো, এক্ট অদু চৎনবা য়ারিব্রা য়াদ্রব্রা হায়দুনা রিভিয়ু তৌগদবনি। চহি ৪০ হেন্না চৎনরক্লবা, মীয়াম্না অমুবা আইন কৌবা অসি, সুপ্রীম কোর্টনা ককথৎত্রবসু, হন্দক্কী বায় অসিনা, অথিংবা খর অদুমক থমই। হন্দক্তা ১৯৫৫ গী অসামগী দিস্তর্বদ এরিয়াজ এক্টপুশু কোর্টনা চুমএ হায়না ৱায়েন পীরে।

এনঃ জিঃ ওঃ শিংনা ১৯৫৮ গী এক্ট অসিবু, ভারত সরকারনা ইমরজেন্সি থম্বা তৌদনা, কন্সটিট্যুসনগী আরতিকল ৩৫২ শুবগী মখাদা থবক্তা ওইনা [দে ফেক্তো] ইমরজেন্সি শিজিন্নবনি-অসুম্না কনষ্টিট্যুসন্দা সরকাবনা নমথাক [ফ্রাউদ] তৌরে হায়বদু, সুপ্রীম কোর্টনা যাবা ঙমদে হায়রি। এক্ট অসি কলরেবেল লেজিসলেসন নত্রগা, ফ্রাউদ ওন দি কন্সটিট্যুসন নত্তে হায়না রায় পীরি। অদুগী মথক্তা, অসিগুম্বা আইন অসি কন্সটিট্যুসনগী তরেৎশুবা সেদ্যুলগী ষ্টেট লিষ্টকী অহানবা এনত্রি – 'পব্লিক ওর্দর' গীদমক শেম্বা নত্তে, যুনিয়ন লিষ্টকী অনিশুবা অমদি ২-এ শুবা এনত্রিগী মখাদা [আরটিকল - ২৪৮] শেম্বা আইন ওই হায়বি। ১৯৭৭ জানুৱাবী তাং ৩ দগী চৎনখিবা ৪২ শুবা কন্সটিট্যুসন শেমদোকখিবনা পীবদগী, ২-এ শুবা এনত্রিনা সিভিল পৱারবু তেংবাংনবা য়ুনিয়ন আর্মদ ফোর্সেস শিজন্নবা য়ানবা আইন শেম্বা ঙমহল্লি। মদুগী মথক্তা, এনত্রি ৯৭ শুবদা য়ুনিয়নগী অৱাৎ অপা মেনখৎনবা আইন শেম্নবা শক্তি পীরি। ফেদবেলিজমগী নিযমদা ১৯৫৮ গী এক্ট অসিগী মতেঙনা, পব্লিক ওর্দর শোকপা মতাংদা, য়ুনিযনগী লাম্মীনা ষ্টেটকী লৈঙাক - সিভিল পৱারবু তেংবাংবনি হায়না কোর্টনা কয়োকই; অদুবু ফেদরেলিজম্বু শোকপা ৱায়েন অমনি।

ভাবতকী লাম্মীনা ষ্টেটকী সিভিল পৱাববু তেংবাংবনি। বায অসিনা পীবদদি, ষ্টেটকী লৈঙাকপু লাম্মীনা মুনবা যাদে। আইন্দা শিজিন্নবিবা 'এইদ' হাযবসিনা তাকপদি, ষ্টেটনা য়ুনিয়নগী লাম্মী শিজন্নববা মতুংদশু, ষ্টেটকী লৈঙাক অদুম চত্থগনি, মদুদা লাম্মীনা 'এইদ' তৌবদং ওইগনি। মদুগী মথক্তা, ষ্টেটকী লৈঙাক্তা লাম্মীনা হৈপা শাবা থিঙই [মেদলিং তৌবা য়াদে]। হান্না মেদলিং তৌবম্বদুনবু থিংলকইবনি।

এনঃ জিঃ ওঃ শিংগী ৱাকৎ মতুংইন্নদি, ষ্টেটতা থোকলিবা মেন তাদবা থৌদোক খিবিক লৈবাকসিগী লেঙদনা লৈববা আইন- সিঃ আবঃ পিঃ সিঃ গী যুমফমদা লৈতাহনবা ঙম্মনি; ১৯৫৮ গী এক্ট অসি হেঞ্জনবা, কান্নদবনি হাযনা লৌই। কোর্ট অসিগী ৱাযেলদি - সিঃ আবঃ পিঃ সিঃ গী সেক্সন ১৩০ অমদি ১৩১ শুবনা মবাং কায়না লৈতাহনবা ঙমদে, মবমদি লাম্মীবু ষ্টেট লৈঙাক্কী তেংবাংবিনবা শিজিন্নবকই। অদুবু অনৌবা ফিবেপ অমা হাপচল্লকই মদুদি, থি হুম্বা, পোৎ-চৈ, খুৎলায ফাগৎপগী মতাঙদদি, বেইদ তৌবিবা লাম্মীশিংবু সিঃ আবঃ পিঃ সিঃ গী পথাপনা পুনগনি। লাম্মীনা মনিং তৌবা যাদে, মদুগী মথক্তা ফাববা মীদু খ্বাযদগী নকপা পুলিস ষ্টেসনদা লাম্মীনা শিন্নগদবনি। লাম্মীনা, অনৌবা ওইনা সিঃ আবঃ পিঃ সিঃ বু ঙাকনা চৎনবা হায়বে।

মদুগী মথক্তা, অনৌবা হাপচল্লকপা গাইদ লাইনদি - নুপীবু থি হুম্বদা নুপী পুলিস শিজিন্নগদবনি, বেইদ তৌবা মতমদা ষ্টেটকী লৈঙাক্কী মী যাওগদবনি, বেইদ তৌবদা চৎলিবা মীনা, অকুপ্পা বেকোর্দ থমগদবনি, মী অমা মখুৎ চন্দুনা লাম্মীনা ফাববা মতুংদা মঙোন্দা শক্তি শিজিন্নবা থিঙই। লাম্মীনা ফাববা মীওইবু সিভিল ওথোবিটিদা শিন্নবা নত্তনা, লাম্মীনা মবন্নায় ওইনা মী থাদোকপা থিঙই, পুলিসতা শিন্নখ্রবা মীওইবু লাম্মীনা অমুক লৌশনবা যাদে। ইং কুমজা ১৯৯১ গী সুপ্রীম কোর্টকী বাযবুশু লাম্মীনা ইন্নবা পীবে।

পুম্নমকসিগী মথক্তা, অৱাং নোংপোক্তা লেপ্তনা শিজিন্নবিবা পথাপ হাযবদি - লাম্মীনা, ফাববা মীওইবু হংবা [ইনতোবোগেশন তৌবা] থিংলে, অফাবা মীদু ওৎপা যাদে, থার্দ দিগ্রি শিজিন্নবা থিঙই। লাম্মীনা মীওইশিংদা নোংমৈ কাপ্পবনচিংবদা শোক্লবশিংদা লায়েংগী মতেঙ, মেদিকেল এইদ পীগদবনি। মণিপুবদা হাযবিবা গাইদ লাইন অসি ঙাক্লা চংতে।

মথক্তা পীরিবা নিয়মশিংসিবু থুগায়বা থেংনরবদি, ৱাকৎ পীবা য়াগনি, অশোকপা মীওইদা কম্পেনসেসন পীগদবনি, মরাল লৈবদুগী মথক্তা আইনগী থবক, প্রোজেক্যুসন তৌগদবনি। ১৯৫৮ গী এক্ট মসিগী মখাদা, নিয়ম থুগাইরবদি, থুগাইরিবা ওফিসিয়েলদুগী মথক্তা, কেশ তৌবা য়াহন্নবা সেঙসন, সরকারনা পীগদবনি। আইন্দা য়াওরবসু, মসিদগী লাপ্না হন্দোক্নুনা সরকারনা লাকই। জেঃ এসঃ ভর্মানা লুচিংবা কোর্টকী কন্সটিট্যুসন বেঞ্চ অসিনা, পীবা রায়দা মশক থোকপা ৱাদি 'বাইন্দিং গাইদলাইনস' বু লাম্মীনা ইনগদবনি হায়বসিনি। মমাঙগী মীওইবগী হক্কী কেশশিংদা পীখিবা ৱায়েনগা কোন্ননা, এতোবনী জেনবেলনা পীবা "তৌ/তৌগনু" হায়বা লাম্মীদা পীবা গাইদ লাইনশিংবু লাম্মীনা থুগাইরবদি, আইন থুগাইবগী ৱাকৎ পীরকপা তাই। মবকসিদা গাইদ লাইন মোনিতব তৌনবা মেসিনারী অমা সুপ্রীম কোর্টনা থম্ননবা হায়দবসি, অহোবা অমনি।

১৯৫৮ গী এক্ট অসিগী ৪ শুবা সেক্সনগী শরুক ৪ গী মনুংদা খ্বাইদগী তর্মথিরবা শরুক্তি সেক্সন ৪ [এ] না মীহাৎনবগী পৱারবু কোম্না পীরিবা অসিনি।

**সেক্সন ৪ [এ]**

"কনাগুম্বা কর্মিসন্দ ওফিসার, ৱারান্ট ওফিসার, নন-কর্মিসন্দ ওফিসার নত্রগা, আর্মদ ফোর্সতা লৈবা মখোয়গা মান্নবা ফম পায়রিবা মীওই অমনা দিস্তর্বদ এরিয়া অমদা, লৈবাক লৈতাহন্নবগীদক্তা তৌদবা যাদ্রে খল্লবদি, মহাক্না শুমফনি হায়বা মওংদা লাওথোক্লবা তুংদা, মী ৫ নত্রগা ৫ দগী হেন্না তিনবা য়াদে নত্রগা খুৎলায় ওইবা য়াবা পোৎ-চৈ নত্রগা নোংমৈ নত্রগা পোখায়গনবা য়াবা পোৎ-চৈ পুবা য়াদে হায়না থিংলিবা হুকুম্বু শীঙনদুনা থবক তৌরিবা মীওই অমবু শিবা য়ানা নোংমৈনা কাপ্পা [causing death] নত্রগা পাঙ্গল শিজিন্নবা য়াগনি।"

হন্দক্কী সুপ্রীম কোর্টকী বায় অসিদা ৱাহম্ফোক পীবদা, হাপচল্লিবা বাইন্দিং গাইদলাইন্দিঃ

[ক] লাম্মীনা খ্বায়দগী তাবা ফোর্স [স্পিসিয়েল ফোর্স] শিজিন্নগদবনি;

[খ] মফম খঙদনা, নোংমৈ পংকাপতা কাপ্পা য়াদে;

[গ] ওফিসার [JCO/NCO] খক্তনা নোংমৈ কাপ্পগী ওর্দব পীবা ঙমই;

[ঘ] কাপত্রিঁঙৈদা ৱারনিং শোয়দনা পীরমগদবনি;

[ঙ] অশোকপা মীওই পুম্নবু অথুবা মেদিকেল এইদ পীগদবনি।

হঙ্গৎনা নিংশিংবা য়াবদি, এতোরনী জেনরেল অশোক দেসাইনা, ৱায়েন অসি পীদ্রিঁঙৈগী হেক মমাঙদা, জুলাই ২৪, ১৯৯৭ দা যুঃ এনঃ হ্যমেন রাইটস কমিটিদা খুমখিবা পাওখুমদুনি। দেসাইগী পাওখুমদুনা ১৯৫৮ গী এক্ট অসিগী মতেংনা মীওইদা নোংমৈ কাপ্পগী মতাংদা ঙাকলৌ খর পল্লি [পেরা ২৬, CCPR জুলাই ২৯, ১৯৯৭, জেনেভা]ঃ "The activities which the armed forces were empowered to move against under the Act were enumerated; the need to intervene must be officially established; the intervention must be preceded by warning; and the powers conferred by the Act could not be construed as giving licence to shoot to kill, or as had been alleged to act against a lawful assembly such as a family gathering, or to arrest or shoot at anyone carrying any object that might resemble a weapon. Further safeguards existed in the form of the internal guidelines and rule of engagement issued by the armed forces themselves" জেনেভা মীফমদা ভাবতকী মীহুৎ মিষ্টর গুপ্তনা গাইলাইন কয়ামরুম লাগ্নীদা পীবি, মদুবু ঙাক্লা চৎত্রবদি, থবক লৌখৎপা য়াই, অদুবু মদু আইনগী ওইনদি পনবা ঙমদে হাযখি [পেবাঃ ৩১]। সুপ্রীম কোর্টকী বায অসিনদি, গাইদলাইন পুম্বা বাইন্দিং ওইবে হায়না বায় পীরে। এনঃ জিঃ ওঃ শিংনা ৱাকৎ পীবদা, গাইদলাইন পীবদু আইনগী, স্তেত্যুতকী থাক্তা থমদে হায়বদুদি, কোর্টনা কন্না তাদ্রে। মদুদা গাইদলাইনবু স্তেত্যুত ওন্নবা কোর্টকী ৱায়েলদদি পনদে হায়না লৌগনি। সুপ্রীম কোর্টকী ৱায়েনসি মপুংফাদবতা নত্তনা অহোবা থমই।

## হ্যমেন রাইটস কমিটিগী ওবজারভেসন

সুপ্রীম কোর্টকী নবেম্বর ২৭, ১৯৯৭ কী রায়সিগী মমাংদা, জুলাই ৩১, ১৯৯৭ তা হ্যমেন রাইটস কমিটিগী পীখিবা ওবজারভেশন অদু মখাদা নৈননবা থমলি ঃ

হ্যুমেন রাইটস কমিটিনা পোলিটিকেল কোভেনান্ট, ১৯৬৬ কী আরটিকল ১, ১৯ অমসুং ২৫ শুববু নিংশিংলদুনা, অৱাং নোংপোক্কী তেরোরিজম অমদি ইন্সরজেন্সিনা পীরিবা ৱাথোকশিং খিবিক তঙায়ফদনা রাজনিতিগী ৱা ওইবনিনা, কোভেনান্টকী পথাপকা চাননা ৱাথোকশিংবু মায়োক্নবা পীরি [পেরা ১৮]। কোভেনান্ট ঙাক্না চৎলু হায়বনি। কোভেনান্টকী আরটিকল ৪ শুবা, পেরা ৩ শুবগী মতেঙ য়াওদনা, ১৯৫৮ গী এক্ট শিজিন্নদুনা ইমরজেন্সিগী পৱার শিজিন্নবদু, চেকশন্না মোনিতর তৌননবা পী [পেবা ১৯]। কমিটিনা, নেস্যনেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন্না, এক্টগী সেক্সন ১৯ শুবনা পীবা মতুংইন্না লাম্মীদা মীওইবগী হক থুগায়বদা থিজিনবা ঙমদবদুসু লৌথোক্নবা পীবি [পেবা ২২]। মদুগী মথক্তা, পুলিসকী কস্তদিদা, মী মাঙবা, শিবা, রেপ তৌবনচিংবদা, 'মেন্দেতরী জুদিসিয়েল ইনক্যারী' তৌবা য়ানবা আইন শেম্নবা অসিনচিংবা কয়াশু পীরি [পেরা ২৩]। লৈরিবা ষ্টেটকী আইন কয়ামরুম খুৎলৈ থুনা কোভেনান্টকা চাননবা, চুশন্নবা শেমদোকপা তাবকই।

মথক্তা অৱাং নোংপোক্তা ইন্সরজেন্সি থোক্লকইবা, রাজনিতিগী ৱাথোক ওইবিবসি কমিটিনা শক খঙলদুনা, ভারত সরকারনা কোভেনান্টকী আবটিকল ১,৯,১২,১৩,১৯, পেরা ৩, ২১ অমসুং ২২ শুবদা রিজারভেসন থম্বসু লৌথোক্নবা হায়রি [পেবা ১৪]। আরটিকল ১ বদা, ভাবত সরকারনা বাইটস ওফ দি পীপল টু সেল্ফ দেতবমিনেসন্দা অপনবা খব মাগী রিজারভেশন্দা পীদুনা ঙসিফাওবা লাকই, মদুবু লৌথোক্নবা কমিটিনা হায়রিবনি। হ্যুমেন বাইটস্ কমিটিগী ৱাফম অসি য়ুনিয়ন গভর্নমেন্টনা ঙাক্না চৎনবগী কোভেনান্টকী ওব্লিগেসন লাকই। মথক্কী রিজারভেশন খরসি লৌথোকপা তাই।

কমিটি অসিগী ওবজারভেশন কয়ামরুমসি ভাবতকী সরকারদা বাইন্দিং ওইবগী মরমদি, সরকারনা ১৯৬৬ কী কোভেনান্ট ২ বু চৎকনি হায়দুনা সহি তৌরগা, বেতিফায় তৌখিবদগীনি। সুপ্রীম কোর্টকী রায়দশু, ঙমলিবমখৈ, মখোয়বু ঙাক্না চৎনবা মমি তাহনবা চঙই, মপুংফানা তাহনদব্রা হায়বদুদি নৈনবা চঙই। ভারতকী নেস্যনেল ইন্সটিট্যুশন অমা ওইনা, য়ুঃ এনঃ হ্যুমেন রাইটস কমিটিগী ৱাফম্বু, ভারতকী লৈবাক্কী ওইরিবা সুপ্রীম কোর্টনশু ইকায়খুম্নবগী তাঞ্জা অদু লাকএ। সুপ্রীম কোর্টনা মদুবু ইকায় খুম্নবা তাই।

## পোলিতিকেল এক্সন

সুপ্রীম কোর্টকী নবেম্বব ২৭,১৯৯৭ কী কন্সটিট্যুশন বেঞ্চকী বায অসি মোত অমত্তা ওইনা পীখ্রবা মতুংদদি, ১৯৫৮ গী এক্ট অসি গাইদলাইনগা কোন্ননা চৎমিন্নবা তাবে। গাইদলাইনশিং অসি বাইন্দিং ওইববনিনা, কন্নামত্তনা হিক্তোকপা য়াদে। হায়বিবা ভাবতকী পাবলিয়ামেন্টকী ১৯৫৮ গী অমুবা আইন অসিবু মুৎথৎনবা লম্বীদি পোলিটিকেল এক্সন খক্তমক মঙায়বে। আইনগীদি অবোয়বা থোঙজাও লোনশিনখ্রে হাযবা য়াই।

১৯৪২ দা চৎনবা, ভাবতপু লোইলম ওইনা থম্বা ঙম্নবা বৃটিশনা শেমখিবা ১৯৪২ গী আর্মদ ফোর্সেস [স্পেসিযেল পৱাব] ওবদিনান্স, ১৯৪২ [অসাম গেজেত, জনুৱাবী ১৩/৯৪৩ পার্ট II, লমায ১৫] কৌবা 'কোলোনিয়েল লো' অসিমক্কী কাববোন কোপী ওইনা ১৯৫৮ গী অমুবা আইন অসি পাবলিয়ামেন্টনা পুং ৩ তমক গেৎনবগা চহি ১ বোমদমক চৎননবগী মওংদা পাস তৌখিবনি। লৈখিদ্রবা এমঃ পীঃ লাইশ্রম অচৌনা আগষ্ট ১৮, ১৯৫৮ দা আইন ওইগদৌবিবা বিল অদুবু অমুবা আইন্ন, লাম্মীদা অহেনবা শক্তি পীবা যাবোয হায়দুনা যেৎখি [PD, ১৯৫৮ , লাঃ ১৪৪০-১৪৪১]। মণিপুবগী ২শুবা এমঃ পীঃ চীংগী মীহুৎনশু, আইন অদুগী অবানবা ফলদু মতুংগী মীবোলনা চাহৌবা তাবে হাযখি [PD, ১৯৫৮, লাঃ ১৪৪৮)। মতুং তাবকপা বাজনিতিগী মহৈ, ফল কযাদি, মীয়াম্না অদুমক্কী থংনবে। নাগা হিলসতমক লৈতাহন্নবা শেমখিবা আইন অসি চৎনখিবদগীদি, অৱাং নোংপোক শিনবা থুংনা ঈহৌনা ইফুৎকুম্না কাপথোবকএ। বার্জনিতিগী মীৎযেংদা আইন অসিনা কান্নবা পীদে।

পাবলিযামেন্টনা ১৯৫৮ গী আইন অসিবু মুৎথৎখিবা নত্তনদি লৈথখিবা তাবকই। পুম্নমক অসি বাজনিতিগী ফম্বাক্তা অচুম্বা থিবা তাবকই। 'তা-ডা' লৌথোক্লবা নেস্যনেল হ্যমেন বাইটস কমিসন্না বিকোমেন্দ তৌখিবগুম্না, কমিসন অসিদা যুনিয়ন গভর্নমেন্টতা ১৯৫৮ গী আইন অসিবু মুৎথৎখিনবা বিকোমেন্দ তৌবগী মপাঙ্গল অদুমক লৈবি। পোলিতিকেল ইন্তরভেনশন লাক্তগদি, নবেম্বব ২৭ কী বায় অসি লৈথবা তাবকই।

মীওইবগী হক ঙাকথোকপা পাম্বা মীওই অমা ওইনা, অইবনা নেস্যানেল হ্যুমেন রাইটস কমিসননচিংবদা হায়বিবা অমুবা আইন অসি মুৎথৎনবা [বেপীল] তকশল্লি, অদুবু এনঃ জিঃ ওঃ খবনা মতম খব ৱিথদ্রো তৌনবা [সসপেন্দ] হাযবকপা যাওই—মদু ৱাহৈ শিজিন্নবা হৈতবদগী থোকই, মীয়াম্না অমুবা আইনসিবু মুৎথৎপা [বেপীল তৌবা] পামই। অইবনা প্রিন্ট অমদি ইলেকত্রোনিক মেদিযাদশু অমুবা আইনশিবু মুৎথৎনবা কন্না শন্দোকপা লেপত্রি। ইন্দিযাগী দিফেন্স মিনিষ্টব জর্জ ফবনান্দেজনা ইম্ফালদা এপ্রিল ৪, ১৯৯৮ দা অমুবা আইন অসিবু বেপীল তৌবা পাম্বা ফোঙদোকই। মহাক্না মার্চ ২১, ১৯৯৮ দশু লাম্মীবু ইন্সবজেন্সিদা শিজিন্নগদবা নত্তে হাযবা মোৎ পী। নেস্যানেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন, যুঃ এনঃ গী হ্যুমেন রাইটস কমিটিনা ১৯৯৭ তা ইন্সবজেন্সি অসি রাজনিতিগী থাক্তা লৈতাহনগদবনি হাযনা ফোঙদোকই। মবম অদুমক্না, অমুবা আইন অসিবু খুৎলৈ থুনা মুৎথৎপা, স্তেত্যুত বুক্তগী লঙশেকখিবা চঙই।

মে তাং ২৩, ১৯৯৮ দা গৌহাতিদা পাংথোকখিবা – অইবা মশামকশু যাওখিবা – অৱাং নোংপোক্কী এনঃ জিঃ ওঃ মযাম্না কৌবা নেস্যানেল কনভেনশন্না ইং কুমজা ১৯৫৮ গী অমুবা আইন অসিবু বেপীল তৌনবা [মুৎথৎনবা] ফিবেপ অমসুং ৱাবেপ লৌখি।

# ১৩

# তেরোরিষ্ট এন্দ দিসরপতিভ এক্তিভিতিজ [প্রিভেন্সন] এক্ট, ১৯৮৭

ভাবত দেশকী লৌশিং লৈবা, মীওৎ-মীনৈগী মাযোক্তা লৈবা মীপুম খুদিংনা খুদক্তা লৌথোকখ্রো হাযদুনা লাও-খোংলিবা এমঃপীঃ চামানা চৈবিবা, নেস্যনেল হ্যুমেন বাইটস কমিটিনা হন্দোকখ্রো হাযবিবা, মালেমগী হক কনবা খুদিংনা হিংচাবগী আইন্নি, লংশেকখ্রো হাযবিবা – অচৌবা অমদি অপিকপা ভাবতকী হোম মিনিষ্টব ২ মক্তা মশানা শেবান্নবা পাকতক্লনা শিজন্নবে হাযনা যাববা, মদুগী দাযিত্বদি লৌদনা অমিযা কাবিবা, এপ্রিলগী তাং ২৭, ১৯৯৫ দা বাস্ত্রপতি ভবন্না যানিংদবা ফোঙদোকখ্রবা [তাইমস ওফ ইন্দিয়া, ২৮-৪-১৯৯৫] আইনদুগী মমিং 'তাদা' [তেবোবিষ্ট এন্দ দিসবপতিভ এক্তিভিতিজ প্রিভেন্সন এক্ট, ১৯৮৭] হাযনা খঙনৈ।

'তা-ডা' হাযবসি বৃটিশনা তমথীর্বিঙে মতমদা শেমখিবা 'এনাবকিকেল এন্দ বিভোল্যুশনবী ক্রাইমস এক্ট, ১৯১৯' [শম্না, ভাবতকী মীযাম্না কী-তুকচ্চনা খাকশিং তিনশিংনখীবা বাওলাত এক্ট হায়বদুনি] অদুদগী শাথিবা হেনবা, চাওখৎপা আইনগী মচাক য়াওদ্রবা, গান্ধীযান ষ্টেটকী অশেঙবা মশক উৎথোকপা আইন ওইনা লৌশিং লৈবশিংনা লৌনৈ। বাওলাত এক্ট শেম্বদগী, য়ুম্ফম ১ থিবা ফংলমদ্রিবা কঙ্গ্রেসকী য়ুম্ফম থোনখি, মবা চেংখি–মালেমদা মমিং লৈখি। মদুগুম্না, 'তা-ডা' শেম্বদগী, ভাবতকী সবকাবগী অশেঙবা মশক খঙজবমদবা, তুমিন্নতা লৈজবা, হৌদোং লাইখু চা-কয়ামকমশু, সবকাবগী অশেঙবা মশক খঙজবা হৈবক্লে।

### আইনগী য়ুম্ফম

১। চাওখৎলবা, সিভিলাইজদ ক্রিমিনেল লো জুবিসপ্রুদেন্সকী অহানবা নিয়ম [ফার্ষ্ট প্রিন্সিপল]–বায়েল তৌদ্রিবমখৈ অফাবা, চিংনবা য়াবা মীওই

পুন্নবু মরাল লৈতে হায়না লৌগনি হায়বদুবু 'তা-ডা' না থুগায়। মদুগী মথক্তা, চাওখৎলবা 'রুল ওফ লো'গী চৎনবা পথাপ, য়ানবা য়ুম্ফম — মরাল লৈতববু শোক্তবা হায়বদুবুশু 'তা-ডা' না মাংথোকই। মরমদুমক্তা, য়ুঃ এনঃ হ্যুমেন রাইটস কর্মিটিগী মেম্বর জোসে এগুইলর উরবিনা না, 'তা-ডা' না মরাল লৈবে হাযদুনা মীওইবা খুদিংবু লৌবিবদু যাবা ঙমদে হায়খ্রিবনি।

২। রাওলাত এক্ট, ১৯১৯ হায়বসি কোলোনিয়েল লোনি। মদুদগী হেন্না তমথিববা কোলোনিয়েল লো—'তা-ডা', ১৯৮৭ [১৯৯৩ দা শেমদোকপা] অসিনা ওইরি। কোলোনিয়েল লো শেম্নগী মতমদু হেন্দোকখ্রে হাযবসি চোকোলেৎ-কলবদ কোলোনিযেল মাস্তবনা খঙগদবনি। তমথিরবা রাওলাত এক্টকী মখাদা, হায়কোর্টকী জজ ৩ না চপ মান্ননা মোত ১ পীদ্রিবমখৈ, শিবগী দন্দী পীবা যাদে। চাওখৎলবা আইন 'তা-ডা' না সেসন জজ ১ দা খোৎখোম্লা শক্তি শিন্নবীবে।

৩। সিঃ আবঃ পিঃ সিঃ গী সেক্সন ৪১ শুবনা চীংনবা মীওইবু, ৱাবান্ট যাওদনা, মাজিস্ত্রেৎকী অযাবা যাওদনা পুলিশ ওফিসাবনা ফাজনবগী অকনবা শক্তি হান্না লৈর্জরি, তৌবতবু ফারবা মীদুবু পুং ২৪ গী মনুংদা সেক্সন ৫৭ শুবগী মতুংইন্না মাজিস্ত্রেৎকী মমাংদা পুথোক্তবা যাদে। মাজিস্ত্রেৎতা পুথোক্তনা, মীওইবা অমবু থা ৬ [চহি ১ ফাওবা] নমশন্দুনা থম্বা য়ানবা 'তা-ডা' শেম্ননি। দবকার কন্না ওইদবা আইন্নি। মী ৬৫,০০০ 'তা-ডা' গী মখাদা ফাকুরগা লোয়না মরাল লৈত্রে হায়না থাদোবকখি [খরা নত্তনা]। য়ুনিভরসেল দেক্লারেশন ওফ হ্যুমেন বাইটসকী আরটিকল ৯ [৫] শুবনা পীবা মতুংইন্না, মবাল লৈতনা ফাকুবা পুন্না কম্পেনসেসন পীগদবনি।

৪। ইমরজেন্সীগী মখলগী আইনসি চহি ২ দগী হেন্না মালেমদা চৎনদবনি, অদুবু মসি ১৯৮৫ দগী চহি ১০ শুনা চৎনবসি, ফজদবা লুজদবা উৎথোকপনি। গান্ধীগী হিন্দুস্থান অসি ইরমজেন্সী-ষ্টেট ওইবা তারবদি, ষ্টেট অসিগী য়ুম্ফম য়াওদ্রবনি হায়না লৌবা য়ারে।

৫। ভারতকী কনষ্টিট্যুশনগী আরটিকল ৫১ [সি] গী মতুংইন্না, ভারত সরকারনা সহি তৌবা ত্রিতি ঙাক্তবা য়াদে। ভারত সরকারনা ঙাকচগে

হায়দুনা সহি তৌখ্রবা ICCPR, 1966 [ইন্তরনেস্যানেল কোভেনান্ট ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল রাইটস, ১৯৬৬] গী আরটিকল ১৪ শুবগী মতুংইন্না, পুন্নমকপু ফারবা মতুংদশু মরাল লৈতবা ওইনা লৌদবা য়াদে-আইন্না, কোর্টনা ৱায়েন তৌদ্রিবা ফাওবা, থেংথবা তৌদনা ৱায়েল তৌগদবনি। হায়রিবা আরটিকল ১৪ শুবা ICCPR শিগী ৱাশি 'তা-ডা' না থুগাইরে। ভারতকী সরকারনা অয়াম্বা মীওইবু মরাল লৈরে হায়না প্রিজ্যুম তৌরে—মসি য়ুম্ফম য়াওদে।

৬। 'তা·ডা' গী মখাদা, ভাবতকী মশিং য়ামদবা মাইনোরিতিশিংবুনা হেন্না ফাজনবীবদগী সরকারনা শেম্বা মাইনোরিতি কমিসনগী জুন তাং ৬, ১৯৯৪ গী ৱারেপ অমনা 'তা-ডা' অসি মাইনোবিতিগী মায়োক্তা তোয়না শিজন্নবা খুৎলায়নি হায়না ৱারেপ লৌই। মদুগী মথক্তা, সরকার পায়রিবা পার্টিনা মাগা মোত খেন্নবা মীওইশিংবু লৌমী ফাওবা থাক্তনা, ওৎ-নৈননবা অকনবা খুৎলায় ওইনা শিজন্নবদগী, দেমোক্রেসিগী য়ুম্ফম থুগাইবা আইন ওইনশু লৌনরি। মরাল লৈতবদা 'তা-ডা' পাল্লুবগী, দায়িত্ব ভাবত সরকাবনা লৌরোইদবগী মবম লৈতে।

৭। অহানবদা, পনজাবকী মীয়ামবু কীহন্নবা ওইনা, ইং কুমজা ১৯৮৫ দা শেমখিবদগী, মথং মথং শেমদোরকপা ফাওবদা, পারলিয়ামেন্টতা মপুং ফানা 'তা-ডা' গী মরমদা নৈনখিদে। নিয়ু দিল্লিদা নুমিৎ ৪ নি চুপ্পা সিখপু জেনোসাইদ তৌবগী তারকপা মঁহে ওইগনি। মে ১৯৯৩ গী পাবলিয়ামেন্টকী মীফমদা অকোনবা ওইনা শেমদোকখি; মিনিত ৭০ রোম লোক সভাদা নৈনবদা, এমঃ পীঃ তরেৎতগী হেন্না য়াওখিদে; থৌৱা শাদ্রবা পারলিয়ামেন্ট অমদা রুলিং পার্টিনা তৌনিংবদু হেক্তা তৌবা, মদুগী মঁহে ওইনা শেন্না আইন্নি। সুপ্রীম কোর্টনা কেশ ২দা, ১৯৯৪ দা 'তা-ডা' বু থমগনি হায়না রায় পীবা মতমদা, জস্তিস পান্দিয়াননা ঙাঙবা-ইবা পুন্না হোম মিনিষ্টর বুতাশিংনা হায়রিবা-তৌবদুগী কারবোন কোপীনি।

## জষ্টিসকী য়ুম্ফম

মথক্তা, শন্নপ্পা 'তা-ডা' হায়না মিংথোনবা, গান্ধী-রাজ্যগী 'ময়াই হেন্না কল্লবা রাওলাত এক্ট' অসিনা জষ্টিস, রুল ওফ লো, চাওখৎপা

আইন পথাপকী অহানবা নিয়মবু মাংথোক্লম্নবা, মমিংখক্তদা আইন কৌবা– মনুংদা, আইনগী মচাক য়াওদ্রবা পথাপ অসিবু পনখ্রে। মসিগী ফিবান মনুংদা থন্নগা, য়াম্না মরুওইবা আইনগী মচাক য়াওদ্রবা 'তা-ডা' গী সেক্সন খর নৈনরি। অরাং নোংপোক্কী মোঙ্গোলিয়ান জাতিনা নম্বা মীয়াম্বু জেনোসাইদ তৌনবা শেম্বা, ১৯৫৮ গী আর্মদ ফোর্সেস এক্ট য়ৌনমক শাথিদ্রবশু, 'তা-ডা' ফত্তবা আইন্নি।

'তা-ডা' না তেরোরিষ্ট কনানো হায়বা তৌদে, শুপ্নতগী অথিংবা থবকশিংবু শিংথায়। ভারত্তা তেরোরিজম লৈ অমদি নেস্যানেল লিবরেশন মুভমেন্টশু লৈ– অনিসি চপ মান্নবা নত্তে; মালেমগী আইন্দা চাওনা খেন্নরি [মীওইবগী হক ১৫ শুবা চেপ্তুর য়েংবা পামই]। মসিগী খেন্নবা অসি 'তা-ডা' না মুৎথৎপসিনা তাকপদি, মালেমগী আইনবু শেরান্নন শিজিন্নবা ওইগনি। ভারতকী নিংতম-ঈহৌদা য়াওরকপা অমদি তাহৌ-উহৌবা মীওইশিংনা খেন্নবা অসিবু মুৎথৎপা হায়বসি, মশানা মশাবু নমথাক তৌজবা অমদি অচৌবা পোলিতিকেল ইম্মোরেলিতিগী মরাল লঙজবনি। ব্রিটিশ ফাওবনা কুইত ইন্দিয়াগী অচৌবা হিংসা থোকহনখিবা গান্ধী [মাগী য়াথং– দু ওব দাই-লানগী খোল্লাওনি] অমদি মাগী পার্টিবু তেরোরিষ্ট ওইনা খক লৌখিদে– মরমদি য়েক্লবা ওইববশু, অঙৌবশিংদু চাওখৎলবা, ইকায়খুম্নবা য়ারবা য়েক্লবনি – মদু, ঙসিগী চোকোলেত কলর্দ কোলোনিয়েল ইন্দিয়াদা থোক্লি।

মী মাপলনা শাবা সুপ্রীম কোর্টকী কন্সটিট্যুসনেল বেঞ্চনা, ১৯৯৪ দা 'তা-ডা' গী ২২ শুবা সেক্সন খক্তংবু লাল্লি হায়বা নত্তনা, 'তা-ডা' বু লাল্লি হায়না লাওথোকপগী মথৌনাদু লৈখিদে। মরাল লৈজদবা মী লিশিং ৬৫ বু ফাজনদুনা অরাবা পীবা আইন অসিদি হেন্না চাওবা ফুল কন্সটিট্যুসনেল বেঞ্চতা ৱায়েল তৌবা চুমই – মদুমকতি তৌদে। মসি চীফ জষ্টিস ওফ ইন্দিয়ানা মীয়ামদা পাওখুম পীরমবা চুমই। ককথৎখ্রবা ২২ শুবা সেক্সন অদু অসিনি ঃ

> 22. Identification of accused.– Where a person has been declared a proclaimed offender in a terrorist case, the evidence regarding his

identification by witnesses on the basis of his photograph
shall have the same value as the evidence of a test
identification parade.

'তা ডা' গী খ্বাইদগী হেন্না নিযম চুমদে হাযনা পাক্তক্লনা লৌনবিবা, মীওইবগী হকপু ফোংনা মাঙহল্লিবা সেক্সনশিংখর পনবা তাববদি সেক্সন– ৩ শুবা, ৪ শুবা, ৫ শুবা, ৮ শুবা, ৯ শুবা, ১৫ শুবা, ১৬ শুবা, ১৮ শুবা, ১৯ শুবা অমদি ২১ শুবা অসিনচিংবনি। মবম অদুমক্লনি, হান্নগী চীফ জষ্টিস ওফ ইন্দিযা ওইবিবম্বা, নেস্যনেল হ্যমেন রাইটস কমিসনগী চীযাবমেন শ্রী রঙ্গনাথ মিশ্রনা, 'তা ডা' বু আইনগী লাইবিক্তুগী খুৎলৈ থুনা লৌথোক্কদবনি হাযখিবনি। সুপ্রীম কোর্টকী জজ ওইখিবশিংগী মবক্তা, অযাম্বা জজশিংনা রঙ্গনাথ মিশ্রবু খ্বায়দগী 'লেভেল হেদেদ', চাং চপচানা মতম পুম্বদা পুবা ঙম্বা মী ওইনা লৌনৈ।

হোম মিনিষ্টরনা 'তা-ডা' থম্লবশু, লৌথোক্লবশু, শেমদোকপা তাববশু মাগুম্না শাথিবা, অনুবা আইন অমদি অশুম থম্বগী ৱা ফোঙদোকখি। নিংশিংবা যাবদি আবঃ এসঃ এসঃ কুম্বা হিন্দু-ফেনেতিক অমদি চৌভীনিষ্টনচিংবনা 'তা ডা' গী মতেংনা লৌমীশিংবু, পাঙলশিংবু, অশোনবা কাংলুপশিংবু অমদি পুৱাবীনা পীবিবম্বা মতুংইন্না চত্থবকপা নিংতম লালহৌবশিংবু মতম কুইনগী ওইনা লোইচন্নবদা ৱাশক লৌজববশু, মতমদুগী রুলিং পার্টি অমদি অতৈ পার্টিগী এমঃ পিঃ, চাম্মনদি, অসিগুম্বা আইন নত্তবা আইন মানবা পোৎলমশি লঙশেকখিনবা তক্লখি [তাইমস ওফ ইন্দিযা, হেদ লাইন, ফেব্রুৱাবী ১৫, ১৯৯৫]। 'তা-ডা' লৌথোকখ্রবা মতুংদশু, অনৌবা বাওলাত এক্ট ১ থম্বা পাম্বগী ৱা, রুলিং ক্লাসনা লাওথোকখি।

### চৈরাক পীবা

৩ শুবা 'তা-ডা' গী সেক্সন্না বোম পোকখাইহনবা, খুৎলায শিজিন্নবা, মী ফাবা, হাৎপা-তুপ্পা তৌগনি হায়দুনা সবকাববু, মীচম্বু কিহনবনচিংবদু তেরোরিষ্টকী থবক হাযনা শিংথারি– মীশি মীনা থোক্লবদি, তৌবিবা মীদুবু শিবগী দন্দী, নত্রগা পুন্সিচুপ্পা জেলদা থম্বা, ফাইন তৌবশু পীবি। সেক্সন ৩ [৪] না তেরোরিষ্ট থম্ববু চৈরাক পীনবা পল্লি। নোংমৈগী চীন্দোন্দা তুমিন্না লৈখিবা ৱা কয়ামকুম লৈবনা, সেক্সন ৩ [৪] শিশু একজেক্যুটিভনা

শেরান্ননা শিজিন্নবা ঙমই। সেক্সন ২ [a] [i] না পীরিবসি য়েংলুরবদি, তেরোরিষ্টনী হায়জনবিরবা মীওই ১ বু ঙাকথোক্লবা লেপ্পা উকিল ফাওবা মরাল শিবা য়াই।

৪ শুবা সেক্সন্না দিসরপতিভ এক্তিভিতিজগী চৈরাক্কী ৱাফম পীবি। সেক্সন ৪ [২] না, মখাগী থবকশিং অসিবু তৌবা, মরী লৈননা ৱা ঙাংবা, মেদিয়াদা শন্দোকপবু দিসরপতিভ ওইনা শিংথাই ঃ

> [i] which questions, distrupts or, is intended to disrupt, whether directly or indirectly, the sovereignty and territorial integrity of India, or
>
> [ii] which is intended to bring about or supports any claim, whether directly or indirectly, for the secession of any part of India or the secession of any part of India from the Union.

সেক্সন ৪ [২] [i] অমদি [ii] অসি কদায়ফাওবা 'ইন্তরনেস্যনেল দিসপ্যুততা' পানবা য়াবগে হায়বদু মবীক চুম্না পীবা ঙমদ্রি। কবম্বা পোইন্ত ওফ তাইমদা লৈবম্বা ভাবতকী সোভবেন্তি, মাগী পাকচাওবনো হায়দবা মবম্না, দিসপুত্তেদ টেবিটোবীদি ভাবতকীনি হায়বা য়াবোই। মদুগীশু মথক্তা, মালেমগী আইনবু শিংনবগা, মনিংতম্বা মুনবিবগা এনেক্স তৌখিবা লৈবাক হায়বদু মাগী সোভরেন্তিগী মনুং চন্দবা ৱানী, অমদি যুঃ এনঃ না পাক্তক্লনা শৌগৎলিবা নেস্যনেল লিববেশন মুভমেন্টপু তেবোবিজম কৌবগী মবমশু লৈতে। ভাবতনা লিবরেশন কয়ামকম্ম শৌগত্তুনা লাকই।

ভারতকী আইনগী দোমেসতিক জুবিসদিক্সন মখাদা, ইন্তরনেস্যনেল দিসপ্যুততা রায় পীবা ঙমদে। মসি শম্না হায়ববদা, পোলিতিকেল ক্যইশন্নি — মদুবু কোর্টনা শোকপা ঙমদবা ৱানি। মসিগী ৱাফমশিদা, কোলোনিয়েলিজম শৌগৎপ্রা, শৌগৎত্রা হায়বা তায়শিন্নবা য়াদ্রবা, চাওনা খেন্নরবা মীৎয়েং অনি লাকই। লম-লোয়চনবা কোলোনিয়েল মাস্তবশিংনা মথক্কী সেক্সন অসি করিমত্তা হন্না য়েংবা তৌদবা চুমই হায়গনি। সেক্সন ৪ [৩] দা, ফ্যচরগী মরমদা ৱা ঙাংবা ফাওবা ওফেন্সনি হায়রি। সেক্সন ৩ নত্রগা ৪ শুবগী মখাদা ফাখিবশিংদি অয়াম্বনা মরাল লৈরমদে, অদুবু ৫ শুবা সেক্সন অসিদি

খ্বাইদগী চযেৎনবা 'তা-ডা' গী সেক্সন্নী। মদুবু, মখাদা চপ চানা থমলি ঃ

> 5 Possession of certain unauthorised arms, etc , in specified areas -Where any person is in possession of any arms and ammunition specified in columns 2 and 3 of category I or category III [a] of schedule 1 to the Arms Rules, 1962, or bombs, dynamite or other explosive substances unauthorised by in a notified area he shall notwithstanding anything contained in any other law for the time being in force, be punishable with imprisonment for a term which shall not be less than five years, but which may extend to imprisonment for life and shall also be liable to fine

৫ শুবা সেক্সন অসিগা ৩ শুবা ১ দি ৪ শুবগা খেন্নবগী মবম অমদি, মসিদা mens rea [মবাল তৌনিংবগী অপাম্বা] অদু য়াওদে। ক্রিমিনেল লোদদি mens rea না মপুংনি। কনাগুম্বা অমনা খুৎলায, বোম থনম্লগা নত্রগা, পোলিসকী মীওইনা থমজিল্লগশু, মীদুবু অৱাফমদা তাহনবা ঙমই থোইদোক্লা, ইবমদমদি ফানিংবা মীগীদা খুৎলায় অহেনবা থমজিনবীবা নত্রগা, আইন থুগাইদুনা নহা অমবু হান্না হাৎতোক্লগা, খুৎলায় মবাংকাযনা লৈববা বাজ্যগী থম্ফমদগী চানগদবা খুৎলায ১ থমজিনবীবা হাযবসি চৎনবক্লবনি। মতাং অসিদা, সুপ্রীম কোর্টকী মপুংওইবা বায খব মখাদা পল্লি।

পাবাস বাম vs হাবিয়ানা ষ্টেট [১৯৯৩, সুপ্রীম কোর্ট] কী বাযনা পীবা মতুংইন্না, নোংমৈ অমদি নোংমৈ মক হাযবিবা পোৎলম অনিসিমক ফংলবতদা, তেবোবিজমগী মবাল তৌই হায়গনি, অনিসিগী মবক্তা অমা ফংবা ঙমদ্রবদি, মবাল পীবা যাদে। য়াম্না মকওইবা কেশ, কাবতাব সিংহ vs পঞ্জাব ষ্টেট [১৯৯৩, সুপ্রীম কোর্ট] কী বায় পীবদা যাওবি—অফাবা খুৎলায়বু মেকানিকেল তেষ্ট তৌবদা, মতম যাম্না থিল্লবদি খুৎলায় শাগোন্ননা ফংলিবা মীওইদুবু থাদোক্কনি।

সেপতেম্বর ৯, ১৯৯৪ দা জস্তিস এঃ এমঃ অহমেদিগী বেঞ্চকী

মহুৎশিন্দুনা জষ্টিস জেঃ এসঃ ভর্মানা পীবা সুপ্রীম কোর্টকী সনজয় দত্তগী কেশকী বায পীবদা, সেক্সন ৫ শুবগী অনৌবা ৱাহম্বোক ১ পীখ্রে; মদু য়াম্না মকুওই। পোলিশনা 'তা-ডা' গী ৫ শুবা সেক্সন পানবা তাববদি মখাগী ৱাবম ৩ [অহুমশিমক] অমত্তা ৱাত্তনা চঙই।

[ক] [মশাদা] পোজেশন্দা ফংলিবা খুৎলায় অদু, সবকাবনা তেবোবিজম লৈবে হাযনা লাওথোকখ্রবা লম – 'নোতিফাইদ এবিযা' মনুংদা ফংগদবনি।

[খ] মবাল শিবীববা মীওই অদুনা খুৎলাযদুগী থম্বা-ফংবা [পোজেশন] অদু মশানা খঙজগদবনি [কনসস পোজেসন]।

[গ] মশাদা ফংলিবা [পোজেশন্দা লৈবম্বা] খুৎলায অদু ওথোবাইজদ তৌদবা, নীযম যাওদনা থম্বা ওইগদবনি। হাযবিবা মবম ৩ শিগী মনুংদা মবম ১ হেক ৱাৎপদা, পোলিশনা মীওইদুবু মবাল শিবা যাদে। সনজয দত্তগী মতাংদদি, বোম্বেগী বোম পোকখায়বদা থবক যাওবম্বা মীওইমক্তদগী *AK-47* নোংমৈ লৌহৌবনিনা, মাবু জামিন পীখিদবনি। আইনশিগী মখাদা প্রেজুম তৌবদি, ফংলবা খুৎলায অদু তেবোবিজম তৌনবগীনি – মদু নত্তে হাযনা, মীওইদুনা ককপা ঙম্লবদা থাদোকই নত্রগা, জামিন পীবি। 'তা-ডা' গী ৫ শুবা সেক্সন অসি পোলিশনা যাম্না লান্না শিজিন্নবশু ঙমই – মদুগী ওইথোকপদু মথক্তা পনখ্রে। বাজনিতিগী ওইনা খুৎ থিংজিনবদগী, কোন্না সঞ্জয দত্তবু থাদোকই।

মার্চ ১১, ১৯৯৪ গী সুপ্রীম কোর্টকী বায পীবদা, জষ্টিস এসঃ বতনাভেল পান্দিযাননা মেজোবিতিগী মহুৎ শিনখি, হোম মিনিষ্টবনা ঙাংখি শকখিবা, মীচঙ মীখায নাইবা ষ্টেটকী মেদিযানা শন্দোকপা প্রোপেগন্দা ঙাক্তদা যুম্ফম ওইবদগী – অখঙ অহৈশিংনা, মাগী বায় অদু হোম মিনিষ্টবগী মশাগী বায ওইনা লৌনৈ। জজ কে বামাস্বামীনা বায অদুদা য়াববশু, মহাক্না য়াখীদবদি, সেক্সন ১৫ শুবা অমদি ৫ শুবনি – মবর্মদি, মাগী বাযদা, ইনতেন্সন [পুক্লিংদা খুৎলায়দু থম্বগী ৱা] হান্না লৈত্রগদি, শুপ্নতগী খুৎলায ফংবনা, ৫ শুবা সেক্সন পানবা য়াদে হাযবশিনি। এসঃ পীঃ গী

অয়াবা লৌবগা, চীংনবা মীওইগী মপোৎ মচৈবু, ইনভেস্তিগেতিং অফিসাবনা লৌশিনবা [সিজ তৌবা] গী পৱাব পীবা সেক্সন ৭– এ অসি, মে থা, ১৯৯৩ দা, 'তা-ডা' বু হেন্না তমথিহন্নবা মওংদা শেমদোকপদা নৌহৌনা হাপচনবনি। জজ কে, বামাস্বামীনা পোলিশকী মখুত্তা চনখ্রবা মীওইনা পীবা কনফেসন অদু চীংননিঙাযনি হাযখি – মদু চুমই।

## দিস্ত্রিগনেতেদ কোর্ট

সেক্সন ৯ শুবনা সেসন জজ নত্রগা, এদিসনেল সেসন জজ ওইবা মীওইবু দিস্ত্রিগনেতেদ কোর্টকী জজ হাপ্লী। একজিকিউতিভনা জজ হাপ্পগী নিযমশি চুমদে; মদুগী মথক্তা, হায কোর্টকী ফল্লিবা (সিতিং) জজ অমনা প্রিসাইদ তৌবশু যাদে। মদুগী মথক্তা জুদিসিযেল বিভিযুগী স্কোপ যাম্না পীকনা, হঁবৈ লৈতবগুম্না থমই। কোলোনিয়েল বাওলাত এক্ট, ১৯১৯ ফাওবনা পীবদা, হাযকোর্ট জজ ৩ ফমগদবনি।

এক্যুজদ [মবাল শিবিববা] অমবু মাগী ফাবগী মবমদা কবিমতা খঙহন্দনা থম্বশি, আইনগী য়ুম্ফমদা চুমদে। ১৯৯৩ গী শেমদোক্লবা 'তা-ডা' না চহি অমগী বিমান্দগী মতমবু নুমিৎ ১৮০, মথংদা প্রোজিকুশননা চার্জশিৎ শেম্বা ঙমদ্রগনা, চহি ১ যৌনবা বিমান্দগী মতম কোর্ট অসিদা পীবি। প্রিভেন্তিভ দিতেনশন লোগী মখাদা পীবা অতেনবা মতম অমদি এদভাইজবী বোর্দকী ঙাকলৌ অদু মবাল শীবিববা মীওইদা পীদে।

সুপ্রীম কোর্টনা কেন্দ্র অমদি ষ্টেট সবকাবদা 'তা-ডা' দা ফাখ্রবা মীওইশিংগীদমক্তা বিভিযু কমিতি শেম্নবা পাউতাক পীববসু, ব্যুবোক্রেসিনা মদুবু থৌৱা-শানা তাবীদে। বিভিযু কমিতি অসিনা লৌবা ফিবেপ অদুনা জজ অমদি প্রোজেক্যুসন্দা ইনহনবা [বাইন্দিং] ওইগদবনি হাযনা লৌজববশু, মদুবু বাইন্দিং ওইদে হাযবা মিংযেং অমশু থমই। ৱাযেল তৌদনা চহি অমা ফাজন্দুনা থল্লবশু, জুদিসিযেল বিভিযু তৌবা থিংই। মবাল শীবিববা অমগী মবাইবক অদুবু কোর্টকা প্রোজিক্যুশনগগী থৌজান্দা থম্বা অসিমক চাওখৎপা আইনগী পথাপ নত্তে। এক্যুজদ অদু চহি অমা মচিন মেল্লগা, শোৎপেক নাইদনা থম্বশি অচুম্বা আইন খক কৌবা য়াদে।

একুজ্যদগী মথক্তা প্রমান তৌনবগী অরুম্বা অসি পীরি। সুপ্রীম কোর্টনা এপ্রিল ১৬, ১৯৯৮ দা মুম্বাইগী জোগেশ্বরীদা, বাব্রী মশজিদ থুগায়রবা মতুংদা, হিন্দু ৬ পু লৌরগা হাৎখিবগী মতাংদা পাঙল ১১ বু কনভিক্সন পীখিবদুবু লঙশেকখি। জিঃ এনঃ রায় অমসুং জিঃ বিঃ পাতনাইক্না শাবা বেঞ্চ অদুনা হায়রি মদুদি, চৈরাক পীবা তারবদি প্রোজেক্যুসন্না য়েৎনবা লৈতনা মখোয়গী মরালদু উৎকদবনি। কোর্ট অসিনা 'তা-ডা' গী মখাদা ফাবা মখোয় ১১ দা নত্তনা অতৈবুশু কোমথোকহনবা ঙমই। য়াম্না য়ানদ্রবা সেক্সন অমা খল্লগা পনবা তারবদি 'তা-ডা' গী ১৫ শুবা সেক্সননি, মশিনা পীরি –

> "–, a confession made by a person before a police officer not lower in rank than a Superintendent of Police ... shall be admissible in the trial of such person or co-accused, abettor or conspirator–"

[Sec. 15] [1] সেক্সন ১৫ [২] না পীবা মতুংইন্না একুজ্যদনা পীরিবা কনফেসন অদু মশানা য়ানা [ভোলুন্তরি] পীবা ওইগদবনি শিনী। সেক্সন ১৫ [২] শিদি মীচম্নফাওবা খঙলে মদুদি পোলিশকী মখুত্তা ফাগ্রবা ফাওবদা হিংনা হল্লকপা য়াওদ্রবা মতম অসিদা, মশানা য়ানা পীবা কনফেসন হায়বসি থাজনঙায় খক ওইদ্রবনি – লক্লবনি হায়না লৌনরবনি। কন্তদিয়েল দেথকী কলচর অমা লৈবাক অসিদা ইকায়খুম্নবগী থাক্তা থাঙ্গৎখ্রবনি – মদুগী চৈরাক লৈত্রবগুম্বনি। মার্চ ১১, ১৯৯৪ গী সুপ্রীম কোর্টকী রায় পীবদা, জজ ৫ গী মনুংদা ২–রামাস্বামী অমদি সহায়র্নাদি পোলিশ ওফিসারদা কনফেসন তৌবদু য়াদে হায়না লৌই। পোলিশনা একুজ্যদ অমবু শিজন্নরগা, অতোপ্পা ফানিংবা ১ বুশু, মহাক্কী লান্না শিজন্নরবা ৱাহৈগী মতেং লৌরগা, ফাজনবশু ঙমহল্লি। মসি অচুম্বা আইন নত্তে।

১৬ শুবা সেক্সন্না শাক্ষী [ৱিৎনেস] অদুগী আইদেন্তিতি লোৎশিল্লি। সেক্সন অসিনা পোলিশতা অঙকপা মখলগী পৱার পীরি – খুৎনেক শাক্ষী, শাজন্নবা শাক্ষী পীনবগী অচৌবা খুদোংচাবা ১ পীরি।

১৯ শুবা সেক্সন্না দিজিগনেতেদ কোর্টকী রায়, জজমেন্তকী মায়োক্তা সুপ্রীম কোর্টতা চৎনবা আপীল তৌনবা পীরি। 'তা-ডা' গী মখাদা ফাগ্রিবা

মীওই ৬৫,০০০ গী মনুংদা, কনভিক্সন ফংবা কয়াগী মনুংদা কযানা সুপ্রীম কোর্ট চৎপা ঙম্বগে হায়বগী ৱাহং লাকই। হাযকোর্টতা চৎনবগী, আপীল তৌবগী ফিভম শেমলগদি, অয়াম্বনা চৎপা ওইথোকই—ওইথোক্তবা মওং অমদা থর্ম্বসি লাইবক থীবনি। যাম্না ইনাক খুনবা, নত্রগা শক্তি লৈবা মীওই নত্রগদি সুপ্রীম কোর্ট চৎপা হাযবসিমক ওইথোক্তবা অমনি।

২১ শুবা সেক্সন্না খুৎলাযবু ফংলবদি, একুজদ অদুবু মবাল লৈবমলে হাযনা প্রেজ্যুম [লৌবা] তৌগনি—কবিগুম্বা ওন্নবা মওংনা প্রমান তৌবা পমদ্রগদি। মসি চাওখৎলবা ক্রিমিনেল লো-জুবিসপ্রুদেন্সকী খ্বাইদগী চাওনা তাযোন্নবনি। চাওখৎলবা মালেম্না ইল্লিবা জুবিসপ্রুদেন্সতি 'প্রিজুম্পসন ওফ ইনোসেন্স, তিল প্রুভদ গিলতি' হাযবসিনি। 'তা-ডা' না চাওখৎপা নিযম অসিগী ওন্নবা, যাদবা নিযম ১ শেম্বশি জঙ্গল লোনি—জঙ্গলদদি, মপুকলান্নবা নোংশানা পিকলবা শজিদা হংই—'নংবু চাবোযদবগী মবম পীয়ু'।

### অনৌবা রাওলাত এক্ট

ভাবতকী বেজিমেন্তেদ খুনাইদা দি-আই-আব দগী হৌবদুনা, মি-সা, না-সা, তা-ডা, মদুগী মথক্তা —আইন্নি হাযবা ফাওবা যাদ্রবা আইন থুগাইনবা এক্সত্রা জুদিসিযেল ওইনা মীহাৎনবা আইন ফাওবা শেন্নগা, তেবোবাইজ তৌবগা মীচম্মু মীযাম্মু থমই। মসি নত্তনা, লৈতানা লৈবা আইনগী মখাদশু, মবাল খুদিংবু ৱাযেল তৌননবা, কোলোনিযেল লো বৃটিশনা অদুমক থম্মীবন্নবনি। বৃটিশকী ক্রিমিনেল লো পুন্না বৃটিশ চৎখ্রবদশু, ভাবতনা ইনদুনা হান্না লৈজববনি। মীওইবগী হক ঙাকপীবদা সুপ্রীম কোর্টকী মমিং লৈজববনি—মদু ফাওবদা, 'তা-ডা' গী মতাংদদি, ভাবতকী হোম মিনিষ্টবনা ঙাংবদুগা চপ মান্নবা মওংদা জষ্টিস পান্দিযান্না বায ইখি। মীওইবগী হক কনবা লূপশিংনা অকনবা ৱাবেপ লৌদুনা বাওলাত এক্টকী অনৌবা শক্তম লৌবা আইন শেন্নীবসি, মতুংদশু শেমলক্কদৌবিবশি অবানবা লম্বীনি হায়না খঙহনবা চঙই। কলিং ক্লাসনা বাওলাত এক্ট যাওদনা হিংবা ঙমদে।

জুন ১৩, ১৯৯৫ দা ভাবতকী হোম মিনিষ্টবনা ওপোজিসন পার্টি অপুম্বগা যানবা পুবক্লগা, মহাক্না থাঙ্গৎলিবা ক্রিমিনেল লো এমেন্দমেন্ট

বিল, ১৯৯৫ দু মথংগী পারলিয়ামেন্ট সেসন্দা পাস তৌনবা ঙারোল থোকখি। হায়রিবা বিল অসি পাস তৌরমলগদি, অনৌবা মচুগী 'তা-ডা' [অনৌবা মমিং অমা পীরবশু ওইথোক্কবা নত্তে] অমা, মতম পুম্বগী ওইনা থম্লবশু য়াই। অনৌবা 'তা-ডা' অসি থম্বা তাববশু, মমাংদা হঙ্গৎনা-রিত্রোসপেকতিভ ওইনা চৎনগদবা লৈতবা মরম্না, মে ২৩, ১৯৯৫ দা ইখম্নখ্রবা 'তা-ডা' গী মখাদা ফারিবা মীওইশিংবু থাদোক্লবগী লম্বী অমা য়াৎতে। অনৌবা 'তা-ডা' অসিদা, সুপ্রীম কোর্টনা য়াম্না অচম্বা অপিকপা শেমদোক্লবা হায়বা সজেসন খবা হাপচন্নবা ঙাফম ইখৎলি। ভারত সরকারগী ওইনদি, হৌজিক লৈবা টেরিটোবিয়েল সোভরেন্টী [দিসপ্যুতেদ টেরিটোরিজ ফাওবা কোনশল্লিবা] অসিগী মায়োক্তা, অচুম অরান থীবা তৌদনা নৈনবা, নত্রগা কুইনগী ওইনা য়েৎনবা লোইশন্নবা ঙারোল য়াওনা পায়খৎপা থবক খ্বিবিকপু তেরোরিজম হায়বা পাম্বগী ঙা ফোংদোক্লি। অদুবু, মদুগী শরুক খবদি, পোলিতিকেল ক্রাইশন্নি, অমদি কোলোনিয়েলিজমগী ঙাথোকশু ইং কুম্নজা ১৯৪৭ তগী ঙসি ফাওবা লৈরিবনি। মরম অদুনা, কোলোনিয়েল, বেসিয়েল, এন্নেক্সেসনগী নিযমচুম্বা ঙাহংদি তেরোরিজম হায়রুবদা, অচৌবা অবানবা ঙা ওইফম থোকই। মদুবু মালেমগী আইন্না য়াদে। ইম্পেবিয়েলিজম শন্দোকপা পাম্বা হিন্দুস্থানী বেসিষ্ট, ফেসিষ্টশিংনা ইম্পেরিয়েলিজমগী মায়োক্তা নৈনবা থিংবা পামই।

অনৌবা মচুগী 'তা-ডা' লাকপা তাবগদি, হান্নগী 'তা-ডা' গী ৫ শুবা সেক্সনবু লৌথোকপা, ৩ শুবা, ৪ শুবা সেক্সনবু খর শেমদোক্লগা থম্নবা ঙা পীবি। অনৌবা 'তা-ডা' না হান্নগী 'তা-ডা' দা য়াওরম্বা বেল-রিমান্দ পীবদা থিংলম্বা, পোলিস ওফিসারগী মমাংদা কনফেসন পীবা, হায়-কোর্টকী জুরিসদিক্সন থমদবা, লোন্না ঙায়েল [ইন-কেমেরা] তৌদবা শুকয়া য়াদবা অসিবু লৌথোক্লবা ঙাফম পীরি। শেমখিদ্রবা আইন অসিনা পীবদা, স্পেসিয়েল কোর্টতগী হায়কোর্টকী জজ অনিনা শাবা বেঞ্চদা আপীল তৌনবা, দিঃ এসঃ পীঃ গী হান্না অয়াবা য়াওদ্রবদি পোলিস অমদা মরাল লৈবগী মতাংদা ঈ-পাও ইশনবা য়াদনবা, দিঃ এসঃ পীঃ নত্রগা, এঃ সিঃ পীঃ গী ফমদগী তাদবা ওফিসার অমনা মরালশিংদুবু, ইনভেস্তিগেসন তৌবা য়াহনবা, মবম চাদনা অমদি অমোৎপা উপায় লৌরগা [malicioulsy] মীবু মরাল শিবিবা

পোলিস আফিসাববু চৈবাক পীনবা ব্রা যাওবমই।'malicious' হাযবসি প্রমান তৌবা ইঙম্ ঙম্নদবা ব্রানি। মসিবু শিজন্নবকপশিনা কান্নবা পীবোয।

অপিকপা শেমদোকপা খবসি নত্তনা, মুৎথ্রবা 'তা-ডা' গী আইনি হায়বা শুকয়া য়াদ্রবা, 'রুল ওফ লো' বু হকথেংননা থুগাইবিবা, তমথিববা মচাক পুম্বা অদুম থম্লম্বা য়াই। পাঙনবু, মাইনোবিতিবু ওৎ নৈদুনা থমগদবনি হায়না ব্রাশক লৌবা মানুবাদী, হিন্দুতত্ত্ববাদী ফেনেতিক্স, বেসিষ্ট, ফেসিষ্ট পার্টিশিং, সম্রাজ্যবাদী, মীওইবগী হক্কু খোঙগাওনবদা হালেঙদ্রবা লুপশিং অনৌবা 'তা-ডা' থমদুনা, মীওৎ-মীনৈ হান্নগুম্না চত্থবা পামজববসু অসিগুম্লবা 'কংশ-হিবন্যকসিপু-মানু-চানক্য'গী আইন মখল অসিদি, মালেম্না হঙ্গোইনা য়েংলি।

ওর্গেনাইজদ ক্রাইমবু ব্রায়েল তৌবগা চৈবাক পীননবা ভাবতকী মশাগী, হান্নবা বৃটিশ কোলোনাইজবনা শেম্বীবম্বা অকনবা কোলোনিযেল পেনাল কোদ লৈজবি। মদুমকপু তেবোবিজমদা পানশনবা যাবি। বাওলাত এক্টতগী হেন্না জষ্টিস যাওদ্রবা, অনৌবা অমুবা 'তা-ডা' অমা থম্লবদা লো ওফ দি বার্বরিয়ান হায়বা নত্তনা, ফজবা ব্রাহে অমা হাযকবদা চানবোই। অমুবা আইন অসিবু আইনগী লাইবিক্তগী মুৎথৎথ্রবা মতুংদা, মাগা মান্নবা অমুবা আইন অমা কদৌনুংদা থক শেম্নবা, আইনশেম্বশিংনা ব্রাখল তৌবোইদৌবনি।

# ১৪

# রেসিজমবু থিংলিবা কনভেনশন

### জাতি খায়দোকপা খুনাইবু নৈনবা

আরটিকল ২৫ না শাবা ইন্তরনেস্যানেল কনভেনশন ওন দি ইলিমিনেসন ওফ ওল ফোর্মস ওফ রেসিয়েল দিসক্রিমিনেসনবু, ইন্দিয়ানা দিসেম্বর ৩, ১৯৬৮ দা সহি তৌদুনা, জানুৱাবী ৪, ১৯৬৯ দগী চংনবা হৌখিবদগীদি, রেসিজম্বু মুৎথৎপদা মীপুম খুদিংগী থৌদাং পাংথোকপা তাবকই। মবম অদুনা ইন্দিয়াদা রেসিজম্না হিংলিবশিগী মবম মবিকচুম্না নৈনদবা য়াদে। অরোৎপা রেসিজমগী ৱাখল্লোনবু মরুফঙনা মুৎথৎপা মীয়ামগী থৌদাংনি।

জাতি — মফম অসিদা, রেস [হৌফম মান্নদবা ফুরুপ খুদম-মোঙ্গোলিয়ান, মোঙ্গোলিয়ান নত্তবা দ্রাভিদান, আরয়ান নচিংবা] কী ওইবা চৎনপথাপ রেসিজম হায়বসিনা মীওইগী খুনাইদা অকিবগী শক্তম পীখি, শক্তম লোৎশিল্লগা হৌজিকশু হিংলি। হিন্দুস্থানগী মপাঙ্গল কল্লবা বেসিজম অসি হকচন্না, লূথনা নৈনদ্রবদি খঙবা ঙমলোই। চহি চা কয়াগী মমাঙদা নেগ্রো জাতিবু অঙৌবা অমেবিকান্না মীনাই ওইনা থনম্বা, অব্রাহম লিঙ্কোন্না মুৎথৎলুবদগী, অমেরিকাগী সিভিল ৱাবদা, মী লাখ ৫ শিখি, মশামকসু এসাসিনেট তৌখি। ভারতকী ওইনদি বেসিজম মুৎথৎনবা মীওই পোকখিদ্রি।

নাজীগী বাপুজী এদল্ফ হিতলারনা জিয়ু লাখ ৬০ হাৎপদা নত্তনা মালেমগী জিয়ু জাতিবু শমজি খাইদুনা চেলহনখি — মানা, লাঞ্জাওদা মায়পাকহৌদবদগী, জিয়ু খরদি হিংহৌদুনা ইজরাইল ষ্টেট শেমই। নোংচুপ এসিয়াদগী লান্দারকখিবা, হিতলারগী মপুৰৌ-পুরেল আবয়ানশিংনা ভারত্তা লান্দারকপদগী য়েলহৌঙেগী মীওই-আদিবাশীশিংবু, মখোয়না 'সুদ্র' হায়না মমিং থোল্লগা চহি লিশিং কয়া শা-শলগুম্না ওত্তুনা নৈদুনা থমলকপদু, সুদ্র মীয়াম্বু ১৯৫০ দগীদি, মীওইবগী থাক্তা কন্সটিট্যুশন্না থাঙ্গৎলে-অদুবু, চহি লিশিং ৪ গী চুরকপা আরয়ান রেসিজম কোকপা নত্রি। হায় কাপ্তনা চহি লিশিং কয়া নমথবিরক্লবা, বেকৱার্দ ক্লাসপু থবক্তী রিজারভেশন পীবগী ৱা

লাকপদা, ইং কুমজা ১৯৯০ দা আসামদগী চৎখিবা মহৈরোয় রাজীব গোস্বামী কৌবা অমনা মশা মতোমতা পেট্রোল হৈরগা দেলহী য়ুনিভরসিতিদা মৈ থাজে—হায়রিবা হিতলারগী শুথাংশিনা, মাগী মমিত্তা, ফত্রবা মকোক্তুদা, মাগী খোংউপ শেংফম থোকই হায়না মানা লান্না খঞ্জবা বেকৱার্দ ক্লাসকী মীওইনা মাগা মান্ননা ফম অমদি ইকায়খুম্নবা ফংবা হায়বসিনা মশাদা মৈ চুই; মান্নবগী মৈরী অদুদগী, পেট্রোলনা মশাদা হৈজনবগী মৈরী অদুনা হেন্না রাজীব গোস্বামীগী থম্মোয়দা উনগুম্না ইংই। মহাকতি সমুদ্রগী ঈশিং মরিক অমগুম্বনি।

ঙসিমকসু স্কিন হেদ, স্বম সেৱক, কু ক্লাস ক্লান, হায় কাষ্টকী লূপ কয়ানা রেসিজম শন্দোক্লি। ভারত্তা য়েংলবশু, রেসিজমনা হৌরকফম ওইবা কাষ্ট সিস্তেমবু গান্ধীনা মরু ফুক্তোক্তুনা মুৎথৎপা পামখিদে—পামফমশু থোক্তে। ভারতকী কন্সটিট্যুশন্না দে জুরে [de jure] আরয়ান রেসিজমবু য়াদে হায়জরবশু, মনুসংহিতা ইল্লিবা, মনুসংহিতাবু নুতিগী ইল্লিবা মখোয়গী মীৎয়েংদা, দে ফেক্তো [de facto] বেসিজম হিংদুনা লৈরি। ইং কুমজা ১৯৯৭ তশু য়ুঃ এনঃ কমিসন্না রেসিজম মখল খুদিংবু চৈ থাংলি।

জিয়ু ওইনা পোক্লমদ্রবদি, হিতলারগী রেসিজম্বু থেংনরুগদবা লৈতে, মদুগুম্না সুদ্র ওইনা পোক্লমদ্রগদি, মনুবাদীনা মীওইববু ওৎনৈরিবদু কনামতনা খঙলুগদবা লৈতে। সাউথ আফ্রিকাগী ঙরাংদমক মুৎথৎখিবা 'apartheid' অদু অমুবা কুচুদা পোক্লমদবা মীনা হকথেংননা থেংনরুবা লৈতে। মসিনী রেসিজমগী মমায় অনি লোঙলিবসি—চুমই হায়না চপ য়ুংনা খনবা কাংলুপ অমা, চুমদে হায়না খনবা শাগে অমা। মালেমগী ওইনদি, ভারতকী ওইনা জানুৱারী ৪, ১৯৬৯ দা চৎনবা হৌখিবা -'ইন্তরনেস্যনেল কনভেনশন ওন দি ইলিমিনেশন ওফ ওল ফোর্মস ওফ রেসিয়েল দিসক্রিমিনেশন' চৎনবা য়ানখিবদগীদি, রেসিজমবু থিংলে। মদুগী মথক্তা, দিসেম্বর ৯, ১৯৪৮ গী 'কনভেনশন ওন দি প্রিভেনশন এন্দ পনিসমেন্ট ওফ দি ক্রাইম ওফ জেনোসাইদ' বু জানুৱারী ১২, ১৯৫১ দগী চৎনবা হৌখিবদগীদি, মী কাংলুপ অমবু, ফুরুপ অমবু হাৎপা, হাৎনবা হোৎনবা, নত্রগা মথম্মোয়দা হম্বহন্নবা ৱাখল পোকহনবা অদু মীওইবগী মায়োক্তা তৌবা মরাল [ক্রাইম] ওইনা লৌরে। মখাদা, আইন্না থিংগ্রবা রেসিজমগী থবক অমদি ৱাখল্লোন্না, মী

কাংলুপ খরগী ওইনদি অহিংবা আইন [living law] ওইরিবা শক্তমবু নৈনরি।

ময়াংলৈবাক-হিন্দুস্থান্দা আইন্না দে জুরে রেসিজমবু য়াদে, অদুবু দে ফেক্তো রেসিজমদি, রেসিজমগী মন্ত্র স্লোক কয়া, খুদম ওইনা মনুসংহিতাবু খুনাইদা থাগোন্নবা লেপত্রিবমখৈ, মুৎখিরোই। ঐখোয়না ঙাইরিবদি, মশানা মশাবু অৱাংবা জাতিনি হায়না লান্না হায়জরিবা, খঞ্জরিবা [মীওইবগী জিন নত্তে খনজরিবা] তৌবা ঙম্বা, মশিং য়ামদবা অরানবদা খল্লিবা হায় কাষ্টশিংনা, ফোঙনা মালেমগী মমাংদা 'মনুসংহিতা' বু চৈবা, চৎনররোয় হায়বা ৱাশক অদু মীয়ামদা লাওথোকপনি। ইন্দো-নাজীগী লুচীংবা গোলৱালকারগী ১৯৩৯ গী "We or Our Nationhood defined" কৌবা, মতমদুদা মমল লুপা ১/- থাবা হিতলারগী 'Mein Kemf' কা ৱাখল চপ মান্নবা লাইরিক অদু মনুসংহিতাগী অনৌবা কোরোল্লারীনি। চহি লিশিং ৪ চুপ্পা মীচম্বু, আদিবাসী [ইন্দাইজেনস, লো কাষ্ট ১ দি সুদ্র] ওৎপা নৈবদু লেপ্লগনি হায়না কাষ্টতিজম চৎলিবা ময়াং লুচিংবশিংনা মীযামদা এপোলোজি লাওথোকত্রিবমখৈদি, হিন্দুস্থান্দা দে ফেক্তো রেসিজম অদুমক চৎনরিবনি। ঙসিফাওবদা, ময়াং মচাদা লিনকোনগুম্বা অচৌবা থৱায় [great soul] অমতফাওবা পোকত্রি, পোক্কনি হায়বসু থাজবা ৱাৎলি; সুদ্রবু ওৎপা নৈবদি, ওৎলিবা কাষ্ট—মেচ্ছিনদু হান্না থুগায়গদবনি, মীয়াম মাংদা মনুসংহিতাবু মুৎথৎকনি, হায়বা ঙম্বা ফাওবা থোরকত্রি। সুদ্রবু 'হবিজন' হায়না মমিং ওনবিবা, লাইশংদা কাহনবা য়াবা ফাওবদি থোকখ্রে। হবিজনগী মবুক্তা থিল্লিবা থাংদুবু 'অতরগুলাপ' কৌরম্বা ফাওবদি, ময়াংমচাদা থোকখ্রে। ইরমদমদি, রেসিজমগী যুম্ফমদা লৈবা ওইথোক্কে। মদু, মণিপুরগী পুৱাবী অমদি থাজবগী ৱাংমদা লৈবা পোৎলমনি।

## জাতি অমনা হেনবগী ৱাখল্লোন

ইন্দিয়াদা রেসকী খেন্নবা চেদা থমদে হায়রগশু, রেসিজমনা হিন্দুস্থানগী হিন্দুত্বগী য়ুমফম ওইরিবনি। অৱাংনোংপোক্কী মোঙ্গোলিয়ান—ওস্ত্রিক মীয়াম্বু, আরয়ান-দ্রাভিদান কাংবুনা তোখাইনা য়েংবগী, নমথবগী চৎনবী লৈরি। কনভেনশনগী অহানবা আরটিকলনা 'রেসিয়েল দিসক্রিমিনেসন' বু জাতিগী

য়ুম্ফমদা খেন্নবা থম্বা, অপাম-পামদা খায়বা, অথিংবা থম্বা ওইনা শিংথাই। ষ্টেটশিংনা, আরটিকল ৩শুবগী মখাদা, রেসিজম্বু যৈফাক যৈন্না থিংগদবনি।

কুনশুবা চহিচাগী বেসিষ্ট–হিতলার অমদি গোলৱালকার অনিশিবু মনুসংহিতাগী ৭ শুবা মনুগী ফম্বাক্তা থম্লগা চাংদম্নবদা, মীওইববু মীওৎ-মীনৈ তৌবগী হৌরকফম ৱাখলগী মরুদু মখোয়দগী থিগৎপা ফংবা ঙমই। মান্নরবা ৱাখল পথাপ অহুমশিবু শমলপ্পা, বেসিজম য়াদবশিংগী খুদোংচানবা মওংদা মখাদা নৈনরি।

ভারতনা রেসিয়েল দিসক্রিমিনেশন মুৎথৎনবা কনভেনশন ইং কুমজা ১৯৬৯ জানুৱারী তাং ৪ দগী চৎনগনি হায়জরবশু, মদু থবক্তা ওন্দ্রি। নাজীগী হিতলারনা শিদ্রিবা ফাওবা, 'মেইন কেমফ'তা ইরম্বা–খুন্দানবা, লৈনবা মফম 'Lebensraum' গী ৱাখন্দু খক থাদোকখিদে। য়ুরোপকী 'Lebensraum' অদু মপাঙ্গল কনবা অঙম্বা – হায়বদি, মসিদা নাজিস্থান শেম্বা ঙম্বা অদুতনা লৈগদবনি, শম্মা 'অখন্দ য়ুরোপ', জর্মনগী ঈনা শেম্নগা পানগদবনি হায়বসিনি। হিতলারনা পীবা ৱাখন্দু শিনি-"but nature has not reserved this soil [য়ুরোপ্পু] for the future possession of any particular nation or race; on the contrary, this soil [জর্মন ঈনা লৌগদবনি] exists for the people which possesses the force to take it." [Shirer, Third Reich, p.123].

গোলৱালকারজীনশু, মাগী ১৯৩৯ গী লাইরিক্কী অহানবা মখুমদা, মানা পামজবা/হিন্দুরাস্ত্রগী মেপ য়েকপীরমই – মদুদা, মাগী মপা-মপুনা থম্বীরম্বা পিক্লবা, হস্তিনাপুরগী ভারত্তুগী মথক্তা, আফগানিস্থান, বর্মা, শ্রীলঙ্কা, হৌজিক্কী পাকিস্তান, বঙ্গালাদেশ য়াওরি। মহাক্না নুংশিবীবদগী বর্মাবু য়াওরবশু, চীনাফাওবদি মাগী হিন্দুরাজ্যদা য়েকপীরমদে – মহাক্কী থৌজান্দগী, পৃথিবীনা নুমিৎকী অকোয়বদা উংজরিবনি হায়না মাগী সেবকশিংনা চেৎনা থাজরি। গোলৱালকারগী 'Lebensraum' [লৈনবা মফম] না এসিয়া তঙ্খায় অমা কোনবদা, হিতলারগী 'Lebensraum' না য়ুরোপ লোইনা কোল্লি – মদুদা, হায়কাষ্ট হিন্দুনা অমদি নাজীনা পানগদৌরিবনি। ঙসিমকসু, গোলৱালকারগী 'Lebensraum' বু, মাগী মরৈবাক নিংঙ্গী মনুংচন্না

মানুবাদীশিংনা লাওবিবনি, তেংথাবিবনি। খা-এসিযাগী অপিকপা মনিংতম্বা লৈবাকশিং পুম্নমকপু লোইচনবা হায়বসি, মাগী লাওথোক্কবা ৱাশকনি।

হায়বিবা 'Lebensraum' [সত্রাজ্যবাদীগা মান্নৈ] অসিদা, ঙাক্কদৌবিবা গান্ধীগী হায় কাষ্ঠ, হিতলাব অমদি মাগী তিম অদু, মখোয়গী ৱাখলদা থাজবদা, ইবদা, ঈশ্বরনা মদু তৌকনবা থাবকপা মী [chosen people] ওইগদবনি।

হায়বিবা এসিযা তঙ্খাযসি হিন্দুশিংগী মবৈবাক্কি, হিন্দুস্থান হাযনা খঙনগনি [গোলৱালকাব, ১৯৩৯, লমায ৬]। মদুগুম্না, হিতলাবনা হায়বমই জর্মন হাযবা জাতি [আবযান] অসি "the highest species of humanity on this earth"– ওইবিবনি। মদুগুম্না, মনুংসংহিতা ইবম্বা 'মনু' নশু, ব্রমহাগী চাদা নাওদা-শুবোন হাযবসিদি, লাইগী হেক ঈনি, লাইনি হায়দুনা ইবিবনি মদুবু থাজবশিংনা, 'সাইন্সকা বিলিজন' গা মান্নৈ হায়দুনা, জেনিতিক সাইন্সপু যাদবা সুপর্বস্তিসন অমা মীযামদা কানিগুম্বা পীজৈ। [যেংগদবা মার্ক্স, বুধ] মনু, মনুবাদী গোলৱালকাব, হিতলাবনা ইবিবশিংশি মীওইবনা য়েৎপা যাদে—মখোযগী পৱাব অমদি অচুম্বদি ঈশ্বরনা শিন্নবকপনি নত্রগা 'self-evident truth' নি. যেৎপা যাদে, হংবা যাদে; ভেবিফাই তৌবশু যাদে- 'সত্যম, শিবম, সুন্দবম' নি। অসুম্না,খা এসিযাদা বেসিজমগী তোপতোপ্পা ওন্তোলোজী অমা লৈবকই, মদুগী তোঙানবা ইপিস্তেমোলোজী অমশু শেমই।

মনুসংহিতাদা নিংথৌ অমদি ব্রমহনা পাম্বগুম, হিতলাবগীশু 'Fuehrer prinzip' কী মখাদা, আবয়ান জাতিগী লুচীংবা মকোকনা ঙাক্কনি হাযবসিনি – মদুগুম্না, গোলৱালকাবগী এসিযা তঙ্খায অমা শন্দোকপা হিন্দুঙাক্কগী লৈবাক্তা, মাগী আর্য্য জাতিগী অশেঙবা ঈদুনা পানগদবনি। মনুবু পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাওবা, অহানবা আইন থম্বীবম্বনি হাযনা থাগৎপগা লোয়ননা, পৃথিবীগী মী খুদিংমক মাগী শাগৈদা তুবগদবনি হাযবি, "--directing all the peoples of the world to go to Hindusthan to learn their duties at the holy feet of 'eldest born' Brahmin of this land" [গোলৱালকাব, ১৯৩৯, লমায় ৫৫-৫৬]। ৱাখলশিমক ভাবতকী চৎনবিবা ৱাখল্লোননি হিন্দুস্থানগী নুংদা চেন্লিবা অচুম্বনি; মসিবু ইন্দবা

মীদু, চাওখত্তবা অনার্য্যনি। মসিমক, নাজিগী অচৌবা হিতলারনা মেইন কেমফতা ইরমই: "All the human culture, all the results of art, science, and technology that we see before us today, are almost exclusively the creative product of the Aryan --- It was he [আর্য্য জাতি] who laid the foundations and erected the walls of every great structure in human culture"।

হায়রিবা আরয়ান রেসিজমগী বাইবল ইরম্বশিংগী, মখোয়গী মী খুজোক অমগী খুদোল নত্তনা, মখোয়সি – নোবেল প্রাইজ ফংখিবা অতোপ্পা জাতিগী অথোয়বা মী লিশিং অমা, জিনিয়স ৪০০, সিভিলাইজেসন কয়াদুবু খুৎথেকপদা য়াওদে; গান্ধীগী হিন্দুফেনেতিককী 'রাম রাজ্য' শু মদুদা য়ুম্ফম ওইবা ফিরেপনি – মপুংফাবা হায়বসি রামনি, মানা তৌবম্বগুম্না দ্রাভিদান জাতিবু হিংচাবা 'আসুরা', 'দাস', 'চন্দাল' হায়দুনা লৌরগা লঙ্কা লৈবাকতুম্না মৈ থাবদুনা, চুমই হায়বা অসিনি। রেসিজমগী মালেম - মীৎয়েংদি, খেন্নবদা অমসুং জাতি অমনা হেল্লি হায়বদা, য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎলি। মালেম্না মসিবু মুৎথৎপা ঙমদ্রি। ধর্ম্মগী ষ্টেট হায়বসি দিমোক্রেসিগী, মান্নবাগী তাযোন্নবনি।

ষ্টেট কনানা শেমগনি, ষ্টেট কনানা মপু ওইগনি হায়বসিগী মতাংদা, মনুসংহিতানা পীবর্দদি, পুন্না য়েলহৌঙেদগী লৈরম্বা আদিবাসী সুদ্রনা ওইবা য়াদে, 'twice-born'–দ্বিজ্য আরয়ান অশেঙবনা নিংথৌ, ফম্নায়বা ওইগদবনি – ঈশ্বরগী [ঈশ্বরগী মিংদা, মখোয়না অদুমক ইর্বনি] য়াকানি। আরযানগী লুচিংবা হিতলারনা মেইন কেম্ফতা ইরি: "The folkish state --- must set, race [আরয়ান] is the center of all life. It must take care to keep it pure---"। লাইগুম্লবা আরয়ান অমনা নিংথৌ ওইবদু হিতলারনা পামই: "Surely every man will have advisers by his side, but the decision will be made by one man." কনভেনশনগী প্রিএম্বলদা পীরি: জাতি অমনা অমদগী হেল্লি হায়বগী [doctrine of superiority] য়ুম্ফম অসি নমথাকনি, মীওইবদা মাঙতাক্লবনি হায়রি, অদুবু ময়াং লৈবাক্তা মদু চৎনরি। কংলৈপাক–মণিপুরদা মসিগী মমি তাবা চুমলোয়; কনভেনশন অসিবুনা চৎন-পথাপ ওইনা লৌবা তাই।

## ভারতকী ইদবা আইন

ময়াং লৈবাক্কী দেশপ্রেমী খুদিংমক্কা মথম্মোয়দা ইরাংচরিবা গোলৱালকারজীনা ইরি: "We repeat: in Hindusthan, the land of the Hindus, lives and should live the Hindu Nation – those only are nationalist patriots, who, with the aspiration to glorify the Hindu race [আরয়ান জাতিবুনি] and nation next their heart, are prompted into activity to achieve that goal. All others [আরয়ান নত্তবা মোঙ্গোলিয়ান, চাইনিজ, মীতৈ, নাগা, দ্রাভিদান, খৃস্তিয়ান, মোহমেদান, য়ুরোপীয়ান পুম্বা] are either traitors and enemies to the National cause, or to take a charitable view, idiots," [গোলৱালকার, লমায় ৪৩-৪৪]।

ভারতকী পেত্রিওৎ অমা ওইবা তারবদি, ময়াংগী গুরুজীশিংনা ইবিরম্বা মন্ত্রশি ফাদ্রবদি, দেশপ্রেমী ওইবদা মতিক চাদে। গুরুজীনা তাকপীরমই: "So long, however, as they maintain their racial, religious and cultural differences, they cannot but be only foreigners," [গোৱালকার, লামায় ৪৫]।

মেইন কেম্পতা ইরি: "Thus, for the formation of higher cultures the existence of lower human types was one of the most essential preconditions." হিন্দুগী মনুবাদীনা হায়বগা, চপ হেক মান্ননা, হিতলারনা হায়বিরমই: "Blood mixture and the resultant drop in the racial level is the sole cause of the dying out of old cultures:" অদুমক্কা, হিন্দু মনুবাদীশু ইরি, বামোন্না সুদ্র লৌবা য়াদে, সুদ্রনা বামোন লৌবা য়াদে—ঈদুদা ফত্তবা সুদ্রগী ঈনা তিন্নবা য়াদে। মীওইবগী ঈ মরক্তা লাইগী ঈ, শাগী ঈ ওইনা খায়দোক্পুনা চৎনরকই। ঙসিমকসু, হরিজন, দলিত লৌবা ঙমদবা বামোন উবা ফংই। মরমদুনা, জিয়ু লাখ ৬০ বু উফুল ওলহনলগা হিতলারনা হাৎখ্রিবনি, নাজিগী ঈদু শেংনবা। হিতলারনা হায়ঃ "We all sense that in the distant future humanity must be faced by problems which only a highest race, become master people and supported by the means and possibilities of an

entire globe, will be equipped to overcome." দিমোক্রেসি চৎলবা হিন্দুস্থানদা, রেসিজমগী থাজবা, ইকায়খুম্নবা চৎনবী থন্বা লৈরি। ওইদবা থাজবা অসি অখণ্ড অহৈগী মরক্তসু চেৎনা লৈরি। অখণ্ড অহৈশিংসিনা রেসিজমগী লমজিং মৈরা ওইরি।

আরয়ানগী লুচিংবা হিতলারনা ইরিঃ " only after the enslavement of subject races did the same fate strikes beasts. -- Hence, it is no accident that the first cultures arose in places where the Aryan, in his encounters with lower people, subjugated them and bent to them to his will." [Mein kempf লমায় ২০২-২২৪ য়েংগদবনি]। রামরাজ্যগী মকোক্লশু, হিতলারনা মীওইববু শা শলনি হাযবম্বগুম্না, অৱাং নোংপোক্কী মীপুম্ববু 'থগ', 'পিন্দারী' হায়না 'হরিজন্দা' ইদুনা দেশপ্রেমী পুম্বদা শন্দোক্লমই। মীওইবগী পুৱাবীদা, অহানবা মীওইববু চাইনীজ [Peking man] নত্রগনা, আফ্রিকানর হায়বসিনি– মযাংনা শিমশু খণ্ডদে, চাইনীজ, মেসোপোতামিয়া, মোহেনজোদারো সিভিলাইজেসন আবয়ানগী নত্তে, মখোয়দি কোন্না থিঙ্গৎচবকপা জাতিনি। মখোযনা শিমশু খণ্ডদে, মীওইবা-জিনিয়স ৪০০ গী মনুংদা চাদা ৯৫ দি আরযান নত্তে, অদুগা নোবেল প্রাইজ ফংখিবা মী অয়াম্বদি আরয়ান নত্তে। অদুবু, মশুম্না বেসিজমদা ঙাওবা মীওই ভারত্তা লেমজনা লৈ। অদুমকপু, মনু অমদি মাগী শুথাং গোলৱালকারনদি, রেসিষ্টকী মিৎয়েংদগী, মীওইবগী অশেঙবা পুৱারীবু, সাইন্সপু য়াবা ঙমদ্রে নত্রগা, চুম্না য়েংনবগী ব্রেনগী শরুক য়োকখৎতে।

মনুনা ইরি [Laws of Manu, p. 13): "the priest [বামোন] is the Lord of this whole creation, according to the law, because he was born of the highest part of the body," [লাঃ 92]। বামোন [প্রিষ্ট] হায়বসি অহিংবা জীব পুম্বগী মপু [Lord] নি [লাঃ98]। অফবা হিন্দু অমনা মসিবু ইন্দবা য়াদবনি। মনুসংহিতাদগী খুদম মচা অমা অনি য়েংখৎপা চুমই– বামোনবু হাৎপা য়াদে [লমাই ১৯৩], বামোন নুপী শোকপা য়াদে [লমাই ১৯১], বামোনদা ৱাহৈ ফজদবা হায়বদু মরৈ কক্কদবনি [লমাই ১৫১], শেঙ্খুম-লন থেংনরবদি মদু বামোনগী ওইনি [লমাই ১৫৫], বামোন্না হুরাল্লুরবদি চৈনা অমুক্তং কাক খৎপনা লোইরে [লমাই ১৬০]। সুদ্র নত্রগা নুপী [রুইমেন] হাৎপা কায়দে, মখোয়বু হাৎপা হায়বসি অপীকপা মরালনি;

শলশি [গাই] শোকউবা য়াদে [লমাই ২৬২], সুদ্রনা মপোৎ মচৈ [প্রোপরটি] মাগীনি হায়দুনা থম্বা য়াদে [লমাই ১৯৬], নুপীবু নমথগদবনি [লমাই ১১৫], ভারতকী হান্না তারম্বা মী, আদিবাশীবু সুদ্র হায়না কৌবিরবা মতুংদা, সুদ্রবু ওৎননবা মরীকচুম্বা নিয়ম মনু সংহিতানা পীরি – অফবা হিন্দু অমনা মদু ইনগদবনি – মদু মাগী ধর্ম্মনি। বামোনগী মপোক্তা পোক্লবশু নেহকগুম্না মীওইনা মনুসংহিতাবু শিংনরকই। মনু সংহিতাদগী খুদম মচা খর পীরিঃ

"If he [সুদ্রনা] mentions their [অৱাংবা জাৎকী] name or caste maliciosly, a red-hot iron nail ten-fingers long should be thrust into his mouth". [লমাই ১৮২].

"If he [অনেম্বা জাৎ] is so proud as to instruct priests about their duty, the king should have hot oil poured into his mouth and bars [মন্ত্র শ্লোক ৮ঃ২৭২, লমাই ১৮২]

ওৎপা নৈবা অসিদা ধর্ম্ম অসিগী অচুম্বা পথাপশিবু খঙবা ঙমদ্রবা তাববদি, "If in his [লো কাষ্ট] pride he spits on him [বামোন হায় কাষ্ট], the king should have his two lips cut off, if he urinates on him, the penis" [লাঃ ২৮২); মথি চিৎলগা, মথুন্দু কক্কদবনি (লাঃ২৮২) অসুম্না, অফবা হিন্দু ওইবা তারবদি, লাইগী ৱায়েল মতুংইন্না, লো-কাষ্টশিংবু মথুন কক্কদ্রা, মকোক কক্কদ্রা, অথিবম কক্কদ্রা কবি কক্কদগে হাযবা মন্ত্র ময়ামসি অমত্তা শোযদনা স্লোক থীবা ঙম্বদুবু চহি লিশিং কয়ামরুম ইকায়খুম্নৈ – ঙসিশু মখোয়বু অৱাংবা দাযসদা কৌদুনা খুকম্নরি।

মনুসংহিতাগী, নত্রগা লাইনিংগী অরানবা ৱাখলদা মীওৎ-মীনৈ তৌবা পামদবা মীওই খবদি, পোক্লকখিবা কাষ্ট নত্রগা, ক্লাসতগী নানথোকপা [de-class] তৌবা য়াওদবদি নত্তে – খুৎ থেকপা য়াই। কন্সটিটুশনগী চেপ্তর ৩ শুবদগী মনু সংহিতানা হেন্না লূম্না ভারত্তা চৎনরি।

অশুক কুপ্পা হিন্দুস্থানগী চহি লিশিং মঙাগী চাওখৎলবা খুনাইদা চৎনবক্লিবা স্লোকশিংবু চিনফা পুবা ঙমজদ্রিবা হিতলারনা ফাওবা, চহি ৫০০ চুপ্পা নন-আরয়ানবু ওৎনবগী তাঞ্জা ফংখিদ্রবশু, মানা পৱার পাযজবা চহি ১০-২০ গী মনুংদা, নন-আরয়ান, জিয়ু লাখ ৬০ গী মথক্তদি অবান খুভম

পীবিরমলে, লাখ কয়ানা শৈনায়হৌরে; মালেম থক থক নীকখ্রে। মশিমকনি গুরু গোলৱালকারনা ১৯৩৯ দা ফজবী লোন্দা ইরল্লিবদু। রাম-রাজ্য অসি অফবা হিন্দু অমগীদি হিন্দুস্থান্নী। ১৯৫০ গী কন্সটিট্যুশন্না দে জুরে রেসিজমবু চৎনগনি হায়দ্রবশু, চহি লিশিং কয়া চৎনরকখিবা ধর্ম্ম – ডে ফেক্তো রেসিজমদুদি ময়াং লৈবাক্কী খুনাইগী চৎন পথাপ্তুগী মুৎখ্রে হায়বা য়াদ্রি, মুৎকনি হায়বগী থৌওংশু উবা ফংদ্রি; মদুগীদমক কনামত্তা শেম শাদ্রি।

মথক্তা পনখ্রিবা রামরাজ্যগী মচাকশিং, মনু-হিতলার-গোলৱালকারগী আইনশিংবু পুন্না য়েংবদা, ১৯৪৮ গী জেনোসাইদ কনভেনশনগী জেনোসাইদ কী খুদমগা চপ মান্নে। জেনোসাইদ তৌবগীদমক, মীওইবগী মায়োক্তা মরাল লঙজবশিংগী দন্দি পীগদবনি হায়রিবা মরালশিংদি article II of Genocide Convention, 1948, মখাগী অসিনা মপুংওইঃ

[a] Killing members of the group;
[b] Causing serious bodily or mental harm to members of the group; অসিনচিংবা কয়া

আরটিকল মরিশুবগী মতুংইন্না, মথক্তা পনখ্রিবা রামরাজ্যবু অসুম্না চলাইবা মনুসংহিতা, মেইন কেম্পফ, গোলৱালকারগী লাইরিক্তা পীবিবা য়াথং, পীরিবা পুন্নদু, লৈবাক ঙাকপা, লনাই মীওই, মীওইববু হাৎপগী চহি লিশিং কয়া হাৎখিবগীদক, অকনবা চৈরাক পীফম থোকই। মনুসংহিতা, রামরাজ্য, মেইন কেম্পফ, গোলৱালকার হায়বা অথোর্বির্তিশি, ১৯৪৮ গী জেনোসাইদ কনভেনশনগী মায়োক্তা লৈরিবা, লৈখ্রিবা খুনাইদা চৎনখ্রিবা চৎনরিবা চৎন- পথাপনি। ঙসিমক, য়েলহৌঙেদগী লৈরকপা মীওই কাংলুপনা ময়াং লৈবাক্তা অতোনবা মীওই ওইনা ৱানা লৈরকলিবশি জেনোসাইদনি; মসিগী মরালদি, অৱাংবা কাষ্টকী ময়াংশিংনা, মীওইবদা মরাল লঙজদুনা লাকলি, চৈরাক ফংদনা লাকই। ভারতকী লূপশিংনা বেসিজম্মু মুক্লবা তৌদ্রি; জোনোসাইদ তৌবকইবা মীওইবু চৈরাক পীনবা এজেন্দা অমত্তা পায়খত্রি।

## রেসিয়েল দিসক্রিমিনেসন মুৎথৎনবা হোৎনবা

জেনেভাদা, তাং ১০-১৪ দিসেম্বর, ১৯৯০ দা তৌখিবা য়ুঃ এনঃ গী রেসিজমগী সেমিনারদা, রেসিজমগী হৌরকফমসি উন্সাগী মচু [skin colour]

খেন্নবা ঙাক্তং নত্তবদা, ইথনিক মাইনোবিতিবু তোখায়না তৌবদগীশুনি হায়না পীবি। মদুগী মথক্তশু, সেমিনাবদুনা পনবগী মনুংদা, জেনোসাইদগী পথাপ, জয় তৌবা, লান্দা মায়থিহৌবা, মীতোপ্পু নমথবা পান্বা, মাগী কাংলুপকী সুপেবিওবিটি কমপ্লেক্স [মাগী জাৎতনা মহেল্লে খনবা], ধর্ম্মগী প্রোপেগন্দা নচিংবা য়াওবি। লাইনিং অমনা মকনি হায়দুনা লৈবাক অমদা চৎলিবশিশু, ধর্ম্মগী প্রোপেগন্দশুনি; সাইন্তিফিক বেসিজম্না ওইদবা থিওবী কযা শাগৎলি। ইং কুমজা ১৯৬৯ গী বেসিযেল দিসক্রিমিনেশন কনভেনশন [মতুংদা, শুপ্নতগী কনভেনশন হায়না খঙনগনি] না বেসিজমবু মবাল ওইনা লৌদুনা থিংলি। ইং কুমজা ২০০১ দা মালেমগী ওইবা মীফম অমনা বেসিজমগী মায়োক্তা থবক চথনবা খন্ন নৈনগনি।

কনভেনশন অসিগী প্রিএম্বলদা, বেসিজম্না, নমথবিববা মী ফুরুপপু জেনবেল এসেমব্লীগী ব্বাবেপ নম্বব ১৫১৪ [XV], দিসেম্বব ১৪, ১৯৬০ গী মতুংইন্না, মনিংতম্বা পীনবা, বেস অমনা বেস অমদগী হেনবনি হাযবদু মুৎথৎনবা, অসিনচিংবশু পীবি। মাগী আবটিকল অহানবনা, বেসতা, জাতিগী/ইথনিক্কী হৌফম, কুচু কুমেন, হৌবকফম যেংদুনা প্রিফবেন্স নত্রগা, অপম্বা পীববু বেসিযেল দিসক্রিমিনেসন হায়না শিংথাবি। কমিতি ওন দি ইলিমিনেসন ওফ বেসিযেল দিসক্রিমিনেসননা লৈবাকশিংগী বিপোর্ট অমদি, ১৪ শুবা আবটিকলগী মথাদা লাওথোকখ্রবা লৈবাক্কী মীওইশিংনা ব্বাকৎপবু খন্নে।

মালেমগী লৈবাকশিংনা য়েংশন্নবা নিয়ম অহুম পীবি ঃ [১] ষ্টেট খুদিংনা, য়ুঃ এনঃ দা বিপোর্ট তৌগদবনি; [২] ষ্টেট অমনা ষ্টেট অমগী মথক্তা ব্বাকৎপা য়াই; [৩] লৈবাক অমনা ১৪ শুবা আবটিকলগী মতুংইনা ওপসনেল প্রোটোকোল য়াই হায়না লাওথোক্লবদি, লৈবাক্তুগী লনাই মীওই অমনা নত্রগা, লূপ অমনা লৈবাক্তুগী মায়োক্তা ব্বাকৎপশু যাই। হিন্দুস্থানগী ওইনদি, মহাক্কী লৈঙাকনা ওপসনেল প্রোটোকোল অসিবু য়াদবগী মবম্না, হিন্দুস্থানগী মাযোক্তা ব্বাকৎপা যাহন্দে।

ভাবতকী ওইনদি, কনভেনশন অসিবু দিসেম্বব ৩, ১৯৬৮ দা সহি তৌবদগী, জানুৱাবী তাং ৪, ১৯৬৯ দগী চৎনবা হৌবে। কনভেনশন অসিগী ১৪ শুবা আবটিকলগী মথাদা, ভাবতনা ওপসনেল প্রোটোকোল

য়াই হায়না হৌজিক ফাওবা লাওথোকত্রি— মাগী লোৎশনগদবা, অরোন অথুপ কয়া লৈরিবসিগী মরম্না ওইগনি। ইং কুমজা ১৯৮০ গী মতুংদা, কনভেনশন অসিনা শেম্বা কমিতিদা, ভারত মচা য়াওদ্রে— মমাংদা শ্রী রাজেশ্বর দয়ালনা ভারতকী ওইনা য়াওরমই। ইং কুমজা ২০০০ ফাওবা, ভারতকী মীহুৎ মিসেজ শান্তি সাদিক আলিনা কমিতিদা মেম্বর ওইনা য়াওরি।

ভারতকী ওইনা মাগী কন্সটিটুশন্দা, ফন্দামেন্তেল রাইটসতা 'রেস' জাতিবু শৌগৎত্রবশু, ভারতকী অৱাং নোংপোকলোমদদি, অকনবা আরয়ানগী দে ফেক্তো রেসিজম উবা ফংই। নেস্যনেল ওপ্রেসনগী অকনবা নিয়মগী ফিবান্দা, মোঙ্গোলিয়ান জাতিবু নমথবতা নত্তনা লক্লবা, করেম্নবা মীওইবগী হক থুগায়বীবা, মরুওইদবা থাক্তা থম্বা, মনুসংহিতাগী শ্লোক ময়ামদু ঙসিশু হিন্দু সমাজগী ইদবা আইন ওইবিবনি।

ঙবাং নহান্তগী ৱানি, মমিৎ পাঙবা ঙমজদ্রবা সুদ্রগী ঈপাক্তুদি লাইবদুনা, নীবৈবাক্কী য়ুনিভবসিতি ৪-৫ দগী ডাক্তর ওফ ফিলোসোফী কয়ারক হন্না লৌরক্লবা ডাঃ অম্বেদকারবু ফাওবা, মশানা কাস্ট ৱাংঙে হায়জবিবা মমিং ইবা ফাওবা হৈতবা, তোল্লবা কয়ামরুম্না হন্না হন্না ইকায়বা পীখ্রিবনি। অম্বেদকারগা গান্ধীগা 'পুনা পেক্ট' য়ানদ্রিঙৈগী মমাংদদি, কাস্ট মান্নদবা লুচিংবা অনিসি মুক্রদুনা লাকখ্রিবনি। মসিদা, পুৱারীগী অকনবা মরম য়াওদুনা লাকই। ঙসিমকসু, হরিজনবু মৈ থাবা, হরিজনবু ফারগা নমজা নমথেক্লবা অদুমক লেপত্রিবনি। ফুলনদেবীশু মদুগী খুদম অমনি— হায় কাস্ট থাকুর ময়াম্না হরিজন মাবু শরাক তমখিবদগী, সরকারনা রেপীস্ট — থাকুরশিংদুবু ইকায় খুম্নদুনা থম্বদগী, মানা মশানা আইন মখুত্তা পায়রকখিবগী ৱারীনি। হিন্দুস্থানগী ৱারী মপুং ওইবদি রেসিজম, মীওৎ মীনৈ, চহি ৫,০০০ সুদ্রশিংবু মীনায় ওইনা থম্বগী ৱারীনি। ঙসিগী থাক্তদি, রেসিজম মীওইবগী হকপু থুগাইবা মরাল অমনি। ইং কুমজা ১৯৬৯ গী কনভেনশন অসিবু, মীপুম খুদিংনা, লৈঙাক্লা ইনবা চঙই। অকনবা থিজিন হুমজনবগী থবকশু অখণ্ড অহৈনা তৌফম থোকই।

মথক্তা, মীওইবা খুনাইদা রেসিজম থোরকপা, পুৱারী অমদি কনভেনশন্না অথিংবা পীববু নৈনখ্রে। রেসিস্টশিংনা মীওইববু মখোয়না ওৎ-নৈখিবগী পাপ কোকথোকপা ওইনা, মখোয়বু রেসিজম চৎহনলিবা লাইনিং, লীচৎ,

সংস্কৃতি, অবানবা থাজবা পুন্সি মুৎথৎপগা লোয়ননা, মীওইবগী হক ঙাকপগী লম্বীদা খোঙদাবকপা ঙম্নবা হোৎনবা তাই। মসি য়াম্না ৱাবা থবকনি, চবাম চদৎনববা মী অমবু বসগুল্লা চাও হায়বদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈবোই, অদুবু বেসিজমদা চাওবক্লবা পাম্বা-কৈ অমবু নাপীশিংবী চাও হাইবসিমুক অৱাবা থোকলোই; অদুবু হোৎনবা চঙই – মীওইববু মান্ননা থম্মোয়দা খন্নবা, মীৎনা উনবা, থবক্তা পাঙথোক্লবা।

কনভেনশন অসিগী অখন্নবা বাপোবতিয়াবনা কমিসন ওন হ্যমেন বাইটসকী ৫৩ শুবা সেসন, ১৯৯৭ তা পীখৎপা রিপোর্টতা বেসিজম, বেসিয়েল দিসক্রিমিনেসন, জেনোফোবিয়া [মীতোপ্পু তুক্কচবা] লৈবি হাযনা ফোঙদোকই। বেসিজম্না 'ইন্তবনেত' ফাওবদা চঙলকপা পল্লি।

যুঃ এনঃ গী থার্দ দিকেদ তু কম্বাত বেসিজম এন্দ বেসিয়েল দিসক্রিমিনেশন [১৯৯৫-২০০৪] গা মবী লৈননা, যুঃ এনঃ গী সেক্রেটবী জেনবেলনা পীখৎপা রিপোর্টতা, বেসিজমনা মবাই চাযথদবগী ৱাফম পল্লি। ইন্দিযাদা চথবিবা মোঙ্গোলিযান অমদি ওস্ত্রিকী মাযোক্তা, খঙহন্দনা চথবিবা মযাংগী বেসিজমগী মায়োক্তা, যুঃ এনঃ দা কনামত্তনা ৱাকত্তবগী মবমদগী, মযাংগী বেসিজমবু মালেম্না লৈ হাযবা ফাওবা খঙদে। থোইদোক্লা অৱাং নোংপোক্কী যেলহৌঙৈগী মীওইশিংদি, মালেমদা ৱাকৎপা হাযবদু ঙবাংতমক খঙলি। নাৎতা, থাংতাদা, শান্নবদা মমিং লৈবে হাযবিববা মণিপুবদা, যুনিভবসিতি হাযবদু ইং কুমজা ১৯৮০ খক্তদা লিঙখৎলি, লোগী ফেকলতি অমা মালেমগী য়ুনিভবসিতি খুদিংদা লৈ হায়বদু ফাওবা খঙজদ্রি; ইং কুমজা ১৯৯৩ দা মণিপুবগী মচানা ভাইস-চানসেলাব ওইবা ফংই, মীতৈ মচাদা ঙসিফাওবদা চানসেল্লাব হাযবদু ফাওবা থোকত্রি। যাম্না শোত্থবি বেসিজমবু লানথেঙনবদি লাযবদুনা, বেসিজম কবিনো হাযবদু খঙবা ঙমদ্রি [কোগনিতিভ স্তিম্যুলিদা লাকত্রি]। ভাবতকী বেসিষ্টশিংনা মখোযগী শেংলবা লাইরিক্লা থনম্বনি হায়বিবা, বেসিজমগী হু চেল্লবা থাজবা, চৎনবী, মীবু তুক্কচবা মীৎয়েং, আপাবথৈদ থাদোকপা ঙমদ্রি। ইঃ এমঃ এসঃ নামবুদ্রিপদ অমদি জৱাবলাল নেহরুগুম্বা মী অমনিদি, মশানা মশাবু দে-ক্লাস ফোংনা তৌই। মী ক্রোব ৯০ গী মনুংদা, মী অনিখক্তনা দে-ক্লাস তৌবনি। য়ুনিভবসিতিগী থাক্তা রেসিজম্সু নৈনবা ঙমদ্রি।

ইং কুমজা ১৯৯৭ তা রেসিজম্বু মায়োক্লনবা তুরকীগী ড্রাফট অমগা, রেসিজম হায়বসি ওফেন্সনি [অচৌবা মরালনি] হায়বা ইজিপ্তকী ড্রাফট অমগা পুনসল্লগা, য়ানরবা রিজোল্যুসন অমা লৌই। স্পেসিয়েল রাপোরতিয়ারদা হেন্না থীজন্নবা থবক শিন্নবা অমসুং সরকারশিংনা রেসিজম্না ওৎপিরবা মীওইদা মতেঙ পীনবা ৱাফম য়াওনা কমিসন্না খন্নখি। কমিসন্না ইং কুমজা ২০০১ দা জেনরেল এসেমব্লীদা রেসিজমগা মায়োক য়ানবা মালেমগী মীফম অমা কৌনবা ৱাফম পুখৎলি। অৱাং নোংপোক্তশু, রেসিজমবু মুৎথৎনবা অকনবা এজেন্দা পায়খৎপা য়াব্রা হায়বগী ৱাফম অমা লাকই। ভারতকী আর্য়ান-দ্রাভিদান জাতিগী ফুকপতগী মণিপুরগী, অৱাং নোংপোক্লমগী মোঙ্গোলিয়ান নত্রগা, ওস্ট্রিককী জাতিনা চাওনা খেন্নবা মরমনা, আর্য়ান -দ্রাভিদানগী অফোংবা নত্রগা, মায়খুম উপলিবা রেসিজম্বু, কনভেনশন অসিগী মতেঙনা মায়োক্লবা তাই। ইপিস্তেমোলোজি, একসিওলোজী, ওন্তোলোজীদা করম্না রেসিজম্না মরা লূথনা তাখিবগে হায়বদুদি কনভেনশন্না তাকপা ঙমলোই।

## রিফরেন্স


১। লোজ ওফ মনু, পেঙ্গুইন, ১৯৯১;

২। ৱিলিয়েম এলঃ শারর, দি রাইজ এন্দ ফোল ওফ দি থার্দ রৈচ;

৩। জেনোসাইদ, প্রোগ্রাম, ১৯৮৫ ;

৪। ইগোব ব্লিশচেনকো, ইন্তরনেস্যানেল হ্যুমেনিতবিয়ান লো;

৫। য়ুনাইতেদ নেসন্স, রিপোর্ট ওফ সেমিনার, ১০-১৪ দিসেম্বর, ১৯৯০ HR/PUB/91/3-CHR, Geneva ;

৬। য়ুনাইতেদ নেসন্স, দি ফার্ষ্ট ত্বেনতি ইয়ার্স, রিপোর্ট, ১৯৯১, HR/PUB/91/4, CHR, Geneva;

৭। য়ুঃ এনঃ গী মরি লৈনবা রিপোর্টশিং – ফেক্ট সিত ৫; HR/PUB/90/8, CHRG, অসিনচিংবা।

৮। রেসিজমগী মায়োক্তা তৌবা য়ুঃ এনঃ গী সেমিনারগী প্রোসিদিং কয়া, চেফোঙ কয়া।

# ১৫

# তেরোরিজমগী তায়োম্নবদা ফুক্রুপকী নিংতম-ঈহৌ

ৱায়েন তৌরগা, ষ্টেটনা মরাল লণ্ডজরবা মীওইগী পুন্সি লৌথোকপদা, ষ্টেটপু ক্রাইম তৌই হায়দে। অচুম্বা ৱায়েল তৌদনা মীওইবগী পুন্সি লৌথোক্লবদি, ষ্টেটনা ক্রাইম তৌই। অদুগুম্না, অচুম্বা য়ুম্ফম—মোরেল গ্রাউন্দ যাওদনা, তেরোরিজম্না মীওইবগী মায়োক্তা ক্রাইম তৌই। অদুবু মীখা থাখ্রবা, নমথবীরবশিংনা য়োৎহিলংদগী নাম্বোকচনবা, লিববেত তৌনবা হোৎনবদা, মখোয়না ঙমজবা উপায় অমা নত্রগা, অমা শিজিন্নবদা, অচৌবা মোরেল গ্রাউন্দদু লৈবনা, মখোয়বু নিংতম-ঈহৌ ওইনা মালেমদা ইকায় খুমনৈ। পংখৈ অসি খঙবা ওইথোকই; খঙবা ঙমদবা মীওই কযামকম লৈ।

অহানবা অমদি অনিশুবা মালেমগী লাঞ্জাও, কুইত ইন্দিয়াদা থোর্কখিবা, লাইনিংগী মমি তাবা ঈহৌদগী পারতিশনগী, বঙ্গলাদেশকী লানফাওবদা শিখিবা মী ক্রোর কয়াগী মথক্তা তৌখিবা হিংসাগী থৌবম পুম্নদা গান্ধীগী পার্টিগী রাজনিতিগী থৌশিলগা শেৎনবা য়াদবা মরী লৈরবশু, মহাক অমদি মহাক্কী খুৎপুবু তেরোরিষ্ট হায়না মালেম্না শকখঙনদে; মালেমগী মনিংতমখীবা মীপুম খুদিংমকপু, লৈবাক পুম্নমকপু তেরোরিষ্টনি হায়বদা, অচুম্বা মবম লৈতে। কনানা মহাভারতকী যুধিষ্টিরবু মীহাৎপা কৌনবগে? লঙ্কা লৈবাক —মরাল লৈজদবা মীয়াম্বু তুম্না মৈ থাখিবা রাম, মচিন মনাওবু তেরোরিষ্ট কৌখিবগে? মীওইবগী মনিংতম্নবগী পুৱারীদা ৱাহং কয়া হংবা লোইবা নত্তে। পুৱারীগী থৌদোক্তং খনগৎলগা মচেৎ ওইনা য়েংলবদি, মীওইবগী পুৱারীদা ঈমু নাইমু তানবগী থৌদোক মশিং থীবা ঙমদনা লৈখি। অইবনা লাইরিকশিংদা ময়াংশিংগী 'ইমেজ', 'গোদফাদর' শিংবু তোয়না পনবগী মরমদি, মখোয়না তৌবা ভাইওলেন্স পুম্নমক পুন্যানি, মীওইববু লানবীবনি হায়না মখোয়না য়েৎপদগীনি।

**খেন্নফম খঙবা ঙন্না**

ভাবত সরকারগী ওইনদি, অন্নাং নোংপোক্কী নীংতম ঈহৌ পুন্নমক তেবোবিজম কৌই। নীংতম ঈহৌ তৌবা লূপনদি সবকাবগী মীৎয়েং অদুবু যাদে, অহোয়নদুম ব্রান্ডগী হিস্তরীদা থোকখিবা নীংতম ঈহৌবু লান্না উৎলি হাযবি। ভাবত সবকারনা পৃথিবীগী নীংতম ঈহৌ অতৈবুদি হনবা লৈতনা শৌগৎলি।

তেবোবিজম কবিনো, কদায়বু কৌবগে হাযবসি অকক্লবা তুপথোক্লববা থবক অমা লৈত্রবসু, পাকতক্লনা মাবু য়াবা ঙমদবা, কি-তুক্কচবা, চীন কাংথোকনিংদবা, তুফক তুফাই চলহনবা ফিভম অমদা অয়াম্বনা লৈ। অযাম্বনা মসিবু মীওইবগী হিংজবা, পোৎচৈ থমজবগী হক্তা অকিবা পীবা, কবিগুম্বদনা মীওইবগী মায়োক্তা লঙজবা, মরাল-ক্রাইম অমা ওইনা লৌর্নাব। অমবোমদনা, মীতোপ্পা মীখা থাহনবিথ্রবা, মীতোপকী লাম্মীনা লাঙ্গোইচনবিখ্রবা, জাতি মান্নদবা মীতোপ্পা লৈঙাক পায়বিথ্রবা, শম্না হায়ববদা, মশানা মনিংতম্না পানজবা ঙমহনবিদ্রবা মী ফুরুপ [পিপল নত্রগা, নেসন] অমনা, মশানা মবোমদোম লেপচনবগী, খ্বাইদগী অহানবা মীওইবগী হক ফংনবা হোৎনজবদা, উপায় লৈজদদুনা নিংতম ঈহৌ [লিবরেশন মুভমেন্ট] তৌবগী থবক থৌদৌ অসিনি — মশিদশু, চায়নবা থোকপদগী মীশি-মীনা লানগী মৈচ্রাংগী অন্না-অনা, অকি অখঙ উবা ফংই। মদুগী মবমদি লোইলমগী লাম্মীনা লোইলম থাদোক্লগা, মবৈবাক্তা হনখিদবসিনি।

সোভিযেটকী ওইনদি অব্রাবদু পীদনা, ঈহৌদুবু য়াখি—ইমু নাইমু তাহন্দনা। ব্রাখল যাওদবা, নত্রগা ফুরুপপু লোইচনগদবনি হায়না থাজবা লুচিংবা মকোক অমদি মখোয়গী খোংলোয়-খাওবুনাইশিংনদি, খেন্নরবা থৌদোক তেবোবিজম অমদি মাগা তায়োন্নববা নিংতম ঈহৌবু চপ মান্ননা লৌবতা নত্তনা, অকনবা মাস—মেদিযাবু লান্না শিজন্নরগা, খেন্নফম থিবা খঙজদবা মীয়ামদা শেবান্ননা মিৎকুপ খুদিংগী প্রোপেগন্দা তৌই।

অপিকপা খুদম অমা পীবগা, শেরান্নবগী লাংশি মশক খঙবা য়াই। সরজন [ডাক্তর] অমনা মীরেন থাং পায়দুনা, মীওইবগী মশাদা লেল্লি — করিগুম্বদা, অনাবদু শিবা য়াওই। গুন্দা-দাকু অমশু মীরেনথাং পায়দুনা

মীগী পুন্সি লৌই। মীরেম্বাং পায়বা, মখুত্তা মীওইবগী পুন্সি মাঙবা হায়বসিখক মান্নে হায়দুনা, সরজন-ডাক্তর অমবু গুন্দা-দাকুনি হায়দুনা মাস-মেদিয়ানা শন্দোকপা, কলেজ-য়ুনিভরসিটিদা বিএক্সনরী প্রোফেসারশিংনা ওইদবা ঙাক্তা তশ্নীবা হায়বসি থোকলিবনি। তেরোরিজমগা নিংতম ঈহৌগা খেন্নবা অসি মথক্কী খুদমশিগা হায়রপ্লা মান্নে। কোগনিসন লৈত্রগদি, খেন্নবদু খঙবা য়ানা থোকই।

লিন্না হঙোই অমা তঙ্খায় চন্না উমএ, হঙোইদুনা মবিংজেল খাবা ওইরমদুনা লিন্দুদগী নাম্থোক্লবা হোৎনবদা, মরম অমা নত্রগা অমদগী লিন্দু শিরে। হঙোইদুবু তেরোরিষ্টনি, হিংসাবাদীনি হায়বা যাদে। মসিগী খেন্নবা খঙবা ঙমদবা, হঙোইগী মথাদগী কয়া হেন্না য়াওদবা, মীওইপোক্তদি পোক্লুরবা [শোয়দুনা] কয়া অমনা পংখৈ অসি উবা ঙমদে -- মবায়বক থীবা হায়বদুনি। মখোয় অসিনা পৃথিবী পাকই, মতুম তাদে হায়না লৌই।

মালেমগী থাক্তা, ঙসি ফাওবদা লৈবিবা যানবিবা চৎন পথাপ য়েংলুবগা অনিসিগী খেন্নবা অসি লৈ। তেরোবিজমদি ইন্তবনেস্যানেল লোনা ক্রাইম ওইনা লৌই, এনঃ এলঃ এমঃ দি মালেমগী আইন্না যাবা, মালেমগী লৈবাক পুম্বনা শৌগৎপিগদবা মরাইবক থীরবা মী ফুরুপকী ওইবা অপুনবা হক অমনি। তেরোরিজম ইন্তরনেস্যনেল লোগী সবজেক্ট ওইদে; এনঃ এলঃ এমঃ দি, রিকগনিসন ফংলবা মতুংদা ইন্তবনেস্যনেল লোগী সবজেক্ট অমনি। তেবোবিজমদা, ইন্তরনেস্যনেল হ্যুমেনিতরিয়ান লো চৎনবা য়াদে, এনঃ এলঃ এমঃ দদি চৎনদবা য়াদে। তোরোবিজমবু য়ুঃ এনঃ গী জেনবেল এসেমব্লী, সেক্যুবিতী কাউন্সিল, ইন্তরনেস্যনেল কোর্ট ওফ জষ্টিস নত্রগা, এজেন্সী অমত্তনা য়াবা তৌদে; এনঃ এলঃ এমঃ বুদি মহাক্কী বোদি পুম্বনা চুমই হায়দুনা অকনবা ফিরেপ লৌরি। য়ুঃ এনঃ গী, ১৯৬৬ কী কোভেনান্ট অনিখক্লা আবঃ এসঃ দিঃ [হায়বদি এনঃ এলঃ এমঃ গী পম্বুং] দুবু তৌফম থোকপা ওইনা পীরি -- তেরোরিজমবুদি য়াখিবা য়াবা লৈতে। তেরোরিষ্ট অমবু এসাইলুম পীনদে, এনঃ এলঃ এমঃ গী খুৎপুবুদি লৈবাকশিংনা শৌগৎপা, অমদি মথৌ তারবদি এসাইলুম পীরি। পুম্নমকসিগী মথক্তা, তেরোরিজম্না শিজিন্নরিবা ফোর্স অসি মালেম্না য়াদে; অদুবু, এনঃ এলঃ এমঃ না ফোর্স শিজিন্নবা মালেমগী আইন্না মবিকচুম্না য়ারি।

খেন্নফম অসি, পুকচেল শেংনা থিরবদি তশেং তশেংনা উই—মথক্তা হায়খিবগুম্না, খেন্নবা লৈতে হায়দুনা অকনবা প্রোপেগন্দা তৌবদা, খেন্নবা অসি মীৎয়েংদগী মাঙদুনা লৈবা, খণ্ডজদ্রবা মীচম অমদি, খণ্ডলবশু মীওইববু ওৎপদা পামজবা ওপিনিয়ন লিদব, ইলিত, ইন্তেলিজেন্টসিয়া, কাস্তিষ্ট, ফেসিষ্টশিংগী মশিং মরাং কায়না, মৱাচত্তুনা লৈবি। থোইদোক্লা থার্দ ৱার্ল্ডগী মশানা ৱাখল খনবা হৈতবা, অঙৌবা জাতিনা হায়দ্রিবমখৈ অচুম্বা মশক খণ্ডদবা, মশানা থিওবী শেম্বা হৈতবা, রেসিষ্ট-ফেসিষ্টশিংনা মখোয়গী কান্নবা যেংদুনা, য়াইতোং খমদোং ওইনা লৌশনবীখিবা নাযথাংগী ইলিতশিংবু ফেসিষ্টশিংনা অহোঙবা মমলদা, ফমগী মিকাহন্দুনা য়াম্না লায়না মখোয়গী এজেন্ট ওইনা শিজিন্নৈ। অমবোমদা, থার্দ ৱার্ল্ডদা থৌনা ফবা, মিৎয়েং চুম্বা অখণ্ড অঁহে মশিং য়ামজদ্রবশু থোবক্তবা নত্তে। মখোয়গী ৱাখলবু মতাইদা থৈদুনা থমই।

## তেরোরিজম

বেঙ্ক বোববী, প্লেন হিজাক তৌবা, বোম লণ্ডশনবা, মী ফাবা, বাজনিতিগী ওইবা এসাসিনেশন, কিদনেপ তৌবা, মীয়াম তিনবা মফমদা অকিবা থৌদোক থোকহনবনচিংবাস তেবোবিষ্টশিংনা তৌই। বাইটস ৱিং তেবোবিজমগী ফিবান্দা, মুসলিম ফন্দামেন্টেলিষ্ট, হিন্দুগী হায়না—তানবা য়াদবা ফন্দামেন্টেলিষ্ট, অমেবিকাগী অঙৌবা জাতিনা অহেনবা জাতিনি হায়বা কু-ক্লক্স-ক্লান, জর্মনীগী নেও-নাজি, বৃটেনগী বাউন্দ—হেদ, হিন্দুস্থানগী লমহেম্বা কাস্তিষ্ট-হবিজন মৈথাবা মানুবাদী, অউনপোৎ লৌবদা হালেঙদ্রবা ইমুংগী মৌবু মৈ থাবিবা মকু-মনেম—মপুরোযবা হিন্দুশিং অসিনচিংবা পনবা য়াই।

ইদিওলোজিদা যেংলগা, লেফ্‌টৱিং তেবোবিজমশু লৈ। জর্মনগী বাদব-মৈন হোফ, বেদ আর্মী ফেকসন, জপানগী বেদ আর্মী, লেতিন আমেবিকাগী মখল-মখা শুববা মযাম, ভাবতকী নক্সলাইতশিং, কলচবেল বিভোলুশন মতমগী চাইনাগী বেদ গার্দশিং, থার্দ ৱার্ল্ডগী কাংলুপ কয়া, ১৯৪৯-৫০ দা লৈখিবা মণিপুব কম্যুনিষ্টকী বেদ গার্দশিং, অকোনবগী মখলদা থম্বা য়াই। মার্কসিজম-লেনিনিজম্না, খুনাইগী অহোংবা খুদিংমক ভাইওলেন্সনা মৈনিং কুমই হায়জববশু, তেরোবিজমবু পাকতক্লনা হেক্তা শৌগৎপদি তৌদে। মদুগী ওইনা, পেবামিতব ইদিওলোজিনা পীবি।

বিভোল্যুশনবী সিচুয়েশন অমা লৈবত্রা, মদুগী ফিবাম্দা ভাইওলেন্স থোবকপ্রা, মীয়ামগী শৌগৎপা অপাম্বা লৈবত্রা হায়বা পাদম অসিনা তেবোবিজমবু মীয়ামগী ঈহৌ [বিভোল্যুশন] দগী খায়দোক্কুনা থমই। অমেবিকাগী মীয়েংদগীদি, লেফ্‌ট-ৱিং তেবোবিজম ঙন্নমক, মতম অমগী সোভিয়েট য়ুনিয়ন্না শৌগৎতুনা থোকহনবনি হায়না লৌই—ইদিওলোজী য়েংবা তৌদনা তেবোবিজম খুদিংমক, মশা মশাদা বেবা লৈববা [পেথোলোজিকেল কনদিশন লৈববা] নহাশিং, মীওইশিংনা তৌবনি হায়না লৌদুনা লাক্লি।

মতম অমগী কম্যুনিষ্ট-সোসিয়েলিষ্ট খুনাইনদি, ইদিওলোজী, ওবজেকতিভ কন্দিসন-ক্লাস স্ত্রগলগী মীৎয়েংদগী মবম চাবা/চাদবা ভাইওলেন্স হায়না খায়দোকই। শম্না হাযববদা, মবমচাবা অচুম্বা পোলিতিকেল ভাইওলেন্সতু শৌগৎলবশু, চুমদবা মবম চাদবা ভাইওলেন্সপু শৌগৎতবগী বানি। মদুগী মথক্তা, পনবা য়াৰ্বাদ ষ্টেট—তেবোবিজম অমসুং তেবোবিষ্ট ষ্টেটনি। অমেবিকাগী মীৎয়েংদা লীবয়া, ইবাক্লচিংবা লৈবাকশি তেবোবিষ্ট ষ্টেটনি। ভাবতকী মীয়েংদা, প্যাকিস্তান তেবোবিষ্ট ষ্টেট মখল অমনি ভাবতকী, মবমদ কাশ্মীবগী ঈহৌদা পাকিস্তান্না শৌগৎলি। ভাবতনা ১৯৭১ দা পাকিস্তানবু অনিথোৱা থুগায়, ভাবতকী মতেংনা শ্রীলঙ্কাগী মাউরিষ্ট কেদব লিশিং ২০-৩০ তুম্না হাৎখি, মানা সিকিম গোৱা লৌশল্লি। অদুবু মসিগীদমক, পোলিশি এনেলিষ্টশিংনা ভাবতপু গান্ধীযান ষ্টেটনি হাযবি; তৌবগীদি, অশেংবা এমঃ কেঃ গান্ধীদি বাজনিতিগী থবক্তা মী ক্রোবদগী তানা শিবা অপিকপা হিংসাবুদি চৈদুনতা লাকখি; লাঞ্জাও থোকপা, মীওইবনা সমুদ্রগুম তুম্না শীবা লান্দতা, মহাক্না লাঞ্জাও তৌনবগী ৱাবেপশিং ফোংনা শৌগৎখি। মহাক্কী পান্দম ফংনবনি। অমবোমদা, তেবোবিজম হাযবসি 'পোলিতিকেল লিঙ্গুইষ্তিক্স' নি —মানা মাগী মায়োক্তা লৈ হায়না লৌজবা লূপ, নত্রগা মীওইদা চীন পেনবা মখৈ শিজন্নবা ৱাহৈনি। অমেবিকাগী সিঃ আইঃ এঃ না, মালেমগী লুচিংবা কযা হাৎখি, বোম থাদৈ, মী খৎনহল্লি লৈবাক পুম্নমকপু থক থক নিকহল্লি —কনামত্তনা অমেবিকাবু তেবোবিষ্ট ষ্টেটনি হাযবা ঙমদে। মবমদি মাস মোদযানা মখোয়বু শান্তিগী দুত ওইনা পৃথিবীগী মীয়ামদা লেপ্তুনা শন্দোকই।

অমবোমদা, ষ্টেটনা মাগী লাম্মী পোলিশ অবোনবা ফিজম শেৎপা ফোর্সশিংনা, মা মাগী সিতিজন্দা কিহনবা, ওৎপ-নৈবা, হাৎপা-তুপ্পা

তৌববুদি, মালেম্না ষ্টেট তেবোবিজম হায়না পাকতক্লনা খঙনবি। অলবার্ট কেমো [Camus] কী 'বেবেল' দা ইন্দিভিদ্যুয়েল তেবোবিজম অমদি ষ্টেট তেবোবিজম অনিথোক্লা খায়দোকই। তেবোবিজমগী চপ হেক চাবা দিফিনিশন অমা পীবা হাযর্বসি ব্রানা থোকই– অদুবু, ব্রাহৈ অসি তাবিবশিংগী নাকোংদদি অথুম্বা ব্রাহৈদি নত্রে – কিতুক্লচবা, এলবজি তৌবা, খিকম খিকম তৌবা ব্রাহৈনি। অমোৎপা [দাবতিব্রার্দ] ব্রাহৈ ওইনা অযাম্বনা লৌনৈ – মতম অমগী সুদ্র হাযবগুম্নজাৎনি, শোক্ল-পন্নবা, থৈনবা ফাওবা হেক পামদবা ব্রাহৈনি। কলিং ক্লাসনা শেমখিবা বাহৈনি। অদুবু, অমবোমদা য়েংলগদি, কনাগুম্বগী তেবোবিষ্ট অদু, অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগীদি অথৌবা 'হিবো' ওইদবশু নত্তে। এসাসিনেশন হেক থোকপা হৌখিবদগী, তেবোবিজম থোকখ্রে হাযনা লৌবা কায়দে। পনবা যাবদি, ইন্তবনেস্যনেল হ্যুমেনিতবিয়ান লো ইনশা তৌদনা, নত্রগা, ওক্যুপেশন ফোর্সকী মথক্তা তৌবা নত্তবদা, এনঃ এলঃ এমঃ গী মমিং লৌবগা, মীচম প্রজা নত্রগা, ইর্থনিক গ্রুপ অতোপ্পবু হাৎপা ৎুপ্পা তৌবগদি, থৌদৌ অদুবু তেবোবিজম নত্রগা, 'ক্রাইম এগেনষ্ট মেনকাইন্দ' ওইনা লৌবা মশানা তাবনি। মালেম্না থৌদুপুম্ববু যেংই।

ইং কুমজা ১৮৫৬ তা, নিংথৌ অমবু হাৎখিবগী ব্রা মখা তাবা ওইনা চংবকপদগীদি, লৈবাকশিংনা এক্সত্রাদিশন ত্রিতি সহি তৌনবদা, 'বেলজি ক্লোজ' হাযবা অমগী লম থমই; মশিগী মতুংইন্না, মীহাৎপদুবু মাগী লৈবাক্তা, মানা চঙজকনিবা লৈবাক্তগী থাংদোবক্কদবনি; হেদ ওফ দি ষ্টেট হাৎপশি এক্সএ্রাদাইট তৌগদবনি। ইং কুমজা ১৯৭৬ তা, অমেবিকাগী ষ্টেট দিপার্টমেন্টনা শিন্দুনা অমেবিকা, মীবৈবাক্কী অখণ্ড অহৈ ২০০ না তেবোবিজমগী দিফিনিশন পীনবা হোৎনবদু মায পাকখিদে; ১৯৮৬ তা অববদীন যুনিভর্সিতিদা লৈবাক ২০ গী অখণ্ড অহৈনা অমুক্তা হোৎনবদশু ঙমখিদ্রে। ভাবতকী ওইনদি, জেনেবেল অমনা হাযবি – তেবোবিজমগা ইন্সবজেন্সীগা খেন্নবা হায়বা তাববদি, মীযাম্না ইন্সবজেন্সীবু শৌগৎলি [মেজব জেনবেল বিবিদব উবেবোযঃ ২৯]।

ইঃ সিঃ এসঃ টিঃ * না তেবোবিজম কদায়বু কৌবগে হায়বা তৌদে, অদুবু তেবোবিজমগী থৌদোকশিংদুবু ইঃ সিঃ এসঃ টিঃ গী আবটিকল অহানবনা

---

* European Convention of the Suppression of Terrorism [য়ুবোপিয়ান কনভেনশন ওন দি সপ্রেশন ওফ তেবোবিজম]

এক্সত্রাদাইট তৌগদবা মবালশিং ওইনা শিংথাবি। মখোয় অদুদি অসিনিঃ

a ] দিসেম্বর ১৬, ১৯৭০ দা হেগতা সহি তৌনখিবা, এয়াবক্রাফ্‌ট নিযম চুমদনা ফাজনবা, নমথনবা কনভেনশনগী ফিবান মনুংদা পীবিবা মবাল অমা লঙজবা;

b ] সেপ্তেম্বর ৩, ১৯৭১ দা মোনত্রিয়েলদা সহি তৌনখিবা, সিভিল এভিয়েশনগী শোযদ-ঙামদনবা শিনবদা, আইন কায়বা থবক তৌবকপা নমথবগী কনভেনশনগী ফিবান মনুংদা পীবিবা মবাল অমা লঙজবা;

c ] দিপ্লোমেতিক এজেন্ট যাওনা, মালেমগী ওইনা ঙাকশেল্লিবা মীওইবা [internationally protected person] গী মপুন্সি, মশাগী তেঞ্জা কায়দবা নত্রগা মনিংতম্বদা এতেক তৌদুনা লঙজবা অচৌবা মবাল;

d ] কিদনেপ তৌবা, হোস্টেজ ওইনা ফাবা, অহেনবা মঙংদা আইন কাযনা দিতেনশন তৌবগী মবাল লঙজবা;

e ] মদু শিজন্নবদগী মীওই [পাবশন] বু খুদোং থিগনবা যাবা বোম্ব, গ্রেনেদ, বোকেৎ, নোংমৈ ওতোমেতিক নত্রগা চিথী নত্রগা পাবসেল বোম্ব শিজন্নবগী মবাল লঙজবা;

f ] মথক্কী মবাল লঙজবা থবকশিংদা পাংথোক্লবা হোৎনবা [এতেম্পট] নত্রগা, মদু তৌবদা যাওমিন্নবা [একোমপ্লিস] ওইবগা মবাল লঙজবা। [ইঃ সিঃ এসঃ টিঃ article 1]

ইঃ সিঃ এসঃ টিঃ গী আবটিকল ১বনা পীবা মতুংইন্না, মথক্কী থবকশিং অসি পোলিতিকেল ওফেন্স ওইদবনা, কমন ক্রাইম ওই- অদুনা, মবাল লঙজবিবা মীওইদুবু এক্সত্রাদাইট তৌগদবনি। হন্না যেংখৎপদা, জুন ২৬ ৩০, ১৯৩০ দা ফমখিবা পেনাল লো পুনশন্নবগী ব্রুসেলকী মীফমদা খ্বাইদগী অহানবা ওইনা তেবোবিজম হাযবা ৱাহৈশি শিজন্নখি। [নোমী গাল ওব] ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌদুনা, বাজনিতিগী মবালদি, ইচম চম্বা ক্রাইমগা মান্নবা লৌবকখিদে – মদুগী মবমদি, ইচম চম্বা ক্রাইম তৌবদা-পুক্লিংগী ফিভম [ইনতেন্ট] যাম্না মপুং ওইনা লৌবিবদু বাজনিতিগী মবালগীদদি মবী লৈনদে। জাকোব দল্লিযুঃ ওফ সম্ভবর্গনা ইবি- তেবোবিষ্টকী থবক অমগা পোলিতিকেল দেলিক্তম [বাজনিতিগী মবাল] অনিগী মবক্তা অচৌবা ঙমখৈ অমা

চিংগদবনি।

ভারত লৈবাক্কী ওইনদি, তেরোরিজম থিংননবা আইন মরাং কায়না লৈরে। ১৯৯৪ ফাওবদা, তেরোরিষ্ট এণ্ড দিসরপতিভ এক্তিভিতিজ এক্ট, ১৯৮৫ গী মথাদা মী লিশিং ৯০ ফাদুনা থমই। শম্না হায়ববদা, ভারতশি তেরোরিষ্টনা পীক থল্লবা লৈবাক অমনি। অমরোমদা হায়বগা, লৈবাক অমা ওইনা লৈরিবশিমক মোরেল গ্রাউন্দ যেংদুনা লৈবা চুমদ্রবনি—তেরোরিষ্ট লিশিং ৯০ ফারিবশিনা লৈবাকসিগী য়ুম্ফমদু চুমদ্রে হায়বগী মোরেল ষ্টেটমেন্ট অমা পীববনি। হিংসা থোকপা মদুগী কুইত ইন্দিয়া ঈহৌ, অরোযবা ৱাহৈ-- হাৎনরো [Do or, Die] হায়বা মন্ত্রগী ৱাহৈ ওইনা ১৯৪২ দা ফাখিবদু লিশিং ৯০ শি যৌদবান; মদুনা, অঙৌবশিংনা অমুবশিংগী লৈবাক থাদোক্নুনা চৎখ্রিবনি। তেরোরিষ্ট লাখ ১ যৌবক্লবনিনা, লৈবাক অমা ওইনা লৈবা হায়বদু যাবকত্রবনি। পোলিতিকেল ক্রাইম ওইনা লৌবা তারক্লবনি। গান্ধীনা লাওবম্ব 'হাৎনরো' [Die] হায়বসি, মীয়াম হাৎনশুনবদা য়াওখিবা ময়ামদগা অহিংসাগী অতাওবা মন্ত্রনি হায়দুন, ঙসিফাওবা মীয়াম্নশু থাজবি। ভারতনা ঙসিমক পীবিবা দির্ফিনিসন যেংলুবগদি, তোরোবিজমগী থবক অচৌবান।

নবেম্বর ১ ১৬, ১৯৩৭ ফাওবদা ফমখিবা লীগ ওফ নেসন্সকী জেনেভা কনফরেন্সতা কনভেনশন ২ লৌখৎখি—[১] তেরোবিজম থিংনবা অর্মদি, মদুবু চৈবাক পীনবা কনভেনশন; [২] ইন্তরনেস্যানেল ক্রিমিনেল কোর্ট অমা লীংখৎনবগী কনভেনশন। কনভেনশন অনিমক মায়পাক্না মথা চথবা ঙমখিদ্রে। জানুৱারী ২৫ ফেব্রুৱারী ২, ১৯৭১ যাওবদা তৌখিবা ওঃ এঃ এসঃ [ওর্গেনাইজেসন ওফ অমেরিকান ষ্টেটস] কী মীফম্না, তেরোবিজম থিংননবা কনভেনশন অমা লৌখৎখি। চহিশিমক্তদা, সিভিল এভিয়েশনগী তেক্তা কাযদনবা ১৯৭১ গী মোনত্রিয়েল কনভেনশন লৌখৎখি; পনবা যাবদি, ইযার সারভিসেজগী তোকিযো কনভেনশন, সেপ্তেম্বর ১৪, ১৯৬৩ সিনি।

### ষ্টেট তেরোবিজম

অরিবা মতমদগী হৌজিক ফাওবদা ষ্টেটকী মেছিনরীনা মীচম্বু— থোইদোক্না, পোলিতিকেল ওপোনেন্টবু ওৎপা-নৈবা, পুন্সি মাঙহনবা,

মমায়দা কালি তৈবা লেপত্রি। এমনেস্তী ইন্তবনেস্যানেলগী থাগী চেফোঙনা লৈবাকশিংদা চত্থবিবা ষ্টেট তেবোবিজমগী খুদম—ব্রাথোক কয়া মমিং মথাগা কোন্ননা নৈনবি। হিন্দুস্থানগী অবিবা ত্রেদিশন চৎকদবনি হায়বিবা কলিং ক্লাস, মখোযগী অৱাযবা খুৎনেক মাস মেদিয়া, যুনিভবসিতিগী মক ওইবা মীওইশিং অযাম্বনা মনু অমদি চানক্যগী মেনুযেল অদুবু ব্রাহৈ অমা শোযনদনা চত্থবি।

মনুগী নিযম মতুংইন্না, নৃপী ওইবা পুম্না, অতোনবা-সুদ্রনচিংববু অৱাংবা কাষ্টকী মীওইনা তৌনিংবতা তৌগদবনি, মখোযনা শিবদা থবোয অহান্বা কাযবগুথ্বনি; মদুগুম্না, চানক্যগী অর্থশাস্ত্রনা অপিকপা লৈবাক, যুমলোন্নবা লৈবাক কবম্না লৌশনগদগে, অশোন্বা জাতিশিংবু মতম পুম্নগী ওইনা মীখা পোলহনগদগে হাযবসি পীবি — মদু ঈদা-তোংদা [Gene দা] চুপ্পবা কাংলুপতুগী শাগৈগী মৈবা অঙানবশিংনা ভাবতকী কলিং ক্লাস ওইখ্রিবনি ওইবিবনি, ওইগদৌবিবনি। মবম অদুমক্লনি গান্ধীনা, মনিংতম্ফম থোক্লবা ষ্টেটশিংবু মনিং তমহন্দনবা মাউন্তবেতন্দা চেৎনা হাযখ্রিবনি। মহাক্কী অঙকপা মগুন্দি মাদি মনিংতম্না পামই, মীবুদি মণিপুববুদি মনিংতম্ন খক পাম্দে। ভাবতকী ওইনদি, ষ্টেট তেবোবিজম লাইনিংদা, ঈ-তোংদা যাওথ্রবনি। মদু চুমথোকপা তাই।

মী লাখ তবাখক লৈবা চেচেনিযাদা, বসিযাগী লাম্মী ১৯৯৫ হৌবকপদা থাজনবদা, বসিযাগী খ্বাযদগী চাওবা মিলিতবী জেনবেল, দিফেন্স মিনিষ্টব কযা থবক্তগী তোকই, বসিযাগী পাবলিযামেন্টতা খৎনবকই, ইচম চন্না সিপাহী বেঙ্কনা নোংমৈ কাপ্লু যাবকতে। গোববাছোভকী মতমদা, ১৯৯০ ৯১ দা, মী লাখ ১৫ লৈবা ইসতোনিয়ানা সোভিযেত্তগী অহানবা ওইনা খাইবা হৌবদা, গোববাছোভনা খুৎ থাহন্দে। ঙসি ফাওবদা, ১৯৪৯ দগী হৌজিক ফাওবদা, হিন্দুস্থানগী লাইওই-মীওইবা নেতা, অহিংসাগী মন্ত্র শোল্লবা নত্রগা, মহা মহাপুকস অমত্তনা অৱাং নোংপোক্কী লমদা মীওইববু ওৎপা নৈবা লেপ্পবা ব্রাহৈ অমফাওবা হাযখিদ্রি। ষ্টেটকী অবোনবা সাবভিসেজনা ষ্টেট তেবোবিজম চহি ৫০ চুপ্পা তৌবি।

আমেরিকাগী সিঃআইঃএঃ, ইজরাইলগী মোসাদ, ইরানগী সভাক, পাকিস্তানগী আইঃ এসঃ আইঃ, ইন্দিয়াগী আরঃ এঃ দব্লিয়ুঃ, এসঃ আইঃ বিঃ অমদি মশিং লাকওমদ্রবা ফিজম শেৎপা চুবাক্কাবা লিশিং কয়া, ষ্টেট তেরোরিজমগী খুৎলায ওাক্কনি। যাম্না পিকপা খুদম অমা 'সুর্য ইন্দিয়া' মেগাজিন্না ফোঙই: আরঃ এঃ দব্লিয়ুগী ওপরেসন ঝুম ঝুমগী ওইনা রেবোশিংগী খুত্তা মীয়াম মরক্তা বোম থাদনবা, তেরোরাইজ তৌনবা লুপা ক্রোর ৩ পীখি [সুর্য ইন্দিয়া, সেপতেম্বর, ১৯৮৯ লাঃ ৬৬-৬৯]। অরাং নোংপোক্তা, মখোযগী থবক নুতিগী থোকই।

অসুম্না, লুপা ক্রোর লিশিং খরদি চহিগী ওইনা, পার্বলিযামেন্টতা হিসাব উৎপা তৌহন্দনা, গান্ধীযান ষ্টেটনা - গান্ধীবাদীশিংনা মীযাম্বু তেরোরাইজ তৌনবা, ইমু-নাইমু তানবা তৌনবা থমই। সিঃআইঃ এঃ গীদি, সিনেট কমিত্রিনা তোযনা তোযনা পব্লিক হিযাবিং তৌদুনা মীযামদা মাগী ফওবা লৈবরশু উৎখোকই - গান্ধীযান ষ্টেটকীদি, কর্মিতি অমওনা থিজনবা যাংন্দে - মীযাম্না খঙহনবশু যাদে; শম্না হাযববদা, ভারতলৈবাক সেক্রেট সোসাইতি অচৌবা অমগী পাংখর্কনি। তেরোরিজম নৈনবদা, ষ্টেট তেরোরিজমবু সরকারগী অরোনবা, অফোংবা কযা লোৎপা তৌদনা নৈনদ্রিবর্মখৈদি - সরকারগীশু তেরোরিজম পাঙথোকপগী নাম্ঙোকফদ্রবা থবক লৈ। হিবর্মাশ, নৈনবা যাম্না ব্রাৎলি - মরমদি, ভারত সরকারনা মাগী নাগরিক অমদা 'রাইট তু ইনফোরমেশন' পীবা তৌদে, ওফিসিযেল সেক্রেটস এক্টকী মিংদা অরোনবা তৌরি। ইং কুমজা ১৯৯৮ দা হকশিবু পীননবা নৈনৈ।

ষ্টেলিনগী মতমগী সরকারদুগা গান্ধীগী ষ্টেটশিগা খেন্নবা উবা ফংদ্রি- খেন্নবা হাযরতবু, ষ্টেলিনগীনা মপানথোক্লা তৌই, গান্ধীগী ষ্টেটশিদদি পুন্নমক অরোনবা অথুপ্পা ওাক্কনি।

অমরোমদা, ষ্টেট অমনা অতোপ্পা ষ্টেট অমগী মনুংগী ব্রাদা ইন্তরভেনশন তৌবা আইন্না যাদে। অদুবু ষ্টেট, অমনা তেরোরিষ্ট থাজন্দুনা, থংনবা লৈবাক অমদা ষ্টেটনা স্পোন্সর তৌবা তেরোরিজম পাংথোকই। ওসিগী মালেমগী উচলদা ফোর্স শিজন্নবশি আইন্না যাদ্রবনি; অদুবু, ফোর্স শিজন্নখিদ্রবা

মিৎকুপ খবা থীবা ৱাই। য়ুঃ এনঃ গী চাবতবগী আবটিকল ৫১ শুবগী মতুংইন্না, ষ্টেট অমদগী হেনবনা লন্নাইগী অমদি অপুনবগী কল্লেকতিভ সেল্ফ দিফেন্স তৌনবগী অয়াবা থমই। পনবা য়াবা অনৌবা ষ্টেট প্রেকতিস অমদি, কুৱেতপু এনেকছ তৌবা ইবাক্কী মথক্তা আমেৰিকানা লমজীংবা লৈবাক ২৯ গী কোলিএশন ফোর্সনা চাবতবগী চেপ্তব ৭ শুবগী মখাদা মিলিতৱী এক্সন লৌবদুনি। নিযম অসি বাজনিতিগী খুদোংচাববতদা পাংথোকই।

হৌখিবদা, এপ্রিল ১৯৭৪ দা, এগ্রেসন নৈনবগী য়ুঃ এনঃ গী স্পেসিয়েল কর্মিতিনা, ষ্টেট তেবোবিজমবু লান্দাবগী দির্ফিনিশন মনুংদা চন্নবা ৱা থমখি। ষ্টেট অমনা অতোপ্পা অমবু নত্রগা, বিজন অমদা 'হোজমোনিজম' [নমথদুনা থম্বা] তৌবা অসিশু য়ুনাইতেদ নেসন্সনা য়াদে[জিঃ এঃ ৩৪/১০৩, দিসেম্বব ১৪, ১৯৭৯]। ষ্টেট তেবোবিজম, হেজিমোনিজম, লান্দাবা, নমথবা, নত্রগা মীগী লম লৌশনবা এনেকসেসন্না, কাউন্তব তেরোবিজম, অমদি মখল অমগী তেবোবিজম থোকহল্লি। অনিশুবা মালেমগী লাঞ্জাও মনুংমক্তদা, লম লৌশিনবীথ্রবা লৈবাক মনুংদা বেজিষ্টেন্স মুভমেন্ট থোবকই—মদু ওকুপেশন আর্মীগী মাযোক্তা তৌবকপনি। খুদম মবাং কাযনা লৈববনিনা, অকক্লনা পন্দ্রবশু যাবে। নিযম চুম্না চত্থবা পাম্বা, নত্রগ' চৎথবিবা এনঃ এলঃ এমঃ ফুকুপ অমনা, মশানা হান্না লৈজবম্বা এনঃ এলঃ এমঃ* বুশু লৈবিবা লৈবাক অমগী তেবিতোবিএল ইন্তেগ্রিতি থুগাযনবা হোৎনববদি, মদুগীদমক মহাকপু এগ্রেসন তৌবা ওইনা মালেমগী আইন্না লৌবি। এগ্রেসনগী দির্ফিনিসন লৈজে।

**ৱাহৈগী চমম্নহনবা**

মথক্তা পনখিবগুম্না মেদিযা, ওপিনিযন-মেকবশিংগী মবক্তা অঙম অঙম্বা, অৱায-অখুমগী মুক্লবা চৎথবি। মদুগী মনুংদা, খ্বাইদগী মপৃংওইবদি, হৈশিংলবা মেদিয়ানা তেবোবিজম অমদি নিংতম ঈহৌ [NLM] বু অমত্তা ওইনা অকনবা প্রোপেগন্দা তৌদুনা, মীয়ামগী পুক্নিংদা নিংতম-ঈহৌশিংবু তুক্কচনবা ওইদবা শন্দোকপনি। নাজিগী বাস্ত্রপিতা এদোল্ফ হিতলবনশু পাবা

* এনঃ এলঃ এমঃ হাযবদি নেস্যানেল লিববেশন মুভমেন্ট; আবঃ এসঃ দিঃ হাযবদি বাইট তু সেল্ফ দেতর্বমিনেশন।

অসি মালেমদা তমবিরম্বদগী, অফবা-অহেনবা সেবক-রাস্ত্রপীতা দ্রামাত্তিক ইফেক্ট পীবা ঙম্বা খর থোকহনখ্রে। পোলিতিকেল লিঙ্গুইষ্টীক্স অমদি প্রোপেগন্দাগী চৈকাবা মতমদুমকনি। খুমহৌদবা, চিনবান লূম্বা মিৎকুপ্তুদা, অচুম্নদু অরানবা তারিবা মতমনি। য়ুঃএনঃ গী প্রোসিদিং খুদিং মদু ঙাকনি। মালেমগী দিবেত্তা য়াওবা তাবনি।

ইং কুমজা ১৯৮১ দা অমেরিকাগী ষ্টেট দিপার্টমেন্টনা এনঃ এলঃ এমঃ খুদিংবু ইন্তবনেস্যানেল তেরোরিজম হায়না শিংথাখি। [ব্লিছেনকো-ঝাদনোভ]। ইং কুমজা ১৯৭২ দা, য়ুঃ এনঃ গী ৬ শুবা কমিতিদা পীখৎপা অমেবিকাগী ইন্তবনেস্যানেল তেবোবিজমগী দ্রাফ্ট অদু ময়াম্না পাম্নখিদবগী মবমদি আরঃ এসঃ দিঃ বু হম্বুনা য়েংবদগীনি। হৌজ হৌজ কয়াদা, অচুম্বা মতাং কযাদা তেবোবিজমগা এনঃ এলঃ এমঃ গা খৈন্নে হাযদুনা লাক্লিবা, ভাবতকী সবকারনা, ঙসিদি পুৱাবীগী মবম কয়াদগী চৎথবিবা অৱাং নোংপোক্কী এনঃ এলঃ এমঃ বু, তেবোবিজমনি হায়দুনা, মশাগী ৱা ককচবা, কন্ত্রাদিক্তরী ওইবা ষ্টেটমেন্ট কয়া পীবি। ভাবতকী ব্রাউন বেসিজম মোনোপোলি মেদিয়ানশু এনঃ এলঃ এমঃ বু তেরোবিজমনি হায়না লেপ্তুনা শন্দোক্লি। মতম অমগী অমেবিকান ইম্পেরিয়েলিজমদু, ভাবতকী ব্রাউন বেসিষ্টশিংনা অনৌবা ইনোৎ অমা পীদুনা শন্দোকলি, হিংহন্নবা হোৎনবি। অদুমকপু, মালেমগী ফিরেপতি যাম্না শেংই — এনঃ এলঃ এমঃ অমদি, আবঃ এসঃ দিঃ তানবদি তেবোরিজম নত্তে। মদুগী মথক্তা, তেবোরিজমগা বিভোল্যুশনগশু চাওনা খৈন্নে।

লেনিনিষ্ট ফ্রেমৱার্কতা হঙ্গৎনা যেংখৎলবশু, ইং কুমজা ১৯০৫, ১৯২০ দা ইবা আরটিকল অমদি মাগী 'হৱাৎ ইজ তু বী দন' দা, তেবোরিজমবু য়াদবা নৈনৈ। লেফ্ট ৱিং তেরোরিজমদশু, রিভোল্যুশনরীগী মচাক মথুম য়াওদে। এনঃ এলঃ এমঃ গী মায়োক্তা খুৎনেক মারসেনারী শিজন্নবা হায়বসি চৈরাক পীগদবা ক্রাইম অমনি [জেনবেল এসেমব্লিগী ৱাবেপ নম্বরঃ 2548, ডিসেম্বর ১১, ১৯৬৯]।

হৌজিক ফাওবদা শেমগৎলকলিবা ইন্তবনেস্যানেল লোদা,

তেরোরিজম * অসি মীওইবদা লগুজবা মরাল ওইনা লৌই। নোংচুপকী লৈবাক থরনা এনঃ এলঃ এমঃ অমদি পুব্বারীগী মতুংইন্না নিয়ম চুম্বা আরঃ এসঃ দিঃ বু ইচম চম্বা তেরোরিজম সিমপ্লিসিতর [terrorism simplic-iter] নি হায়জরবশু, লেমহৌরিবা মালেমগী লৈবাকশিংনা নোংচুপকী অখুবা মিৎয়েংদুবু য়াদে। মখোয়শু তেরোরিজম সিমপ্লিতিরবু ক্রাইমনি হায়বদি য়াদবা তৌদে – পোলিতিকেল কনতেক্স্ট য়াওব্রা য়াওদব্রা হায়বদু য়েংবা তারকই। মখাদা, তেরোরিজম সিমপ্লিসিতর – হায়বদি, এনঃ এলঃ এমঃ নত্তবশিংবু মালেম্মা য়াদবা মওংদু পল্লি। তোরোরিজমগী মতাংদা আইঃ এলঃ সিঃ অমদি, য়ুনাইতেদ নেসন্সকী জেনরেল এসেমব্লিনা থবক পায়।

জিঃ এঃ রিজোল্যুসন ১১৮৬[XII], ১৯৫৭ কী এগ্রেসনগী দিফিনিসনগী ব্বারেপতা, অতোপ্পা লৈবাক অমনা ষ্টেট অমদা তেরোরিজম গ্রুপ থাজল্লবদি, মদু এগ্রেসন মখল অমা ওইনা লৌগনি। ওক্তোবর ২৪, ১৯৭০ গী জিঃ এঃ, ২৬২৫ না ব্বারেপ মতুংইন্না, ষ্টেট অমনা অতোপ্পা ষ্টেট অমগী সরকার লংশেক্লবা, খুৎলায়গী ঈহৌ নত্রগা, তেরোরিষ্টকী থৌওংদা মতেং পাংদনবা ষ্টেটকী মথৌদাং পীরি। ১৯৭২ কী ম্যুনিক ওলিমপীককী শান্নবদা, আববশিংনা ইজারাইলী শান্নরোয়শিংদা এতেক তৌবদগী, সেক্রেটরী জেনরেল কুর্ট ব্বালধাইমনা থবক পায়খত্লুনা, জেনরেল এসেমব্লিদা তেবোরিজমগী ব্বা নৈনরকখি [নোরমী গাল-ওর]। মদুগী মখা তাবা থবক ওইনা, দিসেম্বর ১৮, ১৯৭২ দা জেনরেল এসেমব্লিনা [৭৬ কী মেজোরিতি, ৩৪ য়াদবা, ১৬ না ভোৎ থাদখিদবা] জিঃ এঃ রিজোল্যুসন ৩০৩৪ গী ব্বারেপ লৌখি। ব্বারেপ অসি, মরম খরদগী য়াম্না মরুওই।

---

মে ৮, ১৯৯৫ দা কাইরোদা মীফম লোইশনখিবা, য়ুঃ এনঃ গী ক্রাইম কনফরেন্সতা, লৈবাক ১৩৮ না লৌবা ব্বারেপতা তেরোরিজমগী দিফিনিসন পিবা ঙমখিদ্রে-মদুদা নত্তনা, NLM গা তেরোরিজমগা খেন্নবা পীবা ঙমদবদগী লৈবাকশিংনা পেন্দবা ফোঙদোকনৈ। মরম অসিমক্লা, মালেমগী পথাপ অমদা ওল্লগা ভারতনা তেরোরিজম হায়বদু শিনী হায়নবগী জুরিসদিকশন মঙোন্দা লৈতে; থোয়দোক্লা পুব্বারী তোঙানবা, রেস তোঙানবা; তোঙানবা লৈবাক ওইরন্নবা অদুগা মীখা থারবা মীওই [পীপল] না মরোমদোম লেপ্পবা হোৎনজববু তেরোরিজম ওইনা শিংথাবা য়াদে।

## জেনরেল এসেমব্লি ৱারেপ নম্বর ৩০৩৪

ৱাবেপ অসিগী মপুং ওইবা মচং অহুম মখাদা পীবিঃ

[ক] তেবোবিজমগী থবক মশক থোক্লা থিংননবা লৌখৎকদবা থৌবাং অমদি তেবোবিজম থোবকপগী হৌবকপা মক [অন্দব লায়িং কোজেজ] থীজনবা;

[খ] আবঃ এসঃ দিঃঅমদি লমলোইচনবশিংদগী মনিং তম্না হায়বসি য়ুঃ এনঃ গী চাবতব অমদি ৱাবেপশিংগা চানবা থবকনি;

[গ] আবঃ এসঃ দিঃ অমদি নিংতম ঈহৌগী মায়োক্তা লম লোইচনবগী থবক অমদি জাৎ তিন্নদবা মীনা [Foreign) লৈবাক ঙাকপবু চৈ থাঙগদবনি।

জেনবেল এসেমব্লিগী ৱাবেপ নম্বব ৩০৩৪ অসি হৌজিক ফাওবদা, তেবোবিজমগী মতাংদা মকওইবনা, মাগী মতাংদা লৈবাকশিংনা লৌখিবা ফিবেপ খব মখাতানা নৈনবা চুমগনি। হেদ ওফ দি ষ্টেটকী মাযোক্তা, এসাসিনেশন তৌবনচিংবা সোভিয়েট যুনিযন্না য়াখিদে, অদুবু এনঃ এলঃ এমঃ বুদি কন্না শৌগৎখি; লাইবক থীবদি, মাগী খোঙলোয ওইবা ভাবগ্না লৈবাশিংনদি অৱাং নোংপোক্কী এনঃ এলঃ এমঃ গী মাযোক্তা ফৈগাক ফৈনা লৈ, লেপ্তুনা মণিপুবগুম্বা পাঙ্গল শোনবা লৈবাকশিংবু তুহৎনবা থবক খুদিংমক, ব্রাউন বেসিষ্টশিংনা থৌদাবকপা য়াথং মতুংইন্না তৌই; লমপেন ইলিমেন্ট কম্যুনিষ্ট বিনিগেদ ফাওবনা অৱাং নোংপোক্কী এনঃ এলঃ এমঃ বু লেপ্তুনা হুন্দুনা লৈ – মবমদি, লেনিননা যাবমদবা লমপেন ইলিমেন্টশিংশ মশানা ৱাখল খনবা হৈতে, মখোযগীদমক মখোযবু লোইবিবা, মখোয়বু য়োকইবা মপুশিংনা ৱাখল শনবি। জেনবেল এসেমব্লিগী ৱাবেপ নম্বব ৩০৩৪ গী মতাংদা, তেবোবিজম অমদি এনঃ এলঃ এমঃ গী মবক্তা চাওনা খেন্নবা লৈবদুবু কম্যুনিষ্ট চীনানা পুথোকখি – মদুবু, সোভিযেট যুনিযন্না শৌগৎখি।

পনবা য়াবদি, অমেবিকা অমদি সাইবিযা অনিগী মবক্তা তাইশন্নবা যাদনা লৈখিবা খেন্নবা ফিবেপশিংদুনি –খেন্নবা অদু, ঙসিফাওবা অদুমক হোংদনা লৈবি হাযবা যাই। ইজবাইলনা জেনবেল এসেমব্লিগী ৱাবেপ নম্বব

৩০৩৪ গী মায়োক্তা লৈখি, অদুগা লোয়নননা আবঃ এসঃ দিঃ হায়বসি আববকী তেবোবিজমনি হায়খি। সাইবিয়াগী ফিবেপতা, ক্রিমিনেল তেবোবিজমগা আবঃ এসঃ দিঃ গা মবী লৈনদে, অমদি ষ্টেট তেবোবিজম হায়বসি লন্নাইগী তেবোবিজমদগী য়াম্না হেন্না খুদোংথি [ব্লিছেনকো]। কোলোনাইজবশিংনা ১৯৭২ দগী এনঃ এলঃ এমঃ বু তেবোবিজম কৌনবা হোৎনখি; ঙসি ফাওবদা ব্রাউন কোলোনাইজবশিংনা এনঃ এলঃ এমঃ বু তেবোবিজমনি হায়না মিৎকুপ খুদিংগী প্রোপেগন্দা তৌবি। মালেমগী বাজনিতিদা, এনঃ এলঃ এমঃ দা নত্তনা অচম্বা হিবম অমফাওবদা, অমনা অমবু মাযথিনবা হোৎনবিবনি; মবম অদুমক্তা, ১৯৯৪ দা জেনেভাদা পাকিস্তানগী মীওইবগী হক্কী ৱাবেপ্তু মাযপাক্তনবা হোৎনবা ভাবতকী বাজনিতি লুচিংবা, এম্বাসেদব, সেক্রেটবীনচিংবা চামদগী তাদনা অতলবিহাবী বাজপাইনা লুচিংলগা চৎলি— অযুক খুদিংগী স্ত্রেতেজী সেসন ফমই।

ইং কুমজা ১৯৭৯ দা এদ হোক কমিতিগী থৌদাং ওইনা, খুৎলৈ থুনা ইন্তবনেস্যানেল তেবোবিজম মুৎথৎনবা থবক ওইনবা থৌবাং পীখৎলি— অহানবদা, ইন্তবনেস্যানেল তেবোবিজমগী অহানবা হৌবকফম মক [অন্দবলাযিং কোজেস] মুৎথৎকদবনি; অনিশুবদা, এসঃ সিঃ অমদি জেনবেল এসেমব্লিনা মালেমগী মহুৎ শিল্লদুনা কোলোনিযেলিজম অমদি বেসিজমদগী হৌবকপা যাবা ইন্তবনেস্যানেল তেবোবিজমদা অকন্বা মীৎযেং থমগদবনি, অহুমশুবদা, জেনবেল এসেমব্লিগী ৱাবেপ নম্বব ৩০৩৪ গী মতুংইন্না, তেবোবিজম থিংননবা মালেমগী ওইবা যুনিভবসেল কনভেনশন অমা দবকাব ওইবি।

ঙসি ফাওবগী ওইনা যেংলবদি, দিসেম্বব ৯, ১৯৮৫ দা জেনবেল এসেমব্লিনা তেবোবিজমবু যাদবা ফোঙদোকই, মে-১৯৮৬ তা অমেবিকানা লমজিংবা লৈবাক ৭ কী ওইবা তোকিয়ো সমিটনা তেবোবিজম য়াদবা জোইন্ট দিক্ল্যাবেশন অমা থোকই, নবেম্বব ১৯৮৭ তা সার্ক [ভাবতনা লুচিংবা খা-এসিযাগী এসোসিয়েশন] না তেবোবিজম নমহৎনবা কনভেনশন অমা সহি তৌনখি। ১৯৯৩ দা ধাক্কা দিক্ল্যাবেশন্না তেবোবিজমবু য়াখিদে, ১৯৯৩ দা ভাবতকা-বৃটেনগা পুন্না এক্সত্রাদিশন ত্রিতি সহি তৌই, জুন ১৯৯৩ দা মীওইবগী হক্কী ভিযেন্না ৱাৰ্ল্ড কনফবেন্সনা তেবোবিজমবু যাদে,

১৯৯৪ লোইশল্লকপদা জেনরেল এসেমব্লিনা ইন্তরনেস্যানেল তেরোরিজম য়াদবা ফোঙদোকই। ভারতকী ফিরেপ ওইনদি, ১৯৯৩ গী ভিয়েন্না মালেমগী মীফমদা – ভারতনা হাপচনবা তেরোরিজমগী পেরাগ্রাফতু থম্নবা ভারতকী নেগোসিয়েতরশিংনা কন্না হোৎনখি; পাকিস্তান্না পামজবা আরঃ এসঃ দিঃ গী মতাংদু কাশ্মীরদা পাম্বা য়াদনবা লাক্রখি। মীফমদুদা, ভারত অমদি চীনা অনিনা, 'ইন্দাইজেনস পীপল' গী কেতেগোরীশি য়াখিদে। ভারতকী এনঃ জিঃ ওঃ শিংগী ওইনদি – কাশ্মীরি নত্রগা সিখকী এনঃ এলঃ এমঃ বু শৌগৎতবগা লোয়ননা, ভারত সরকারনা পীখৎলিবা ইন্তরনেস্যানেল তেরোরিজমগী মীৎয়েংদুবু য়ানিংদবা কয়া এনঃ জিঃ ওঃ ফোরমদা ফোংদোকখি। মালেমগী ওইনা, লৈবাক্কী ওইনা ওপিনিয়ন-মেকিং, হায়বসি য়াম্না মরুওই; মরমদি ওপিনিয়ন–মেকরশিংনা মায়কৈ লেপই, অমদি মালেমগী ব্রাখন্দা অকল্বা ঈনোৎ পীরিবনি।

মথক্তা পনখিবগুম্না, তেবোরিজমগা নিংতম ঈহৌগা তায়োন্নবা ব্রাফমদু মালেমগী ফিরেপনি – লমলোইচনবা, রেসিষ্ট-কাসতিষ্ট, হেজিমোনিষ্ট, সম্রাজ্যবাদীশিংনদি খেন্নবদু থমদবা তাবনি। মখোয়গী হিসাবনা অমনি।

## ফুরুপকী নিংতম-ঈহৌ *

এনঃ এলঃ এমঃ হায়বসি আবঃ এসঃ দিঃ গী রাজনিতিগী ওইবা এক্সপ্রেসন অমখক্লি-অহানবগীশিনা রাজনিতিগী, মীয়ামগী প্রোসেস অমা ওই; অকোনবগীসিনা মালেমগী লৈবাক ময়ামগী অপুনবা ইমুং মনুংদা চুম্না হায়বদি লেজিতিমেত ওইব্রা হায়বদু তাকই। য়ানবা নিয়ম খরা ইনমিন্নদুনা, মালেমগী ইমুং-মনুংদা লৈমিন্নবনি; অঙাওবা ষ্টেট [রোগ ষ্টেট ওব নেসন] অমা ওইনা লৈবা য়াদবনি।

---

* অইবনা হিরম অসিদা ফোঙখিবা কংলা লানপুং, স্ত্রগল স্পেসিয়েল ইশু, ইংরাজী লোন্দা ফ্রিদম, মপানগী খবর খিবিক্তা ইং ১৯৯১ দগী হৌরদুনা ফোঙখিবা কয়া য়েংখৎপনা খুদোংচাবা হেনগনি। ১৯৬৭ AMSU গী চেফোঙদা–'**কদোমদা হয়েংগী মণিপুর**'–অইবগী আরটিকল য়েংগদবা। ১৯৯৭ নবেম্বর ২৬, ২৭ তা পোক্রফম্না অমুক হন্না ফোঙই। গৌহাতিগী পুর্ণিমা হাপ্তগী চেফোঙনশু, ১৯৯৮ দা হন্না ফোঙই।

মালেমগী খুঙ্গং অসিদা, মান্নদবা [প্লুবেলিজম] লৈজববসু, হান্নগী চৎনবোল– কষ্টমবী ইন্তবনেস্যানেল লো, যুঃ এনঃ গী লো কনতেম্পোববী ইন্তবনেস্যানেল লো, থবক্তা চৎনবা থৌওং [প্রাক্তিসেস] অসিনা তেবোবিজমবু আইন কাযবা ওইনা তাক্লবা মতমদা, আবঃ এসঃ দিঃ অমদি এনঃ এলঃ এমঃ বুদি মালেমগী চৎনবোলদা অচুম্বা পথাপ্নি হায়না হার্যাবি। আবঃ এসঃ দিঃ অসিদি অমেবিকাগী প্রেসিদেন্ট ব্রিলসনদগী হৌবদুনা, যুঃ এনঃ গী চাবতবদা পীবর্গী মথক্তা ১৯৬৬ গী মকওইবা কোভেনান্ট অনিগী খ্বাইদগী অহানবা আবটিকল্দু ওইবিবনি। অদুবু, নোংচুপকী লৈবাক্লা এনঃ এলঃ এমঃ বৃদি হৌজিক ফাওবদা অখাবা মীৎযেংগা লোযননা যেংদুনা লার্কলি. মদুগী মবমদি মখোযগী কোলোনী কযা, মখোযগী অযাবা যাওদনা. ফোংনা, শিংনদুনা. থুগাইদুনা লাকপদগী মালেমদা দে কোলোনাইজেসন তৌবক্লি। ভাবতকা ফিবেপ্পাদ, ভাবতকী ব্রাংমদা লৈবা এনঃ এলঃ এমঃ পুম্না লেপ্পুনা শৌগৎভুনা লার্কখি শৌগৎপদা নভুনা, মশাগী লাম্নী লাখ কযা থাজন্দুনা ১৯৭১ দ, বঙ্গলাদেশকী নিংতম্না শেমখি– ঙসিফাওবদা লেমহৌবিবা পাকিস্থান অসিগ সিন্দ অমদি বেলুচীগী সেপার্বেতিষ্ট মুভমেন্টতা, অকনবা অবোনব মতে পীকবদগী, ইং কুমজা ১৯৯৫ হৌগৎপদা, কবাচীদগী ভাবতকী এমবেসী ষ্টাফ অযাম্বা স্পাই ওইবমদুনা তাম্থোবকখ্রবনি। পাকিষ্টানশু মদুমঙাই। ভাবতকা যেংনবদা, ফজনা শোল্লবা অপিকপা লৈবাকপু পাকিষ্টানশু তুমিন্না লৈথোকপগী মহুত্তা, এনঃ এলঃ এমঃ শৌগৎপদগী নুংতিগী চেক্কোঙদা ইনাব। লেমহৌবিবা পাকিষ্টান কবম্লা থুগাযগদগে– ওপসন মবাগী মনুংদা, অনিদি থুগাযগদবনি, সিন্দ-বেলুচী ঈহৌ শৌগৎনা ইবা 'পাকিষ্টান পেপর্সতা' ফংগনি। [মনি সঙ্কব আযাব]। বৃটিশকী সিভিল সার্বভিসতগী, ফাহৌবা পবা মযাম অমা, মখোযনা খা-এসিযাদা মায পাক্লা শিজন্নবি। পনবা থাবা ব্রাফম অমদি–ইং কুমজা ১৯৪৭ তা, পেবামাউন্তসী হেক লোইবদা, মণিপুবগী হান্নদগী মখা চত্থবকলিবা মশাগী ওইবা ঙমখৈ অমদি টৌবিটৌবিযেল ইন্তেগ্রিতিবু ভাবতনা অমদি অশেংবা এনঃ এলঃ এমঃ শিংনা শম্লা অমা কাযদনা ইকাযখুম্নবা চঙই – মসি, ঙসিগী আবঃ এসঃ দিঃ গী চৎনবীবা মালেমগী আইন্নি। আবঃ এসঃ দিঃ গী মিংথোন লৌবগা এগ্রেসন তৌবা যাদে, মবমদি অনিসি তাযোন্নবনি।

## জেনরেল এসেমব্লিগী ব্রারেপ নম্বর ১৫১৪

ডিসেম্বব ১৪, ১৯৬০ গী জেনবেল এসেমব্লিগী ব্রাবেপ নম্বব ১৫১৪ [XV]-মমিংনা, 'দিক্ল্যাবেশন ওন দি গ্রান্তিং ওফ ইন্দিপেন্দেন্স তু কোলোনিযেল কন্ত্রিজ এন্দ পীপলস' অসি মালেমদা লোযলম, মীখা থাববু মুৎথৎনবা লৌখিবা যাম্না মকওইবা ব্রাবেপ অমনি। মসিগী মতুংইন্না, মী অপুম্বা [ওল পীপলস] গী আবঃ এসঃ দিঃ হাযবদি, মখোযগী বাজনিতিগী লৈগদবা খাক- মবোমদোম লেপচবা, লেপ্পবা হক লৈগনি; অদুগা, মখোযগী মথক্তা লান্মীগী নত্রগা ওৎপা নৈবগী থবক চথবা যাদে- মদুগী মথক্তা, লৈবাক অমগা মশাগী হান্না লৈজবম্বা জাতিগী নিংতম্বা অমদি লৈজবম্বা লৈবাক্তুগী টেবিটোবিযেল ইন্তেগ্রিতি থুগাইবা যাদে। ইং কুমজা ১৯৪৭ তা লৈবম্বা মণিপুব লৈবাক্কী টেবিটোবিযেল ইন্তেগ্রিতি কনামত্তনা থুগাইবা যাদে অমসুং মণিপুবগা মীযাম [মশাগী হান্না লৈজবম্বা] গা ওইনা সেল্ফ দেতবমিনেশনগী হক লৈ। এনঃ এলঃ এমঃ তানবা অতৈ ফুরুপ অমত্তনা, মণিপুবগা ১৯৪৭ গা ৬মনি থুগাইবা যাদে, এগ্রেসন তৌবশু যাদে।

'পীপল ওফ মণিপুব' [শমজল্লগা মণিপুবী, কোন্না কংলৈচা কৌবকপা যাবি] নত্রগা, 'মণিপুবী পীপল' হাযবগা ১৯৪৭ তা পেবামাউন্তসী হেক লোযবা মিৎকুপতুগী মমাংদা লৈবম্বা মণিপুবী মীযাম ওইগনি। শন্না হাযববদা, কুইনা শাংনা লৈমিন্নবকপা মীযাম হাযবা তাববদি, ৬সি ওবাংতমক নাগা হাযনা চমদনা খঙনখ্রবা মাও তাংখুলনাচিংবা, কুকি হাযনা খঙনখ্রবা থাদৌ, গাংতে, পাইতেনাচিংবা অমদি তমদা যেলহৌঙেদগী খুন্দাবক্লবা ইথনিক গ্রুপ ৭ না চহি লিশিং ২ চুপ্পা তিন্নদুনা শেমখ্রবা মীতৈ হাযবসিনি। ভাবতনা এনেকছ' তৌবদগী পাদম লৌববশু, ইং কুমজা ১৯৪৯ গী মমাংদা লৈবম্বা মীযাম্বু ওইনা খজিক কোমতক্লা লৌবশু কাযদে। মবাইবক থীববা, ওৎপী নৈবিববা নাগালেন্দ ষ্টেট অসিগীশু নাগালেন্দব মশাগী এনঃ এলঃ এমঃ ওসিফাওবা লৈবি। পেবামাউন্তসী হেক লোইখিবা, ইং কুমজা ১৯৪৭ গী মতুংদগীদি, অবাং নোংপোক্তা ফুরুপশিংনা এনঃ এলঃ এমঃ' চথবকলি। মখোয মখোযগী ষ্টেটশিংগী ওমখৈ ফিবান কাযবা তৌদনা, মতাং অমা নত্রগা অমদা মখোযনা পুল্লগা কনফিদবেশন অমা শেম্না যাবকপগী ওইথোকপশু লৈতবা নত্তে। মদুদি নৈনবশিগী ব্রাংমদনি।

মণিপুবগী মীয়াম হায়বগা, হিবম কয়ামকমদগী য়েংলগা নাগালেন্দব, মিজোবামী, অকনাচালী, ববমীজবু খঙনবা য়াদে, মবমদি মসি টেবিটোবিয়েল-নেস্যানেল আইদেন্তিতিনি। নাগালেন্দব অমত্তা মণিপুবী নত্তে, মদুগুম্না মণিপুবগী মী অমত্তা নাগালেন্দব নত্তে। অচম্বা ৱানি, কমন সেন্সনা অদুম চুমজববা ৱানি; থাদৌনা, তাংখুলনা মণিপুবী লোল খঙই; আও, অঙ্গামী সেমানা খঙদে। মসিদগী হেন্না চম্বা ৱা লৈতে। লেন্দলোকদ ষ্টেটকী লম্বী, মালেমগী আইনগী পথাপ মতুংইন্না পীদবা য়াদে; মদুগী মথক্তা, অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেট খোৎখোপ্পনা লেন্দ-লোকদ ষ্টেট ওইবনিনা, অমনা অমদা অকায়বা পীবদু, হঙ্গৎ হন্দা চাওখত্তবা লম্বীদা মুক্লবা ষ্টেট খুদিংমক্না ওমই। মণিপুবী নত্রগা, পীপল ওফ মণিপুব হায়বসিদা চমন্নবা ৱাহৈ লৈতে — চমন্নবা অসি কোকহনগে হায়বা তাববদি, মণিপুবদা নাগা, কুকি লৈতে— থাদৌ, তাংখুল, মাও, মবিংনচিংবা ইবমদমশিগী ওইবা মাইক্রো ইথনিক গ্রুপতমক লৈ। ৫৭ শুবা মাউনতেন দিবিজনগী মেজব জেনবেল এসঃ সিঃ চোপবানা তাইমস ওফ ইন্দিয়াদা ৱাবি শাবদা [কপা চীন্যয, তাইমস ওফ ইন্দিয়া, জানুৱাবি ২৬, ১৯৯৫] হাযবি মদুদি পিঃ এলঃ এঃ অমদি যুঃ এনঃ এলঃ এফঃ অনিমক্না মনিংতম্বা মণিপুব অমা তাল্লি।' মগাক্না মখোয়বু ইন্সবজেন্ট হায়না শিংথাবি, তেবোবিষ্ট হাযনা কৌদে। পুৱাবী, অচুম্বা মাযকৈ, ফুকপকী হক য়েংদুনা এনঃ এলঃ এমঃ কাংবুবু ফ্রিদম ফাইতব, ইন্সবজেন্ট কৌগদবনি — তেবোবিষ্ট হায়বা ৱাহৈ অথিবা হায়বা য়াদে। দিবিজন অদুদি মপুনা থৌদাবকপা মতুংইন্না, মনিংতম্ববু থিংবা লাকইবনি।

আবঃ এসঃ দিঃ গী মতাংদা, চেফোঙ কয়াদা চৎনবা য়ানা নৈনপ্রবনিনা, য়াবিমখৈ শমদৎনা পনবনা চুমগনি। হঙ্গৎনা য়েংখৎপদা, ডিসেম্বব ২৬-৩১, ১৯১৮ দা অঙৌবা নুপী এন্নি বেসান্তনা মুভ তৌদুনা, মোত অমত্তা ওইনা পাস তৌখিবা ইন্দিয়ান নেস্যানেল কঙ্গ্রেসকী RSD গী বিজোল্যশন্দু পনবা য়াইঃ

> "BE IT RESOLVED—
>
> That this Congress claims recognition of India by the British parliament and the Peace Conference as one of the progressive Nations to whom the principle of Self Determination shoud be applied" [বি শিবা বাও]।

মণিপুবগী ওইনা, ১৯৯৪ গী ডিসেম্বব ১০ দা ইম্ফালগী পোলোগ্রাউন্দা, মীয়ামগী অচৌবা মীফম* [বেল্লী] না, পীপল ওফ মণিপুবগী আবঃ এসঃ দিঃ ফংনবা অহকপা ৱাবেপ লৌখি – দেলহী সবকাবদা কন্না তকশন্নবা পনখি – মদু চেফোঙশিংদা ফোঙনখ্রে। হিন্দুস্থানীশিংবু অঙৌবশিংদগী নিংতমহন্নবা, কঙ্গ্রেস পার্টি ১৮৮৫ দা অঙৌবা জাতিগী ভদ্রলোক হিয়ুম্না লীংখৎখি – হিন্দুস্থানীগী মখোঙনা মবোমদোম লেপ্পবা যুম্ফম থোনবা আবঃ এসঃ দিঃ দুশু অঙৌবা জাতিগী এন্নি বেসান্তনা তৌই, নিংতমহন্নবা পোলিসি দিসিজন বৃটেনগী লেবব পার্টিনা কন্না লৌখৎখি – কলিং পার্টিনা খুদক্তা পীথোকখিদবগী ৱাতনি। মখোয পুম্নমক্তু কনামত্তনা তেবোবিষ্ট কৌখিদে–মালেমগী মী ক্রোবনা খুজিং ওইদুনা হাৎনবা লাঞ্জাও অনিমকপু কন্না শৌগৎপা এমঃ কেঃ গান্ধীবুশু সুপব তেবোবিষ্টনি হাযদে – মবর্মদি, লাঞ্জাও থোক্লগা, মদুদা যাওবগা ভাবতপূ ডোমিনিযন ষ্টেটস ফংহনগনি হাযনা মাগা অঙৌবা কাংলুপকা একোর্দ লৈখিবননি। শম্না হাযববদা, থৌদোকশিংদু বাজনিতিগী ওইবা ফিবান মনুং চনবা ঙাক্তনি। পাদম অদুমক শিজিন্নদুনা অৱাং নোংপোকপু যেংবা ঙম্নবা হোৎনবা তাই – স্তেন্দার্দ অমখক্তনা হিস্তবীবু ওনগদবনি।

জেনবেল এসেমব্লিগীদি আবঃ এসঃ দিঃ অমদি, এনঃ এলঃ এমঃ অসি মালেমগী আইন্না চৎন পথাপ ওইনা থমখ্রে – আবঃ এসঃ দিঃ যাদুনতা লাকখি, জেনবেল এসেমব্লিগী ভোতিং তৌবদশু ভাবতনা আবঃ এসঃ দিঃ অমদি এনঃ এলঃ এমঃগী শৌগৎপা ঙাক্তনি। মেত্রোপোলিতান হাযর্বদি এদমিনিষ্টবিং পৱাব অমনা, নত্রগা ওকুপেশন আর্মীগী মতেংনা, কোলোনিযেলিজম মখা চত্থনবা, অকি অখং পীবিবা লাম্মী লাখ মখায অমগী মতেংনা ভোৎ তৌখিবা তাববশু, মদুগী মখলগী মীখল অদুবু যুঃ এনঃ গী মীৎযেং মখাদা প্লেবিসাইত তৌবনি হাযবা নত্রগা, আবঃ এসঃ দিঃ গী হক অদু শিজিন্নবনি হাযবা চুমদে। যুঃ এনঃ গী প্লেবিসাইতকী প্রোসিদ্যুব তোঙান্না লৈ–মেত্রোপোলিতানগী মখাদা পাংথোকপা ম্নীখলগা খেন্নবা যাম্না লৈ।

---

* ইং কুমজা ১৯৯৭ কী আগষ্ট ৪ দা, মণিপুবী পীপল [চীংমী তম্মী] মীশিং লাখ ৫ গী বেলীদা, মণিপুবগী ঙমখৈবু দেলহী সবকাব অমদি অতোপ্পা লৌতুনবা খবনা থুগাযনবা ইং কুমজা ১৯৬৪ দগী হোৎনবকপবু ফৈগাক ফৈনা থীংখি। মণিপুবী পীপলগী মবোমদোম লেপ্পগী হক হাযবসি, মাইনোবিতি খবনা ঙমখৈ হান্না থুগাইবগা, নাকোযননা মৎপা ইন্তবনেস্যানেল লোনা থীঙই।

য়ুঃ এনঃ গী সেক্যুবিতি কাউনসিলগী ৱাবেপ নম্বব ১৮৩ [ইং কুমজা ১৯৬৩] অমদি নম্বব ২১৮ [১৯৬৫] না আবঃ এসঃ দিঃ বু য়াদুনা লৈবি। মদুগী মথক্তা, ইন্তবনেস্যনেল কোর্ট ওফ জষ্টিসকী ১৯৭১ অমসুং ১৯৭৫ গী বায়শিংদশু আবঃ এসঃ দিঃ বু চুমই হায়না লৈপ্রে। ইং কুমজা ১৯৯১ দদি সেক্যুবিতি কাউন্সিলনা ইবাক্কী মতাংদা লৌবা ৱাবেপ কয়ামকম্না, কুৱেতপু ইবাক্না মর্জ তৌবা [লৌশিনবদু) আইন থুগায়বনি হায়বগী মথক্তা, ইবাক্কী মথক্তা লৈবাক ময়াম চংদুনা লান তাবগা কুৱেতকী মর্জবদু দে-মর্জব [খায়দোকপা] তৌহনখি। লৈবাক অমবু অতোপ্পা অচৌবা লৈবাক অমদা মর্জব তৌখিবা নত্রগা, এনেকছ তৌখ্রবদশু, লৌশিনবীখ্রিবা লৈবাক্কুগী আবঃ এসঃ দিঃ তেক্তা কায়দনা লৈ। লৈবাক মর্জব তৌকবা ইবাক্কী মথক্তা লান্দাবিবা লৈবাক ময়ামদু কবি ৱাহৈনা তেবোবিজমনি হাযগনি? মালেমগী আইন, চৎনবকালবা পথাপ [প্রাক্তিসেস] খণ্ডদবা তাবগদি, অচুম্বগী মঙাল উবা, অচুম্বা ৱাহৈ তাবা ওইথোক্কে। য়ুঃ এনঃ গী সেক্যুবিতি কাউন্সিলনা পালিষ্টিনিযানশিংগী আবঃ এসঃ দিঃ অমদি এনঃ এলঃ এমঃ চুমই, তৌগদবান হাযবগী লেপ্তুনা ৱাবেপ তাখি — পনবা যাবা ৱাবেপশিংদিঃ SC 248 [1965] 256 [1968], 262 [1968], 268 [1969], 270 [1969], 279 [1970] 280 [1970], 285 [1970], 316 [1972], 332 [1973], 337 [1973] অসির্নচিংবনি।

লৈখিদ্রবা সোভিযেট যুনিযনগী কনষ্টিট্যুশনগী আবটিকল ২৮ শুবনা এনঃ এলঃ এমঃ বু যাই, আবটিকল ২৯ শুবনা আবঃ এসঃ দিঃ বু পী, আবটিকল ৭২ শুবনা বাইট তু সিসিদ [তোখাইনা তাবা যাবা] পীবমই। মণিপুবগী মবোমদোম লেপ্পা যাবগী হক অসিবু, ভাবতকী কনষ্টিট্যুসন শেমদোক্কুনা খুৎলৈ থুনা হাপচনবা চঙই। এনঃ এলঃ এমঃ অমদি, আবঃ এসঃ দিঃ হাযবসি মিউনিসিপাল লোনা যাবা, যাখ্রিবা নিযম ওই। জেকোস্লোভাকিয়া, যুগোস্লাভিয়াদশু আবঃ এসঃ দিঃ যেৎনবা তৌদনা পীখি;— বোসনিযাগী ওইনদি তোঙানবা মওংদা সর্ব ফেসিজমদগী থোকখীবনি।

**লেজিতিমেসি [য়ানরবা চৎন-পথাপ]**

মালেমদা কোলোনিযেল সিচুয়েশন লৈবি হাযনা আবঃ এসঃ দিঃ গী য়ুঃ এনঃ বাপোবতিযাব হেক্টব গ্রোস ইস্পাইলনা বিপোর্ট পীববদা,

জিঃ এঃ ৪২/৯৫ ডিসেম্বর ৭, ১৯৮৭ না ষ্টেটশিংদা আরঃ এসঃ দিঃ গী ব্রারেপ খুৎলৈ থুনা পায়খৎনবা হায়রি। মরোমদোম লেপকদৌরিবা য়ুনিত অমবু, ষ্টেট অমনা এনেকছ তৌখি হায়দুনা, মাগী আরঃ এসঃ দিঃ মুৎথৎপা তৌদে, অমদি মরোমদোম লেপকদৌরিবা য়ুনিত অদুগী মায়োক্তা, মেট্রোপোলিতান ষ্টেট অমনা ফোর্স শিজন্নবা তারবদি, মদু য়ুনঃ এনঃ চারতরগী আরটিকল ২ (৪) থুগায়বনি [জেমস ক্রোরফোর্দঃ]। রিভোল্যুশন তৌরগা, অনৌবা ষ্টেট পোক্লকই। ইং কুমজা ১৯৭৯ গী জেনরেল এসেমব্লিগী ৩৪ শুবা মীফমদা, জিঃ এঃ এ/৩৪, ৭৮৬ না কোলোনিয়েল, রেসিষ্ট নত্রগা মীরৈবাক্কী সরকারনা মরম চারবা পীপল, ফুরুপকী আরঃ এসঃ দিঃ বু পীদ্রবদি, মদু তেরোবিষ্টকী থৌদৌনি হায়না কনদেম তৌরি। আরঃ এসঃ দিঃ পীদ্রিবা ষ্টেট অদু তেরোবিষ্ট ষ্টেট ওইবে। অচুম্বা অসি মেদিয়ানা খঙহনবা চঙই।

মালেমগী আইন্না বেলিজরেন্সী, ইন্সরজেন্ট সরকার অমদি এনঃ এলঃ এমঃ দা রিকগনিসন পী অমদি, মপানগী পৱারশিংনা ইন্সরজেন্সীবু, মাগী দে ফেক্তো ওথোবিতি লৈববা, লম [টেরিটোরী] দা মাগী কনট্রোল শেংনা লৈরবদি, দে ফেক্তো রেকোগনিসন পী। ইনসরেকসন তৌবা, অমদি রিভোল্যুশন তৌনবা হক, ১৯৪৮ গী হ্যুমেন রাইটসকী য়ুনিভরসেল দিক্ল্যারেশন্না পী। খুৎলায পাযদুনা ফংফম্ন গোল্লবা, আরঃ এসঃ দিঃ ফংনবা স্ত্রগল তৌবা য়াই, মদুদা ষ্টেট অতৈনা মতেং পাংগদবনি – ষ্টেটকী তৌফম থোকপশুনি [ব্লিছেনকো]। আরঃ এসঃ দিঃ ফংনবা খুৎলায় হায়দুনা ঈহৌ তৌরিবা ফুরুপকী মথক্তা, থবক লৌখৎতনবা ষ্টেট খুদিংগী মথৌ লৈ।

আরঃ এসঃ দিঃ থুগায়বিরবা মতমদা, ষ্টেট শেমলকই, লমদমগী তাইতল হোংই, নেস্যানেল লিবরেশনগী লান এনঃ এলঃ এমঃ থোরকই [মাইকেল কহরষ্ট]। তাশনজরবা ফুরুপ অমনা, মখোয়না পামজবা পোলিতিকেল ওরগেনাইজেশন খনজনবা আরঃ এসঃ দিঃ লৈ; মনিংতম্বা য়াই, ফেদেরেশন শেম্বা য়াই, ওতোনোমী থম্বা যাই। আরঃ এসঃ দিঃ তানবা মীওইনা লমদম, অপুনবা লোন, মান্নবা রাজনিতিগী পম্বুং লৈগদবনি। [স্তার্ক]।

আরঃ এসঃ দিঃ গী নিয়ম অসিবুনা, ষ্টেট অমগী টেরিটোরিয়েল ইন্তেগ্রিতি কায়বা য়াদে হায়বা নিয়মদুগী মথক্তা, হেন্না মরুওইনা থমই। জেনরেল এসেমব্লিগী ব্রাবেপ নম্বর ২১০৫ [XX], দিসেম্বর ২০, ১৯৬৫ না পীবা

মতুংইন্না, ষ্টেট পুম্বনা এনঃ এলঃ এমঃ তৌবিবা, লোইলম মখাদা লৈবিবা মীওইশিংদা অণ্ডম্বা মতেং পীগদবনি। মথক্কীশি নৈনববা মতুংদা, এনঃ এলঃ এমঃ অমদি, আরঃ এসঃ দিঃ হায়বসি তেবোবিজমগুম্না ক্রাইম ওইবদি লায়রদুনা, মালেমগী ষ্টেটশিংনা যানববা, নিযম্না য়াবা ফুরুপকী হকনি অমদি ষ্টেট খুদিংমক্না মখোয়বু তেংবাংবীনবগী দ্যুতি ফাওবা লৈবিবনি। ভাবতকী মেদিয়া, লুচিংবশিং, অমদি অচুম-অবান কযা খণ্ডজদ্রিবা, মমিৎ মমায পুবা পাঙবা ঙমজদ্রিবা থার্দ ৱার্ল্ডগী ইলিত, ইনতেলিজেন্সিয়া, ওপিনিয়ন-মেকবশিংনা থোইদোক্না থার্ড ৱার্ল্ডগীশু মমৈ মৈতোন্দা লৈহৌববা ইবমদমশিংগী অখণ্ড-অহৈশিংনা, ৱাহৈগী পাদম অসিবু হালেংদনা শিজন্নবগী অবিবা হৈনবীদু থাদোক্কুনা, মালেম্না শিজন্নবা স্তেন্দার্দ তার্ম, ৱাহৈ শিজন্নবা হোৎনবা চুমগনি। আবঃ এসঃ দিঃ, এনঃ এলঃ এমঃ গী বিজল্ট অদুবু যেংলুবা ফাওবা তৌদনা, ৱাহৈ ফাওদংদি চুম্না শিজন্নবা ঙম্বা হাযবসি অৱাং নোংপোক্কী অখণ্ড অহৈশিংগী মোবেল দিযুটি অমা লৈতে হাযবা যাদে। ফজবা ৱাহৈবু অকামপেৎ থাংবা ৱাহৈ ওইনা শিজন্নবা হাযবসি, ঙাংথোকলিবা মীদুগীশু অশেংবা শক্তম উৎথোকপনি। মাগী অবানবা ৱাহৈদুনা মাগী শক্তম [persona] চপ চানা উৎথোকই। নিংতম-ঈহৌবু মালেম্না তেবোবিজম খক কৌদে।

## ফোর্স শিজন্নবা থিংবা

জেনবেল এসেমব্লি ৱাবেপ ২৬২৫ [XXV] না পীবা মতুংইন্না, ষ্টেটশিংনা ষ্টেট অমগী নিংতম্বা শোক্লবা মওংদা নমজা-হাজানবা [coer-cion] তৌবা যাদে। ফোর্স শিজন্নবা আইন্না যাদে। জেনবেল এসেমব্লি ২১৮৯ [XX], ডিসেম্বব ১৩, ১৯৬৬ অমদি, জেনবেল এসেমব্লি ২৩২৬ ডিসেম্বব ১১, ১৯৬৭ কী ৱাবেপনা, আবঃ এসঃ দিঃ তাল্লিবা মী ফুরুপকী মাযোক্তা ষ্টেটনা ফোর্স অমতা শিজিন্নবা যাদে। ১৯৭০ গী যুঃ এনঃ গী জেনবেল এসেমব্লিগী দিক্ল্যাবেশন মতুংইন্না, আবঃ এসঃ দিঃ তাল্লিবা মীফুরুপ [পীপল] নদি ঙমজবা উপায-ফোর্স-শিজন্নবা যাই। অচুম্বা মতাংদা আবঃ এসঃ দিঃ পীদদুনা মদুবু থুগাইবা হাযবসি জেনোসাইদ কুম্না ইন্তবনেস্যনেল ক্রাইম অমনি। আবঃ এসঃ দিঃ দা মতেং পীবগী মতাংদা, নোংচুপকী মীৎয়েংগা লেমহৌবিবগী মীৎযেংগা খৈন্নে – মসি, আইঃ সিঃ জেঃ গী নিকাবাগুৱা কেশ, ১৯৮৬ না পীবনি। মশাবু ঙাকচনবা হোৎনবদা, বাইট তু সেল্ফ

প্রিজাবভেশনগী ওইনা ফোর্স শিজন্নবা, কষ্টমবী ইন্তবনেস্যানেল লোনা যাই [ব্রাউনলী]।

হৌজিক ফাওবগী মালেমগী চৎন-পথাপনা পীবা মতুংইন্না, এনঃ এলঃ এমঃ অমদি, আবঃ এসঃ দিঃ তৌবিবা মী ফুরুপতুনা মনিংতমজনবখক্কী [মীগী লম লৌশন্নবা নত্তবদা], ফোর্স শিজন্নবা য়াববশু, এনঃ এলঃ এমঃ অমদি, আবঃ এসঃ দিঃ বু থিংবীবিবা ষ্টেটনদি ফোর্স শিজন্নবা য়াদে। ৱাহৈগী লমদাং অমা লেংলগা, বেতোবিক ওইনা হায়বা তাবগদি, মপাঙ্গল যাওদ্রবা অশোনবা কুমলাযনা অমগী মথক্তা মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবা অমনা ফমদুনা, নৈদুনা লৈববদি, মখা থাববা জিবদুনা মশা নাম্থোকচনবা ফোর্স শিজন্নবা যাই; হিংচাবদুর্নদি কুমলাযনাদুবু শিখিনবা ফোর্স শিজন্নবা যাদে।

চানবা বাহৈ শিজন্নবা

হিন্দুস্থানী ব্রাউন বেসিজমগী মাস মেদিয়া, ফেসিষ্ট লুচিংবা, মখোযনা মখুৎচাবী যেংদুনা কাক কাক খত্তুনা খঙ্ঙবা য়ুনিভবসিতি অযান্নগী দোনাশ, খুনাইগী লমজীং পুরেনশিংনা অবাং নোংপোক্কী পুৱাৱীদগী চগুবকপা অচম্বা ঈহৌ অমত্তা অথুম্বা বাহৈনা শিংথাবীবকত্রি। মখোযবু শাওফম থাক্তে মখোযগীদি লাইনি হাযবা হিন্দু হাযকাষ্ট শেঙ্গাও পাইবশিংগী ভেতবানশিংনা, এমঃ কেঃ গান্ধী ফাওবনা ১৯৩০ দা অৱাং নোংপোক্কী নৌ পুন্নমকপু 'থক' [দেকোইদ], পিন্দাবী' নি হাযদুনা ইবা-ঙাংবদগী, খোনচোপ শিজন্নবশি মখাথাবশিংনা তম্লকপনি। হাযবিবা হিন্দু হাযকাষ্ট ভেতেবানশিংবুশু, সোভিযেটকী গ্রেত এন্সাইক্লোপেদিযানা ১৯৭০ গী মতমদা, 'বন্নিং দোগ ওফ ইম্পেবিয়েলিজম' হাযদুনা বেকোর্দতা থমই। পোলিতিকেল লিঙ্গুইষ্টিক্স অসি, খুন্নাই খুন্নাইদগী খেন্নৈ; মীৎযেং খেন্নবদগী মসি থোবকই।

হিন্দুস্থানী পোলিটিকেল লিঙ্গুইস্তিক্সতা, অৱাং নোংপোক্কী এনঃ এলঃ এমঃ অমদি, আবঃ এসঃ দিঃ তাল্লিবা খিবিকপু তেবোবিজম হাযনা শিংথাই। মালেমগী চৎন পথাপ মতুংইনবা তাবগদি, তেবোবিজমদি ক্রাইমনি – মদুগী, তাযোন্নবদা, নিংতম ঈহৌদি এনঃ এলঃ এমঃ–তৌফম থোকপা, মালেমগী আইন্না যাবিবা হকনি। ইং কুমজা ১৯৪৫ দা নিংতম্বা লৈবাক ৫০ খক লৈবম্বদু, চহি ৫০ গী মতুংদা, লৈবাক ১৮৫ লৈবে – হেঙ্গৎলকলিবা লৈবাক

১৩৫ গী মীযাম অমদি ঈহৌদুবু তেবোবিজমনি হাযনা চৈবগা, মালেমগী পুন্নাবীনা মদুবু যাগদবা লৈতে, মখোয়গী মনিংতম্বা তোক্কদৌবসু লৈতে। ঈহৌদুবু লন্নাই পামজদবা লৈবগশু, তেবোবিজমনি হায়না খোনচোপ থাবগা, হিন্দুস্থানী ফেসিষ্ট লুচিংবা নত্রগা, মখোযনা লৈকায় লৈকাযদা থাক্কুনা থম্বা এজেন্ট-দলালিনা যাম্না হেন্না ইকাযখুম্নবা ফংগদবা লৈতে, নত্রগা, ঈহৌদুবু ঈহৌ নত্তে হাযবা য়াগদবশু লৈতে। ঈহৌদুবু কবম্না লৈতাহনগদগে [সোলভ] তৌগদগে হায়বদুনা অচুম্বা মীৎযেং ওই।

## ইন্দিজিনস পীপলস

যুরুপকী হক নৈনবকপদা, মণিপুবগী অমসুং অৱাং নোংপোকলমগী ওইনা যেলহৌগী মীওই [ইন্দিজিনস পীপলস] গী ফংফম থোকপবু থাদোকপা যাদে।

মণিপুবগী ওইনদি, তম্মী চীংমী অনিমক ইন্দিজিনস পীপলনি, মীতোপ, মযাং, হিন্দুস্থানীদি ইন্দিযানা মণিপুববু ইং কুমজা ১৯৪৯ দা খুৎ চনখ্রবা মতুংদা শাযদাংলর্বান। [অইবনা মার্চ ২৫, ১৯৮৫ দগী ১৯৯৮ ফাওবদা হোৎনদুনা পুথোবকপা, ইদিতশু তৌবা মণিপুব পাষ্ট এন্দ প্রেজেন্ট লোল্যাম মবীমক পুন্না যেংবশু যাই]। শম্না হাযববদা, বৃটিশনা নাগা, কুকি অদ্ অদা হাযদুনা, মণিপুবী ত্রাইব ৩১ বু বৃটিশনা পাম্বা মমিং পীজববশু, মণিপুবী মীযাম ইন্দিজিনস পীপলনি। মসিদা যেৎনফম থিবা তাববশু, মণিপুবী চীংমী তম্মী অনিমক তিবেতো ববমান লোল শাংবা, হৌবকফম মান্নবা, পাবী-পুবী তিন্নবা, অহান অকোন খব নাইনা লাক্লবশু পুল্লপনা মণিপুবী ওইমিন্নবনি। মতাং অসিদা, যুঃ এনঃ গী ইকনমিক এন্দ সোসিযেল কাউনসিলনা [ইকোসোক] না জুলায ২৫, ১৯৯৫ দা ৱাবেপ লৌথ্রবা – 'ড্রাফ্‌ট যুনাইতেদ নেসন্স দিক্ল্যাবেশন ওন দি বাইটস ওফ ইন্দিজিনস পীপলস' অসি যাম্না মক ওই।

হাযবিবা ড্রাফ্‌ট অসিগী ৩ শুবা আবটিকলনা পীবিঃ "Indigenous peoples have the right of self-determination By virtue of that right, they freely determine their political status and freely pursue their economic, social and cultural development,"। ৩ শুবা, ৩১ শুবা অমদি ৩৪ শুবা ড্রাফ্‌ট আবটিকলগী মতাংদা, কোলোম্বীযা,

বোলিভিয়া, ভেনেজুয়েলা, চীলি, আমেরিকা, ফ্রান্স, কানাদা, জাপান, আরজেন্তিনা, ইন্দিযাগী লো রিসার্চ সেন্তরগী মরক্তা, কমিসন ওন হ্যুমেন রাইটসকী রারকীং গ্রুপতা, ১৯৯৫ দা মোৎ খেন্নবা থোকখি। ফ্রান্সকী মীহুৎনা সেল্ফ দেতরমিনেশনগী হক অসি লৈবাক অমগী মনুংদা লৈগদ্রা নত্রগা, লৈবাক অনৌবা অমা ওইনা খাযদোকপা [সেসেসন] গী রাফম ওইগদ্রা হায়না চমন্নবা ফোংদোকই। ওক্তোবর ২৭-নবেম্বর ৭, ১৯৯৭ তা জেনেভাদা ফমখিবা রারকীং গ্রুপনা দিক্ল্যারেশন অসিবু নৈনরকপদা, লৈবাক খরনদি হক অসিবু খাযদোকপা [সেসেসন] ওইনা লৌনরকই, লৈবাক খরনদি মপানগী, মনুংগী সেল্ফ-দেতর্মিনেশন হায়না খাযদোক্লবা মোৎ ফোংদোকই। ইন্দিজিনস পীপলসকী মীহুৎশিংনদি আরটিকল ৩ শুরশি তশেংনা মনিংতম্নরা, নত্রগা সেসেসন তৌবা ঙমহন্নবা হক ওইনা লৌনবা তকশনখি।

মখাক্তা নৈনখিবগুম্না তেরোরিজম হাযবা অনানবা অদুগা মালেম্মা যানদুনা চৎলিবা ফুরপনা মনিং তমজনবা তাল্লিবা হক হাযবসিগা যাম্নমক খেন্নে। মাদদা, মমেন্দা হাযবপ মান্নবা অদুনা খেন্নবা অদুবু মুৎথৎপা নত্তে।

## নোট খব

১ এন০ সনাজাওবা, মণিপুব পুবাবী কুনশুনা পহিদা, ১৯৯৭, এন অ ং০ সিং, ইম্ফাল কুপ্পা নৈনবগী মক,

২ – এন০ সনাজাওবা, বাইট ওফ ওপ্রেসদ নেসন্স এন্দ পীপলস, ১ ৯৬, ওমসন্স, নিযু দেলহী যেংগাদবা,

৩ – ই০ কুমজা ১৯৯১ দা থোবকপা নিযু বার্ল্ড ওর্দবগা ইবোযননা, মণিপবদ অচৌবা তাঙ্কক খব উবা ফঙই। ১৯৯১ – মণিপুবনা মান০তম্লম্বগী পুবাবী শেংনা থম্না [এম সু সেমিনাব অনি], ১৯৯২ মীওইবগী হক ঙাক্লবা মীযামগী ঈহৌ থোবকপা, ১৯৯৩ ওক্তোবব মণিপুব লৌশিনখিবদ্ পাল্লি হাযবা নেস্যনেল কনভেনসনগী বাবেপ, ১৯৯৪ দিসেম্বব – মণিপুবনা মবোমদোম লেপকনি হাযবা ফিবেপ মীযাম্না লৌবা, ১৯৯৫ ৯৬–মণিপুবনা মীখাপোনবদু মালেমদা পুথোকপা, ১৯৯৬ নিংথৌনা আগষ্ট ১১, ১৯৪৭ দা সহি তৌকবা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এক্সেসনদু চৎনবা যাদে হাযবা মীযামগী ফিবেপ, ১৯৯৭ আগষ্ট – মণিপুব মীযাম্না মণিপুব ঙমখৈ কনবগী মী লাখ কযাগী বেল্লী, ১৯৯৮ আগষ্ট – মণিপুব লোইলমনি হায়না লাওথোকপা।

# ১৬

# লালগী মৈ্চোংদা মীচম্মু কনবা

## ইন্তরনেস্যনেল হ্যুমেনিতরিয়ান লো

হৌজিক্কী মতম অমদি চাওখৎপগী থাক অসিদা, লান তৌনবা [বাব], নত্রগা লান্দাকবা [এগ্রেসন] হাযবসি মালেমগী আইন থুগাইবা মবাল ওইনা, যুঃ এনঃ লিংখিবদগী পাক্কন্না যানবে, অদুমকপু, খুৎলায পাযবগা চাযনবা [আর্মদ কনফ্লিক্ট] হাযবসি অদুমক লেপ্পা লৈতনা থোকলি। মালেমগী ফুকপ চৎনপথাপ [ইন্তবনেস্যনেল লো] না 'লোজ ওফ বাব' লৈবা চুমদ্রে হায়না লৌনখিবদগী, চাযনবদি লেপ্পা লৈতর্বনিনা, মদুগী মহুত্তা ঙসি আইঃ ঐটচঃ এলঃ হাযবদি ইন্তবনেস্যনেল হ্যমেনিতবিযান লো ওইবা যানবা থর্মলি। আইঃ ঐটচঃ এলঃ অসিগা মীওইবগী হক্কী চৎনপথাপ [হ্যমেন রাইটস লো] গা খেন্নবা খবমখৈ লৈজববশু, মখোয অনিগী পাদম পান্দম, অমখক্তি মীওইববু ইংনা লৈবা মতমদা অমহিক্তি চাযনবিবা মতমদা, ঙাকপনি।

চাযনবগী মনুংদশু, মীওইবগী হক অসি মাঙবা যাদে হায়বসিনা, মালেমসিগী চৎনপথাপনি – থুগাইবকপা কাংলুপ যাওজববশু, চৎনপথাপ [স্তেন্দার্দ] অসিদি হোংদে। চাযনবদা, মখল অনি থোক্লা লৌনবি- অহানবদা, লৈবাক মশেলগী চাযনবা [ইন্তবনেস্যনেল আর্মদ কনফ্লিক্ট], অনিশুবদা, লৈবাক মনুংদা চাযনবা [নন- ইন্তবনেস্যনেল আর্মদ কনফ্লিক্ট] সিনি। আইঃ ঐটচঃ এলঃ না চাযনবা মখল অনিমক্তা, লানগী মৈ্চোংদা তম্না ঙমদ্রবা লাইবক্তা লৈখ্রবা, খুৎলায় পাযদবা মীচম প্রজাবু শোক্তনবা, মখোযগী লৈফম্বু শোক্তনবা, মখোযবু চৎন পথাপ পীবতা নত্তনা চাযনবদগী মৈৰাযববা, খুদোংথিবা তাববা, ফাববা লান্মীবু ঙাকথোক্লবা নীযমশু পীবি।

ঙসি ঙসিমক আইঃ ঐটচঃ এলঃ গী ফিবান মনুংদা যাওবিবা লৈবাক অযাম্বনা সহি তৌনখ্রবা চৎনপথাপশিংদি-[১] জেনেভা লো হাযবগা খঙনবিবা জেনেভা কনভেনশন মবীসিনি –[ক] জেনেভা কনভেনশন ফোব দি

এমেলিওবেসন ওফ দি কন্দিসন ওফ দি রুন্দেদ এন্দ সিক ইন আর্মদ ফোর্সেস ইন দি ফিল্ড, আগষ্ট ১২, ১৯৪৯; [খ] জেনেভা কনভেনশন ফোব দি এমেলিওবেসন ওফ দি কন্দিসন ওফ রুন্দেদ, সিক এন্দ সিপবেকদ মেম্বর্স ওফ দি আর্মদ ফোর্সেস এট সি, আগষ্ট ১২, ১৯৪৯; [গ] জেনেভা কনভেনশন বিলেতিভ তু দি ত্রিতমেন্ট ওফ প্রিজনর্স ওফ ৱাব, আগষ্ট ১২, ১৯৪৯; [ঘ] জেনেভা কনভেনশন বিলেতিভ তু দি প্রোতেকসন ওফ দি সিভিলিয়ান পার্সন্স ইন তাইম ওফ ৱাব, আগষ্ট ১২, ১৯৪৯ সিনি। অহুমশুবা অমদি মবিশুবা জেনেভা কনভেনশন, আগষ্ট ১২, ১৯৪৯ সি মীচম — প্রজা ঙাকথোক্লবা অমদি চায়নবদা যাওব্বা মী [কম্বাতান্ট] বু প্রিজনব ওফ ৱাবগী থাক্তা থম্লবা চৎনপথাপনি।

হেগ কনভেনশন ১৯০৭ কী মতৌ লৌবগা শেমখিবা, যান্না মকওইবা প্রোতোকোল অনি অমগা লৈ—অনির্সিনা কনভেনশন্স মবিমকপু পুন্না শৌগৎলি, মবাক পাকথোকহল্লি। আইঃ ঐটচঃ এলঃ গী ২ শুবা শক্তক্তি মখাগীসিনি -[ক]প্রোতোকোল এদিসনেল তু দি জেনেভা কনভেনশন ওফ ১২ আগষ্ট ১৯৪৯, জুন তাং ৮, ইং কুমজা ১৯৭৭ [শম্না, প্রোতোকোল ৱান]; [খ] প্রোতোকোল তু, জুন তাং ৮, ইং কুমজা ১৯৭৭। প্রোতোকোল ৱান অসিনা ইন্তবনেস্যনেল আর্মদ কনফ্লিক্টতা অৱাবা তাববা ভিক্তিমশিংবু ঙাকথোক্লবনি, প্রোতোকোল তু অসিনা নন-ইন্তবনেস্যনেল আর্মদ কনফ্লিক্টতগী অৱা অনা [ভিক্তিম] শিংবু ঙাকথোকপীনবনি। ভাবত সবকাবগী ওইনদি, প্রোতোকোল অনিমক নত্তনা, কনভেনশন মবীমক মশানা যানা সহি তৌখিবদগীদি, আইঃ ঐটচঃ এলঃ বু মতমপুম্বদা ইকাযখুম্নবা, নিযম ঙাক্লা চৎনবা মথৌদাং ওইবে।

লৈবাক মনুংগী চায়নবগী মতাংদদি, ৮ শুবা যুঃ এনঃ কংগ্রেস ওন প্রিভেনশন ওফ ক্রাইম এন্দ দি ত্রিতমেন্ট ওফ ওফেন্দর্স, [১৯৯০] না শেমখিবা বেসিক প্রিন্সিপলস ওন দি যুজ ওফ ফোর্স এন্দ ফাযাব আর্মস, এনফোর্সমেন্ট ওফিসিয়েলসনা ইনবা চুমই অমদি মদুদা যুম্ফম ওইবা দিক্ল্যাবেসন অমা শেম্বা চঙই।

হেগ কনভেনশন্স, ১৯০৭ কী নম্বব মবিশুবা, মঙাশুবা পেবাগ্রাফতা

পীবিবা 'মাবতেন্স ক্লোজ [Martens clause] না, মীচম প্রজাবু অমদি চাযনবদা য়াওবা মীশিংবু, ইন্তরনেস্যনেল লোগী মতুংইন্না ঙাকথোক্লবা পীবি। মাবতেন্স ক্লোজ অসি আইঃ ঐটচঃ এলঃ দা অদুমক যাওই।

পননা যাবির্বদি, ইং কুমজা ১৯৬৭ কী সেক্যুবিতি কাউন্সিলগী রিজোলুসন ২৩৭ কী মতুংইন্না, চাযনবিবা পার্টি পুম্বনা মীওইবগী হক তঙাযফদনা ঙাক্কদবনি হায়র্বসিনি। রাবেপ ২৩৭ না হাযবদা, ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনশনশিং, লান তৌনবিবা পার্টি পুম্বনা ঙাক্কদবনি সিনি। রাবেপশিবু, জেনবেল এসেমব্লিগী বাবেপ ২২৫২ শুবনা অযাবা পীবি। যাম্না মকুওইবদি, ইং কুমজা ১৯৬৮ গী জেনেবেল এসেমব্লিগী বাবেপ নম্বর ২৪৪৪ [XXIII] অসিনি। রাবেপসিনা পাবা মতুংইন্না, চাযনবিবা লুপশিংনা মাগী যেক্লবশিংদা ঙমখে অমা লৈতবমখে শোকহনবা যাদে, মীচম প্রজাগী মথক্তা লান্দাবশু থীংই। বাবেপ নম্বর ২৪৪৪ অসি যাম্না নিংাশর্ংনঙায ওইবা থৌদোক অর্মান।

ইং কুমজা ১৯৭০ গী জেনেবেল এসেমব্লিগী মখা চংলকপা বাবেপশিংনা পাবি মদুদি চাযনবা মতমদা মীওইবগী হক ঙাক্কদবনি, অদুগা লোয়নন নীংতম লাম্নী নত্রগা, মবৈবাক কল্লবা ঈহৌদা যাওবা যাওল্লোর্যশিংবু ফাবা থোক্লবাদ, মখোযবু প্রিজনব ওফ বাব ওইবগী থাক্তা থমগদবনি। ইং কুমজা ১৯৭৩ গী জেনবেল এসেমব্লিনা 'মবোমদোম লেপ্পগী হক' নমথবা যাদে হাযখিবগা লোযননা, নেস্যনেল লিববেসন মুভমেন্ট তৌবিবা লূপকী মাযোক্তা, মাবসেনবিজ [অরাযবা লাম্মী] শিজন্নবসি ক্রাইমনি, অদুগা ফাববা মতুংদা লাম্মীবু থার্দ জেনেভা কনভেনশনগী মতুংইন্না লানফা [প্রিজনব ওফ বাব] গী থাক্তা থম্নবা হাযখ্রে। নুপী অঙাংশিংবু শোকপা যাদবা অদু আইঃ ঐটচঃ এলঃ না পীবি।

ইং কুমজা ১৯২৮ দগী ১৯৮২ ফাওবদা শেমখিবা কনভেনশন কযামকম্না আইঃ ঐটচঃ এলঃ বু মবিকচুম্না তাকই। আইঃ ঐটচঃ এলঃ দা যাওবিবা মপুং ওইবা নিযম অহুমদি সিনিঃ

[ক] ইংতপ্না লৈবা মতমদা, মালেমগী যানবা পান্দম লৌবগা, মীওইবগী হক ঙাক্কদবনি ;

[খ] চায়নবা-লানগী মতমদনা, মালেম্না য়ানথ্রবা পথাপ ইল্লগা, মীওইবগী তঙাযফদবা হক অমদি নিংতম্বা ঙাক্কদবনি;

[গ] লানগী লমজেল, অথিংবা খুৎলায় [নাপাম, মহিক্কী, কেমিকেলগী, নিউক্লিযাব বোম] শীজন্নবা তৌবোইদবনি। 'ইন্দিযা তুদে' চেফোঙ-ফেব্রুবাবি১১, ১৯৯৪ গী লমায ৬৫ দা 'ক্রিতিকেল মাস' নৈনবদা, ভাবতকী এটোম বোম ৩৬ তগী ১০০ ফাওবা লৈবা, পাকিস্থানগা ১০ গী মথাদা লৈবগী বা ইবি; লৈবাক অনিমক্কী অকিবা লানৈ লাথুপসি মালেমদা অকিবা পীবদা নত্তনা, আথংবা ঙাক্লি। লৈবাক অনিমক্না পাযথংলিবসি, মীওইবগী হক্কী মাযোক্নি।

## মবাল লৈবা, অথিংবা থবক

জেনেভা কনভেনশন ৪ মক্তদা মশুং শুনজন্না যাওবিবা আবটিকল ৩ শুবনা লৈবাক মনুংদা চায়নবদা, চায়নবিবা লূপাশিংনা মীওইবদু চাকশাপ নাদনা নিয়ম কয়াম থম্মী। আবটিকল অসিনা লান শোক্লকপদবা, শোক্লবদগী শোকহল্লবশিংগী মশা, পুলিস মাওঙনবা ওৎপা নৈবদু পাংই। বেদ ক্রোসনা অশোক অশনাশিংগা মতেং পীবা যাবশু পল্লি।

জেনেভা কনভেনশন ৪ গী মায়না ইবা আবটিকল, ৮ ১১ শুবনা, আই: ব্রি: এল: মীওইবগী হক ঙাক্কদৌবিবা 'প্রোতেক্তিং পবাব' না, ঙাক্না চৎনবা মবম পীদি।

প্রোতোকোল ব্রানগী আবটিকল ৮৫ শুবনা মীওইবগা, মাচমগী, নত্রগা লানফা ওইথ্রবশিংগী মশাদা শোকহনবা, নত্রগা শিনবা তৌবদুবু মবাল [কোবপা দেলিক্তি] ওইনা পীবিঃ

[ক] মীচম প্রজাদা লান তাশিনবা;

[খ] মীচমগী পোৎচৈদা শোকহনবা;

[গ] মীচমদা শোকপা যাই খওনা খওনা থবক শুফম, যুমকৈ, ইন্সতোলেসনদা লান তাশিনবা;

[ঘ] লান তৌনবা যাদবা লমদা নত্রগা ঙাকথোকচবা ঙমদবা মফমদা এতেক তৌবা;

[ঙ] লান্দা শোক পল্লবা, ফাগ্রবদা [hors de combat] তা খঙনা খঙনা এতেক তৌবিবা;

[চ] রেদ ক্রোসকী মার্কাবু লান্না শিজন্নবা;

[ছ] লম লৌশিনবা ওল্লবা পার্টিদুনা, মাগী প্রজা ময়াম্বু য়েক্লবগী লমদা হোনজল্লকপা, লৈনবা পুরকপা;

(জ) লানফাশিংবু মতম থেঙনা থিনজিন্নবা [রিপারত্রিয়েসন] তৌদবা; অসিনচিংবনি।

প্রোতোকোল ৱানগী আবটিকল ৮৭ শুবনা পীবদদি, জেনেভা কনভেনশন্স, প্রেতোকোলশিং থুগাইরবদা, মদুবু মিলিতরী কমান্দরশিংনা থিংনবা মথৌ লৈ, অদুগা মতিকচাবা অচৌবা [ওথোরিতি] দা রিপোর্ট পীখৎকদবনি।

আইঃ ঐটচঃ এলঃ গী ফিবান্দা হঙ্গৎনা যেংলগা, হেগ কনভেনশন নম্বব ফোরনা, মশাবু ঙাকথোকপা ঙমজদ্রবা লাশ্মীবু নত্রগা খুৎলায় থাদোক্লববু শোকহনবা, হাৎপবু থিংই—লান্দা য়াওরিবা লৈবাক্তুনা মদু তৌবা য়াদে। 'মিলিতরী নেসেসিতি' হায়না খঙনবা পান্দম অদু আইঃ ঐটচঃ এলঃ গী ৱাখলগা চাননা চৎকদবনি।

আইঃ ঐটচঃ এলঃ গী মতুংইন্না, নুপী, অঙাং, জর্নেলিষ্ট, লায়েংবা মী, বেদ ক্রোসনচিংবা অসি চায়নবিবা লূপশিংনা শোক্তনবা, থাংদোক্তনবা পল্লি। চহি ১৫ শুদ্রিবা অঙাংনা লাশ্মী ওইবশু, লান্দা য়াওবসু যাদে। অদুমকপু, বোসনিয়াদা অঙাং ১০ খুদিংদা ৯ দি শোকই, শি, নত্রগা লান নংদুনা খুদোংথীবা তাই। আইঃ ঐটচঃ এলঃ বু মরিকচুন্না পাংথোকত্রবদি, খুদোংথীবা কযাদগী কনগদবা, শোকহল্লোইদৌবা মীচম প্রজা শোকই।

আইঃ ঐটচঃ এলঃ গী মালেম্না য়ানগ্রবা পথাপ, ন্যুরেনবর্গ প্রিন্সিপলস, থুগায়বা, জাতি অমা হাৎপা [জেনোসাইদ] কী মরাল লৈববশিংবু চৈরাক পীনবা পথাপ লৈখ্রে। শমপৎনা পল্লবদা, আইঃ ঐটচঃ এলঃ থুগায়বশিংগী দায়িত্ব লৈ, মখোয়দুবু চৈরাক পীনবা য়ামদ্রবদা নিয়ম লৈরে।

লানফা [প্রিজনর ওফ ৱার] ওইখ্রবশিংবু ওৎপা নৈবা, ফাবা পুনবা,

মশা শোকহনবা, হাৎপা, থীনা তৌবা য়াদে। লানফাগী হক অসি, নেস্যানেল লিবরেশন মুভমেন্ট [নিংতম ঈহৌ] গী মীওইশিংদা পীননবা নিয়মা লায়াং পীবি। মরম অদুনা, লৈবাক লৈবাক্কী আইন্দা, মদুনা চানদবা, মীওইবগী হক ঙাক্তবা, থুগাইনবা মরোল [প্রোভিজন] লৈরম্লবদি, মদু মালেমগী য়ান-পথাপকা চাননবা শেমদোক্কদৌবনি নত্রগা লৌথোক্কদবনি।

জেনেভা কনভেনশন্স, ১৯৪৯ গী আরটিকল ১৩ শুবনা লানফা [প্রিজনর ওফ ৱার] ওইরবশিংদা মীওইবগী হক ঙাক্না থম্নীনবা, মখোয়গী মশাদা ওৎপা নৈবা, হাৎপা শুবা থোক্তনবা হক্তু পীরি। আইন অসি লৈবাক খবনা থুগাইবম্বা যাই, মদুবু মদুগী ৱায়েন তৌবকপগী খুদোং লাকপদদি, লৈবাক্তুগী লৈবাকমপু-মকোক, মিলিতরী কমান্দরশিংবু চৈরাক পীনবা ঙাক্তনি। নন-ইন্তরনেস্যানেল কনফ্লিক্ট [প্রোতোকোল তুগী মবমদশু], কম্বাতান্ট [গুবিল্লা, নত্রগা শোক্লবদা য়াওবশিংবু] লানফা [প্রিজনর ওফ ৱার] গী থাক্তা চপ মান্ননা থম্লবা পীরি। অমবোমদা কম্বাতান্টশিংনশু ঙাক্কদনা নিয়ম লৈ — মখোযশু মালেম্না য়ানথ্রবা পথাপ খরা ইনবা তাবকই — মদু তৌববতদা, মখোয়বু শকখঙবা, ইকায়খুম্নবা, মখোয়গী মৱা তাবীবা, মখোয়গী অৱাবা অমদি অচুম্বা পান্দমদুবু মালেমগী পান্দম ওইহনবা ঙমই। কনাগুম্বনা, সেল্ফ দেতরমিনেসন খঙদে, মালেমগী আইঃ ঐটচঃ এলঃ খঙদে, ঐখোয়দি মদু একাদেমিক ওইনা লৌই, নোংমৈ কাপ্পগা, শিনবগা লোইরে হায়বা যাওই — মীৎয়েং অদু ঙাকপিবা য়াদনা লাল্লি। মীওইবগী থবক খুদিংদা রুল ওফ দি গেম হায়বা অমা লৈরিবনি।

অচুম্বা ঈহৌ পুম্বা, রুল ওফ দি গেম, য়ান-পথাপ খরগী মতুংইন্না চত্তবা মিৎকুপ্তুদা, মাগী অচুম্বা ৱাফমদুশু তোরাতুবমখৈ মাঙই; অদুনদি, ১৯৪৮ দা ভিঃ কেঃ কৃষ্ণমেননা কাশ্মীরগী মতাংদা ভারতকী মায়কৈদা পুং ২৪ ৱা ঙাংখিবা, মদুগী মতুংদা ১৯৯৪ দা জেনেভাগী ৫০ শুবা হ্যুমেন রাইটস কমিসন্দা পাকিস্তানগী মপাঙ্গল য়াওদ্রবা ৱারেপ অমবু শোম্ব্নবা থা অমা চুপ্পা, ভারতকী অৱাংবা থাক্কী অখং অহৈ চামনা খুজিং ওইদুনা জেনেভাদা য়েৎনবগী থৌবাং পায়খ্রিবদু। আইঃ ঐটচঃ এলঃ অসি, চায়নরিবা লৈবাকশিংনা ইনবা তায়, তাবকই। মদুগী মতাংদসু, অচৌবা ৱা কয়া ঙাংনরকপা, য়েৎনবা কয়া চঙদবা নত্তে। মরম অদুনা, পালেস্তাইনগীদমক 'পালেস্তাইন স্তদিজ'

কৌবা রিসার্চ জর্নেল অমা চহি কয়াদগী ঙসিফাওবা লেপ্তুনা চাং নায়না থোকই। আইঃ ঐটচঃ এলঃ অসিশু লেপ্তুনা নৈনবিবা, অৱাৎ অপা মেনখৎপা চংলিবা, পথাপনি। জেনেভা কনভেনশন্স, প্রোতোকোল খক্তদা আরটিকল ৬৫০ লৈ; মদুগী মথক্তা কনভেনশন কযা অমসু, ৱাহম্নোক কয়াসু লৈখ্রে। নৈনবিবদি, শুপ্পনতগী চাওরাকপা ৱাফমগী কায়াৎ খরতনি। নিংতম লাল্লোয়-য়াওল্লোয়শিংনা আইঃ ঐটচঃ এলঃ গী ফিবান্দা চৎপা, ঙাকপগী মথৌ তাবকই। মীচম-প্রজা হাযবর্সিদি, চাযনবিবা খুদিংনা শোকলোযদবা কাংলুপনি। লীবরেশন মুভমেন্টপু ঙসিদি ইন্তবনেস্যানেল লোগী সবজেক্ট ওইনা শক খঙনবে।

## রেসপোন্সিবিলিতি থম্বা

আইঃ ঐটচঃ এলঃ গী ফিবান্দা প্রোতেক্তিং পৱাব-ষ্টেটকী দায়িত্ব মবিক চুম্না লৈজে। মদু শমপৎনা মখাগীসিদা পীবি ঃ

[ক] ইন্তবনেস্যানেল লো থুগাইবগীদমক মবাল লৈববা মীওইশিংগী দায়িত্ব লৈবি;

[খ] আইন থুগাইবা ষ্টেটকী মাযোক্তা সেংসন পীবা যাই; সাউথ আফ্রিকাদা, যূগোস্লাভীয়া, ইবাক্তা ইকুই কুইদনা সেংসন থমখিবা অদুনি।

[গ] হেগ কমভেনশন ১৯০৭ বু থুগাইবিবা পার্টি অদুনা, কম্পেন্সেসন অতোপ্পা পার্টিদা পীগদবনি;

[ঘ] আইঃ ঐটচঃ এলঃ থুগাইবা মীওইশিংবু চৈরাক পীননবা, লৈবাক মশাদুগী আইন থমগদবনি;

[ঙ] আগষ্ট ৮, ১৯৪৫ দা ইন্তবনেস্যানেল মিলিতবী ত্রাইবুনেল লিংদুনা ক্রাইম তৌবশিংবু চৈবাক পীখ্রে। ১৯৯৩ দা যুগোস্লাভিয়াগী ওইনা, য়ুঃ এনঃ না ত্রাইবুনেল অমা লিংখ্রে (মথংগীদা নৈনরকনি);

[চ] ষ্টেটশিংনা মরাল লৈববশিংবু এক্সত্রাদাইত তৌনবি;

[ছ] প্রোতোকোল ৱাননা নিয়ম থুগাইবগী ৱা পীরি;

[জ] প্রোতোকোল ৱাননা পীবা মতুংইন্না, মীওইবগী হক ঙাক্তবশিংগী দায়িত্ব লৌগদবনি হায়না পীরি;

[ঝ] প্রোতোকোল ৱানগী আরটিকল ৮৫ শুবনা মবালশিংগী পাদম, মমিং মথা য়াত্তুনা কুপ্পা পীরি;

[ঞ] মিলিতবী কমান্দবশিংনা জেনেভা কনভেনশন থুগাইবা থিংগদবনি;

[প] কনভেনশন্স, প্রোতোকোলবু শাথিনা থুগাইববদি, য়ুঃ এনঃ গী মেম্বরবশিংনা থবক লৌখৎপা ঙমই;

[ফ] সেক্যুবিটি কাউন্সিলনা য়েংশিন্নবা মতাং লাকই;

[ব] মাগী ওফিসিয়েলনা অবানবা তৌববদি, ষ্টেটতুগী দায়িত্ব লৈ, মাগী লায়েবিলিতিনি;

[ভ] মহৌশাগী পথাপ [ইনভাইবোনমেন্ট] শোকহনবা যাদে;

[ম] মীয়ামবু পাকতক্লনা শোকপা যাবা খুৎলায শিজিন্নবা থিংই।

অসুম্না, ইন্তবনেস্যানেল হ্যুমেনিতবিযান লোবু ঙাক্লবা মালেমগী চৎন পথাপ শেমখিবশিনা, মীচম প্রজাবু লানগী মৈত্রাংদা মৈৱাযদনবা মবম কযা পীবি। অৱাং নোংপোক্কী লিববেশন গুবিল্লাবু, চাযনর্বিঙে মনুং নত্তনা, মতু নামা শোকতে; শোক্লবদি আইন থুগাইনা চৎপগী মবাল লঙজে।

ইং কুমজা ১৯৭৭ তা শেমখিবা এদিসনেল প্রোতোকোল অহানবা অমদি অনিশুবনা ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনশন মবিবু তেন্না মপুং ফাহল্লি। অহানবা প্রোতোকোলনা মীচম্মু ঙাকথোক্লবা অমদি যেক্লবগী খুত্তা তাথ্রবা মীচম্মু শোক্তনবগীদমক্তনি। অনিশুবা প্রোতোকোলনা নন ইন্তবনেস্যানেল আর্মদ কনফ্লিক্টতা অৱাবা নংখ্রবশিংবু শোক্তনবগীদমক্তনি। পনবা যাবদি, ইং কুমজা ১৯৬৭ তা সেক্যুর্বিতি কাউন্সিলগী ৱাবেপ ২৩৭ না চাযনর্বিঙে মনুংদা মীওইবগী হক ঙাক্লবা পীখি। ইং কুমজা ১৯৬৮ গী তেহবেন কনফবেন্সনা, অমসুং যুঃ এনঃ গী জেনবেল এসেমব্লী বিজোল্যুসন নম্বব ২৪৪৪ না লালগী মৈত্রাংদা মীচম্মু শোক্তনবা পীদুনা লাকই। ইং কুমজা ১৯৭০ দা জেনবেল এসেমব্লীনা তাবা ৱাবেপতা, বেজিস্তেন্স ঈহৌ তৌবা অমদি মনিংতম্বগী ঈহৌ তৌবশিংবু ফাবর্বাদ, প্রিজনাব ওফ ৱাব ওইনা ইকাযখুম্লনবা পল্লি। নিযম অসিবু ভাবত সবকাব, মাগী লাম্নী মকোকতগী হৌবগা, খ্বাযদগী পিল্লবা ওঃ সিঃ অমনা খশুগদবনি, শম্না মফৈ অম্না কাযদনা চৎকদবনি। ইং কুমজা ১৯৭৩ দা অমুক্কা হন্না জেনবেল এসেমব্লীনা সেল্ফ দেতবমিনেশন তৌনবা ঈহৌ তৌবিবা, অমদি

লমলোইচনবগী মায়োক্তা শোক্লবিবা পুম্নবু ফ্রিদম ফাইতব ওইনা, অহুমশুবা জেনেভা কনভেনশনগী মখাদা প্রিজনব ওফ ৱাব ওইনা মতিকচাবা মীওইবগী হক ঙাক্লবা, ইকায়খুম্নবা থম্নবা ৱাবেপ তাই। ইন্দিয়াগী ওইনদি, ইং কুমজা ১৯৫০ নবেম্বব ৯ দা, জেনেভা কনভেনশন মবিদি সহি তৌবগা ১৯৭৭ কী প্রোতোকোল অনিমক সহি তৌদনা লৈবি। মালেমগী লৈবাক অয়াম্বনা প্রোতোকোল অনিমক সহি তৌখ্রে। ভাবত সবকাবনা মাগী জেনেভা কনভেনশন এক্ট ১৯৬১ শেমদোক্লুনা, পৃথিবীনা যানববা পথাপসি হাপচনফম থোকই।

## নৈনবা

ইন্তবনেস্যানেল হ্যুমেনিতবিয়ার্ন লো নৈনববা মতুংদা ফংলিবা, কায়বা যাদবা চৎন পথাপ খবদি অসিনিঃ [১] দোকত্রিন ওফ মিলিতবী নেসেসিতি–হায়বদি, মিলিতবীগী তাবগেৎ নত্তবা শোকপা যাদবা, দবকাবগী ৱাংমদা খুৎলায থাদবা; [২] দোকত্রিন ওফ লিমিতেদ মিলিতবী মেথোদ–হায়বদি, ঙমখৈ নাইদবা মওংদা, লালগী মমিংদা থানিংবা খুৎলায থাবা থিংবা, [৩] দোকত্রিন ওফ প্রোপোবসনেলিতি–হায়বদি, কাং হাৎপদা তোপ শিজিন্নবা যাদে; [৪] দোকত্রিন ওফ সিভিলিযান প্রোতেক্সন–মীচম, খুৎলায যাওদবা লাম্মী, শোক্লবা লাম্মী, ফাববা ইন্সবজেন্ট, উপাই লৈজদ্রবা যেক্লবা লাম্মীবু লাযেংবা, ইকায়খুম্নবা, শোক্তবা, মীওইবগী হক লোইনমক পীবা, [৫] **মাবতেন্স ক্লোজ** – হায়বদি, কনভেনশন, প্রোতোকোল, আইন কযানা পীবিবা ঙাকলৌদা অহোবা লৈবম্লবদি, চাওখৎপা খুনাইগী থাদোকপা যাদ্রবা মওংদা, মীওইবগী হক ঙাক্কদবনি; আইন্দা যাওদে হায়দুনা, অহোবা থীদুনা হক থুগাইবা য়াবোই।

ইবাং লৈবিবা অৱাং নোংপোক্কী ওইনদি, ইন্সবজেন্ট, লিববেশন মুভমেন্টনশু আইনশি ঙাকপা তাই; মদুগী মথক্তা, কনভেনশনগী কমন আবটিকল ৩ শুবা অমসুং ২ শুবা প্রোতোকোলবু ঙাক্লা চৎপা তাই। মখোয়বুশু ৩ শুবা জেনেভা কনভেনশনগী আবটিকল ৪[এ] [২] না ঙাকথোকই। মদুগী মথক্তা, সেল্ফ দেতবমিনেশনগী ঈহৌ তৌববু, প্রোতোকোল অহানবগী আবটিকল ১ [৪] অমদি, আবটিকল ৯৬ [৩] না ঙাকথোক্লবা ফিভম পীদুনা

লৈ। লিবরেশন মুভমেন্টপু মালেমগী ইন্তরনেস্যানেল লোগী সবজেক্ট অমা ওইনা শক খঙনরে; মদু মতম অমদদি থোকখিদে। [ICRC গী চেফোঙ কয়া কুপ্পা নৈনবগী মথক্তা, হেনরী দ্যুনান্ট ইনষ্টিট্যুৎকী ১৯৯৩ দা ফোঙবা– 'ইন্তরনেস্যানেল হ্যুমেনিতরিয়ান লো' বু নৈনবা চঙই] মীওইবগী হক্কা [হ্যুমেন রাইটস লো] গা হ্যুমেনিতরিয়ান লোগা খেন্নবদি, অকোনবগীশি JUS COGENS নি, কদৌনুংদা কায়বা য়াদে।

# ১৭

# ইন্তরনেস্যনেল ক্রিমিনেল কোর্ট

## আইঃ সিঃ সিঃ*

লাল, মুক্কবা, শযেং পাম্নোম ঙান্নবা য়েংথিনবগী থৌদোক কয়াবু, মালেমগী পুরাবীদা ইদুনা লৈবি। কনানা মীগী লৈবাক কবাম্বদগী লান তাবা, কনানা মশা ঙাকথোক্কবা, কনানা মীথা পোনবদগী তঙাযফদনা নাম্থোক্কবা, কনানা আবযান জাতিনা মালেমগী নিংথৌবেল ওইগনি হাযনা থাজকবা, কনানা ক্লাস স্ত্রগল লালহৌ, কনাগুম্বা মীনুখাংশিংনা মবম লৈতনা মতিক ময়াই উৎথোকনবা তৌবা মবমদগীনি। ইবমদমনা, নিংতম্বা হনজনগদবনি হাযবগী ঈহৌ থোকই। মদুবু যাদবা মীওইশু লৈ।

পুন্নমকসি থোক্লা থোক্লা, মালেম্না পাক্কনা যানবিবদি - মীওইবগী কাংলুপ অমা তুম্নবা হাৎপা-তুপ্পা তৌবা, মালেমদা লান্দাবগীদমক্তা ওইনা মীহাৎ মীপুন তৌবা [শন্না হাযববদা, ইন্তবনেস্যনেল ক্রাইম] হাযবসি চৈবাক পীগদবনি হাযবসিনি। ফোঙ ফোঙ শানা উবমবদি, যুগোস্লাভিয়া লৈবাক্কগী তোঙান্না তাজখ্রবা, মনিং তমখ্রবা বোসনিযা হবজগোভিনাদা, মপাঙ্গল লৈববা সর্ব [Serb] জাতিনা বোসনিযাশিংগী মাযোক্তা লাম্মী থাজিন্দুনা মী লিশিং কযা হাৎপা-তুপ্পা তৌবম্বদুনি। যুঃ এনঃ না, সর্বশিংগী কাহেনবা লীচৎপু চৈবাক পীননবা, অহানবা ওইনা ৱাব ক্রাইম্স ট্রাইবুনেল শেমদুনা থবক লৌখৎখ্রে। মসিগী মমাংদসু, UNIPROFOR [য়ুনাইতেদ নেসন্স প্রোতেক্সন ফোর্স] না কাহেনবা, মীহাৎপা সর্ব বাজনিতিৱালাগী, লাম্মীগী লাল থীংননবা থবক পায়খৎখিবনি। ঙসি ফাওবদা, থৌদোক অনিদা মালেমগী ওইনা ক্রিমিনেল জুবিসদিক্সন শেমখ্রে।

**ৱার ক্রাইম্স ট্রাইবুনেল**

অনিশুবা লাঞ্জাও লোইবকপদা, ন্যুবেমবর্গ অমদি তোকিয়ো ৱাব

---

* বোম স্তেতুৎ ওফ দি ইন্তবনেস্যনেল ক্রিমিনেল কোর্ট [A/CONF 183/9, জুলায, ১৭, ১৯৯৮] কুপ্পা নৈননবা ইন্তবনেত নম্বব: http /www un org/icc/part I htm

ক্রাইম্স ত্রাইবুনেলনা আবযানিজমদা কা হেন্না থাজবা, লানতৌবা জর্মনগী লুচিংবশিংবু, অমদি মাবু শৌগৎপা ফেসিষ্ট লুচিংবা অতৈবুশু, মবিকচুম্না চৈবাক পীখ্রবা মতুংদগী, যুগোস্লাভিযাগী শেম্লিবা ত্রাইবুনেল অসিদা যুঃ এনঃ গী ৱাবীদা ইহান হানবনি। ভিযেৎনাম, বাঙ্গলাদেশ, শ্রীলঙ্কাগী মতাংদশু ত্রাইবুনেল লিংলম্বা য়াবনি, মদু থোকখিদ্রে।

যুঃ এনঃ গী পুৱাবীদা খ্বাইদগী অহানবা লিংলিবা ত্রাইবুনেল অসি, সেক্যুবিতি কাউন্সিলগী ৱাবেপ নম্বর ৮২৭, মে তাং ২৫, ১৯৯৩ গী মতুং ইন্না লিংখিবনি। মমাংগী চেপ্তবদা, ১৯৪৯ গী জেনেভা কনভেনশন ৪, ১৯৭৭ গী প্রোতোকোল ২ অমদি ইন্তরনেস্যানেল হ্যুমেনিতরিয়ান লো গী মপুং ওইবা বাফম নৈনখ্রে। বাবেপ ৮২৭ শুবগী মতুংইন্না লিংলিবা ত্রাইবুনেল অসি, ইন্তরনেস্যানেল হ্যুমেনিতরিযান লো-গী মতুংইন্না, মবাল লৈবশিংবু বাযেল্লগা, চৈবাক পীননবা শেম্লনি। মতাংচানা ন্যুরেমবর্গ অমদি তোকিযো ত্রাইবুনেলবুশু নৈনবা চুমই।

সেক্যুরিতি কাউন্সিলগী ৱাবেপ ৮২৭ শুবা [১৯৯৩] গী মতুংইন্না, কাউন্সিল অসিনা ত্রাইবুনেলগী জজ [ৱাযেনবা] ওইনবা মী ২৩ খনখ্রে। মদুগী তুংদা চহি ৪ গী থবক পুনবা, জেনরেল এসেমব্লীনা মেম্বর ১১ খক মীখল তৌবগা খনবনি। ত্রাইবুনেল অসিদা, ৱাযেন্নবা লোযশঙ [চেম্বর] ২ ৱাকৎনবগী [আপিল] চেম্বর ১ লৈ, মদুগা লোযননা প্রোজেক্যুতবশু লৈ। ত্রাইবুনেল অসিনা যুগোশ্লাভিযাদা, ১৯৯১ দগী হৌবগা তুজুংলবা, মীহাৎ-মীপুন তৌখিবা লন্নাই মীওই, লাম্মীশিংবুশু মশক খঙদোক্লগা ৱাযেনলি।

মমাঙদা, সেক্যুবিতি কাউন্সিলদা শেমখিবা মীওই ৫ না শাবা ৱাব ক্রাইম্স কমিসন্না ঈ-পাও মবিকচুম্না খোমজনখ্রবনি। পনবা য়াবদি, যুঃ এনঃ গী হ্যুমেন রাইটস কমিতিগী চেবোল কয়াদা, বোসনিযানশিংবু ওৎ-নৈবা, মীহাৎ-মীপুন তৌবিবা মীওই/লাম্মীগী মমিং মথা, অকুপ্পা কযাশু ফোঙখ্রবনি। মখোযগী মমিং মথানা, নুমিৎ থানা লৈবিবমখৈ মীগী মনিংতম্বা মুৎথৎপা লাকপা হিংচা-যাইতম্বশিংগী লিষ্টতা লৈহৌগদৌবিবনি; আবয়ান বেসিষ্ট নাজিশিংগী মমিং মথা মুৎপা লৈতনা থম্বগুম্বনি।

ত্রাইবুনেল অসিনা নৌনবকপদা যাওরিবর্দ—লাম্মী/মীওই অদুনা মথক

থোঙবগী য়াথংনি হায়দুনা নাম্বোকপা য়াবোই; মশা/মবান্নাইগী দায়িত্ব ওইগদবনি, ফাদোক পীবা য়াই। মবাল লৈবশিংদু অঙাং ওলহনবগী চৈবাক [death sentence] পীবগী থাক্তা লৈ – নিয়মগী যুম্ফমদনি। মথংদা, রুয়ান্দা ট্রাইবুনেল ইং ১৯৯৪ দা লিংই।

নিয়ুরেমবর্গ অমদি তোকিযো ট্রায়েল-পথাপতদি, লান্দাবকপা লান্মীগী ফম্নাইবা মকোক অয়াম্বা অঙাং ওলহনখি। মীয়াম্বু ওৎপা নৈবা, হাৎলিবা, বোম থাদবিবা, নুপী অঙাংশিংবু ফাবগা ওক্তবা লীচৎ [রেপ] চৎলিবা লান্মীশিংদুবু চৈবাক পীনবগী লিংখিবনি। সবকাবগী খ্বায়দগী অচৌবা, যাইতোং খমদোংবা ওইববশু, মবাল লৈবমলবদি, রাবেপ ৮২৭ [১৯৯৩] গী মখাদা লিংলিবা ট্রাইবুনেল অসিনা চৈবাক পীবক্লবা থবক পাযখৎলি। ইন্তরনেস্যানেল ক্রাইম তৌবশিংবু, চৈবাক পীবা হায়বসিদা কনানা চৈবাক পীগদগে হায়বদা অরাবা খবদি মবে, অদুমকপু চার্তরগী চেপ্তর ৭ শুবগী মতুংইন্না, সেক্যুরিতি কাউন্সিলনা থবক পাইখৎপা সেংসন পীবা নত্রগা মিলিতরী ওপবেশন চঙবা ঙমই। পললৈবা যাবদি, কুরাইতপু ৯ শুবা প্রদেশ ওইনা তিংশিনরীকরা ইবাকপু, সেক্যুরিটি কাউন্সিলনা রাবেপ লৌবগা, মখোযগী লান্মী তেঙ্গোল লোযননা, কোলিশন ফোর্সনা থুগাযখ্রিবদু কৃইদ্রিবা মতম্গী বানি।

ইন্তরনেস্যানেল ক্রিমিনেল জুরিসদিক্সন অসি চৎথবিবা থৌবাং অমা ওইবতা ঙাযবিবনিনা, লীশাংশিংনা লাকপা যাবা কয়া তুপথোকপা রানা থোক্কনি। অদুমকপু, তুংদা মান্নবা থৌদোক থোবকপদা, খুদম পীবগা মালেমগী পুক্নিংদা রাকৎপদদি কোম্না থোক্লগনি; হাযফম পনফম অমদি লৈবে। লিশাংশিংনা লৈবা যাবা ক্রিমিনেল জুরিসদিক্সন অমা থম্বা চুম্না হাযবসি, মালেমগী অখণ্ড অহৈগী অমদি লৈঙাকপশিংগী মবক্তা নৈনবকই। তেরোরিজমগী মতাংদশু, মদুবু থিংননবা থৌবাং কয়া, যুঃ এনঃ দা খন্ন-নৈনবা চহি খবসিদা চৎথবকলি। খঙজিনবা চুম্না রাফম অমদি মালেম্না নেস্যানেল লিবরেসনবু আইন চুম্না ওইনা লৌই; অদুবু, তেরোরিজম হাযবদুদি ক্রাইম ওইনা লৌবে।

ইং ১৯৯৩ জুন থাদা ভিয়েন্নাদা তাখিবা রাবেপকী মখা চৎথবকপা ওইনা, মালেমগী ওইনা ইহান হানবা ওইনা ফেব্রুরাবী তাং ২৮, ১৯৯৪ দগী হৌনা চহি ৪ গী থবক পুননবা, হ্যুমেন রাইটসকী হায কমিশ্নরবগী

ফম শেম্বগা লোয়ননা ফম অদুদা জাসে আয়ালা লাসো [Jase Ayala Laso] বু হাপখ্রে। মহাক ইকুয়েদর [Ecuader] গী মীহুৎ ওইনা, সেক্যুরিটি কাউন্সিলগী প্রসিদেন্টশু ১৯৯১-১৯৯২ দা ওইখি। মহাকপু ১৯৯৭ দা মেরী রোবিনসননা মহুৎ শিনখি। হায় কমিশ্নারসিগী মথৌ-মশিন কয়াম পাক-চাওবগে হায়বদু মেন্দেত অমদা পীরে। মহাক্না মেন্দেত অসি পাংথোক্কদবনি। মহাক্কী মেন্দেততা ক্রিমিনেল জুরিসদিক্সন য়াওদে।

ইং কুমজা ১৯৯৪ দা লীঙখৎখিবা রবান্দা ত্রাইবুনেলনা সেপতেম্বর ২, ১৯৯৮ দা পীখিবা রাই মতুংইন্না, মেয়োর জিন পোল—অকায়েসুবু জিনোসাইদকী মরাল লৈরে হায়খি। মদুগা লোয়ননা, রবান্দা ত্রাইবুনেলনা সেপতেম্বর ৪, ১৯৯৮ দা, রবান্দাগী হান্নগী প্রাইম মিনিষ্টর ওইরম্বা জিন কম্বান্দাবু ইং ১৯৯৪ দা জিনোসাইদ তৌবগী মরাল ফংলদুনা মপুন্সি চুপ্পগী জেলদা থম্বগী রাই পীরে।

## ন্যুরেমবর্গ-তৌকিয়ো ত্রাইবুনেল

ন্যুরেমবর্গগী ৱায়েন্দা কাংলুপ অমবু তুম্নবা হাৎপা/হাৎনবা হোৎনবা [জেনোসাইদ] তু মীওইবগী মায়োক্তা লঙজবা খ্বাইদগী চাওরবা মরালনি [ক্রাইমনি] হায়না তাখি। মদুমক তোকিয়োগী ৱায়েন্দসু তাখি। অনিশুবা লাঞ্জাও থোকহনখিবা আর্য্যজাৎকী রেসিষ্ট জর্মন নাজীগী লুচিংবা, মখোয়বু শৌগৎপা ইতালীগী/জপানগী ফম্নায়বশিংদুশু ৱায়েন তৌরগা, মালেমগী ইং তপ্না পান্নবা মওংদা চৈরাক পীখি, হাৎখি।

ইন্তরনেস্যানেল মিলিতরী ত্রাইবুনেলগী ওক্তোবর ১, ১৯৪৬ কী অরোইবা ৱায়েন মতুংইন্না, ফম্নাইবা কয়াবু চৈরাক পীখি। মদু কাওবা য়াদবা পুৱারীগী মচাকনি। জাপানগী জেনবেল ইৱানে মাটসুই [Iwane Matsui] না চীনগী নানকীংদা, ইং কুমজা ১৯৩৮ দা মীওৎ, মীহাৎ-মীপুনগী ওর্দর পীবগী মরান্দা, মহাকপুশু ৱায়েল তৌরগা হাৎখি। লালগী চৎনবী থুগাইবগীদমক্তা জেনবেল য়ামাসিতা [Yamashita] বুশু ৱায়েল তৌরগা হাৎখি। ফম্নাইবা কয়া চৈরাক পীখি। মদুগা হাইরপ মান্নবা ফিভমদা, যুগোস্লাভিয়াগী ত্রাইবুনেল অসি ১৯৯৩ দা শেমখিবনি। লাম্মীগী জেনেরেল লৈবাক্কী লুচিংপুরেল কয়াবু মরালগী মতুংইন্না চৈরাক পীবা হায়বসি তোয়না

থোক্লবশু, চৎনবকলিবা পথাপনি। মশানা সুইসাইদ তৌবমদ্রবদি, লৈবাক্কী মকোক থোংবা কযামকম হাৎপগী দন্দী পীবগদবনি।

ন্যুবেমবগগী নিযম [প্রিন্সিপল] শিং, ইন্তবনেস্যানেল লো কমিসন্না অয়াবা পীখ্রে। অহানবা প্রিন্সিপলদি অসিনি—"কনাগুম্বা মীওই অমনা, ইন্তবনেস্যানেল লোদা ক্রাইম ওইনা লৌবা মবাল অমা লঙজববদি, মহাক্না মবালদুগী দায লৌগনি অদুগা, মহাকপু চৈবাক পীবা তাই।" প্রিন্সিপল অহুমশুবনা হাযবা মতুংইন্না, মবাল লৈবা মী অদুবু 'হেদ ওফ দি ষ্টেট' নি নত্রগা, অচৌবা ফম পাযবনি হাযদুনা, মবাল অদুদগী মহাকপু কোকপীবা যাদে। মবিশুবা প্রিন্সিপলগী মতুংইন্না, মাগী সবকাবনা যাথং পীবনি, মাদি ইনজবর্তনি হাযদুনা, মহাক মশাগী মবন্নাই মবালদু কোকপা তৌদে। ইন্তবনেস্যানেল ক্রিমিনেল লো, হ্যুর্মেনিতবিযান লোগী অনৌবা যুম্ফম, শৌদাং কযা থোবর্কলি। শম্না হাযববদা, মালেমগী চৎন পথাপনা মবালনি হাযনা যানববা, মবাল লঙজবা মীদু মানা পাযবা ফম্না, হেদ ওফ দি ষ্টেট, জেনবেল মকোক ওইরুবনা মবাল কোকপা লৈতে। যুম্ফম অসি মবা চেৎহন্নবা, লেপ্তুনা গীজন হুমজনবা, মালেমগী মীযামগী অপান্না যোকখৎপা চঙলি। ইং তপ্না লৈবা নত্রগা লান তৌনবা মতমদশু, মীওইবনা যানবা পাদম অমগী মথা পোন্না চৎলি। ক্রিমিনেল জুবিসদিক্সনগী পাদম অমা তুংকোইনগী থম্বা চঙই। নিযমসি অবাং নোংপোক্তা চৎনবোই হাযবা লৈতে।

## ইন্তরনেস্যানেল ক্রিমিনেল কোর্ট

জেনবেল এসেমব্লীনা ইং কুমজা ১৯৯২ দা আইঃ এলঃ সিঃ[ইন্তবনেস্যানেল লো কমিসন] দা থবক শিন্নবদগী, ইন্তবনেস্যানেল ক্রিমিনেল কোর্ট [ICC] কী দ্রাফ্ট ফংলদুনা দিসেম্বব ১৯৯৫ দা, জেনবেল এসেমব্লীনা, প্রেপ-কোম [প্রিপেবাতোবী কমিতি] শেমই। প্রেপ-কোমগী অবোযবা মীফমদু এপ্রিল থা, ১৯৯৮ দা লোইবদুনা দ্রাফ্ট অদু শেম শাই। ৱাবকিং গ্রুপশিংনা জুবিসদিক্সন, জেনবেল প্রিন্সিপলস ওফ ইন্তবনেস্যানেল ক্রিমিনেল লো, ত্রিগাব মেকানিজম, প্রোসিদ্যুব, ক্রাইম মশক তাকপা, ইন্তবনেল আর্মদ কনফ্লিক্ট [ভাবত য়াওনা, লৈবাক মঙা খক্তংনা ইন্তবনেল আর্মদ কনফ্লিক্টপু যাওবিদনবা হন্না হন্না মবৈ মবা তৌখি, ১৯৯৭ কী ৱাবকিং গ্রুপ ১ বদনি] গী হিবমদা মালেমগী তেংবাংনবা, পেনালতি-

চৈরাক্কী মরমদা য়ানবা ঙম্লবা ৱাফম শেমদুনা লাকখি। জুলাই ১৭, ১৯৯৮ দা আইঃ সিঃ সিঃ গী ফিরেপ তাখ্রে। মপুংফানা আইঃ সিঃ সিঃ বু শেমগৎপদা চহি খব মশানা চঙগনি। জুলায় ১৭, ১৯৯৮ দা রোম সহরদা লৈবাক ময়াম্না কোর্ট অসি লিংননবা ত্রিতি সহি তৌনদুনা য়ানখ্রে —এদপ্ত তৌরে।

ইন্তরনেস্যানেল ক্রিমিনেল কোর্ট [ICC] গী মফমদা মশক খঙগদৌবিবা মরালগী মনুংদা, জেনোসাইদ [জাতি অমবু তকনা হাৎপা], এগ্রেসন, মীহাৎ-মীপুন, মীওৎ-মীনৈ, মীনাই ওইনা থম্বা, রাজনিতিগী, লাইনিংগী, ফুরুপকী য়ুম্ফমদা ফাদোক ফাজিন তৌবগী মরাল—ৱার ক্রাইম, মীওইবগী মথক্তা লঙজবা মরাল, হায়জেক তৌবা, মীবু ফাবা, এপারথৈদ, ড্রগ আইন কায়না ললোনবনচিংবা য়াওনবা থাংগৎখি। চীনাগী মীৎয়েংদগীদি, এগ্রেসনগী ৱাফম মপুংফানা যানদ্রিবনিনা, এগ্রেসনবু য়াওশনবা পামদে। ষ্টেট ঙাক্তগী মথৌদাংবু য়ুঃ এনঃ না থম্লবা মরম্না, 'তেরোরিজম' দি ক্রাইমগী লিষ্টতা য়াওদে— আইঃ সিঃ সিঃ গী থবক মনুংদা থমদবগী ৱাতনি, তেরোবিজমদি মালেম্না ক্রাইম ওইনা লৌনরি। জুলায় ১৭, ১৯৯৮ দা মথক্কী কোর্টকী স্কোপপু খব ককথখি।

লৈবাক ২-৩ নত্তনা, চহি ১৫ গী মখাগী অঙাংবু লানগী থবক্তা শিজিন্নবদা থিংবা পামই। অমেরিকা অমদি ভারতনা কোর্ট অসি লিঙননবা তৌদোক্লম্লগা, অকোনবদা লিঙদনবা হোৎনরকই।

জুরিসদিক্সনগী মতাংদা কমপলসরী নত্রগা ওপসনেল ওইগদ্রা হায়বগী ৱাফম লাকই। মদুগী মথক্তা 'দবল জিওপাবদী' — মরাল অমগীদমক মী অমবু অনিরক চৈরাক পীবা য়াদবগী চৎন-পথাপশু লৈরি। ইন্দিয়াগী ওইনদি, কোর্ট অসিগী মশাগী লোয়নজরকপা [ইনহরেন্ত] জুরিসদিক্সন থম্বা পামদে- তৌবগীদি, মীওৎ-মীনৈ, মনুংগী লাল কয়া লৈরিবনা মদুবু কুপশন্নবা হোৎনবা হৈশিংলবা জাতি অমগী লোনচৎনি। ষ্টেট অমনা মরালদুবু থিগৎপা, কেশ চথবা পামদ্রবা মতমদা, কোর্ট অসিনা কেশ লৌবগী ৱাশু পীরি। কোর্ট অসিনা, লৈবাক অদুগী সিস্তেমনা কেশ অমা চথবা ঙমদ্রে হায়বগী ৱারেপ লৌবা য়াই— মসিদা, ইন্দিয়াগুম্বা লৈবাক্তা নুংনাংবা পী। সেক্যুরিতি কাউন্সিলনা কোর্ট অসিদা ৱাকৎপা ঙমই।

ষ্টেট অমগী ওইনা ইন্তবনেস্যানেল ক্রাইম তৌকবগী দায়িত্ব লেপ্পগী ৱাফমশু লাকই। ষ্টেট অমগী দায়িত্ব লৌরোইদবগী তাঞ্জা পীনবা ৱাশু য়াওবি – খুদম ওইনা, দিসত্রেস, দবকাব, মশাবু ঙাকথোকচবা, অমদি, শোক্লবা ষ্টেট অমগী হকনচিংবা।

ত্রিগব মেকানিজমগী ৱাফমদা, কবম্না থবক পায়খৎকদগে হায়বা ৱাহং লাকই। ওইথোকপা য়াবদি [১] য়ুঃ এনঃ গী চার্তব শেমদোকপা, [২] জেনবেল এসেমব্লী অমদি সেক্যুবিতি কাউন্সিলনা ৱাবেপ অমা লৌবা; [৩] লৈবাক ময়াম হুপ্পা [মলতিলেতবেল] ত্রিতি অমা সহি তৌনবা অসিনি। ত্রিতি এদপ্ত তৌবদা [৩] শুবা ওইথোকপসিদা য়ানবে। কোর্ট অসিগী য়াথং অদু থবক্তা পাংথোকপা তাববদি, সেক্যুবিতি কাউন্সিলগী অকনবা থৌদাং চংলকই। 'ইন্তবপোল' নচিংবগী থবক্লা মতেঙ ওইবোইদ্রা হায়বশু নৈনবা চঙই। য়ুঃ এনঃ সেক্রেটবী জেনেবেলগী মখাদা, মতম পুম্বগী ওইনা মলতিনেসনেল ফোর্স অমা থম্বা ওইথোকপ্রা হায়বদুদি নৈনবগী মনুংদা চনদ্রি। পনবা য়াবদি, আইঃ সিঃ সিঃ গী জুবিসদিক্সন অসি হেগতা লৈবিবা ইন্তবনেস্যানেল কোর্ট ওফ জষ্টিসকী থৌদাংগা খেন্নে। ত্রিতি সহি তৌববা মতুংদা, কোর্ট অসি লিংবা হৌই।

য়াম্না ফজনা নিংশিংবা য়াবদি, জেনেভাগী ১৯৭৭ কী প্রোতোকোল অহানবা অমসুং অনিশুবা শেম্বগী দিপ্লোমেতিক কনফবেন্সতা এনঃ জিঃ ওঃ ময়াম্না কন্না শকক যাখিবগুম, হিবম অসিদশু এনঃ জিঃ ওঃ কোলিসন্না অকনবা লোববীয়িং তৌখি। নুপীগী কোকসনশু, নুপীগী মতাংদা ৱাফম থাংগৎখি। মঙাশুবা সেসনগী ৬ শুবা ৱাবকিং সেসন্দা, মবাল লঙজববা মীওইবু জেলদা থম্বা, ফাইন তৌবা, বিপ্যাবেশন পীবা লৈবাক ময়াম্না পামখি; অদুবু, পব্লিক ওফিসতগী থবক থদৎপনচিংবদা য়ানিংদবা ফোঙদোকই। কুনমাথোযশুবা চহিচাদা, ক্রিমিনেল কোর্ট অসিগী কান্নবা মীওইবনা উবা ফংগনি।

জেনোসাইদ, ৱাব ক্রাইম, ক্রাইম এগেনষ্ট মেনকাইন্দ তৌকবা লাম্মী, মীচম, লুচিংবা, ফম্নাইববু ৱাযেনবা কোর্ট অসিনা ঙমই, চৈবাক পীবশু ঙমই। অৱাং নোংপোক্কী লমদা মবাল লঙজবিবশিংবু কবম্না কোর্ট অসিগী মফমদা পুবক্কদগে হায়বদু একাদেমিক ওইনা লৈবিবা ৱাফমনি; যেংশনবা হৌবা য়াই।

# ১৮

## কোভেনান্টকী অহানবা আরটিকল

# ফুরুপকী মরোমদোম লেপ্পগী হক*

ইং কুমজা ১৯৬৬ কী ইন্তবনেস্যানেল কোভেনান্ট ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল বাইটস অমসুং ইন্তবনেস্যানেল কোভেনান্ট ওন ইকনমিক, সোসিয়েল এন্দ কলচবেল বাইটসকী অহানবা আবটিকলনা পীবিঃ "মী ফুকুপ পুম্নমক্কী মবোমদোম লেপচনবগী হক লৈ। হক অসিগী মতেঙনা মখোযনা মনিংতম্না মখোযগী বাজনিতিগী থাক লেপচৈ অমসুং মনিংতম্না মখোযগী শেল থুমগী, খুনাইগী অমদি নাৎকী চাওখৎনবা হোৎনজগদবনি"। মালেমগী আইন্না হক অসিবু পীববশু, হক অসিবু ফঙনবা হোৎনবা হাযবসি লাযনা থোক্কে—বাজনিতিগী ৱাথোক্কা চৈন্নে। ৱাথোক অদুবু মখাদা কেশ খব খনগৎলগা নৈনবি।

মণিপুবগী ওবর্জেক্তিভ ওইবা নোংমগী চেফোঙশিংনা মহৌশাগুন ১৫ শুবা ওক্তোবব, ১৯৯৮ আস মণিপুব লৈবাকপুন্বা লিববেসন মুভমেন্টকী লূপ অহুম্না বন্দ কৌবনা মবম ওইদুনা, চাং-তম পুন্না তুমিৎ কাঙ ফাওবা পাইদে হায়না পাওদম্লি। ময়াংগী চেফোঙশিংনা ষ্টেট অমগী নিউজভেল্যু লৈবা অচৌবা থৌদোকপু হেদলাইন্দা হাপ্পদি লাযবদুনা, যাম্না পিক্রা মীনা পাগন্দবা কাচিন অমদা পাওদু এলবজিক ওইবগুম্না হাপই। ১৯৯৫ দা আসাম ত্রিবুন্না কবিমতা পন্দনা ইঞ্চি ১ গী কলমদা, সেন্তিনেলনা ইঞ্চি ১½ দা, তাইমস ওফ ইন্দিয়ানা ইঞ্চি ৩½ দা, অসুম্না লোৎশনবা পাও ওইনা ফোঙই। ঙসি ঙবাংদি অহোংবা উবা ফংই। কাশ্মীবগী বিপোর্টিংদি, মযাংগী

---

* বিসার্চ স্কোলাবনা হক অসিগী নিযম [প্রিন্সিপল], চৎন পথাপ, মালেমগী আইন, অইবগী ,লাইবিক 'বাইট ওফ ওপ্রেসদ নেসন্স এন্দ পীপলস', ১৯৯৬ তা কুপ্না নৈনবা যাই। মতাং অসিদদি, বার্জানিতিগী ৱাথোক পোলিতিকেল প্রোসেস খক্তবু নৈনবদা, চৎন-পথাপকী অকুপ্পা পন্দে। মসিবু কুপ্না খংনবা অইবগী 'মণিপুব পুরাবী', ১৯৯৭ নৈনবা যাই।

ব্রাউন [চোকোলেত] জর্ণেলিজম্না য়াবিবর্মখৈ হেদলাইন্দা হাপই। অদুবু, বিকোর্দকীদমক্তং, তাইম্স ওফ ইন্দিয়াগী ১৬-১০-১৯৯৫ গী হাপনিংদনা হাপ্লা, প্রোফেসনবু লক্লবা, পাওতেক্তুনা পীবি– 'Two outlawed militant organisations enforced an 18–hour bandh in Imphal [অচুম্বদি মণিপুব] from Saturday midnight in protest against what they said was Manipur's forcible merger with India on October 15, 1949 People remained indoors and not a single vehicle plied." ইং কুমজা ১৯৯১ দগী ১৯৯৮ ফাওবদা, হান্নগী চহি কয়াদা চঙশিনখিদবা খোঙজং অমা মণিপুবনা উবা ফংই। মদুগী মকওইবা তাক্কক খব পনবা যাই।

নেস্যানেল কনভেনশন ওন মণিপুব মর্জব ইস্যু, ওক্তোবব ২৮-২৯, ১৯৯৩ ইম্ফালনা তাখিবা ৱাবেপ মখাদা পীবিঃ

> THE PLENUM OF THE NATIONAL CONVENTION Resolved that the Manipur Merger Agreement signed by and between the Maharajah of Manipur and the representative of the Dominion of India on the 21st September, 1949 did not have any legality and constitutional validity

মথক্কী অসুম্না, মণিপুববু* ভাবতনা লৌশিনখিবা [ৱাহৈদনা মর্জব হাযশনবা] অসি লাল্লি হাযবসিগী মখা তাবা ফিবেপ ওইনা, দিসেম্বব ৮ দগী ৯,১৯৯৪ দা ইম্ফালদা ফমখিবা নেস্যানেল সেমিনাব ওন হ্যুমেন বাইটসকী ৫ শুবা ৱাবেপনা অসুম্না অমুক পীবি–

> The Union Government of India be strongly urged upon to allow the people of Manipur to exercise their legitimate Right to self-Determination

---

* মণিপুবগী মপুংফাবা একাউন্ত, অইবনা স্পোন্সব তৌবা [ইদ], মণিপুব পাষ্ট এন্দ প্রজেন্ট, ভোল্যুম ১,২,৩,৪, মিতাল পব্লিকেশন্স, নিযু দেলহীদা যাওই। ভোল্যুম মবি অসি অইবনা মার্চ, ২৫,১৯৮৫ দগী প্রোসেস হৌবগা, ১৯৯৮ দা, চহি ১৩ থক্তগী অতেনবা মতমদা লোযশনবা থবক্নি।

মীয়াম্মা তাল্লিবা হক অসি কোভেনান্টকী অহানবা আরটিকল অদুবুনি। ব্নারেপসিমক, মী লিশিং কয়ানা খুজিং ওইবা ডিসেম্বর ১০, ১৯৯৪ গী পোলোগ্রাউণ্ডতা তিনখিবদা অমুক হন্না য়াখি [এনদোর্স তৌখি]। ইং কুমজা ১৯৯৪ লোয়রকপা, ১৯৯৫ হৌগৎলকপদা মণিপুরগী নিংতম ঈহৌ ফুরুপ [NLM] অমনা পাক্তকননা লৈবাক অতৈদা চাইখি হায়বগী চেরোল কোপী মীয়ামদা য়েনবা ফংই। মণিপুরগী পুব্নারীদা, য়ুঃ এনঃগী মীৎয়েং চিংশন্নবা খ্বাইদগী অহানবা খোঙকাপতি মসিনা ওইগনি। ১৯৪৯-৫১ গী ঈহৌদা মসিগী মমি তাখিবা লৈতে। নিংতম ঈহৌ ফুরুপ অমনা অমুক ইকুই কুইদনা, ২৪-২৮ জুলায়, ১৯৯৫ দা য়ুঃ এনঃ ঐচঃ আরঃ সিঃ গী 'ব্নারকিং গ্রুপ ওন ইন্দিজেনস পোপ্যুলেসন্স, জেনেভাদা, জুলায় তাং ২৫ দা মখাগী ব্নাফমশি থমখিঃ

> In the colonial situation briefly stated above, Madam, the primary problem confronting the indigenous people of Manipur [as of the entire indigenous people of the Indo-Burma Region] is to put an end to the colonial occupation of India and to assert their right to self-determination.

জুনগী তাং ২-৩, ১৯৯৫ দা সিওলদা তৌবা মালেমগী নহারোল মহৈবোয়গী মীফমদা, মণিপুরগী মহৈরোয় অনিনা মথক্কী ব্নাফমশিগা নক্নবা চেরোল দেলিগেতশিংদা ফংহনবা, অমদি য়ুঃ এনঃ গী সেক্রেটরী জেনরেলদা য়ৌনবা কনফরেন্সতা লাকখিবা য়ুঃ এনঃ গী মীহুৎ মরিদা চে-চাং শিন্নখি হায়রি। লৈরিবা ফিভমশি মমুৎ তানা য়েংলগা, মণিপুরদা ফুরুপকী নিংতম ঈহৌ [NLM] অমা লৈরি হায়না, মীচং মীখায় নাইদবা মীওইনা লৌগনি। ফুরুপকী নিংতম ঈহৌসি, ঙরাংতমক পেন্দবদগী হৌরিব্রা নত্রগা, লিশাং শিংনা চত্থরকপ্রা হায়বা অমা, মালেম্মা খঙবা পামগনি। অইবা চে, রেকোর্দতা য়ুম্ফম ওইরগা, ঈহৌসিগী পুব্নারী, হিস্তরী অমা য়াম্না শন্নপ্না য়েংখৎপা চুমই।

মণিপুরদা ফুরুপকী নিংতম ঈহৌ [শম্না, ফুঃ নিঃ ঈঃ, NLM] ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী ঙসিফাওবা লৈরক্লি। এমঃ পীঃ অমনা খোল্লাও

চেফোঙ স্পেসিয়েল ইদিশন সেপ্তেম্বর ৩০, ১৯৮০ দা 'এন্তি ফ্যুদেল ইরাবোত ইন দি হিস্তরী ওফ মণিপুর' কৌবা আরটিকল অমদা, হিজম ইবাবোতনা "রাইট ওফ সেল্ফ দেতরমিনেশন" থবক্তা ওহোকপা পামলমই হায়না ইরি। ১৯৪৮ দা লৈনুং চঙখ্রবা ঈহৌদুগী রেদ গার্দ, ১৯৪৯ দগীদি লবুক্তা তাবা হৌখ্রে। ভারত সরকারগী ওইনদি, নিংতম ঈহৌবু তেরোবিজম ওই হায়না শিংথাই।

মীয়াম—লুচিংবা হিজম ইরাবোতপু নৈনবদা, মীৎয়েং অনি থোকই-অহানবনা, ইরাবোতনা মাগী মমা লৈবাক মণিপুরবু ভারতকী নেস্যানেল বুর্জর্যাশিংনা যোৎশনবদগী কনবা পামখি হায়বা অমা; অনিশুবনা, মণিপুব নেস্যানেল ক্যুইশনবু ইন্দিয়াগী ইম্পেরিয়েলিজমগী নাইথাং ওইনবা হোৎনবিবা মীওই খবনা শন্দোকপদি — ইবাবোত্তি মমা লৈবাক মণিপূববু শুপত্রেক-নাত্রেক তৌবগা ভাবতকী ওইখি হায়বা অমা—অনিসিনি। অনিশুবা যুম্ফম যাওদবা ইম্পেবিয়েলিজমগী ৱাখল্লোন অসিদি ১৯৪৯-১৯৫১ ফাওবদা লৈবা মতমদুগী প্রোলেতবিয়ানিজম, বিভোল্যুসনবু শেবান্নবা, ফৈজৈ চীংলগা ঙসি ঙবাং নৌনা মশাগী ওইজবা ফংনবা ইথোকপনিনা, অইবনা নৈনবা পামদ্রে। মতমদুদা লৈবম্বা ইদিওলোজীদা য়েংবা তাই।

অইবনা জুলাই অমদি ওক্তোবর, ১৯৯১ দা তৌখিবা ষ্টেট সেমিনাব ওন পোলিতিকেল ষ্টেতসতা নৈনখিবা মশাগী পেপব অহুমদা, ১৯৪৭-১৯৪৯ ফাওবদা মণিপুবনা মনিংতম্লম্বগী থাক অদু মরিকচুম্না নৈনখ্রে। মদুগী য়ুম্ফমদা কম্যুনিষ্ট ইন্সরজেন্সী, ১৯৪৯-৫১ দুবু য়েংখৎপা য়াই। গাংমুমৈ কামৈনশু, মাগী চেপ্তর [লেফতিষ্ট মুভমেন্ট এন্দ হিজম ইরাবোত সিংহ, লালদেনা, ইদ, হিস্তরী ওফ মোর্দন মণিপুব ১৮২৬-১৯৪৯, লাঃ ১৬৫ দা] ইরি– "After the departure of the British he [ইরাবোত] wanted an independent Manipur with full responsible government elected by the people, with the king remaining as a constitutional head"। অইবগী মীৎয়েং অসিমক হৌজিক্কী ওইনদি মণিপুর সরকারনা থিংজিনখ্রবা ভিঃ ভিঃ রাও গী ভোল্যুম ফোর মণিপুবদা [লাঃ ১৭৬ তা], ইরাবোতকী লালহৌদু মণিপুরগী নিংতম-লালহৌনি হায়রি। সোয়াম ছত্রধারীগী 'মণিপুরগী ইতিহাসতা ইরাবোত' [১৯৭২, লাঃ ৮,

৭৩] দা ইরাবোতনা মমালৈবাক্কী মনিংতম্বা পাম্বা, মীরৈবাক ময়াং-লৈবাক ভারতনা মরৈবাক মণিপুরবু লোইচনবদা য়াদবা ওইনা [লাঃ ৬১, ৬৭, ৬৮] ইরি। অখণ্ড-অহৈশিংগী অপুনবা মীৎয়েংশি য়েংলুরগা ১৯৪৯-৫১ গী মণিপুর কম্যুনিষ্টকী খুৎলায় পায়বগী লালহৌদু, মালেমগী ফুঃ নিঃ ঈঃ [NLM] গী মনুং চল্লি।

ইং কুমজা ১৯৫২-৫৩ দনা মণিপুর নেস্যানেলিষ্ট পার্টিগী মীয়ামমাংদা ফোংনা মর্জরবু য়াদবা, নিংতম্বা হনজনবগী ঈহৌদা, চীংমী-তম্মীগী লুচিংবা ফাজিনবগী ৱারী লৈবে। হৌজিক ফাওবদা পাক্তক্লনা য়ানরিবদি, ইং কুমজা ১৯৬০ হৌগৎপদা, কম্যুনিষ্ট লালহৌগী হেক ঙমথংদা, মৈতৈ ষ্টেট কমিতিনা অহানবা ওইনা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ তৌখি। কমিতিগী অহানবা মীফমদা মী চামরোম তিনখি। ৱাংখৈরাকপম তোম্বগী মৈতৈ ষ্টেট কমিতিগী খুৎলায় পায়বগী এনঃ এলঃ এমঃ –নিংতম ঈহৌ অসিগী হেক থংনবদা, পান মোঙ্গোলিযান মুভমেন্ট শাগৎপা, য়ুঃ এনঃ এলঃ এফঃ কী য়ুম্ফম থোনবা ইং কুমজা ১৯৬৪ দা হৌবকপসিনি। মথংদা, য়ুম্নাম গৌবদাস, য়েংখোম বুধচন্দ্রনা লুচিংবা প্রোভিজনেল গভর্ণমেন্ট অমা লাকখি। পাঙ্গৈগী মীফমদা মী ২৩ মুক তিনখি। মদুগী এক্সতর্নেল এফিয়ার্স পায়খিবা নামৈরাকপম বীসেশ্বরনা, চহি ১৮ গী লবুক তাবগী এক্সপিরিয়েন্সকা লোয়ননা, ১৯৭৮ দা ফোঙনা শিঙনবা গুবিল্লা ৱার তমদা তৌরকখি। কেঃ সিঃ পিঃ না ১৯৪৯ গী ইরাবোতকী ঈহৌ অমদি মীতৈ ষ্টেট কমিতিগী ঈহৌদুগী মখোয়না সকসেসরনি হায়বি। অহান অকোন য়েংলগদি, কেঃ সিঃ পিঃ অমদি য়ুঃ এনঃ এলঃ এফঃ না ঙন্না লৈ। নিংতম ঈহৌগী মিলিতরী হিস্তরী হৌদোকপদি প্রিপাক অমদি পিঃ এলঃ এঃ না মাঙজিল থানা ফংই।মণিপুরগী ওইনদি লোইনমক অমত্তা ওইনা হৌরকপা ওইনা লৌনরি।

ইং কুমজা ১৯৭৮ দগীদি লাসাদা ট্রেনিং চৎলুবা পিঃ এলঃ এঃ অমদি মাগী লুচিংবা এনঃ বিযেশ্বর [অঙৌবা] না মণিপুরবু মালেমগী ভারতকী ওইবা নেস্যানেল লিবরেসন মেপতা মরিকচুম্না হাপখি। ইরাবোতকা চাংদম্নবদি, তোঙানবা মফম-মতম-মতাং ওইবনা, চেপ্তর তোঙান তোঙান্না থম্বনা চুম্লবশু, মালেমগী মেদিয়াদা, মণিপুব নেস্যানেল লিবরেসন মুভমেন্টবু ফোংনা

লেপ্তুনা শকতাকখিবদি মহাক্কী কমপেত্রিওত কয়া অমদি গুরিল্লা লুচিংবা অসিনি। ভারতকী কোনুং দিল্লিগী মফম খুদিংদা অকনবা পোস্তরিং তৌবা, 'দাউন' চেফোঙ মীরৈবাক্কী এজেন্সী কয়াদা য়ৌহনবা, মণিপুরগী ঈহৌদা খুৎমাবনি। মসিবু য়াদবশু লৈবা য়াই। নাগালেন্দগী এনঃ এসঃ সিঃ এনঃ না য়ুঃ এনঃ পীঃ ওঃ গী মেম্বর ওইখ্রে। মণিপুরগী আরঃ পীঃ এফঃ না ইং কুমজা ১৯৯৫ ফেব্রুৱারী থাদা, য়ুঃ এনঃ এলঃ এফঃ না ইং কুমজা ১৯৯৫ জুলায় থাদা, মণিপুরগী নিংতম ঈহৌবু ইন্তরনেস্যনেলাইজ তৌবা হৌই। আরঃ পীঃ এফঃ না ইং ১৯৯৭ তা জেনেভা কনভেনশনগী কমন আরটিকল ৩ শুবদা সহি তৌই – অদুবু, প্রোতোকোল ২ শুববুদি কনামত্তনা সহি তৌদ্রি। পনবা য়াবদি ইং কুমজা ১৯৭৭ তা প্রিপাকনা সেক্যুরিতি ফোর্সতা খুৎলায় থাদুনা মিলিতরী হিস্তরী ইবা হৌই।

প্রিপাক, কেঃ সিঃ পিঃ গীসু সবকারগী, লাম্মীগী খুত্তা পাক্তক্লনা থৱাই পোত্থা পীবা, চঙজবা য়াদ্রবা ওপরেসন থিয়েতরদা হকথেংননা লিবরেসন মুভমেন্ট অমা চঙশিল্লকখি। হৌখিবা চহি ১০ সিদা, য়ুঃ এনঃ এলঃ এফঃ না মাগী মিলিতরী হিস্তরী ইরকই। ইকুই কুইদনা কেঃ ৱাইঃ কেঃ এলঃ কৌবা লূপ অমসু থোরকই। ইং ১৯৯৮ এপ্রিলদা, মহাক্না ফেদবেল গর্ভর্নমেন্ট ওফ মণিপুর শেমই হায়রি। ১৯৪৯ দা মণিপুরবু ভারতনা লৌশিনখিদুবু থীংবা, বেসিষ্ট তৌবা মণিপুর নেস্যনেল লিবরেসন মুভমেন্ট* চহি ৫০ ফানিংচীৎ লৈরিবসিনা, ১৯৪৯ গী মণিপুর এনেক্সেসন্দু লোইখ্রবা ইতিহাসনি হায়রুবদা মালেমগী পুৱারীদা অচৌবা মরাল লঙজবা ওইগনি।

**মরোমদোম লেপ্পগী হক**

মীওইবগী হক—হ্যমেন রাইটস পুম্নমক্কী ওইনা য়েংবদা, অহানবা হক্তি তোঙানবা মী ফুরুপনা মরোমদোম লেপ্পা [সেল্ফ দেতরমিনেসন] হায়বসিনি। য়ুঃ এনঃ চার্তরদা পীবতা নত্তনা, ICCPR, 1966 অমদি ICESCR, 1966 কী খ্বায়দগী অহানবা মীওইবগী হক—আরটিকল অহানবনা—হক অসিবু

* মণিপুরগী ৱাথোক পুৱারীগী ওইনদি, অইবগী লাইবিক 'মণিপুর পুৱারী', ১৯৯৭ দা য়েংখৎপা তাই।

পীবি। মসিবু পীবদা য়াবদুনা ভাবত সবকাবশু ICCPR, 1966 পু এপ্রিল তাং ১০, ১৯৭৯ দা এক্সেসন তৌববা মতুংদা, জুলাই ১০, ১৯৭৯ দা চৎনবা হৌখি। ICCPR, 1966 কী আবটিকল ৪০ শুবগী মতুংইন্না, ভাবত সবকাবনা মাগী থাগৎকদবা মীওইবগী হক্কী অহুমশুবা বিপোর্ট অদু মার্চ তাং ৩১, ১৯৯২ দা থাগৎফম থোকপনি, অদুবু হ্যুমেন বাইটস কমিটি, জেনেভানা বিমাইন্দব দিসেম্বব তাং ১০, ১৯৯৩, অর্মদি জুন ১৫, ১৯৯৪ পীববা ফাওবদা, বিপোর্ট থাগৎপগী মথৌদু পাংথোকপা ঙমখিদে— অমবোমদা মৈবু ফিনা কুপকদবা কযামকম লৈবনা, বিপোর্ট অদু নমশিনদুনা চহি মবী চুপ্পা থমই।

ইং কুমজা ১৯৪৫ দা যুঃ এনঃ গী মেম্বব লৈবাক ৫০ [পোলন্দনা ৫১ শুবা] দগী মচা পোকথোক্লগা, ১৯৯৫ দা লৈবাক ১৮৫ লৈবক্লিবসি মনিংতম্বা ফংখিবদগীনি। সোভিয়েট যুনিযনগীদি, ফোংনা নেস্যনেল লিববেসন মুভমেন্ট শৌগৎপদগী, ইমুনাইমু তানদনা মনিংতম্বা লৈবাক ১৫ থোকখ্রবশু, লৈবাক কযামকমদা ফুঃ নিঃ ঈঃ লৈখিবা অমদি মবোমদোম লেপ্পগী হক* তানখিবা ঙাক্লি। ঙসিমকসু দেকোলোনাইজ তৌদ্রিবা লৈবাক, ত্রস্তি-মেন্দেত্তা থম্বা লৈবাক কযা অমদি, ফুঃ নিঃ ঈঃ চথবিবা লৈবাক মযাম পুন্না লৈবাক ৫০ বোম চাওবাক্না ইং কুমজা ২০৫০ ফাওবগী মনুংদা মনিংতম্নবা থৌবাং তৌবি। মবোমদোম লেপ্পগী হক নত্রগা মনিংতম্বা ফংখিবা, ফংবদা নকশিল্লবা লৈবাক খবগী পোলিটিকেল স্তেতস মখাদা নৈনবি।

## ইসতোনিয়া/বালতিক লৈবাক ৩

মণিপুববু লৌশিনখিবগা চপ হেক মান্নবা অমা হাযবা তাববদি, ১৯৩৯ দা জর্মনী সোভিয়েট যুনিযন অনিনা অবোনবা সহি তৌনববা মতুংদা ইসতোনিযা যাওনা বালতিক্কী মনিংতম্বা লৈবাক অহুম, সোভিয়েট য়ুনিযন্না লৌশিনখিবদুনি। ১৯৩৯ গী এগ্রীমেন্ট অদু চৎনবা যাবক্তবদগী, ১৯৯১ দা সোভিয়েট যুনিযন্না মী লাখ ১৫ লৈবা ইসতোনিযাবু, ঈমু নাযমু তানবা তৌদনা মনিংতম্বদা য়েৎখিদে। ইসতোনিযা ১০ ১৩ শুবা সেনচুবিদা

---

* য়েংগদবা, এনঃ সনাজাওবা, মণিপুব পুৱাবী, ১৯৯৭, মবোমদোম লেপ্পা, লাঃ ১৫৫—২০৯।

শেমখি, ১৭২১ দা ত্রিতি ওফ নায়স্তাদকী মতুংইন্না রসিয়াগী মনুংদা চনখি। জুলাই ২১, ১৯৪০ দা মহাক সোভিয়েটকী রিপব্লিক অমা ওইনা লাওথোকখি। পৃথিবীগী খ্বায়দগী চাওরবা, কল্লবা রেদ আর্মীনা ইসতোনিয়াদা খুং থাখিদে, ওংখিদে; খুং থানবা মরম লৈতে।

১৯৯১ দা সোভিয়েটনা মাবু মনিংতম্নবা থাদোকত্রিঙৈদা, সাইনতিষ্ট ৮০০০, তারতু য়ুনিভরসিতিগী মথক্তা রিসার্চ ইনষ্টিট্যুত ১২, লাইরিক লাখ ৪৫ লৈবা লাইব্রেরী, ম্যুজিয়ম ৮০, পৱার জেনরেসনগী ইলেকত্রিসিতি মিলিয়ন কিলোৱাত ২০,০০০ [ইসতোনসকায়া অমদি প্রিবালতিসক্যা পৱার ষ্তেসন্দা মেগাৱাত ৩,২৫০ হায়বদি লোক্তাক প্রোজেক্তকী শরুক ৫০ হেন্না চাওবা], ইন্দস্ত্রী কয়া, হোসপীতাল কয়ামরুম লীংখত্তুনা শেম্বীবমই। মরোমদোম লেপ্লবা মতমদা মী লাখ ১৫ গী ইসতোনিয়ানা, কনাদগী নোপ্তুনা, তোম্বদনা লৈহৌবা ঙমই— ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী ১৯৯৮ ফাওবদা ভারতনা লৌশিনখ্রবা মণিপুরদি, শেল-থুমদা কোলোনাইজ তৌই; শিকম নারুম লৈঙাকপশিংনা মণিপুরবু থমই। ইসতোনিয়াগুম্না ইনফ্রাস্ত্রকচর পাক চাওনা থম্বীরম্বনা চুমই; ঙসিফাওবা শেমদ্রি।

## পুয়েরতো রিকো

ইং কুমজা ১৯৫০ দা অমেরিকাগী কংগ্রেসনা যাবদগী, পুয়েবতো রিকোগী মশাগী কন্সটিট্যুসন অমদি লৈঙাক লৈজরকখি। জুলাই ২৫, ১৯৫২ দা অমেরিকাগী কমনৱেলঠ ষ্তেতসতা লৈখি। ১৯৯৩ গী নবেম্ববদা তৌবা রিফরেন্দমদা, চাদা ৫ তনা নিংতম্বা পাম্বদগী, কমনৱেলঠ ওইনা লৈরি।

মমাঙদশু ১৯৫১, ১৯৬৭ তশু প্লেবিসাইত তোইনা তোইনা তৌদুনা, মনিংতম্বা পাম্বা মীওই লৈবদগী, মীয়ামগী অপাম্বা অমেরিকানা য়াদুনা তোয়না লৌই। ১৯৮১ দশু, ওপসন অহুম লৈখি— কমনৱেলঠ ওইনা লৈবা, মনিংতম্বা নত্রগা, অমেরিকাগী ৫১ শুবা ষ্টেট ওইবা। ঙসিমক্কীদি ময়ায় ওইবা থাক কমনৱেলঠ ওইনা প্লেবিসাইত কী মতুংইন্না লৈরি। স্পেনগী মখাদা লৈরিঙৈদশু পুয়েরতো রিকোগী ৱাফম অহুম লৈরমই—

assimilismo [চুপশিনখিবা], autonomia [অতোনোমী ওইবা] নত্রগা separatismo [স্পেন্দগী খাইরগা মনিংতম্বা]। ১৮৬৮ দা স্পেনিয়ারদশিংনা পুয়েরতো রিকোগী লালহৌবু নমথবদগী, ১৮৯৭ তা স্পেন্দগী ওতোনোমী ওইদুনা লাকখি।

ইমপোর্ট সবষ্টিট্যুসন অমদি চা-থকপদা মশানা মরাং কায়জবা ওইগনি হায়বগী ইকনমিক আরগুমেন্ট অদুদা নিংতম্বগী ৱাফম পুয়েরতো রিকোনা থাঙ্গৎলকপদা, ইং কুমজা ১৯৭৫ গী লিমা, ১৯৭৬ কী কলোম্বো মীফম, ১৯৭৯ গী নন-এলাইন্দ মীফম হাভানাদা ফমখিবদা, পুয়েরতো রিকোগী মনিংতম্নবা ৱাফম্ব শৌগৎখি। প্রেসিদেন্ট জিমী কারতারনা, পুয়েরতো রিকোগী মীওইপুম্বনা পামএ হায়বদুমক মানা শৌগৎকনি হায়বদগীদি, ইং কুমজা ১৯৭৯ গী আগষ্টতা অমেরিকাগী জোইন্ট কংগ্রেস রিজোল্যুসন্না মহাক্কী 'সেল্ফ দেতর্বমিনেসন' বু শৌগৎখি। ভারতকী ওইনা য়েংবা তাববদি, ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টরনশু মণিপুবগী, কাশ্মীরগী, নাগালেন্দ, অমদি পুবাবীনা মনিং তমলম্বা ষ্টেট অতৈগী সেল্ফ-দেতরমিনেশনবু শৌগৎপা জোইন্ট পাবলিযামেন্তরী বিজোল্যুশন অমা পাস তৌহনবা হায়বগুম্বনি। গান্ধীগী ষ্টেটকী নেতাশিংদি মসিগী অৱাংবা থাক্কী ৱাখল লাম্বা ঙমদ্রি।

অমেরিকাগী ওইনদি, মনিংতম্বা পীবনা চুমগদৌবা, মাগী ফিবান্দা লৈবা লৈবাক শরা পনবা তারবদি গুআম, য়ুঃ এসঃ ভার্জিন আইলেন্দস, অমেরিকান সামোআ, কমনৱেলঠ ওফ নোর্থন মেরিয়ানা আইলেন্দস, পেসিফিক আইলেণ্ডগী ত্রস্ত টৈবিটোবীনচিংর্বনি। মদুগী মথক্তা, নেতিভ অমেরিকানশিংদা অতোনোমী—মশানা ঙাকচবশু পীরি। হৌজিক হৌজিকমক্কী পোলিসিদদি, অমেবিকাগী ফিবানমক্তদা, 'ত্রাইবেল সেল্ফ দেতরমিনেশন' পীদুনা থম্বা হায়বসি প্রেসিদেন্ট ক্লিন্তনগী এপ্রিল ২৯, ১৯৯৪ গী ষ্টেটমেন্ট ওইবি। ইং কুমজা ১৯৯৮ লোযবকপদা পুয়েবতো রিকোদা রিফরেন্দম অমুক হন্না তৌবা পাম্বগী বাবেপ, অমেরিকাগী কঙ্গ্রেসনা লৌই। ভাবতকী লোক সভানা মদুবু খঙজিনবা চুমই।

পনবা য়াবদি আগষ্ট ১১, ১৯৯৮ দা য়ুঃ এনঃ গী দে-কোলোনাইজসন কমিতিনা হিরম অসিদা লৌখিবা ৱারেপ অদুনি। মদুগী মতুং ইন্না, অমেরিকা

সবকাবনা পুয়েবতো বিকোগী মীয়াম্বু মবোমদোম লেপচনবা থবক পায়খৎকদবনি।

**আইঃ আরঃ এঃ**

মণিপুর নেস্যানেল লিবরেসন মুভমেন্ট – ফুঃ নিঃ ঈঃ থোবকপা চহি কয়ামকমগী মতুংদতা, হৌখিবা আইঃ আরঃ এঃ গী খুৎলায পাযবগী ঈহৌসিবু নোংচুপকী মপাঙ্গল কনগ্রবা মেদিযানা শন্দোকপদগী মীওইবা খুনাইনা মাগী ঈহৌদুবু মীৎয়েং চঙই। মী চা খবগী পুন্সি ইখয়গ্রবা মতুংদা, বৃটিশ সবকাবনা বৃটিশকী মীওই নত্রগা আইঃ আরঃ এঃ গী লাম্মী শিজন্নবগী মতমদু ওইদ্রে হায়না হেক জ্ঞান তাবকপদা, চহি ২০ মুক্তী ঈহৌদা ইকাইখুন্নবা পীবা ওইনা, দিসেম্বর ১৫, ১৯৯৩ দা নোর্থন আয়রলেন্দগী মতাংদা ডাওনিং স্ত্রিৎ ডিক্ল্যাবেসন সহি তৌনে। মদুনা পীবিঃ "The British Government agree that it is for the people of Ireland alone, by agreement between the two parts respectively, to exercise their right of self-determination on the basis of consent, freely and concurrently given, by North and South, to bring about a united Ireland, if that is their wish " বৃটিশ সবকাবনা সেল্ফ দেতবামনেশনবু যাদুনা আইঃ আরঃ এঃ দা পীবা হকনি।

ICCPR গী আরটিকল ৪০ গী মখাদা, ১৯৯৪ ওক্তোবর ১৪ দা থাগৎপা ষ্টেট রিপোর্টতা, যুনাইতেদ কিংদম্না হ্যুমেন রাইটস কমিটিদা মখাতানা ইখৎলি–Furthermore, the United Kingdom Government reaffirmed as a binding obligation that they will, for their part, introduce the necessary legislation to give effect to this, or equally to any measure or agreement on future relationships in Ireland which the people living in Ireland may themselves freely so determine without external impediment [পেবা ১৭, CCPR, ১৯ ডিসেম্বর ১৯৯৪–CCPR/C95/Add 3]

বৃটেনগী মীহুৎ M Halliday না হ্যুমেন রাইটস কমিটিগী জুলায ২০, ১৯৯৫ অয়ুক পুং ১০.০৫ শগোলশেলদা জেনেভাদা খুৰ্মখি মদুদি,

য়ানবদুগী মখা তাবদা, IRA না আগষ্ট ৩১, ১৯৯৪ দা খুৎলায় থাবা লেপখ্রে, মাগী সবকাবনা বিফবেন্দম অমগী প্লান তৌবি, অমদি ১৯৯৫ গী ফেব্রুৱাবী থাদা, সবকাব অনিমক্না পুন্না ফ্রেমৱার্ক অনি, ফোঙখ্রে [১] ফ্রেমৱার্কস ফোব ফ্যুচব [২] অদুগী মনুং চয়া, 'এ নিয়ু ফ্রেমৱার্ক ফোব এগ্রীমেন্ট'সিনি। [CCPR/C/SR 1432, 26 July 1995 p.2]। নোবদর্ন আইবলেন্দগী ওইনা, ১৯৯৬ কী জুন থাদগী চখবকপা বেলফাষ্ট নেগোসিয়েশনদগী হৌবদুনা যানবা অমা থিবি। লমায ৬৫ পানবা পেকেজ অমা থমই। চহি মপ্তা-মপ্তাগী ওইনা বিফবেন্দম তৌবগী বাফমশু, পুখৎনখি। ইং কুমজা ১৯৯৮ গী এপ্রিল তাং ১০ দা নোবদর্ন আইবলেন্দগী যানবা অমা পুবকই। মদুগী মতুংইন্না, ক্রোস বোর্দব কাউন্সিল অমা শেম্না যানৈ। অনৌবা নোর্দবন আইবলেন্দগী এসেমব্লীদা কেথোলিক অমদি প্রোতেস্তান্টনা পবাব পাইমিন্নগনি। এগ্রিমেন্ত অসিবু পুবকখিবা লুচিংবা অনিদা ১৯৯৮ দা নোবেল প্রাইজ [শান্তিগী ওইনা] পীদুনা ইকাযখুমনৈ।

**পালেস্তাইন ৱাহং**

ইং কুমজা ১৯৯৩ গী সেপতেম্বব থাদা যানখিবদুগী মখা চখবকপদা, সেপতেম্বব ২৮, ১৯৯৫ দা 'অমেবিকাগী হৱাইট হাউসতা ইজবাইল সবকাব অমর্হিক্তি পিঃ এলঃ ওঃ গী লুচিংবশিংনা লমায ৬৪০ যাওবা ডোক্যুমেন্টতা সহি তৌমিন্নববগী মহৈ ওইনা, নোংচুপ এসিযাগী ১৯৬৭ কী লান্দা ইজবাইলনা লৌশিনখিবা নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান [ৱেষ্ট বেঙ্ক] দা পালেস্তাইনগী মশাগী লৈঙাক থম্না যানৈ— ১৯৯৩ দা গাজা অমদি জেবিচোশু পালেস্তাইনদা শিন্নখ্রবনি। বেষ্ট বেঙ্কতা পালিস্তিনিযান লাখ ১০, ইজাবাইলী লাখ ১ লৈ; গাজা সমুদ্র খোঙবান্দা, পালিস্তিনিযান লাখ ৮, ইজবাযলী ৩,৩০০ লৈ। যানখিবা মতুংইন্না দিসেম্বব ১৩, ১৯৯৫ দা, পাবমেনেন্ট সেতলমেন্টকী বাবী শাবা হৌবগা, ডিসেম্বব ১৩, ১৯৯৮ দা তুংকোইনবগী লৈতাবা ফংনবা ইনৈ। পালেস্তাইন ষ্টেট অমা লাকপগী মমি তম্না হৌবে হাযবা যাবে।

সেপ্তেম্বব ৯, ১৯৯৩ গী চিঠীদা য়াশব আবাফটনা ইজবাইল প্রাইম মিনিষ্টবদা ইখিঃ 'The PLO recognises the right of the state of

Israel to exist in peace and security. The PLO accepts Security Council Resolutions 242 and 338' ৱাফমসি, সেপ্তেম্বর ১৩, ১৯৯৩ দা সহি তৌনখিবা য়ানচেদশু য়াওরকই; য়ানচেগী অহানবা আরটিকলনা ফজনা পল্লি।

পালেস্তিনিয়ানগী মরমদম মাঙখিবা অসি ১৯১৭ কী বৃটিশকী Balfour Declaration নিঃ "His Majesty's Government view with favour the establishment in Palestine of a National Home for the Jewish people, and will use their best endeavours to facilitate the achievement of this object" । পালেস্তাইন মুৎথৎলগা, মে ১৯, ১৯৪৮ দা ইজরাইল লিংখিবদগীদি, ১৯৫৮ দা আলফাতাহগী নিংতম ঈহৌ থোরকই। মচেৎ তারবা ফুঃ নিঃ ঈঃ না পুনশিল্লগা শেম্বা পালেস্তাইন নেসনেল কাউন্সিলনা [PNC] শেম্বা ১৯৬৪ গী চার্তরদা পীবিঃ

> "Article 2: Palestine, within the boundaries of the British mandate, is an indivisible territorial integrity.
>
> Article 3: The Arab people of Palestine possess the legitimate right to their homeland and will determine its destiny after having liberating their country in accordance with their wishes and considerations and after their own will".

মণিপুরগী ফুঃ নিঃ ঈঃ না ১৯৪৯ দগী হৌজরবশু, মদুবু মালেম্মা থঙবা ঙমদে—চীংনুংগী মৈরিক ওইদুনা লাকখি। ১৯৬৪ গী পালেস্তাইন চার্তরনা য়ুনাইতেদ নেসন্সপু থবক ওলহন্দুনা লাকখি। জেনরেল এসেমব্লীনা ডিসেম্বর ১০, ১৯৬৯ দা শকখঙবীবদগী হৌরদুনা, নবেম্বর ১২, ১৯৭৪ গী ৱারেপ নম্বর 3236 [XXIX] লৌদুনা জেনরেল এসেমব্লীনা পালেস্তিনিয়ানগী সেল্ফ-দেতরমিনেসনবু শকখঙখি। চহি খুদিংগী হনবা লৈতবা য়ুঃ এনঃ গী ৱারেপ লৌরকপদুনা, সেক্যুরিতি কাউন্সিলগী ৱারেপ কয়া, কমিসন ওন হ্যুমেন রাইটসকী ৱারেপ নম্বর ১৯৯১/৬, ফেব্রুৱারী ১৫, ১৯৯১ [অকোনবদা হায়রগা], কমিতি ওফ ২৪ গী ৱারেপ কয়া লেপ্পা লৈতনা

লৌবকখিবদুনা, ষ্টেট অমা শেম্নগী যুম্ফম ওইখি। সেল্ফ—রুলদগী, মপুংফাবা পালেস্তাইন ষ্টেট অমা ওইবক্কদৌবি। শেমগদৌবিবা ষ্টেট অদু ইজরাইল ষ্টেটকা লৈমিন্নবা তাই। ১৯৯৭ জানুৱারী থাদা হেব্রোন এগ্রীমেন্ট সহি তৌনদুনা, ১৯৯৮ ফাওবদা ইজরাইলগী লাম্মীবু নোংচুপ থংবা—রেষ্ট বেঙ্কতগী হন্দোক্লবা যানৈ। ইং কুমজা ১৯৯৯ দা পালেস্তাইনগী পারমেনেন্ট ষ্টেট শেম্নবগীদমক নেগোসিয়েসন তৌববা য়াই। ইন্তরনেস্যনেল কমিসন ওন হ্যুমেন রাইটসকী ১৯৯৭ কী মীফমদা, অমুক হন্না ৱাবেপ হন্না তাইঃ "the inalienable right of the Palestinian people to self-determination without external interference"–২১ শুবা চহিচাগী অহানবা তংখাইদা, পালেস্তাইন ষ্টেট অমা মনিংতম্না থোবক্কনি।

সেপ্তেম্বর ২৮, ১৯৯৫ গী একোর্দ অসিগী মতুং ইন্না, ইজরাইলনা ফাখিবা পালেস্তিনিয়ান ৫,০০০ থাদোকপা, পালেস্তিনিয়ান কাউন্সিলগী মীখল এপ্রিল ২২, ১৯৯৬ তা তৌবা যানবগী মনুং চল্লি। মদু পাঙথোকখ্রে অতেনবা মতমদা পালেস্তাইন ষ্টেট থোবকপগী মমি তাই।

## কুবেত

যুঃ এনঃ না মাগী চার্তরদা সেল্ফ-দেতরমিনেশনবু চঙদফদ্রবা ওইনা লৌববশু, কুবেতপু ইরাকনা মর্জ তৌবদা লৌখিবা মিলিতরী এক্সন অদুদি, পালেস্তিনিয়ানগীদমক্তা ইজরাইলগী মথক্তা লৌখিবা লৈতে। পনবা যারদি ভারতনা বঙ্গলাদেশ শেম্নবা, চামদা ৯৫ কন্ত্রিব্যুশন পীববশু, মদ্রাজদা মাগী খ্বায়দগী চাওবা লাম্মী মকোক্লা তম্বীখিবা তামীল ইলামগী তাইগর্রশিংদাদ, মশানা শেমজবা চাবাগী মথক্তা পীস কীপীং ফোর্স থাজনখি। ১৯৯০ দা লালহৌবা [তেবোবিষ্টশু কৌবা] লুচীংবা যাসার অরাফাতা, ভারতকী প্রসিদেন্টনা নেহরু এবার্দ ফোর ইন্তরনেস্যনেল আন্দরস্তেন্দিং পীদুনা ইকাযখুম্নববশু, পালেস্তাইনগা হেক মান্নবা, বৃটিশনা মযেক শেঙনা থাদোক্লম্বা, ভারতনা লৌশিনখিবা লৈবাক খরগী মাযোক্তদি, মদুগী হেক তায়োন্নবদা লাম্মীগী থবক লেপ্তুনা চৈথে। কুবেতকুম্বা খরগী ৱাথোক্তা [থাও থোক্তবা লৈবাক্তা], সেক্যুরিতি কাউন্সিলনা চেপ্তর সেভেনগী মখাদা লৈবাক লৌশিনবা লৈবাক্কী মাযোক্তা লাম্মী থাজিনদবনা নমই।

কুৱেত লৌশিনবদগী হন্দোকখিবা, মরোমদোম লেপ্পগী হক হায়বদুমক্তি থোক্তে, অদুবু মণিপুর লৌশিনখিবগা মান্নবা মরম লৈবদগী, পনবা য়াবা খুদম অমা ওই। অরিবা পুৱারীদা, কুৱেত, ইরাক্কী বাসরা প্রোভিন্স ওইরমই; ইং ১৯৯০ গী আগষ্ট ১ গী মমাংদা, ইরাক্লা মাবু মর্জ তৌবিরগা, মাপলশুবা প্রোভিন্স ওইখ্রবা তুংদা, যুঃ এনঃ সেক্যুরিতি কাউন্সিলনা ইবাক্কী মথক্তা ৱারেপ লৌবতা নত্তনা থবক পায়খৎখি। লৈবাক ২৯ না ইরাক্কী মথক্তা লান্দাদুনা, ইরাক্কী মখনাওদগী কুৱেতপু কোৎথোকখি। মদু পুম্বগী য়ুম্ফমদি যুঃ এনঃ সেক্যুবিতি কাউন্সিলগী ৱাবেপ ৬৬০ [August, 2, 1990] মখাদা পীরি।

The Security Council

1. Condemns the Iraqi invasion of Kuwait,
2. Demands that Iraq withdraw immediately and unconditionally all its forces to the positions in which they were located on 1 August. 1990;

মথক্কী ৱাবেপসিবু ইবাক্লা থওইদবদগী, সেক্যুবিতি কাউন্সিলনা নবেম্বৰ ৩০,১৯৯০ দা ৱাবেপ নম্বর ৬৭৮ লৌববা মতুংদা, জানুৱাবী ১৫, ১৯৯১ ফাওবদা হায়বা ইন্নবা অরোযবা ওইনা পীখি— মদুবু ইকায়খুম্নবা হৈতবদগী, লৈবাক ২৯ গী কোলিসন ফোর্সনা পুন্না লান্দাদুনা ইবাকপু কুৱেত ওথোকহনখি।

নিয়ম—পথাপ অসি লমলোইচনবা লৈবাকশিংগী মথক্তা পায়খৎপা চুম্বনি, অদুবু কবি তৌগদগে হায়বসি মালেমগী পৱার পোলিতিক্সনা লেপই; অনিশুবা লাঞ্জাও লাকখিবা, লমলোইচনবা য়াদবা লেবর গভর্ণমেন্টনা পৱার পায়রকপা, অমেবিকাগী অকনবা প্রেসর, ১৯৪২ গী মীহাৎ-মীপুনগী অকনবা হিংসাবাদী ওর্দর, পুম্নমক্লা পুল্লগা বৃটিশপু বৃটিশ ইন্দিয়া থাদোকপা তাহনখি। মতম মতমগী পৱারবেজগী মরী-হোংবা নাইরবশু, লৈবাক অমগী লৈতারবা ফুরুপনা মরোমদোম লেপ্পগী হক হায়বদু য়ুম্ফম চেৎনা লৈরি।

কুৱেতপু ইরাকনা মর্জর তৌরুরগা, অমুক হন্না মনিং তমহল্লবা মতুংদা ফাওবা, ইং কুমজা ১৯৯৮ দা যুঃ এনঃ গী তিমনা ইবাক্কী প্রেসিদেন্টকী

কোনুং ৮গী মখাদা, অকোয়বদা, কুব্রেতপু লৌশনবা য়াবা, লান্দাবা য়াবা অথিংবা খুৎলায় কয়া লৈব্রা হায়দুনা কোয়থি থিরি; মদুগী মথক্তা, ঙসিফাওবা কুব্রেত মর্জ তৌরুবগী চৈরাক ওইনা মালেম্না ইরাক্তা সেংসন তৌরি। মালেমগী নিয়মদি অসিনি—মনিংতম্বা, অপীকপা লৈবাকপু নমফুদা মর্জ তৌবা য়াদে।

মরমচাবা, নিয়মচুম্বা, পুৱারীনা থনম্বা অচুম্বা মরম, ফংফম থোকপা মশানা লৈজরবা মী ফুরুপ [পীপল/নেসন] কী খুত্তা, সেল্ফ দেতরমিনেসনগী হক অসি মালেমগী চৎন পথাপনা পীরবশু, মেত্রোপোলিতান [লৌশিল্লিবা] পব্লার অমত্তনা হক অসিবু সনাগী শেম্বাক্তা হাপ্পগা খুদোল তন্নকপা হায়বদু ইথোক থোক্তে। হক অসিবু ফুরুপতুনা ফংফম থোকপগী মরম লৈব্রা, লৈতব্রা হায়বদু, মালেমদা খঙহনবা, মালেম্না য়াবা, রিকগনিসন পীবা চঙই।

হক অসি করম্না ফংগদগে, মাবু শিজিন্নগদগে হায়বদুদি, করিগুম্বদা রাজনিতিগী উপায়, করিগুম্বদা মিলিতরী মীন্স, করিগুম্বদা উপায় অনিমক খন্নাং চঙই। লৈপাক খবনা, দে-কোলোনাইজেসন লোইরে হায়রবশু, দে কোলোনাইজ তৌগদবা লৈবাক খর লৈরি। মখাদা, মরোমদোম লেপ্পগী হক তাল্লিবা, মশাগী লৈজবকপা হক্কু ফংজগদবদা, মৎপীবা, খুরৌথাংহনবীরিবা কেশ স্তদি খর নৈনরি। মীওইবগী পুৱারীদা, খুনাম থীর থীরগা খুদুং লীনবা হোৎনবনা মশিং য়ামজরবশু, খুনাম অমুক্তা তাদ্রিবা মফমদা অনৌবা খুনাম থনম্বশিংনা অহানবা খোঙলম্বী য়াৎপীরমদ্রগদি, কনানা হান্নগী খুনাম থিবা ফংগনি? মর্জর নত্রগা এনেকসেসন মালেম্না য়াদে হায়বগী পথাপ মথক্তা নৈনরে।

**ব্রেস্তন সহারা**

জেনরেল এসেমব্লীগী ৱারেপ ১৫১৪ [XV], ডিসেম্বর ১৪, ১৯৬০ অমদি মদুগী মখা তারকপা ৱারেপশিংনা য়াৎপা নিয়ম মতুইন্না, ১৯৬৩ দগী হৌরদুনা য়ুঃ এনঃ না ১৯৭৬ ফাওবা স্পেন্না ঙাকলম্বা লৈবাক ব্রেস্তর্ন সহারাগী মীওইশিংগী মরোমদোম লেপ্পগী হক লৈ হায়দুনা লাক্লি। স্পেন্না ইং কুমজা ১৮৮৪ দা এনেক্স তৌখিবা লৈবাক অসিনা মনিংতম্বা লৈবাক ষ্টেট অমা ওইবা ফংননবা, স্পেনগী মায়োক্তা ঈহৌ তৌবা POLISARIO

FRONT [Frente Popular para la Liberacioñ de Saguia el Hamra y de Rió de oro] ১৯৭৩ দা শেমখি। য়ুঃ এনঃ গী স্পেসিয়েল কমিটি অমনা মফমদুদা চৎলগা, মীয়ামগী নিংতম্বা পাম্বদু খঙদোকখি—লোযননা, য়ুমলোন্নবা লৈবাক ২ হাযবদি মোবোক্কো অমদি মাউবিতানিয়ানা ৱেস্তর্ন সহাবাবু মখোয়গী লম ওইগদবনি হায়না মুন্নবদু – মৱা লৌদে হায়না ককথৎখি। নিংশিংবা যাই, মশাগী মনিংতম্বগী ৱা থাদোক্লগা, অতোপ্পা মীগী লম্মু মখোযগী শেমগদৌবিবা লৈবাক্কী শকক ওইনা লৌশনগনি হায়না বাবেপ লৌবা, ফুকুপ মচা ফাওবনা লম কবাম্বা, মীগী লম লৌশিন্নিংবা য়ুঃ এনঃ গী কমিতিনা মবা লৌদে।

১৩ ডিসেম্বর, ১৯৭৪ গী ৱাবেপ নম্বর ৩২৯২ গী মখাদা, জেনরেল এসেমব্লীনা ইন্তরনেস্যানেল কোর্ট ওফ জষ্টিসতা থাঙৎলবদা, মোবোক্কোনা মোত ফোঙদোকই: জেনেরেল এসেমব্লীনা নিয়ম অমদি তৈক্লিক অবোযবা ওইনা যাৎপা নৎত্রি—অমবোমদা, মপুং ওইবা প্রিন্সিপল ২ হাযদি সেল্ফ-দেতরমিনেশন অমদি লৈবাকশিংগী নেস্যানেল য়ুনিতি অমসুং টেৰিটৌবিয়েল ইন্তেগ্রীতিগী মবক্তা লৈবিবা সোল্যুসন কযাগী মবক্তগী খনগদবা ৱানি। মাউবিতানিযাশু অসুন্না মোত পীববা মতুংদা, টৈৰিটোবিযল ইন্তেগ্রীতিগী নিযমনা হেন্না লুমগদবনি হাযনা যেৎখি। আলর্জেবিযানা ৱেস্তর্ন সহাবাগী মীওইশিংগী অশেংবা মবোমদোম লেপ্পবগী হক লৈজৈ হাযনা লেপই।

ইন্তরনেস্যানেল কোর্ট ওফ জাস্তিস [ICJ] গী জজ ১৬ না 'ইতিহাসকী মচাক' [হিষ্টোরিকেল মেতবিযেলস] খিবিক চিংথদনা যেংখৎলবা মতুংদা, মেজোবিতিগী ৱাবেপ্পা হাযখি মদুদিঃ ৱেস্তর্ণ সহাবাগা মোবোক্কো অমদি মাউবিতানিযাগা মাংলমচৎতা 'legal ties', মীখা পোন্দ্রিডৈগী মমাংদা লৈজবন্নবশু, মদুনা ৱেস্তর্ন সহাবানা মাগী সেল্ফ দেতবর্মিনিশন তৌবদা কবিমন্তা শোকহনবা তৌদে। জর্জশিং Gros [গ্রোস], Ignacio-Pinto, Dillard অমদি Petıen না মমাংদা আইনগী মবী লৈনবমই হাযবদু কান্নদে হাযখি [sic মণিপুবগা বৃটিশ পেবামাউন্তসীগা, নত্রগা, ১৯৪৯ গী মর্জব এগ্রীমেন্তগী মতাংদগী, অতোপ্পা লৈবাক্কা লেগেল তাইজ লৈবমই হাযবগুম্বা কংয়েৎ যেৎপা, ৱাযেৎ অদুগুম্বদুনি]।

জজ Dillard না হেন্না ময়েক শেংনা পী: সেল্ফ – দেতবমীনেসন্না মপুং ওইবা নিয়ম্মি; মসিবু থার্দ ষ্টেটকী টেবিটোবিয়েল ক্রেমনা নমহৎপা য়াদে। মেজোবিতিগী মোত্তদি, হান্না লৈবম্বা মবীশিংদু সোভবেন্তিগা মান্নবা নত্তবনিনা, ব্রেস্তর্ন সহাবানা সেল্ফ দেতবমিনেসন তৌজবদা মদুনা কবিমতা শোকহন্দে।

১৯৭৯ দা Polisario Front কা মাউবিতানিযাগা যানখিবা ৫/৮/১৯৭৯ গী যানচে মতুং ইন্না, মাউবিতানিযানা সহাবাগী লম থাদোকলগা, মাগী সেল্ফ দেতবমিনেসন যাখি; অদুবু, ইকুই কুইদনা মোবোক্কোনা সহাবাগী খাথংবা শকক লৌশিনখি। আগষ্ট ৩০, ১৯৮৮ দা Polisario গা মোবোক্কোগা যানমিন্নদুনা সহাবাগী-সেল্ফ দেতবমিনেশন তৌনবা বিফবেন্দম, যুঃ এনঃ না O AU গী মতেঙ যাওনা তৌবা হাযনা লেপখি; ১৯৯১ দা সেক্যুবিতি কাউন্সিলগী ব্রাবেপশু লৌখি। কমিসন ওন হ্যুমেন বাইটসনসু যাখি – বিফবেন্দম তৌবদু থবক্তা ওল্লকপা ঙাইবি। মতম ঙাইবিবা মশিংতম্বু থোঙজিন্দা কুইনা ঙাইহন্দুনা থম্বগা পাংখকনি। ইং কুমজা ১৯৯৭ তা ফম্বা কমিসন ওন হ্যুমেন বাইটসনা, যুঃ এনঃনা বেস্তর্ন সহাবাগী মীযামদা তৌফম থোকপা লৈবি হাযনা ব্রাবেপ তাই। মার্চ ১৯৯৭ তা সেক্রেটবী জেনেবেল কোফি অন্নান্না অর্মেবিকাগী জেমস বেকব প্রিবু মাগী এনভোয ওইনা হাপ্পুনা বিফেবেন্দমগী ব্রা নৈনৈ। ডিসেম্বব, ১৯৯৮ অমসুং জানুবাবী, ১৯৯৯ গী মবক্তা যুঃ এনঃ গী মীৎযেং মখাদা সহাবাগী বিফবেন্দম তৌনবা ব্রাবেপ লৌই।

## ইষ্ট তিমোর

ঙসি ফাওবদা, ইং কুমজা ১৯৭৪ দগী মাগী মবোমদোম লেপ্পবগী হকপু থবক্তা ওনবা ঙমদ্রিবা লৈবাক অমা ইষ্ট তিমোবশুনি। ১৯৯৫ গী বিপোর্টতা তিমোবীজ লাখ ২ হেন্না– শিফাযশু লিশিং কয়া শিখিবগী পাও ফোঙবা থেংনবি। হান্না পোর্টুগীজ তিমোব ওইবম্বদু ডিসেম্বব ৭, ১৯৭৫ দা ইন্দোনেসিযানা লান্দাবকপদগী, জেনবেল এসেমব্লী অমদি সেক্যুবিতি কাউন্সিলনা ইন্দোনেসিযাগী লাম্গী লৌথোকখিনবা অমদি ইষ্ট তিমোবনা মবোমদোম লেপ্পবগী ব্রাবেপশিং লৌদুনা লাক্লি। ইন্দোনেসিযানা মাবু জুলায ১৭, ১৯৭৬ তা এনেক্স তৌখি।

পোর্তুগীজ সবকাবনা ১৯৭৫ দা তিমোবগী মীয়ামগী মবোমদোম লেপ্পগী হক লৈবে হায়বা য়াবগা লোয়ননা, ওক্তোবব ১৯৭৮ দা পোর্তুগীজনা পাল্লম্বদু লোইশনবা হায়না য়ানববা মতমনি। ১৯৭৫ দা সিভিল ৱাব থোকপগী মবমদি—মনিংতম্বা পাম্বা FRETILIN [Frente Revolucıonarıo de Tımor Le৲te Independente] কাংবুগা, ইন্দোনেসিযাদা তিনখ্রবা কাংবুগগী মবক্তা যানবক্তবদগীনি। ইন্দোনেসিযাগী লাম্মীনা, ডিসেম্বব ১৯৭৫ তিমোববু পায়শনখি [মণিপুবদা ওপবেসন কযা তৌবিবশিগা পাঙখক্লি]।

সেক্যুবিতি কাউন্সিলনা মাগী ৱাবেপ নম্বব ৩৮৪ [১৯৭৫] ডিসেম্বব ২২, ১৯৭৫, অমদি ৩৮৯ [১৯৭৬], এপ্রিল ২২, ১৯৭৬ কী মতুংইন্না ইন্দোর্নেসিযা সবকাবদা, মাগী লাম্মী খিবিক ইষ্ট তিমোবদগী লৌথোক্লবা হাযখি। ১৯৮২ দা জেনেবেল এসেমব্লীনা, তিমোবগী মবোমদোম লেপ্পগী হক লৈ হায়বকখি। জেনেবেল এসেমব্লীনা বাফম অসিবু থৈদোক্তুনা থমলক্লি।

ফেব্রুৱাবী ১৬, ১৯৮৩ দা, কমিসন ওন হ্যমেন বাইটসনা, ইষ্ট তিমোবদা মবোমদোম লেপনবা, হোৎনবা পোর্টুগাল অমদি ইন্দোনেসিযানা, যুঃ এনঃ বু তেংবাংনবা তকশল্লি – মবকসিদা, ১৯৯১ ফাওবদা ইন্দোনেসিযাগী লাম্মীনা ইষ্ট তিমোবগী মীচমগী, মীওইবগী হক থুগাইবগী ৱা, স্পেসিযেল বাপোর্টিয়াবনা ফংখি। ১৯৭৬ তগী শাংলবা, চহি ২০ হেন্না, তিমোবদা মবোমদোম লেপ্পগী হক লৈজববশু, মদুবু ফংবা ঙমদ্রিবসি মালেমগী অপুনবা খুনাইগী পেন্দবা অমা ওই। হক্তি মবম চানা লৈবে যাববা, যানববা মতুংদা, হর্কসি ফংবদা অপনবা, অযেৎপা থেংনবগী খুদম অমা ইষ্ট তিমোবনা মহুৎ শিল্লি।

পনবা য়াবদি, ইষ্ট তিমোবগী মাদোম লেপচনবগী হক তানবা লুচিংবা অনিবু, মালেমদা শান্তি থম্নবগী ইকাযখুম্নবা ওইনা, নোবেল পীশ প্রাইজ ইং কুমজা ১৯৯৬ দা পীখি। মবোমদোম লেপ্নবা হক অসি তাল্লিবা মী, নত্রগা লূপতুবু মালেমদা শান্তি থম্নবা হোৎনবিবনি হায়না মালেম্না ইকাযখুমনবি। নোভেল পীশ প্রাইজ অদু মবোমদোম লেপ্নবা হোৎনবিবা পুম্নমক্তা ইকাযখুম্নবা ওইনা পীবনি।

## নামিবিয়া মনিং তম্বা ১৯৯০

মণিপুরগা নামিবিয়াগা হায়রপ মান্নবা অমতং পনবা তারবদি, মণিপুরদা চীংদশু [থায়না], হৌজিক্লা তমদা মীতৈ তাবগুম, লোয়বী—হেনবা [চিংমী] কাংলুপ ২৯,বৃটিশনা নাগা-কুকি হায়নশু শুম্না শেরান্ননা কৌথ্রবা—হায়বদি, ইন্দাইজেনস পীপল অচৌবা কাংলুপ ৩ তারকখিবগুম,—নামিবিয়াগী অহানবা য়েলহৌঙৈগী মীদি, 'সান', 'খোই খোই', মখোয়গী মথংদনা,'হেরেরো', 'নামা' অদুগা অৱাং থংবা শরুক্তনা তাংখুলগুম্না অচৌবা কাংলুপ 'ওভামবো' না খুন্দারকখি। ইং ১৮৮০ দা জর্মনীনা কোলোনাইজ তৌরকপদগী, পোর্টুগীজ, দৎচ, বৃটিশশু লাকখি।

জর্মন কোলোনিয়েলিজমগী মতমদা,হেরেরো অমহিক্তি নামা ত্রাইবশিংবু জেনোসাইদ তৌবদগী, হেরেরো কাংলুপকী মী ৫৪,০০০-৭০,০০০ নামা ত্রাইবকী মী ৩০,০০০-৫০,০০০ বু হাৎখি। ১৯৭৭ তা সাহেব অঙৌবা অমগী ইনকম চাংচত্তা দোলার ৩,০০০ ওইবদা, অমুবা মী অমগীনা দোলার ১২৫ ওইখি – সরকারগী রিপোর্টনি। শম্না হায়রবদা, মারৱারী সাহেব অমগা, মণিপুরী মীচম অমগগী মরক্তা চহিগী ইনকম খেন্নবগুম্বনি। মীখা থারুরবা লৈবাক নামিবিয়া মার্চ ২১,১৯৯০ দা মনিংতমই; অদুগা জেনরেল এসেমব্লীগী ৱারেপ S-18 /1 of 23 April, 1990 গী মতুংইন্না য়ুঃ এনঃ গী মেম্বর ওই।

নামিবিয়াগী নিংতম্বা [de-colonisation] গী ৱারী অরায়বা নত্তে; অকনবা ইন্তরনেস্যানেল সপোর্ট ফংলমদ্রবদি, SWAPO গী খুৎলায় পায়বগী আর্মদ স্ত্রগল ঙাক্তনদি অৱাবা ওইরমগনি; মরমদি, ঈহৌ অদুবু মালেম্না শকখঙবীদ্রবদি, মালেমগী লৈবাক ওইবা য়ারোই। ইং কুমজা ১৯৪৬ তা, জেনরেল এসেমব্লীদা, নামিবিয়াবু সাউথ আফ্রিকাগী মচেৎ ওইজগে হায়বদা য়াদ্রবদা, মতোমতগী অপাম্বা তুংইন্না, সাউথ আফ্রিকানা ঙাক্তুনা লাকই। ১৯৬৬ কী ওক্তোবর থাদা, জেনরেল এসেমব্লীদা সাউথ আফ্রিকাগী মেন্দেত লোইরে। য়ুঃ এনঃ গী মখাদা হকথেংননা থমএ হায়খি [রিজোল্যুসন ২১৪৫, ১৯৬৬]। রাজনিতি দল ৪০ লৈজরবশু, হান্না OPO কৌরম্বা অদুনা এপ্রিল ১৯, ১৯৬০ দা SWAPO [South West Africa Peoples

Organisation] ওম্থোকখি। রেলবেগী অচম্বা থবক শুবা শিম্মী সাম নুজোমানা মাগী থৌবুরেন [প্রসিদেন্ট] ওইরগা, নামিবিয়াগী মনিংতম্নবা, মরোমদোম লেপ্পবা ঈহৌ তৌরকই। চহি ১৭ চুপ্পা সাউথ আফ্রিকাগী লাম্নীনা SWAPO গী নিংতম-লাম্মী, গুরিল্লা [মিলিটেন্ট] গী মথক্তা লান শোক্লখি। সাউথ আফ্রিকা মশামক অপার্থেদ [apartheid] খমজনখিবা ঙরাংতা মঙায়রি।

য়ুঃ এনঃ গী মরুওইবা বোদী ৩ না ফৈগাক ফৈনা নামিবিয়াগী মরোমদোম লেপ্পবা মায়কৈদা লেপখি। জেনরেল এসিমব্লীগী ব্বারেপ কয়াগী মথক্তা, ১৯৬৮ দগী ১৯৯০ ফাওবদা নামিবিয়াগীদমক্তা সেক্যুরিতি কাউন্সিলনা ব্বারেপ ২০ গী মথক্তা লৌখি। য়াম্না মকওইবদি, সেক্যুবিটি কাউন্সিলগী ব্বারেপ নম্বর ৪৩৫ [১৯৭৮], সেপ্তেম্বব ২৯, ১৯৭৮ শিনি; মসিনা, নামিবিয়াগী ব্বাফম্বু ঈং তপ্পা মালেম্মা লোইশনবনি। ব্বাবেপশিবু, ব্বাবেপ নম্বর ৬২৮ [১৯৮৯] গী মতুংইন্না, এপ্রিল ১, ১৯৮৯ দা পাংথোক্লবা রিজোল্যুশন লৌখি। য়ুঃ এনঃ গী মখাদা নবেম্বব ৭-১১, ১৯৮৯ দা মীখল তৌখি। জেনবেল এসেমব্লী, কমিতি ওফ 24 না মরোমদোম লেপ্পগী হক পীনবা ব্বারেপ কয়া চহিগী লৌদুনা লাকখি। অদুবু, এপ্রিল ১৯৮৭ কী কাউন্সিলগী ব্বারেপ্তা, সাউথ অফ্রিকানা লেপ্তুনা ওক্যুপেশন তৌবসি মালেমগী শান্তি থুগায়বনি হায়বদা, বৃটেন অমদি অমেরিকানা ভেতো তৌখি। মসি ফজদবা ফিরেপনি।

মালেমগী ফিরেপ শেম্বদা, অচৌবা শক্তম অমা লৌখিবদি, ICJ গী জুন ২১, ১৯৭১ দা সেক্যুরিতি কাউন্সিলদা পীখিবা পাওতাক অদুনি [ICJ Report, 1972]। ICJ গী পাওতাক অদুদি ঃ

[ক] সাউথ অফ্রিকানা নামিবিয়াদা শুম লৈথবশি আইন্না য়াদে, অদুনা নামিবিয়া খুদক্তা থাদোক্লদবনি;

[খ] য়ুঃ এনঃ গী মেম্বরশিংনা সাউথ অফ্রিকাগী আইন কায়বসি খঙলদুনা, মাবু শকখঙবা, ইকায়খুম্নবা য়াদে;

[গ] মেম্বরশিংনা নামিবিয়াগী মায়কৈদা, য়ুঃ এনঃ না লৌখৎপা থবক পুম্নদা শৌগৎপিগদবনি।

নামিবিয়াগী কেশ অসি হান্নগী দে-কোলোনাইজেশনগী লৈরম্বা ফিবান্দা চবাক্লনা নৌনা হেক তাবা থোক্কে; অদুবু, মালেম্মা ফৈগাক ফৈনা লেপ্পদগী ১৯৯০ দা মরোমদোম লেপখিবা ঙমই। ভারতকী লেঙদবা পোলিসি ওইনা ভাইওলেন্স আর্মদ স্ত্রগল কয়াবু পৃথিবীদা শৌগত্তুনা লাক্লি – ANC দগীনা PLO, নামিবিয়াদগী এঙ্গোলা, বঙ্গলাদেশতগীনা ভিয়েটনাম ফাওবা। বঙ্গলাদেশকী ওইনদি ভারতকী লাম্মীনা মাবু ইফোং ফোংনা লিবরেশন তৌবীখি, তামীল ইলামগীদশু ভারতনা তামিল তাইগর খিবিকপু য়ুম্ফম থোনবা মতমদা, মদ্রাজদা ট্রেনিং পীরকখি। মালেম্মা ভারতকী কন্ত্রিব্যুশন কয়ামরুম অসিবু ইকায়খুম্নৈ। বোসনিয়াদশু ভারতনা লাম্মী থাজল্লি।

**কাশ্মীর, মণিপুর**

'আউৎলুক' হাপ্তাগী চেফোংগী অহানবা ইশু, ওক্তোবর ১৮, ১৯৯৫ না কাশ্মীবগী ওপিনিয়ন পোল তৌবদা, মী চামদা ৭৭ না ভারতকী কন্সটিট্যুশনগী ফিবান্দা কাশ্মীর ৱাথোক লোইশনবা খক ঙম্লোই হায়রকই – মদু হেক ফোঙলুবগা, শিবসেনা কৌবা নাজীজম চৎপা হিন্দু ফেনাতিকশিংনা চেফোঙদু খোমগৎলগা মৈ থাদোক্লুনা, চেফোঙদুবু মুৎথৎনবা তৌই। মসিমক্লি কাশ্মীরগী মীয়ামদা, ভারতনা চৎলিবা মীৎয়েং অসিমক। জর্মনী ২, ভিয়েতনাম ২, থোকপগুম মরোমদোম লেপচবম্বা কাশ্মীর অনী থোকই—অমনা, IOK [India Occupied Kashmir], অমনা, POK [Pakistan Occupied Kashmir], পাকিস্তান অমদি হিন্দুস্থান অনিমক্লা কাশ্মীব শেগায়রগা য়েন্নবতা নত্তনা, মাগীনি মাগীনি হায়না লেপ্পুনা তান্নরি – কাশ্মীরনা, শেগায়বিরবা মচেৎ ২ পুনশিল্লগা মরোমদোম লেপ্পা হায়বদু ঙমদ্রি। শম্না হায়রবদা, ভারতকী গবর্ণর জেনরেল ওইনিংবা, মশাগী ফমগী মিহৌবা, বৃটিশকী ইন্তরেষ্টতমক য়েংবা, IRA না বোম হাপচন্দুনা হাৎখিবা Mountbatten না লম লোইচনবা পাম্বা হিন্দু চৌভিনিষ্ট লুচিংবা খরগা লৌতুনরগা কাশ্মীরগী মনিংতম্বা মাঙহনখিবনি।

মরম অদুমক্লা, বৃটেনগী লেবর পাটিগী লুচিংবা রোবিন কুকনা, কাশ্মীর অসি মীরৈবাক অনিগীনি হায়দুনা মীচং চঙবগী মহুত্তা, 'disputed status of kashmir territory' হায়না ফিরেপ লৌরি [ইন্দিয়ান এক্সপ্রেস, দেলহী,

ওক্টোবর ৪, ১৯৯৫]। মখাতাবা থবক ওইনা, লেবরগী Mr. Kaufman না পার্টিগী কন্সটিটুয়েনসি খিবিক্তা কাশ্মীরগীদমক্তা চিথি ৬৫০ ইথ্রে হায়রিবনি। লেবর পার্টিগী হোংলক্লিবা মীৎয়েংদা, হান্নগী ইম্পেরিয়েল পৱার ওইরম্বা বৃটেনগীসু কাশ্মীরগী ৱাফমদা অচৌবা ওব্লিগেসন অমা লৈরি। খর কোন্না ৱাহৈ ৱাতা খর থৈদোক থৈজিন তৌরবশু, অমেরিকাগী এসিস্টেন্ট সেক্রেটরী মিসঃ রোবিন রাফাইলনা ১৯৪৭ কী কাশ্মীরনা এক্সেসন এগ্রীমেন্ত সহি তৌখিবদু খৎনরিবা [disputed] ৱানি হাই। ১৯৯৫ গী লেবরগী পার্টি রিজোলুসন নম্বর ৫১৯ অমদি নম্বর ৫২০ শু কাশ্মীরদা মীওইবগী হক মাঙখিবগী মওংদনি।

ইন্তরনেস্যানেল কমিসন ওফ জষ্টিস (ICJ) গী ১৯৯৫ গী রিপোর্ট– 'Human Rights in Kashmir, Report of a Mission' না কাশ্মীবগী মীয়ামগী সেল্ফ দেতরমিনেশনগী হক লৈবি হাযনা অশুম্না ইবি –"The people of the state acquired a right to self-determination at the time of the partition of India in 1947 and the right still exists because, it has neither been exercised nor abandoned", অদুবু, বৃটিশকী ইন্তবনেস্যানেল লো এক্সপার্ট প্রোফেসাব মাউবিস মেনদেলসনগী মরন্নায় ৱাখলদদি মবোমদোম লেপ্পগী হকসিবু য়াবা ঙমদে–মহাক্না, ভারত সরকারগী লোইচনবগী পোলিশিবু শৌগৎলি [তাইমস ওফ ইন্দিয়া, দিল্লি, মে ২৫, ১৯৯৫]। ইং কুমজা ১৯৯৫ মে ১৭ তা কাশ্মীব তন্থায় ১ লৌশিল্লিবা হিন্দুস্থানগী প্রাইম মিনিষ্টব নরসিমহা রাওনা রাজ্য সভাদা, মনিংতম্বা হায়দুমক্তি যৌফাত্তবা [short of Azadi] কাশ্মীরগী থাক অমা খন্নবগী ৱা পল্লুবদা, ভাবতকী অমুবা, অঙাংবা, নাপু মচুগী কোলোনিয়েল মাইনদেদ লুচিংবশিংনা লাও খোঙবা হৌরকই। রাওগী ৱাহৈদাঃ "I can see some light at the end of the tunnel. By Azadi, the Kashmir leaders may not mean total independence".

বৃটিশকী মমিং লৈরবা ইতিহাসকার অলাস্তার লেম্বকী ১৯৯১ গী মালেমদা পাকতক্লনা য়ৌহনখ্রবা লাইরিক্তুনা, কাশ্মীরনা ভারত্তা ১৯৪৭ তা এক্সেসন তৌবদু লাল্লি হায়বগী মপুংফাবা ৱারোল পীবি। কাশ্মীরবু মীখা থানা

থম্লবা হোৎনবদা, ভারতনা লুপা ক্রোর লাখ ১[১০০,০০০ ক্রোর] খরচ তৌখ্রে, কয়ামসু তৌগদৌরি। হৌখিবা চহি ৩-৪ দা সেমিনার লিশিং ১, ঙ্গাহে লাখ ৫,০০০ ইগ্রে, ওরগেনাইজেসন ৫০ গী মথক্তা লৈগ্রে। মদু য়েংলুবগদি, মণিপুর অমদি অঙ্গাং পোংপোক্কী লীরবা ঙ্গাথোক অসিদি, মালেম্মা খণ্ডবিবা, মালেম্বু খণ্ডহনবিবা, হিন্দুস্থানী মীপুম তিংনা খণ্ডগদবা য়াম্না ঙ্গাৎলি; খণ্ডফম থোকপা মী লিশিং অমগী মনুংদা অমা ফাওবা ফানিংচিং ঙ্গাৎলি। সমুদ্রগুম্না পাক্লবা ঈ-পাও ফংদবা—কম্যুনিকেসন গেপ—অমা উবা ফংই।

কাশ্মীরগী ঙ্গাফমদা মপুংওইবা ঙ্গাবম খর লৈ। অহানবদা, ১৯৪৭ কী ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এক্সেসনদু হিন্দু মহাবাজনা সহি তৌখ্রবনিনা, ভারত্তা য়াওবে হায়বসি ভারতকী ফিরেপনি। মদু য়েৎনরিবা হিরমনি হায়বসিনা অযাম্বনা যানবিবা ফিরেপনি। মণিপুরগী হায়রুরবা তারবদি, মশাগী কন্সটিট্যুসন অমা ১৯৪৭ তা লৈবা, প্রজাগী মীহুৎনা সবকার পায়খিবনিনা, ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এক্সেসন অদুবু মশানা অদুম ককচরবনি।

কাশ্মীবগী মতাংদা ভারতনা য়েৎলিবদু, মণিপুবগীদা য়েৎফম ইরে লৈতে। অনিশুবদা, সেক্যুরিতি কাউন্সিলনা কাশ্মীরদা প্লেবিসাইত তৌ হাযবদু, ভাবত সবকারনা য়াম্না কীজবদগী মশা ঙাকথোক্লবা মবৈ য়েৎলি। মীযামগী ঙ্গা তাদনা, কেবিনেতনা য়াদনা মণিপুর লৌশনখিবদুনা, ঙসিশু ঙ্গাথোক্তু লৈরি। অহুমশুবদা, ভারতনা শিমলা এগ্রীমেন্টকী মতুংইন্না ইন্দিয়া পাকিস্তানকী ঙ্গাফম ওইনা ঙ্গারী শাগদবনি হায়জরবশু, কাশ্মীরগী মনীংতম্বদি মখোয় অনিমক্কী অপাম্বা, ঙ্গাবী শাবগী মখা পোন্দে; মখোয় অনিমক্লা কাশ্মীরবু শেগায়রগা ওক্যুপায় তৌরিবনি।

পিঃ এনঃ ধার, জুলায় তাং ৩, ১৯৭২ দা শিমলা এগ্রীমেন্ট সহি তৌনবা মতমদা, ইন্দিবা গান্ধিগী সেক্রেটরী ওইরম্বা মীওইসিনা য়েৎলি মদুদি সেক্রেট ক্লোজ অমা এগ্রীমেন্ট অদুদা হাপচিনখিদ্রবশু, কাশ্মীর ঙ্গাথোক লৈবাক অনিখক্তনা তায়শন্ননবা য়ানখি হায়বসিনি [মেনস্ট্রিম, এপ্রিল ১৫, ১৯৯৫]। অবদুল সাত্তর—ফোরেন সেক্রেটরী ওইরম্বা, সিমলা এগ্রীমেন্টতা য়াওবা—পাকিস্তানী দিপ্লোমেতনা, ইন্দিয়ানা মচিন মরৈ অনি থোকপদু পল্লি

—অহানবদা, ভাবতনা কাশ্মীব ভাবতকী মচেৎনি হায়, মথংদনা ভাবতনা অমুক হায় কাশ্মীবগী য়েৎনবসি ৱাবী শান্নসি । মহাক্না হায়বি লৈবাক অনিগী মরী হায়বদুদি য়ুঃ এনঃ চার্টবগী আবটিকল ১০৩ শুবনা পীবদগী, চার্টবগী মখাদা লৈবাক অমনা তৌগদবা ওব্লিগেসন হাযবদুগী মখাপোনবা ৱানি।

কাশ্মীবগী ৱাফম, মথৌ লৈতনা কাশ্মীববু অনিথোক্না শেগায়বগা, য়েন্নমীন্নবগা শান্নমিন্নবিবা য়েক্লবা লৈবাক অনিমক্না, মখোযগী মবন্নায় ৱাথোক ওইনা য়েৎনবদগী, কাশ্মীবগী মীয়ামগী মবোমদোম লেপ্পগী হকপু তুংওইননা থমলি।ইন্তবনেস্যানেল লোদা, মণিপুবগী* মনিংতম্বা, মবোমদোম লেপ্পগী হক্না, কাশ্মীবগীদগী শকক অনি থোক্না হেন্না লূমই। মণিপুবগী লূপ অমতনা, ইং কুমজা ১৯৪৫ দা ভাবতনা য়ুঃ এনঃ গী মেম্বব ওইবা মতমদা, ভাবত মশাগী শেংনা লৈজবা লম—টেবিটোবী—শন্না মফে অমা তানবা তৌদে। অৱাং নোংপোক্কী লৈবিবা ঈহৌগী বাজনিতিগী সোল্যুসন লাকত্রি। নাগালেন্দগী লালহৌবা লূপ অমনা ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টবগা ইং কুমজা ১৯৯৭ তা ৱাবী শানবা য়াবগী থাক্তা চঙখিবদগীদি, নাগাগী ঈহৌগী ফিবেপ তংতানা হাযবা ঙমদে। চথবিবা প্রোসেস অমা ওইনা লৌববশু য়াই।

ইং কুমজা ১৯৯১ দা মনিংতম্লে হাযনা লাওথোকখ্রবা চেচেনিযা অমদি বালকান লমদগী বোসনিযা হবজেগোভিনাদা মখা চথবকলিবা লালগী থৌবম পবেং কযা, অমবোমদা এলঃ তিঃ তিঃ ইঃ গী তামিল ইলামগী অকনবা ঈহৌ অমদি কানাদাগী কুযেবেক্তা কন্সটিট্যুশনগী মখাদা কনাদাদগী খাইনিংবগী মখাদা চেল্লিবা ঈচেলনা, মবোমদোম লেপ্পগী ৱাফমদা হকচনবা শকওং খব উৎলি। কমপ্লেক্স সিচুযেসন খব বিপ্রজেন্তেতিভ সেম্পল ওইনা লৌবগা নৈনবদা মতিক চায়। চযেৎনবা প্রোসেস নৈনবদা, ওপসন য়াম্না লৈবনা, অবোইবা ফিভমদি হাংদোক্তুনা থমই।

---

* মণিপুবগী ৱাফম মপুংফানা নৈননবগীদমক, বিসার্চ স্কোলাবনা, অইবগী লাইবিক 'মণিপুব পুৱাবী কুনশুবা চহিগা' (১৯৯৭) নৈনবা চঙই।

## চেচেনয়া

মণিপুরগীদগী মীকোক লাখ ৬ ঙাৎপা, মীকোক লাখ ১৩ লৈবা রসিয়ান ফেদরেশনগী রিপব্লিক চেচেনয়ানা ওক্তোবর ১৯৯১ দা মনিংতম্লবা মতুংদা, চহি ৩ চুপ্পা মনিং তমখিবা অদুদা য়েংপা তৌরমদবা রসিয়াগী প্রসিদেন্ট য়েল্টসিন্না খণ্ডহৌদনা ডিসেম্বর ১৯৯৪ দা চেচেনয়াদা রসিয়াগী লাম্মী থাজন্দুনা লাল তৌই। ইং কুমজা ১৯৯৫ গী জুন ৩০ দা, রসিয়াগা চেচেনয়াগা পীস এগ্রিমেন্ট সহি তৌনরগা, লাল শোক্লবা লেপ্লা য়ানখি। চেচেনয়াগী ১৯৯১ দা মনিং তমখিবা অদুবু, চহি ৪ গী মতুংদা ভারতকী লৈঙাকপশিংনা য়েংশনবা, য়ৈখায় থিনগায়নবা ওইনা চৈ থাংবা হৌরকখি। জানুয়ারী ২৭, ১৯৯৫ দা বিঃ জেঃ পীঃ গী লুচিংবা অতল বেহারী বাজপায়ীনা লুচিংবা পারলিয়ামেন্টরী দেলিগেশন্না, রসিয়াদা চত্তুনা ভারতনা রসিয়াদা চেচেনয়াগী মনিং তমহন্দনবা শৌগৎখি। মোস্কো দেক্লারেসন সহি তৌমিন্নদুনা, বোরিস য়েল্টসিন অমদি নরসিংহ রাওনা ভারত অমসি রসিয়াদা, সেল্ফ দেতরমিনেশনগী ঈহৌ লৈবা ওইথোক্তবনি হায়না, পুন্না লাওথোকমিন্নখি। মদুশু চেচেনয়ানা মনিংতমশ্রবা চহি ৪ গী মতুংদদনি – ইং কুমজা ১৯৯১ দা লাওথোকখিবা লৈতে।

পুৱারীদা হঙ্গৎনা য়েংখৎপদা, ইং কুমজা ১৯১৮ গী বোলসেভিক পার্টিগী নেসনেলিতি পোলিসি মতুংইন্না রসিয়া ফেদরেশনগী য়ুনিত ৮৯ গী মনুংদা, ১৭ খক্তনা নেসনেল রিপব্লিক ষ্টেতস ফংই [চেচেনয়াশু ১নি]; প্রোভিন্স ৫৫ [oblast নত্রগা kray] অমদি, অতৈনা য়ুনিত ওইনা লৈ। চেচেনয়াগী মীশিং লাখ ১৩ গী মনুংদা, চেচেননা লাখ ৯, রসিয়ান্না লাখ ২ মখায় ওই। য়াম্না থৌনা ফনা, অকনবা রেসিস্তেন্স ইং কুমজা ১৭৮৫-১৮৬৫ ফাওবা পীরবা মতুংদা, ঈমু-নাইমু তারবা মতুংদা চেচেনয়াবু রসিয়ানা নমদুনা লৌশিনখিবনি। নমদুনা লৌশিনখিবদগী, য়ানিংদবা অদু চহি চামা কুম্থা ফনা হেল্লবা ফাওবদা চেচেনগী থম্মোয়দা ফুমদুনা লৈরকই। হিস্তরীগী লোইশ্রবা তাঙ্কক্লি, নত্তে হায়গদৌরিবসিদি মীওইবা খুনাইননি। ভারতকী লুচিংবশিংনা চেচেনয়াগী চহি ৪ চুপ্পা মনিং তম্বদু মুৎথৎনবা রসিয়াদা চৎলুবদুনা, গান্ধীগী চারোল শুরোলনা মীওইবগী মনিংতম্বগী মায়োক্তা লৈ হায়বসি উৎলুই।

হান্নগী বসিয়াগী প্রাইম মিনিষ্টব য়েগোব গোইদাব, আফঘানিস্তানগী লালগী হেবো দিপুটি মিনিষ্টর বোবিস গ্রোমোভ অমদি মিলিতবী ওফিসাব কয়ানা মখোয়গী মবৈবাক্লা চেচেনযাদা লাম্মী থাজিনববু ফোংনা শিংনৈ—অসিগুম্বা অচৌবা মীওই অমত্তা হিন্দুস্থান্দা পোকত্রি বেসিষ্ট, কান্ত্রীষ্ট ভাবতকী অঙাংখাওদা বেসিষ্ট—কোলোনিয়েলিষ্ট নত্তবা অচৌবা মী অমত্তা মকম্ম ফাওবা ওনবা ওইথোক্তে। মবম অদুমক্রনি, এমঃ কেঃ গান্ধীনা অপীকপা ষ্টেটকী মনিংতম্বা পীদনবা লোর্দ মাউন্তবেতন্দা ব্রানোমখি। ভলাদিমিব জিবিনোভসকীনা অবাবীয়ান সমুদ্র য়ৌনা বসিয়াগী সম্রাজ্য শন্দোক্কনি হায়না অপঙবা ব্রাশক লৌবগুম, হিন্দুস্থান্না সম্রাজ্যবাদা থম্নবা ব্রাশক লৌই।

Vainakh হায়বসি চেচেন অমদি ইনগুস কৌবা মী কাংলুপকী অপুনবা মমিংনি। V.D.P. হায়বদি Vainakh Democratic party না চেচেনযাগী মনিংতম্বা লাওথোকপদগীদি, নবেম্বব তাং ২৭, ১৯৯০ দা চেচেন নেস্যানেল কংগ্রেসনা মনিংতম্বগী ব্রাবেপ লৌই। ১৯৯১ গী নবেম্বব তাং ৮ দা চেচেনযাদা ইমবজেন্সি থম্নবা য়েল্টসিননা ওর্দব থোকখি। ১৯৯৪ গী ডিসেম্ববদা চেচেনয়াদা বসিযানা লান্দাখি। বসিযানা চেচেনগী থাও, Caucasion oil basin দবকাব ওইবনিনা, চেচেনযাগী মনিংতম্বা থিংবনা, চেচেনয়াদা চীংগী শকক চাদা ৪০ লৈবা মফমদা গুবিল্লা লালগী খুদোংচবা পী। অকবদি তমগী লম্না ৬০% লৈ। চেচেনযাগী মীযামগী অপাম্বা অদুনা লৈবাকসিগী মবাইবক লেপকনি—মখোযনা বসিয়াগী শেমদোক্লবা ফেদবেশন্দা লৈনিংলগা লৈবা, লৈনিংদ্রগনা মবোমদোম লেপ্পা মশানা তাবকই।

## বোসনিয়া মনিংতম্লবা মতুং

সোসিয়েলিষ্ট বিপব্লিক ওফ যুগোস্লাভিয়ানা মনিংতম্বা লৈবাক ৫ থোকশ্লবা মতুংদা, মনিং তমখ্রবা ষ্টেট বোসনিয়া-হবজেগোভীনাদা, অকিবা মখলগী জাতি-হাৎপা 'জেনোসাইদ' থোবক্কুনা চহি ৩ চূপ্পা মনিং তম্লবা বোসনিযাদা উজ্জাব মেলা, কাংখোঙ চাইবা, মীশি মীনা কপ্পা লাওনবতা থোকখি। মসিগী মপুং ওইবা মবমদি, বোসনিয়াগী অব্রাংথংবদা লৈবা সর্বকী লৈবাক সববিযানা, বোসনিযাগী মনুংদা সর্ব তাহনখিবা লমবু [Serb area] লৌশম্নবা ফত্তবা লীচৎ চত্তুনা, লৌতুনবদগী তৌদুনা ইথনিক ক্লীনশিং

[sic. মদুগী ফত্তবা মতৌদু তম্লক্কুনা মণিপুবগী চীংমী* মচিন মনাওগী মবক্তা লৌনবক্কুনা ঈমু নাইমু তানবা, মীওইবগী হক-পুন্সিবু মৎপা নুতিগী থোকখিবদুনি], মীগী মবমদা লান্দাবনচিংবা থোবকখি। এবোগেন্ট, এগ্রেসিভ ওইবা, মীগী লম কবাম্বা, সর্বশিংনা নিংথিনা হায়বিঙৈদা য়ানদবদগী, নাটোনা ইয়াব বেদ লিশিং ২ হাপ্তা অমবোম তৌদুনা, বোসনিয়াদা সর্বনা লমহেনবদু লাকশল্লবা মতুংদতা লমহেনবা সর্বশিংবু মালেম্না জ্ঞান তাহনবা ঙমই। মদুদতা মীশি মীনা লেপই। ওক্তোবর, ১৯৯৫ ফাওবগী যানবা থাক্তা, বিছাবদ হোলব্রুক্কী নেগোসিয়েশন মখাদা, বোসনিয়াবু পাবতিশনদি তৌদনা, এনতিতি ২ বোর্সনিযাগী মনুংদা থম্বা যানখি; মদু ৫১ঃ৪৯ গী লম শর্কক্লি; ৫১ না বোসনিয়াগী মুসলীম-ক্রোট, ৪৯ না বোসনিয়ান সর্বকী ওইনা থম্বনি। নাটোনা ইয়াব বেদ লিশিং ২ তৌদ্রিঙৈদা, সর্বশিংনা বোসনিয়াগী লম অযাম্বা খোপচল্লুববনি। Van Owen plan দা বোর্সনিযাবু যুনিত ১০ গী মথক্তা থোকপদু যানখিদবদগী লৌথোকখ্রবনি।

মনিং তম্লবা বোসনিযাদা থোকখিবা ঈমু নাইমু তানবসিগী অচৌবা মবম লৈ মদুগী মথক্তা, যুগোস্লাভিযানা লৈবাক ৫ থোক্লবা মতুংদা থোবক্লিবা খবসি নৈনবদা মতিক চায়। শেলথুমগী, পুরাবীগী, ইন্তবনেস্যনেল পোলিতিক্সকী মবমশু লৈ। পনবা যাবদি, যুগোস্লাভিযানা ঈংনা তপ্পা মচেৎ তাববদা, বোসনিযাদা অরাবা দশা তাবদগী, যুঃ এনঃ না UNPROFOR থাজল্লি, সর্বকী মাযোক্তা যুগোস্লোভ ব্রাব ক্রাইমস ত্রাইবুনেল শেমই, সর্বিযানা শাবা লৈবাক্কী মথক্তা মালেম্না ইকনমিক সেঙ্কসন তৌই, অদুগা সর্বকী লমহেনববু মালেমনা চৈ থাংই। নোংচুপ্পা ১৯৯১ ৯২ মক্তদা, লমহেনবা গ্রেতব সর্বিযা পাম্বশিংগী মথক্তা অথুবা মিলিতবী এক্সন লৌহৌদবগী মবম অমদি, যাবগনা মেদিতেবনিযান খৃস্তিযানগী তাশল্লবা লৈবাকশিংগী মবক্তা বোর্সনিযাগী মুসলীম স্টেট অমা শিংচেপ ওইনা থম্বা পামদবগীশুনি খৃস্তিয়ান ব্রার্ল্ডগী ওইবা ব্রার্ল্ড আউৎলুক অসিনা অহানবদা মখোযবু মীচং মীখায নাইহনবনি। বিলিজযন অমদি বাজনিতি য়ানশম্নৈ।

* ইথনিক ক্লীনশিং তৌনবগীদমক থেখোনা প্রসিদেন্ট ওইবগা, ওক্তোবর তাং ২২, ১৯৯২ দা য়ুনাইতেদ নাগা কার্উন্সিলনা লৌখিবা ব্রাবেপ অদু নৈনবা য়াই।

ওত্তোমান এমপায়ার লৈরিঙৈদা, চহি ৩০০ চুপ্পা পাঙলশিংগী অকনবা চৈস্সু, অওং-অনৈ খাঙবা ঙমদবদগী সর্ব ফুরুপনা মচোই মচোই তাদুনা চীংদা চেনখত্তুনা হিংখি — মদুনা, খৃস্তিয়ান সর্বশিংনা পাঙলশিংদা কাওবা ঙমদনা শেন্দবা অমা চহি ৩০০ চুপ্পা লৈ। ক্রোট তম্খাই সর্ব তম্খাই ওইবা তিতোনা পাল্লিরিঙৈদা, মচেং তাবা কয়াবু ফাজন্দুনা থমখি। তিতোনা পাল্লিরিঙৈদা, মলতি—ইথনিক যুগোস্লাভিয়াদা খ্বায়দগী চাওবা ফম পুন্না জাতি খুদিংদা থুংবগা লোয়ননা, প্রসিদেন্টসীবু রোতেত তৌই। তিতোনা থুপত্রবা মতুংদা ফাওবা, মাগী ফিদম মখাদা, যুগোস্লাভীয়াগী খ্বায়দগী চাওবা ফম ৩ প্রসিদেন্ট, প্রাইম মিনিষ্টর, ফোরেন মিনিষ্টর মীশিং য়ামদবা কাংবুবু ওইহল্লি — মীশিং য়াম্না সর্বনা মদু থাদোকই। ভারত্তদি আর্য়ান রেসিষ্টশিংনা ষ্টেট পৱার মতোন্দগী ময়াই ফাওবা পায়শল্লবা, লেমহৌবা ৱারেপ লৌবা য়াওহন্দবা মিউনিসিপাল দিয়ুতিনা কাষ্ট ৪ গী মখাদা থমএ হায়না খনজরিবা মোঙ্গোলিয়ান জাতিদা পী পুৱারীগী ঈচেল ওইবনিনা, সর্বনা সেক্রিফাইস তৌবা, ফজবা ঙীচং পুন্নদু শিংথাবীদবশু লৈখি; অচৌবা মরমদি মনিং তমনিংলকপনি। মনিংতন্নকপদা, সর্বশিংগী মরাল থোইনা লৈরুবশু নত্তে।

য়ুগোস্লাভিয়া [Yugo = মখা থংবা; Slavia = স্লাব লৈবাক] হায়বা স্লাব ইথনিক গ্রুপকী লৈবাক ডিসেম্বর ১৯১৮ দা শেমগ্রবা মতুংদা, জর্মনীনা এপ্রিল ১৯৪১ দা লান্দারক্তুনা, মনিংতম্না ক্রোসিয়া জর্মনীগী মতেংনা শেমখি। সর্বশিংনা চৈরিবা Ustashe [হৌজিকশু চৈবিবা] হায়না খঙনবা জর্মনীনা শেম্না ক্রোটস সরকারনা সর্ব মীচম লাখ ১ লিশিং ২০, জিয়ু লিশিং ৩০ গা লোয়ননা হাংখি। তিতোনা মাগী 'পারতিসান' শেমদুনা কনাগী মতেং য়াওদনা জর্মন ওক্যুপেশনবু খুৎলায় পায়দুনা তাম্লোকখি। মরমদুমক্লা, ১৯৯১ দা ক্রোসিয়ানা মনিংতম্নদা জর্মনীগা অস্ত্রিয়াগনা ঙমজবী থাদুনা শৌগংখি; খ্বায়দগী ইনাকখুনবা ষ্টেট শ্লোভেনিয়াশু য়ুগোস্লাভিয়াদগী থোকখি। বোসনিয়াগী সিভিল ৱার থোকত্রিঙৈদা, সর্বকা-ক্রোটসকী লান্দা মী য়াম্না তুমগ্রবনি। মনুংগী য়ানদবা [কন্ত্রাদিক্সন] কয়ামরুম্না চাওখৎকলপদগী, পোলিতিকেল প্রোসেসতা মমি তারক্তুনা, Demos পার্টিনা শ্লোভেনিয়াদা পৱার পায়রকপগা, ডিসেম্বর ১৯৯০ দা শ্লোভেনিয়া মনিংতমগদ্রা হায়বগী রিফরেন্দম তৌবদা, চাদা ৯০ না মনিংতম্না পামখি। সর্বকা শ্লোভেনিয়াগা

য়েংথিনবা লৈখিদ্রবশু, স্লোভেনিয়ানা মনিংতম্বন্দগী মথং মথং ওইনা ক্রোসিয়া, বোসনিয়া – হরজেগোবিনা থোরকই। বোসনিয়াগী ৱাথোক্তা, মমিং লৈরবা দিপ্লোমেত হেনরী কিসিনজরনা নৈনবদা, পার্টিশিংগী খুত্তা মলতি-ইথনিক ষ্টেট শেম্নবা নেগোসিয়েশন তৌনহনবনা চুমই হায়না লৌই[এসিয়ান এজ সেপ্তেম্বর ২৫, ১৯৯৭, কিসিনজর গী লমায় ১ থনবা এনেলাইসিস, লাঃ ১৩]। ইং কুমজা ১৯৯৮ ফেব্রুৱারীদা য়ুগোস্লাভিয়াগী কোসোভোদা আলবানিয়ানগী ষ্টেট শেম্বগী ইরাং থোরকই।

বোসনিয়াগী ঈমু-নাইমু তানবা, মদুবু থোকহনবা লমহেনবা সর্বকী মথক্তা নাটোনা য়াম্না খাক্লা ইয়ার রেদ লিশিং অনিখক্তং তৌবিবা, বোসনিয়াগী লমগী শরুক মঙাথোকপগী মরী সর্বনা খোপচনবদগী বোম থাদদুনা তকখায়বা, সর্বকী পুকচেল চাওবা কয়াবু কাওথোক্তনা, মালেম্না ইকনমিক সেঙ্কসন তৌবা, সর্বকী লুচিংবা, য়াথং থাদবা অচৌবা ফম্নায়বা কয়াগী মথক্তা জেনোসাইদকী মবালগী দণ্ডি পীগদবগী ঙাইবিবা অসিনা মথং মথং থোবকপা থৌদোকনি। বোসনিযাগী মরোমদোম লেপ্পদা, নায়তোম হিংলবা সর্বিয়া ষ্টেটকী লুচিংবনা গ্রেতর সর্বিয়া শেম্নবগী মঙলুবা মঙদু, ইযাব বেদনা মচেৎ মচেৎ থুগাইখি – অদুবু লমহেনবা, লম করাম্বনা বোসনিয়াগী মীয়াম হাৎখিবদুদি কান্নদবা, ইকাযনিঙাই ওইবা থৌদোক ওইহৌরে। মীওইবগী হক ঙাক্লবা হোৎনবদা চৎনবা য়াদ্রবা ৱাখল্লোন কয়াবু হান্না হুন্দোকত্রবদি, খুমাং চাওশনবা ঙমদে। মরম অদুনা, অইবনা গান্ধীগী ষ্টেটপু, মতাং মতাংদা মাগী য়ুখল মকম হাইদোকই; তৌফম থোকপশু ওই।

## কুয়েবেক্কী রিফরেন্দম

ফেদেবেসন মখল অয়াম্বদা – খুদম ওইনা, কনাদা অমদি অমেবিকাদা লাঙ্গাও অনিশুবগী মতুংদা মনিং তমনিংলকপা ষ্টেট নত্রগা, প্রোভিন্স য়াওরক্লবদি [ভারতকুম্না], রিফরেন্দম তৌবগা ষ্টেটতুগী মীযামগী অপাম্বা ওনবা চত্থরকই। দেমোক্রেতিক প্রোসেসকী মতেংনা লৈবাক্কী ৱাথোক লোইশিনবগী মচাক্তি। ১৯৯০ গী মতুংদা, তৌবা পুয়েরতো বিকোহ রিফবেন্দম্না, মহাক্লা অমেরিকাগা লোয়নলা কমনৱেলঠ এসোসিয়েসন ওইনা লৈবা পাম্বগী ওইনা তৌরি। ওক্তোবর ৩০, ১৯৯৫ গী কুয়েবেক্কী ৩ শুবা রিফরেন্দম্না পীরকপা

মঁহে মতুংইন্না ভোতবগী ৫০.৬% না কনাদানা কুযেবেক লৈথখিনবা ভোৎ পীবদা, ৪৯.২% না কনাদাদগী কুয়েবেক মনিংতম্নবা ভোৎ পীবকখি। মনিংতম্বা তমদবা হায়বসি বিফবেন্দমগী য়ুম্ফম্না লেপ্পা চৎনবদগী, কুয়েবেক্লা কনাদাদগী খাযদোক্লগা, মনিংতম্বা হায়বদু হৌজিক্কঁদি পাদ্রি — অদুমকপু, য়াম্না কুইদবা মতমদা, মথংগী ইলেক্সন লোইবগা, মথংগী বিফবেন্দমগী মতম অমুক লেপ্লকপা ওইথোকই।

১৯৮০ দগী ১৯৯৫ ফাওবগী বিফবেন্দমশিংগী মবক্তা, কুযেবেক মনিংতম্বা পাম্বশিংগী ভোট চাদা ৪০ ওইবম্নদগী চাদা ৪৯ ওইবকই। মবক্তশু, বিফবেন্দম অমা হান্না তৌখ্রবনি। বিফবেন্দম অহুমলক্তগী তাদনা, পূযেবতো বিকো অমদি কুয়েবেক্তা তৌবদা, মণিপুরবদা বিফবেন্দম অমুক্তং ফাওবা তৌবগী থৌবাং সবকাবনা লাওথোক্লবা খন্দবশুম উই; দেমোক্রেস চৎপা ভাবতকুম্বা দেশতদি বিফবেন্দম অমুক্তা নত্তনা হন্না হন্না তৌবগা, মীযামদা দেমোক্রেতিক প্রোসেস চৎথবি হাযবা উৎপা চঙই। মদুগী মথক্তা, মালেম্না মদুবুশু খঙনীংগনি। বিফবেন্দম্না অবাং লোংপোক্কী শাংলবা রাথোক্তু মীয়ামদা শিন্নবা চুমই। বিফবেন্দমগী মশাগী দাইনামিক্সতা পোলিতিক্স যাওঔ — ত্রাইব, মাইনোরিতিদা ফেদবেল সবকাবনা মবমচাদবা কনসেশন কযা পীথোক্লগা, মাইনোরিতিবু মেজোরিতিগী মাযোঙা লৈহনবা — কনাদাগী পোলিতিক্সতশু লৈ। বিফবেন্দমগী মতমদা ভোটবদা ইর্নশনবা রাখলদি — ইকনমি অমদি মারকেট ফোর্স, ইথনিসিতি অমদি, মীতোপ্পা শান্নবা হিগাযব্রাগী বাজনির্তিসিশু পনবা যাই। কনাদাগী মীয়াম্না সপোর্ট তৌববদি, ১৯৮২ গী কনাদাগী কন্সটিট্যুশন্না পীবিবা অপনবা খবদু কুযেবেক্লা কাম্বোকপা ঙম্বা যাই। কুযেবেককী মথংগী বিফবেন্দমগী মতমদু লেপ্পা কুযেবেকান্না ঙাইবি।

কুয়েবেক্কী [Quebec] সেপবেতিজম মাঙদ্রি। কুযেবেক্লা যানিংদবা কযা কনাদাগী কন্সটিট্যুশনগী থৌবমদা মতম মতমদা উৎলি — কুযেবেক্লা তোখায়বা তাববসু আইনগী লম্বী মখাদা লাকপনা লূম্না ওইথোকপা হেল্লি। শ্রীলঙ্কাদা তামিল ঈলামগী লাল চত্থবক্লিবা তাঙ্কক্তা, প্রেসিদেন্ট চন্দ্রিকানা আগষ্ট ৪,১৯৯৫ দা ভাবতকী লৈবিবা ফেদবেলিজম তঙ্খাইশিদগী হেঞ্জিনবা ফেদবেল পেকেজ পীববা ফাওবদা, তামিল তাইগর্সনা যাদবা ফোঙই। ম্যানমাবদা ইন্সবজেন্সীবু লাকশিনলকপা, ইবাক্তা কুর্দকী ঈহৌ নেমথবকপা, সাউথ

অফ্রিকা-মক্তুদা জুলু কাংলুপ্পা মবোমদোম লেপনিংলকপা, বসিযাদা তাতবস্থানগী মথি ফোংবা শৌদ্রিবা অসিনচিংবসিনা, মবোমদোম লেপ্পগী হক্তা খষ্টুনিঙায ওইবা মচাক পী। অদুবু, হিস্তবিকেল মেতবিযেলসনা [ICJ reports, 1975], মবোমদোম লেপ্পনা চুমই হায়বা মী ফুরুপ/জাতি নত্রগা, লৈবাক্কী ৱাফমদি চনৈনবা ইবৈমক লৈতে। মালেমগী পৈশা পায়বা, তামিল অমদি হিন্দুশিংনা শৌগৎপা তামিল তাইগবশিংগী কেশ অসি, শ্রীলঙ্কাগী পুৱাবীদা মণিপুবগুম্না নিংতম্না লৈবকখিবা ওইবম্বা তাববর্দি, যাম্না হেন্না লাযবমগনি, মদুমক থোক্তনা, মবোমদোম লেপ্পা তানলকপদা, শ্রীলঙ্কাগী মাযকৈদা ঙাংননবা ৱাফম খব লৈবনা তামিলদা অপনবা ওইবিবদু ইসতোনিযাদা, বালতিক ষ্টেটতা ওইখিদে। মবোমদোম লেপ্পগী হকপু থবক্তা ওনবা হায়বসিমক পৱাব বেজগী কনবা-শোনবগা মবী লৈনৈ – মালেমগী বাজর্নিতিগী মচেৎ ওই।

## তামিল ঈলাম

শ্রীলঙ্কাদা অৱাং অমদি, নোংপোকথংবা শকক্তা তাবা তামিলশিংনা শ্রীলঙ্কাদগী খাযদোকচবগা, তামিলগী লেন্দ [ঈলাম] শেম্নবা হৌখিবা চহি ১০ বোম, এলঃ টিঃ টিঃ ইঃ না অতৈ লূপ্তগী মাং থাদুনা খুৎলায পাযদুনা শোক্লবকপদু, ১৯৯৫ লোইশল্লকপদগী শ্রীলঙ্কাগী লাম্মীনা ওমথদুনা থমই। হৌবকপদা, যাম্না তোন্না হৌবকখিবা এলঃ টিঃ টিঃ ইঃ, মগাক্কী মথঙগী খোঙজংদা, ইন্দিবা গান্ধীগী কঙ্গ্রেস সবকাবনা তামিলনাদু অমদি ভাবতকী মফম কযাদা, লাম্মীগী অচৌবা জেনবেলশিংগী, R A W গী মীৎযেং মখাদা, ট্রেনিং সেন্তব ৩১ হাংবিদুনা, খা ভাবত্তা মখোযগী পোলিতিকেল ওফিস কযা থম্নীদুনা, মীনৈবাক্তা ওফিস কযা হাংবিবদা মতেং পীদুনা লাকখিবদগীদি, ওসিগী cyanide Tamil গুবিল্লাগী মপাঙ্গলসি যৌবকখিবনি। মিল্লাবগী মমিংদা মিল্লাব সকাদ হাযবসু থমই। পৃথিবীগী তামিলশিংনা অচৌবা শেঙ্খাং লেপ্পা লৈতনা পীবকপগী মথক্তা, ভাবতকী ফম্মাইবা কয়ানা অচৌবা শেনফম লোন্না নত্রগা ফোংনা পীবীদুনা মখোযনা হিংবা ঙম্লকই। খা-ভাবতকী চীফ মিনিষ্টব এমঃ জীঃ বামচন্দ্রননা থৌদোক অমখক্তংদা খুদম ওইনা, লুপা ক্রোব ৪ দোনেশন তৌখি – মখাদি, অঙম্বশিংনা লমজেল তান্না তান্নদুনা দোনেশন তৌবকই।

হৌজিক লৈরিবা ফিভম: জফনা লৌশিনখ্রবা মতুংদা, শ্রীলঙ্কাগী প্রসিদেন্টনা জানুৱারী ১৭, ১৯৯৫ ফাওবা পীরিবা পোলিতিকেল পেকেজ হান্নগী মাগী আগষ্ট তাং ৩, ১৯৯৫ দা লাওথোকখিবা পেকেজদগী খর মপাঙ্গন শোলহনলগা, প্রসিদেন্টনা রিজনেল কাউন্সিল মুংথংপা ঙমহনবা অদু য়াওবি; শ্রীলঙ্কাগী লৈবাক কায়দনবগীদমক্তনি। আগষ্ট ৩, ১৯৯৫ গী শেমদোক্তবা পেকেজদা পীরিবদি, ভারতনা ষ্টেটতা পীগে হায়না ফাওবা খনদ্রিবা ওতোনোমিদগী হেক্সংনা ৱাংখংলি, শ্রীলঙ্কাবু রিজনশিংগী ফেদরেশন ওহ্নোক্লগা, তামিলগী রিজন্দা–[শুপ্নতগী দিফেন্স, মীরৈবাক্কী মরী, করেন্সী বেঙ্কগী নিয়ম, ইকমতেক্স, মী চংলকপা হায়রিবা] শক্তি খরসি সেন্তরদা থনম্লগা, অতৈ পৱার পুম্বা রিজন্দা শিন্নগদবনি। হায়রিবা ভারত সরকারনা ফাওবা, নাগালেন্দ, অসাম, মণিপুর, পঞ্জাবতা পীনবা মমঙফাওবদা মঙদ্রিবা ওতোনোমীগী অৱাংবা থাক তামিলদা লাহোকচরবশু, এলঃ টিঃ টিঃ ঈঃ না ১৯৯৫ দা চিঠী ৪৩ থাদোক থাজিন থা ৩ গী মনুংদা লঙ্কাগী প্রসিদেন্টকা তৌনরবা মতুংদা, তামিল ঈলামদগী খোঙফম হন্দোক্তবতা নত্তনা, জফনাগী ৱাংমদা, প্রোতেকতেদ ৱার চখনবা ফিবেপ লৌই। জফনাদা ১৯৯৫ দা, মখোয়গী মোবিলিতি থমদবা, কনভেনস্যানেল ৱারদা হেনজন্না মশাবু থাজকবা অসিদগী মিলিতরী ইবব তৌরুরবসু, মখোয়না মখা চখনবগী খৌরাং তৌই। লাম্নী ১৬,০০০ খক্তংদগী ৮০,০০০ য়ৌনা হেক্সংখ্রবা সিনহলা লাম্নী অমদি আইঃ পিঃ কেঃ এফঃ না হন্দোকখিবদু খন্থনবা মচাক ওই।

তামিল ঈলাম থোরকপগী অচৌবা মরমদি, শ্রীলঙ্কা অসি শুপ্নগী সিনহলা [আর্য্যনগী ধারা] শিংগী ষ্টেট ওইখিবা, লোন্দা সিনহলা মতোমতা চংলকপা, লাইনিংদা বৌধ ধর্ম্ম ঙাক্তা চংকদবা, লৈবাক ঙাকলোন্দা সিনহলা ঙাক্তনা পুহনবা [ঙসিফাওবদা, তামিলদা আর্মীগী কোলোনেলগী ফম অনিদগী হেন্না পীখিদে], মফম মফম খুদিংদা তামিলবু অনিশুবা থাক্তা থম্বদা 'সরকার-প্রজা বাজনিতি পার্টি-মিলিতরী' ভাবত্তা তৌবগুম্না, রেসিষ্ট ওইদুনা লাকপা-পুম্নমকসিনা মপুংনি। ইন্তিগ্রেসনগী মায়খুম উপলগা, লেপ্তুনা তামিলবু নেস্যানেল ওপ্রেসন তৌরকপদগী, তামিলশিংবু নমদুনা ঈলাম তালহনখীবনি। নাজীশিংনা মায়খুম উপ উপ্তুনা নেও- শ্রীলঙ্কাদা, ভারত্তা নেস্যানেল ওপ্রেসনবু ইকায়খুম্নবা পী। গ্লোবেল দে-কোলোনাইজেসনগী চংনা

পথাপ যেংলুবগদি, তামিল ঈলামগী মবোমদোম লেপ্পা হায়বসি তঙাযফদবা হায়বদু ওইবকই; মখোযনা কবম্বা মওংগী নেগোসিয়েশন তৌবকপগে হায়বদুদি উবা ঙমদ্রি। মণিপুবগুম্না, মখোযদি চহি ২,০০০ চুপ্পা ষ্টেট ওইবকখিবা হাযবদুমকতি থোক্তে – বঙ্গলাদেশকুম্বা অনৌবা শক্তমনি।

মাংলমচত্তা যেংলুববদি, সিনহলা [আর্য়ান] বেসিজম্না তামিলবু খব চান্না তৌবিগদবা য়ানচে—খুদম ওইনা ১৯৫৭ কী বন্দবনায়ক-চেলভানাযাকম পেক্ট, ১৯৬৫ গী চেলভানাযাকম-সেনানাযকে পেক্ট, ১৯৮৭ কী ইন্দো-লঙ্কা পেক্ট লোইনমক চৎনখিদবা ঙাকনি। ১৯৬৪ গী শ্রীমাভো – শাস্ত্রী পেক্টশু চৎনখিদে। শ্রীলঙ্কাগী পাব্রাব পাযখিবা মহাত্মাশিং—বন্দবনায়কে SWRD, শ্রীমাভো, UNP গী প্রসিদেন্ট ওইবকখিবা জযাবাবদনে – পুন্নমক, তামিলবু নমথগনি হাযবগী যুমফমদা সিনহলা বেসিজমদা যুম্ফম ওইবা ঙাক্তনি – ভাবত্তা হাযবগা, আর্যান নাজী ব্রাখল্লোনগা হাযবপ মান্নৈ। মদুগী হঙ্গৎনা চেনবা ঈচেন্দা, লাকলিবসি শুপ্পতগী চন্দ্রিকা কুমাবতুঙ্গা খক্তনি। কম্যুনিজম চৎপা সিনহলাগী JVP ফাওবা, আর্মীদা, পোলিসতা ইনফিলত্রেত তৌবগা, তামিল জাতিবু জেনোসাইদ তৌবদা যাওদুনা লাকখি। বেসিজমদা যুম্ফম ওইবা কম্যুনিজমনি। অপুনবা মীওইবগী হকপু, বেসিজম্না নমথবকই।

১৯৮৩ দা তামিলশিংবু সিনহলা ঙাক্তনা শেম্বা সবকাব, প্রজা, লাম্মী, নেতা মযাম্না অমতা ওইনা তামিলবু উনশামকু খোকল - খোকলগা হাৎপা, লমবেন্দা যানবদগী তবনিং পোইন্ট ওইখিবনি [১৯৮৩ গী এমনেস্তী বিপোর্ট যেংগদবা]।

এলঃ টিঃ টিঃ ইঃ না পোর্কখির্বসি যাম্না তোন্না পোকখিবনি হাযবা য়াই। এসঃ এফঃ এলঃ পিঃ কলিং পার্টি অর্মদি শ্রীলঙ্কাগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী, ১৯৬৫ গী যানচে অদুনা সিনহল্লানা মতোন্দা কলিং ক্লাসতা লৈবগী [মযাংনা তৌবগুম্বনি] বার্থ-বাইট অদুবু কাযহনবনি হাযবদগী, জুলায় ১৯৬৮ দা ১৯৬৫ গী পেক্ট অদু সেনানাযকানা থুগার্যখি। ১৯৭২ দা শ্রীমাভো বন্দবনাযকানা পব্রাব পাযবকপদা, কন্সটিট্যুসন অদু 'সিনহলা-বৌধ'গী ওইনা অমুক্কা মপাঙ্গল হেন্না কলহনবদগী, মেগী ১৪, ১৯৭৬ তগীদি তামিলগী

লূপ খুদিংমক্তা TULF কী মখাদা, শ্রীলঙ্কাদগী তামিল ইলাম কৌবা নিংতম্বা লৈবাক অমা শেম্নবা ফিবেপ লৌখি।

মদুগী ফিবানমক্তদা, য়েংবা যাবদি, ১৯৭২ দা লৈখিবা ছাত্রগী বোদী- 'মনিভাব পেবাভাই' কৌবশিগী মতেঙনা, সিভকুমাবন, থাঙ্গাদুবাই অমদি কৃতিমনীগী লূচীং মখাদা, ষ্টেটকী মাযোক্তা মিলিতেন্ট এক্সন লৌবা হৌখি। TELO হান্না পোক্লগা, কোন্না, মদুদা য়াওবম্বা, তামিল ষ্টুদেন্তস ওবগেনাইজেসনদগী থাদোক্লকপা প্রভাকবনগী মখাদা, মে ৫, ১৯৭৬ তা LTTE পোকখি। হৌজিক্তা মানা, লূপ অতৈদগী হেনগৎনা চৎখিদুনা, মপুং ওইনা লৈবে, ১৯৮৫ দা মাগী সুপ্রীমেসী থমদুনা লাকখ্রে। পিঃ এলঃ ওঃ না, অমেবিকাগী প্রাইভেৎনা ট্রেনিং পীবগী মথক্তা ভাবত, কনাদা, য়ুঃ কেঃ, অস্ট্রেলিয়ানচিংবদা লৈবা তামিল মীযাম্না এলঃ টিঃ টিঃ ইঃ গী অচঙবা শেলথুম পুন্নমক বাৎহন্দনা লাকই। ভাবতকীদি, মতেঙদা নত্তনা এলঃ টিঃ টিঃ ইঃ গী গার্জিয়ান ওইখ্রবনি; কোন্না, আইঃ পিঃ কেঃ এফঃ থাবকপা, অমনা অমবু নমথাক তৌনবদগী, মীশি মীনা থোকলকখিবদুদি বাজনিতিগী পুবাবী ওই।

পুবাবী যেংখৎপদা, ১৯২০ দা, তামিল অমদি সিনহলা অনিমক্তা শ্রীলঙ্কাগী নিংতম্নবা ঈহৌদা চৎমিন্নবম্নদগীদি, সিনহলা মতোমতনা পৱাব পার্থাখিবদগী তামিলবু নমথদুনা লাকখিবনি। জুন ৫, ১৯৫৬ কী লোনগী বীল, ১৯৫৮ দা সিনহলানা তামিলশিংবু বেলগাডীদগী চিংথদুনা হাৎখিবা, ভীসু সোমাব মানা কেলনাযা মন্দিবগী যাথং মতুংইন্না বন্দাবনাযক হাৎপা, ১৯৬৪ গী শ্রীমাভো শাস্ত্রী পেক্ট থুগাযবগা তামিলশিংবু শ্রীলঙ্কাগী কান্নবা পোখোক পুথোক্লবা থবক্তদা শিজিন্নবা, আগষ্ট ১৯, ১৯৭৭ দা তামিল লাখ অনিবু তান্নবা, হাৎপা, বেপ তৌবা, মখোযগী মন্দিব মৈ থাবিবা,— বেসিজমগী থবক মযামসিনা তামিল ঈলামগী পোক্লফম ওইখিবনি। ১৯৭৮ মে থাদা পাবলিযামেন্টনা তামিল তাইগবশিংবু থিংননবা আইন শেমখিবদগীদি, আর্ম কনফ্লিক্ট চাওনা পাক্লা থোকখি। ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টবশিং, লাম্মীগী মকোক কযানা, আবঃ এঃ দবলীয়ুঃ গী ফম্নাইবা কযানা LTTE বু মপুংফানা যোকলকপা পৈশা হৈথবা, খুৎলায হৈগববু, ফোবেন

সেক্রেটরী জেঃ এনঃ দিকসিংনা মাগী লাইবিক 'এসাইনমেন্ট কলম্বো' [১৯৯৮] দা লীথোকই। তামিল ঈলামগী ৱাথোক লোইদ্রিবা ঈহৌ অমনি।

## কোসোভো

হান্নগী যুগোস্লাভিয়ানা মনিংতম্বা লৈবাক মঙা, ইং কুমজা ১৯৯১ দা থোকখ্রবা মতুংদা মণিপুরগা মীশিংদা, পাকচাওবদা হাযরপ মান্নবা, য়ুগোস্লাভিয়াগী প্রোভিন্স কোসোভোনা মনিংতম্নবগী ঈহৌ চহি অমনিসিদা হৌবি। য়ুঃ এনঃ গী সেক্রেটরী জেনরেল কোফি অন্নান্না কোসোভো লিবরেশন আর্মী [KLA] অমদি কোসোভো মীয়ামগী মায়োক্তা, য়ুগোস্লাভিয়ানা লাম্মী হেন্না শিজিন্নবদা পেন্দবা ফোঙদোকই। চৎলিবা চহি ১৯৯৮ গী আগষ্ট থাদগী য়ুঃ এনঃ সেক্যুরিতি কাউন্সিলনা কোসোভোদা মীৎয়েং কন্না থমই। ১৯৯৮ সেপতেম্বর লোইবমদাইদা, কোসোভোদা য়ুগোস্লাভিয়াগী লাম্মীগী অহেংবা থবক লেপ্পবা NATO না য়ুগোস্লাভিয়াগী মায়োক্তা ইযার স্ত্রাইক-তৌনবা খংখি। সেক্যুরিতি কাউন্সিলগী ৱারেপ নম্বর ১১৬০ না বেলগ্রেদ সবকাবদা অথিংবা থমই। অলবানিযান্না মশিং য়াম্বা কোসোভোনা, সর্বশিংনা মশিং য়াম্না য়ুগোস্লাভিযাদগী মনিংতম্নবা ঈহৌ, ১৯৮৯ দগী চহি ৯ চুপ্পা চত্থবকই, মসিদা সেক্যুরিতি কাউন্সিলগী মীৎয়েং থমই।

## নৈনবা

ঙসিমক, য়ুঃ এনঃ না শকখঙবদা, নন-সেল্ফ-গভর্নিং টৌরিটোরী ১৭ লৈরি। য়ুঃ এনঃ পিঃ ওঃ দা মেম্বর ওইবা টৌরিটোরী ৪০ মুক্কা লৈরে। মদুগী মথক্তা, অকনবা, পুরাবীনা যুম্ফম ওইবা নেসন ষ্টেট ওইবা পাম্না লম-টেরিটোরী মঙা-তবাশু লৈরি। শম্না হায়রবদা, অনৌবা লৈবাক শেম্বগা থৌবাং ঙাইবিবা লম হুম্ফুরোম লৈরি। ঙসিফাওবদা, য়ুঃ এনঃ গী মেম্বর ওইরিবা লৈবাক ১৮৫ শু হান্ননা লৈজবে। ইন্টরনেস্যনেল কোভেনান্ট ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল রাইটস, ১৯৬৬ কী খ্বাইদগী অহানবা আরটিকলনা পীরিবা মরোমদোম লেপচনবগী মী-ফুরুপকী হক হায়বসি, থবক্তা ওম্বোকপা মতমদা, পোলিতিকেল প্রোসেস ওইবকই, আর্মদ কনফ্লিক্ট থোবকপশু কয়ামকম য়াওই; করিগুম্বদা, রাজনিতিগী ৱাথোক ওইদুনশু লৈ। ভারতকী

ওইনদি, হক অসিদা বিজাবভেশন থমই; অদুবু UNHRC না বিজাবভেশন লৌথোক্লবা পাওতাক পীবে। ইং কুমজা ১৯৯১ দা সোভিয়েট য়ুনিয়নগী ষ্টেটসমেনগী ফিবেপতদি, মথক্তা পল্লিবা হক অসি, পুৱাবীনা পীফম থোকএ হাযনা লেপ্লবদি, ঈমু নায়মু তানহন্দুনা, মীওইবগী পুৱাবীদা অঙাংবা মচুতনা তৈশনবা হায়বদু অচৌবা পাপ অমনি হায়দুনা থিঙই। ভাবত সবকাবনা ভিযেতনামগী, বঙ্গালাদেশকী, পালেস্তাইনগী, মালেমগী নিংতম ঈহৌ ঙম্লমক শৌগত্তুনা লাকই; মখোযবু শেলগী মতেঙ, লাম্মীগী মতেঙ, বিকগনিসন পীদুনা লাকই। মসিবু কনামত্তনা কাওথোকপা চুমদে।

ইং কুমজা ১৯৯৭ কী কমিসন ওন হ্যুমেন বাইটসকী মীফমদা, এনঃ জিঃ ওঃ শিংনা নাগোবনো-কাবাবাধ, জির্নজিযাং, কাশ্মীব, চেচেনযা, আফঘানিস্তান, ইষ্ট তিমোব, অবখাজিযা, কোসোভো, ওগোনি [নাইজেবিযা] নচিংবগী মতাংদা মবোমদোম লেপচনবগী হক অসি থবক্তা ওনবিনবা তাল্লকই।

# ১৯

# কমিতি ওফ ট্রেনতিফোর

ইং কুমজা, ১৯৬০ দগী ঙসি ফাওবদা য়ুঃ এনঃ না লোইলম নিংতমহনবা [দে-কোলোনাইজেসন] গী থবক শিন্থা—পরেং লেপ্তুনা লৌরকলি। জেনেরেল এসেমব্লীগী ব্রারেপ নম্বর ১৫১৪ [ইং কুমজা ১৯৬০], অমদি মদুবু শৌগৎপা ব্রারেপ কয়ামরুম্না দে-কোলোনাইজেসনগী থৌরাংবু থবক্তা ওন্থোরক্কবা কন্না, লেপ্পা লৈতনা তকশল্লি। নবেম্বর ২৭, ১৯৬১ দা জেনরেল এসেমব্লীগী ব্রারেপ নম্বর ১৬৫৪ [xvi] না দে-কোলোনাইজেসনবু থবক্তা ওন্থোক্লবা হায়দুনা 'স্পেসিয়েল কমিতি ওন দে-কোলোনাইজেসন' নত্রগা, কমিতি ওফ ট্রেনতিফোর লিঙখৎখি। কমিতি অসিগী থবক ঙসিফাওবা মখা চত্থরি।

কমিতি অসিনা [ব্রারেং অসিদা, কমিতি অসি হায়রবদি, কমিতি ওফ ট্রেনতিফোর থক্তমক খঙনগনি] ঙসিফাওবদা, অকনবা মালেমগী থৌদাং লৌরি, অমসুং লৌথখিনবগী মরম লৈরি। মালেমদা লোইলম খিবিক্লা মনিংতমথ্রবা মতুংদদি, কমিতি অসি মাগী মথৌ লোইরদুনা থুপচিনখিগদবনি। কমিতি অসিনা মরোমদোম লেপ্পগী থবক অদু পাঙথোক্লবা মোনিতর তৌই — মদুগী মতুংদা, জেনরেল এসেমব্লীদা মানা প্রোগ্রেস অদু রিপোর্ট তৌবা তাই। হেক্তর গ্রোস ইসপীল, স্পেসিয়েল রাপোরতিয়রনা দে-কোলোনাইজেসন তৌগদবা ব্রাৎলি অমসুং লোইলম মুৎথৎপা থুজনহনগদবনি হায়না য়ুঃ এনঃ দা রিপোর্ট পিখৎলি। মীওইবগী খ্বাইদগী মরুওইবা অহানবা হক খুদিংমক লোইলমদদি ফংদে হায়বসি পাকতক্লনা মালেম্না য়ানরবা ব্রাফমনি।

**থবক-থৌরাং**

১৯৬১ দা জেনরেল এসেমব্লীনা, কমিতি অসিনা পাংথোক্কদবা মথৌ য়াত্তুনা পীথ্রবনি — মদুগী খ্বাইদগী মপুং ওইবদি দে-কোলোনাইজেসনগী থবক পায়খৎপনি। ১৯৬৫ দা এসেমব্লীগী ব্রারেপ নম্বর ২১০৫ [xx] গী

